এন্দপেপ ·গা নমলিবা স্কল্পচর অসিদা বুদ্ধগী অপোকপী মায়াগী মঙ নিংথৌ সুদ্ধোধনগী মফমদা তুংগী ব্রা খঙবা নুপা অহুমনা অর্থ হনবা উৎপনি! মখোয় অহুমগী মখাদা মখোয়না চল্লিবা অর্থ অদু ইশিনবা মী অমা ফমলি। ভারত্তা লাইরিক-লাইন্ড ইবগী লমদা অয়েকপা লাই ওতনা ফংবা ইহান হানবা রেকোর্ড মসিনা ওইবা য়াই।

নাগার্জুনকোন্দদগী (খৃষ্টগী অনীশুবা চহীচা) ফংবা

নেশনেল মিউজিয়ম, নিউ দিল্লীনা য়াবিবদগী

# খোমজিল্লবা মণিপুরী লীলা মচাশিং

সম্পাদক

অরাম্বম সমরেন্দ্র



সাহিত্য অকাদেমি

*Khomjillaba Manipuri Lila Machashing* : An anthology of Manipuri Short Plays edited by Arambam Samarendra, Sahitya Akademi, New Delhi, 1997. Price : Rs 80.00





অহানবা ফোংবা ১৯৯৭
ISBN 81-260-0277-8

সাহিত্য অকাদেমি
রবীন্দ্রভবন, ৩৫ ফিরোজ শাহ রোড, নতুন দিল্লী ১১০ ০০১
লাইরিক ফংফম: স্বাতী, মন্দির মার্গ, নতুন দিল্লী ১১০ ০০১
জীবনতারা ভবন, ২৩এ/৪৪একস, ডায়মন্ড হারবার রোড, কলকাতা ৭০০ ০৫৩
গুণভবন, ৩০৪-৩০৫ আন্না সলাই, তেয়নামপেট, চেন্নাই ৬০০ ০১৮
১৭২ মুম্বাই মারাঠী গ্রন্থ সংগ্রহালয় মার্গ, দাদার, মুম্বাই ৪০০ ০১৪
এডিএ রঙ্গমন্দির, ১০৯ জে. সি. রোড, বাঙ্গালোর ৫৬০ ০০২

মমল : লুপা ৮০



নম্ফম এ টি এস গ্রাফো লেজার প্রাইভেট লিমিটেড
১৭বি লেক ভিউ রোড, কলকাতা ৭০০ ০২৯

# হিরম লামাই

## য়াওরিবশিং

# ৱাহৌদোক

কুনশুবা চহিচা চঙলকপগী অঙনবা তাঙকক্তপা মনিপুরদা নোংচুপলোমগী ফম্বাক শারগা যুখল থাদদুনা উৎপা লিলাগী মওং অসি মরু হূনখি। ইং ১৯০২ দা চুরাচাঁন্দ মহারাজগী (১৮৯১-১৯৪১) ময়াম্বুংহনগী মান্দবতা, পুরানা রাজবাড়ি হায়না খঙনবা মফমশিদা 'প্রভাস মিলন' কৌবা লিলা অমা উৎখি। মশি বাঙ্গলা লোন্দা শান্নবা লিলানি। মথংদা ইং ১৯০৩ দগী হৌদুনা বাঙ্গালি পাড়াদা (বাবু পাড়া) বামাচরন মুর্খর্জীনা লুচিংদুনা বামাচরন বন্ধব নাট্যশালা লিংখৎতুনা বাঙ্গালী লিলা কয়া মথং মথং শান্নরকখি। ইং ১৯০৫ দা পেটিগ্রু স্কুলগী হেদ পণ্ডিত বিহারীসিংননা 'পাগলিনি' হায়বা লিলা অমা মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা ছাত্রশিং য়াওনা শান্নখি, ঈশৈগী শরুক্তি বাঙ্গলালোন্দা অদুম্মক শকখি। মতমশিদা মনিপুরগী ইডুকেশন দিপার্টমেন্টনসু দিপার্টমেন্ট অসিগী অফিসারশিং, ওজাশিং অমদি ছাত্রশিং পুন্দুনা স্বরস্বতি পুজাদা চহি খুদিংগী লিলা শান্নবগী থবক অসি চৎথরকলে। শান্নরিবা লিলা পুম্নমক বাঙ্গলা লোন্দা শান্নবা ওাক্তনি। মশিগী মরমদি মতম অসিদা ইডুকেশন দিপার্টমেন্টতা থবক তৌরিবা অমদি স্কুলশিংদা ওজা ওইরিবা মীওইশিং অসি অয়াম্বনা কাছাড়দগী লাকপা মৈতৈশিংনি। মখোয়না মনিপুরগী মৈতৈশিংদগী য়াম্না মমাং থানা নোংচুপকী মহৈ তমখ্রে, মরমদি বেঙ্গল অমদি আসামনা য়াম্না ওন্না ব্রিটিশ সম্রাজগী মনুং চনখিবনা নোংচুপকী মহৈ মশিং তম্বগী মওং অসি মখোয়না হান্না থেংনখ্রে। অমরোমদা মতম অদুদা বেঙ্গলী থিয়েটর অসি য়াম্না মওং তানা লৈখ্রে অমসুং মনিপুরদা লাকপা বাঙ্গালী অমদি মৈতৈ ওজাশিং অসি বাঙ্গালী দ্রামাশিং য়াম্না মুন্না খঙলকলে। অসুম্না বাঙ্গালী লিলাশিং লিশাং শিংনা শান্নরকপদগী ইং ১৯১৪ দা বাঙ্গালী লিলা 'পার্থ পারজয়' খাইদেম নোংয়াইনা মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা জোনস্টোন স্কুলগী ছাত্রশিংনা শান্নরে .মতম খরা লৈরগা অকোইজম অমুবীনা 'কাণ্ঠাহার' কৌবা লিলা অমা মৈতৈলোন্দা শেমদোক্লগা শান্নরে।

স্বরস্বতি পূজাদা ইডুকেশন দিপার্টমেন্টনা লেপতানা লিলা শান্নরকপা অসি ইং ১৯১৬ ফাওবদি মোইরাংখোমদা শৌগাইজম ইবোচাওবা দরবার মেম্বরগী যুমদা স্টেজ শেমদুনা চৎথরকখি। ইবোচাওবা দরবার মেম্বরনা শিখ্রবদা ইং ১৯১৭ তগীদি মনিপুরগী ইডুকেশনগী থবক অসি চূরাচান্দ মহারাজ মশামক্না লৌশিনখি। মহাক্না থবক অসি পায়খিবদগী স্বরস্বতি পূজাগী লিলাসু কোনুংদা তৌখি। অসুম্না কোনুংদা লিলা তৌবা অসি স্বরস্বতি পূজাদদা নত্তনা দূর্গা পূজাদসু তৌরম্মী। ইং ১৯২৫ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ৩০ দা মনিপুর স্টেট পুলিশনা দূর্গা পূজাগী লিলা তৌবদা লৈবাক অসিগী ইহান হানবা মৈতৈলোন্দা মপুং ফানা ইবা লিলা 'নরসিংহ' য়াম্না চাওনা শিল লাংদুনা শান্নখি। য়াম্না নিংথিনা মায় পাকপা লিলা ওইখি। 'নরসিংহ' শ্রীলাইরেনময়ূম ইবুঙোহল সিংহনা ইং ১৯২২ দা ইবনি। লিলা অসি মনিপুরগী দ্রামাগী ইতিহাসতা ইহান হানবা লৈবাক অসিগী মীনা মমালোন্দা ইবা লৈবাক অসিগী ইতিহাসতা যুমফম ওইবা লিলানি। শ্রীলাইরেনময়ূম ইবুংঙোহলসিংহ মনিপুরগী খুৎমাবা দ্রামা ইবা মীশকনি। 'নরসিংহ' লিলা মায় পাক্না শান্নখিবগা লোয়ননা মতম অদুগী দ্রামা পামজবা মীওইশিংদা

দ্রামা ইনিংবগী ইথিল পিখি। মশিগী মথংদা ইং ১৯২৪ দা লামাবম কমলনা 'দেবযানি' ইখি অমসুং ইং ১৯৩০ দা সোরোখাইবম লালিতকী 'সতি খোংনাং' শ্রীঙাংবম শ্যামকিস্বর সিংহগী মমাঙ সঙ্গোইদা স্টেজ শেমদুনা য়াইস্কুল নুপীজা লনাই স্কুল লিংখৎপগা মরিলৈননা শান্নখি। মথংদা হিজম অঙাংহলনা ইবা 'থাবল চোংবী' অমদি 'গৌরাঙ্গ' অমদি অশাংবম মিনকেতনগী 'সিতা বনবাস' শান্নখি। মশিগী মতুংদা ইং ১৯৩১ দা মৈতৈ দ্রামাতিক ইউনিয়ন শেমদুনা মফম অসিমক্তদা চহি অসিগী জুনগী তারিখ ১৫ দা শ্রী সোরোখাইবম ললিত সিংনা ইবা 'অরেপ্পা মরপ' শান্নখি। চহি অসিমক্তদা শ্রীলাইরেনময়ুম ইবুংঙোহলনা মাগী অনিশুবা লিলা 'বব্রুবাহন পোকপা' ইখি। মশিগী মথংদা চহি খর কান্নরগা ইং ১৯৩৫ দা অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎনা 'মোইরাং থোইবী' ইখি, মথংদা ইং ১৯৩৯ দা মহাককী অনিশুবা লিলা 'ভাগ্যচন্দ্র' এরিয়ান থিয়েটর হোলদা ইং ১৯৩৯ গী জুনগী তাং ১৯ দা শান্নখি। ইং ১৯০৩ অসিমক্তদা হিজম অঙাংহলনা মহাককী লিলা 'পোক্তবী' অসসুং 'ইবেম্মা' ইখি। ইবেম্মা লিলা অসি মায়পাক্লা শান্নখি। অসুম্না ইং ১৯২২ দগী ইং ১৯৪২ গী মেগী তাং ১০ দা পৃথিবীগী অনিশুবা লানজাওনা মনিপুরদা য়ৌরক্তুনা ইম্ফালদা অহানবা বোম তাদুনা লৈবাক কাংখোং চাইদুনা লানজেন্নবগী মতাং অসি ফাওবদা লম অসিগী লিলা ইবা মীওই কয়া থোরক্তুনা অনৌবা লিলা কয়া পুথোকলকখি। মতাং অসিদা অহানবা ওইবা শ্রীগিতচন্দ্র তোংব্রানা মহাককী লিলা 'লমন খুম্বা' ইং ১৯৪০ দা ইখি।

অসুম্না মনিপুরগী দ্রামাগী ইতিহাসতা, মশিগী অঙনবা তাঙকক্তা থোরকখিবা লিলাশিং অসি অইবশিং অসিনা থেংনরকপা ইংরেজী লিলাশিং অমসুং মশিগী খুৎই মতৌ তমদুনা ইরকখিবা বাঙ্গালী লিলাগী মওং লৌদুনা ইবা ঙাক্তনি। লিলাশিং অসি অঙ্ক মরিদগী তরুক ফাওবা খায়দোক্তুনা অঙ্ক অমম্মদা সিন কয়ামুক হাপতুনা লিলাগী ব্রারিগী চৎথবকপা পরিং অমদি থৌদোকশিং মথং মথং শেমদুনা ইবা অচৌবা লিলা ঙাক্তনি। লিলাশিং অসি অইবশিং অসিনা মখোয়গী মতম অদুগী সমাজগী ফিবমদা, মখোয়না মহৈ মশিং তমলকপা, বাঙ্গালী সংস্কৃত অমদি ইংরেজী সাহিত্যবু থেংনরুবদা ফঙলকখিবা ব্রাখল অমসুং লৌশিং মতম অদুদা থাজনবা পুন্সিগী ফিদম কয়াবু পামজরুবা পুম্নমক অসিগা মখোয়গী মশাগী মিৎয়েংদা য়ুমফম ওইদুনা শেমখিবা লিলাশিংনি। মতম অদুগী সমাজনা ইচম চমলম্বা, হৌজিককী মতমগুম্না পুন্সিগী রাখল্লোন, শেল থুমগী ফিবম অমদি হিংবগী ফিবমদা হেন্না লুশিনবা মওং ওইদ্রিঙৈগী পুন্সিদা থাজনরম্বা ভেল্যুজশিং ফোঙদোকপা লিলাশিংনি। হায়রিবা অইবশিং অসিগী মরক্তা শ্রীলাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ, অশাংবম মিনকেতন সিংহ অমদি অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহদি নোংচুপকী অমসুং ভারতকী সংস্কৃত দ্রামা মমুৎ তানা খঙলকপা মীওইশিংনি। শ্রীঅশাংবম মিনকেতন্না মহাককী 'সিতাবনবাস' (ফোঙবা ইং ১৯৩৬) সংস্কৃত দ্রামাগী য়ুমফমদা ইখি অতৈ অইবশিংনা নোংচুপকী দ্রামাগী য়ুমফমদা ই।

অসুম্না লৈবাক অসিগী অইবশিং অসিনা তাংকক মঙা নত্রগা তরুক খায়বা অচৌবা দ্রামা ইরিঙৈ মতম অসিদা ঐখোয়গী মতম অদুগী হায়স্কুলশিংদা অচৌবা দ্রামা অমদি অতেনবা 'ৱান এক্ট প্লে' হায়না খঙনবা লিলাশিং স্কুলগী ফংসনশিংদা ছাত্রশিংনা তোয়না শান্নরকলে।

জোনস্টোন স্কুলদা স্বরস্বতি পুজাদা ড্রামা শান্নবা য়াওরকখিবা ছাত্রশিং অদুনা বি এ পরিক্ষা পাস তৌদুনা মখোয়না অমুক ইং ১৯৩০ গী মতুংদা লিংখৎলকপা হায়স্কুলশিংদা ওজা ওইরবা মতমদদি স্কুলদা ড্রামা য়াম্না শান্নহল্লকলে। তম্ফাসনা হায়স্কুল মক্তদা (লিংখৎপা ইং ১৯৩৫) স্কুল অসিগী হেদ মাষ্টর শ্রীহাওবম ইবোতোম্বীনা তম্বীদুনা ছাত্রিশিংনা অশাংবা অমসুং অন্তেনবা লিলা কয়া ইং ১৯৪২ ফাওবা য়াম্না শান্নখি। মতম অসিদা স্কুল অসিদা লাইরিক তমলকপা ছাত্রিশিং মহারাজ কুমারি বিনোদিনি, শৌগাইজম সরোজিনি, সৌগাইজম পদ্মা, খাইদেম প্রমোদিনি নচিংবা কয়ানা থৱাই য়াওনা স্কুল ফংসনশিংদা ড্রামা শান্নখি। 'মিরাবাই' মখোয়না শান্নখিবা অচৌবা ড্রামানি, মখোয়না ৱান এক্ট প্লে কযাসু শান্নখি। ✓

অসুম্না মনিপুরগী ড্রামানা থৱাই য়াওনা চৎথরকপা অমসুং লৈবাক অসিগী খুৎমাবা অইবশিং অসিনা ঐখোয়গী ইতিহাস, অরিবা ৱারি, সমাজ অমদি ধর্ম্মগী মীৎয়েংদা খুৎ থারিঙৈ মতম অসিদা পৃথিবীগী অনিশুবা লানজাওনা লৈবাক অসি য়ৌশিলক্লুনা ইং ১৯৪২ গী মেগী তারিখ ১০ দা ইম্ফালদা জাপানগী বোম থাদখি। ইম্ফালগী প্রজা পুম্নমক মায়কৈ শলাই খণ্ডনা লানচেন্নখি। খুঙ্গংশিংদা মকপ-মপাং শাগৈ নাতৈ, খঙন চান্নবা ঙাক নত্তনা শাইদাংফম লৌবা য়াবা মফম থি-থিদু না লৈনখি। জাপানী অমদি ব্রিটিশ লানমী তেঙ্গোল অনিনা অমনা অমবু লাকশিন্নব- গী লাল্লোংদা মনিপুর তমপাক্লা অনিমককী মরুওইরবা পান্দমফম ওইরকখি। লান্দাবকলিবা জাপানশিংবু তকথোক্লবা হোৎনবদা ব্রিটিশ সরকারগী লানমী তেংঙ্গোল অচৌবা অমা মনিপুরগী তমপাক অমদি চীংগী লমদা শন্দোক্লুনা থমখি অমসুং জাপানীশিংগা লানথেংনখি। লানজাও অসিদা মতম অদুগী ইচম চমজবা মনিপুরগী প্রজাশিংনা অমুক্তা উবা ফঙখিদ্রিবা বিজ্ঞান অমাদি খুৎশাহৈবগী মতিক লৈরবা লানগী খুৎলাই কয়া উখি। এবোপ্লেন, টেঙ্ক, তোপ, গ্যাস মাস্ক, ৱায়াবলেশ অসিনচিংবা খুৎলাইশিজিন্নবা ব্রিটিশ, স্কোট, নিগ্রো অমদি ইন্দিয়ান লানমীশিংনা কুক কুক ইন্নখি। ঙাইহোক লৈত্তনা এরোপ্লেনগী মখোল, বোম থাদবা, তোপ কাপ্পা, হরাগাড়ি ময়াম, সিফাই চবুন-চবুন পোৎহোনবা শগোল খচরশিং লৈবাক অসিগী মীশিংনা থেংনথি। লানগী লম্বী শেম্বা, এবোপ্লেন তাফম শেম্বা, চিনজাক হোনবা অমদি ঠিকা অসিনা লৈবাক অসিদা অনৌবা শেনগী ইনোৎ অমা লাকখি। পুম্নমক অসিনা মনিপুরগী প্রজাশিংদা অনৌবা শেন্দান লম্বী, ধর্ম্মগী মিৎয়েং, থাজবা অমদি চৎনবীদা অনৌবা ইনোৎ কয়া হাপচিল্লকখি।

ইং ১৯৪৫ দা লান লোইরবা মতুংদা লানজেন্নরুবা ইম্ফালগী প্রজাশিং ময়ুম-ময়ুমদা হনজিন্নরকখি। লান্দা মাং তাকহনখিবা য়ুম ইংখোলগী ক্ষতিপুরন ফঙদুনা ময়ুম মকৈ শেমজিন্নদুনা ইম্ফালগী প্রজা অয়াম্বনা মচা মগুশিংনা মহৈ তম্বগী লমদা পুক্নীং চঙশিন্নরকখি। জোনষ্টোন হায়স্কুল, চুরাচান্দ হায়স্কুল, তোম্বীসনা হায়স্কুল, তম্ফালনা গার্লস হায়স্কুলনচিংবদা মচামগুশিং থানরকখি। মতম অসিদা মেট্রিক পাশ তৌরবা ছাত্রশিংনা মখা তমথবা তাবদা গৌহাটি নত্রগা কলকতাদা চৎপা হায়বশি তৌদবা য়াদবা মথৌ অমা ওইবম্মী। য়ামদ্রবদা চহি ৪ দগী ৬ তি মপান্দা লাইরিক তম্বা তারম্মী। ইন্টবমেদিয়েট আর্টস নত্রগা সাইন্সতা চহি অনি তঙাই ফদনা তমথনরম্মী। বি এ নত্রগা বি এসসি দা চহি অনি, এম এ নত্রগা এম এসসিদা চহি

অনি অমগা পুন্না চহি ৬ তি মনিপুরগী মপান্দা তম্বা তারম্মী। হায়বিবশি ইনাক কৈরাক খুনবা, মপা মপূ কৈরাক থারকপা, য়াইতোং খমদোংবা নিংথৌ খল্লকপা অঙম অথৌশিংগী মচা মশুশিংতনা গুম্নরম্মী, মীচম প্রজাশিংগীদি ৱাফম অসি ওইথোকলমদে। ফিবম অসিদগী লৈবাক অসিদা অৱাংবা থাককী মহৈ তমফমশং লিংখৎপগী তঙাইফদবা লাকতুনা ইং ১৯৪৬ কী আগষ্ট কী তাং ৬ তা মহারানি ধনমনজুরিনা অচৌবা শেনফম অমা পুথোকপিদুনা মহাককী মীংদা মনিপুরগী অহানবা কলেজ 'ধনমনজুরি কলেজ' লিংখৎখি।

কলেজ অসি লিংখৎলবা মতুংদা মশিদা ইহান হান্না ইন্টরমেদিয়েট আর্টস তম্বা ছাত্রশিংনা কলেজগী স্বরস্বতি পুজাদা (ফে:/মার্চ ১৯৪৭) কলচরেল প্রোগ্রাম ওইনা অঙ্ক অমগী লিলা অমা শান্নখি। লিলা অসিনা মনিপুরগী কলেজদা শান্নবা ইহান হানবা অতেনবা লিলানি হায়না লৌবা য়াই। লিলা অসি লৈবাক অসিগী শকনাইরবা অইবা খ্বাইরাকপম চাউবনা ইবনি, লিলানা 'পাওনা ব্রজবাসি'নি। লিলা অসি মতম অদুগী কলেজ অসিগী অহানবা ছাত্রশিং মোইরাংথেম গজেন্দ্র, হিজম রোমোনি, এলাংবম সোনামনি, চোংথাম নদিয়াচাঁন্দ, চুংখাম নয়নচাঁন্দ, ৱাহেংবম নরান, মৈনম শখী দেবী নচিংবা ময়াম্না য়াওদুনা শান্নখি। মতম অসিদা ওজা চাউবা জোনষ্টোন স্কুলদা ওজা ওইরম্মী, দি এম কলেজনা মশাগী শঙ লৈজদবনা স্কুল অসিদা নুংথিলগী ক্লাস ওইনা চৎথরম্মী, ফিবম অসিদগী কলেজ অমদি স্কুলগী ছাত্রশিংনা পুন্না লিলা য়াওমিন্নবগী খুদোংচাবা ফঙখি।

মশিগী মতুংদা জি সি তোংৱানা অঙ্ক অমগী লিলাদা খুৎ থাবা হৌরকখি। মহাককী ইহান হানবা অঙ্ক অমগী লিলা 'সমাজগী লাংলেন সাহিত্য' ইং ১৯৫০ দা সোসাইটি থিয়েটরনা রুপমহল থিয়েটরগী স্টেজদা উৎখি। মথংদা পুথোরকখি মহাককী অঙ্ক অমগী লিলাশিং 'কোকিল' 'মপাশাবা'. 'নুংশি লমদন কৈদনো' অমসুং 'শিকারি'। 'সমাজগী লাংলেন সাহিত্য' হায়বা লিলাশি রুপমহলগী স্টেজদা ইং ১৯৫০ দা মরিবক শান্নখি, কোকিল অমসুং মপাশাবনা মনিপুর দ্রমাটিক ইউয়িনগী হোলদা শো অনিরক অনিরক উৎখি। মথংদা ইং ১৯৫২ দা 'শিকারি' মনিপুর দ্রামাটিক ইউনিয়নগী হোলদা শো ২০ লক শান্নখি। অসুম্না জি সি তোংৱা অমদি মহাককী সোসাইটি থিয়েটরনা ২০ শুবা চহিচাগী অনিশুবা তংখাই চল্লকপা তাঙকক অসিদা মনিপুরদা অঙ্ক অমগী লিলা মশক থোক্লা পুথোক্কনা মনিপুরি থিয়েটরদা অতেনবা লিলাগী মফম থিনদোকখি। মশিগী ইরাই-ইনিল ফঙবদগী স্কুল, কলেজ অমদি লৈকায়গী ক্লবশিংদা অঙ্ক অমগী লিলা শান্নবগী ইনোৎ অমা লাকখি। অঙ্ক অমগী লিলা য়াম্না পান্নবকখি। মতুং চহি খরা কোনথরগা ইং ১৯৫৭ তা মহাককী অতোপ্পা অতেনবা লিলা 'য়াওশং কাংজৌ' ওল মনিপুর দ্রামা ফেষ্টিবেলদা পোলোগ্রাউন্দা উৎখি।

অসুম্না হৌরকপা অঙ্ক অমগী লিলা অসি শোক ১৯৬০ গী মতুংদগীদি শাহৌফনা থোরকলে অমসুং ইং ১৯৬৩ দা ওল ইন্দিয়া রেদিয়োগী স্টেসন ইম্ফালদা হাংদোকলকপদগীদি লিলা ইবা মীওই কয়ানা অতেনবা লিলাদা খুৎ থানরকখি। রেদিয়োদা লিলা মচা পুথোকপগী থৌরম হাপচিল্লকপা অসিনা অতেনবা লিলাদা অনৌবা ইনোৎ অমা পিরে। লিলা ইবা ময়াংলম্বম বিরমঙ্গল, মহারাজ কুমারি বিনোদিনি, মাইবম রামচরন, অরাম্বম সমরেন্দ্র, অথোকপম

তোমচৌনচিংবা মীওই কয়ানা লিলা মচা কয়া পুথোরকলে। হায়রিবা অইবশিং অসিগী লিলাশিং অসি রেদিয়োদা খোনজেলতমক তাবদা নত্তনা স্টেজদা দ্রমা ওইনা শান্নবদসু নিংথিনা মায় পাকপা লিলানা অয়াম্বা ওইরকখি। ওল ইন্দিয়া রেদিয়ো ইম্ফালনা ঙসি ফাওবদা লিলা মচা কয়া পুথোক্লবগী অমদি অনৌবা লিলা ইবা মীওই কয়া থোরকপগী খুদোংচাবা অমদি শেমদুনা লাকলি।

অতেনবা লিলাগী খোংজেল অসিনা ইং ১৯৭০ য়ৌরকপগী তাঙককতদি মনিপুরগী লিলা মচা অমদি সহিত্যগী মিৎয়েংদা লিলা মচাগী লাইরিক করম্না চাওখৎহনগদগে হায়বা ৱাখল অসিদা সাহিত্যবু সেবা তৌজরিবা মীওই কয়াগী পুক্নিং চিংশিল্লকখি। হায়রিবা ৱাখল্লোন অসিনা লমজিংদুনা 'কলচরেল ফোরম মনিপুর'না ইং ১৯৭১ দগী লিলা মচা য়োকখৎনবা অমদি চাওখৎহনবগী খোংহৌ ওইনা লিলা মচা তান্নবগী থৌরম লৌখৎলকখি। অসুম্না লৌখৎলকপা থৌরম অসি ইং ১৯৮১ ফাওবা চহি তরা চৎথরকখি। চহি তরাশিগী মনুংদা মথক্তা পনখিবা অইবশিং অসি নত্তনা নৌনা থোরকখিবা অফবা লিলা ইরকখিবা মীওইশিংদি শ্রীবীরেন, পুখ্রম্বা শামু, ৱাইরোকপম কামিনি, ক্ষেত্রি সনাজাওবনচিংবনি। তশেংনমক কলচরেল ফোরম মনিপুরনা মনিপুরি থিয়েটরগী ইতিহাসতা লিলা মচা চাওখৎহন্নবগীদমক শিংথানিংঙাই ওইরবা থৌদাং অমা ইং ১৯৭১ দগী মথংশিংনা ইং ১৯৮১ ফাওবা লৌদুনা লাকখি, অসুম্না অতেনবা লিলা মচা অসি মমৈথংদা 'সোর্ট প্লে' হায়না খঙনবকখি। মশিগী মখা তাথবা ওইনা থিয়েটর সেন্টর মনিপুরনা 'সোর্ট প্লে' চাংদম্নবগী থৌরম অসি মরু ওইবা থবক অমা ওইনা লৌখৎলকখি। ঙসি ফাওবদা (১৯৯৪) 'ওল মনিপুর সোর্ট প্লে কমপিটিসন' পাঙথোক্তুনা মনিপুরদা লিলা তৌরিবা মীওইশিং, লিলা ইবশিং, দাইরেক্তরশিং পুথোক্লবা হোৎনরি। অথোই অহেন খনদুনা চাংদম্নবা অসিদা মায় পাক্লবা লিলা কাঙবুবু মনিপরগী মপান্দা পাঙথোকপা লিলা চাংদম্নবা য়াওননবা শেনথং পিদুনা শৌগত্তুনা লাকলি।

হায়রিবশিং অসিগী মথক্তা মনিপুর স্টেট কলা একাদেমীনা ইং ১৯৭২ দগী হৌদুনা মনিপুর পুম্বগী দ্রামা ফেষ্টিবেল পাঙথোকলকলি। ফেষ্টিবেল অসিদা মনিপুরগী থিয়েটর তৌরিবা কাংলুপ কয়ানা থৱাই য়াওনা য়াওরকলি। ইং শোক ১৯৮৯ দগীদি অফবা থিয়েটরবু চাওখৎহন্নবা খোংজং অমা ওইনা থিয়েটবগী আর্ট অসিতদা পুক্নিং থিংজিন্ন চঙশিল্লবা দাইরেক্তবশিং অমদি মশাগী শক্তম অমা চোংথোক্তুনা লৈরবা থিয়েটর কাঙলুপতমক খনগৎলগা ফেষ্টিবেল পাঙথোকলকলি। হায়রিবা ফেষ্টিবেল অসিদা অতেনবা লিলাশিংনা শাফু কন্না থোরকপা থেংনরি। ভারত পুম্বগী ওইনা সঙ্গীত নাটক একাদেমীনা শিনবা ফেষ্টিবেল কয়াদসু শবক য়াবকলি।

মতাং অসিদা পনবা য়াবদি মনিপুরি থিয়েটরনা ভারত পুম্বগী ওইবা থিয়েটরগী লমদা মশক থোকপা মফম অমদি লৌরে অমসুং পৃথিবীগী থিয়েটরগী লমদসু খোঙ থাংজিল্লকলে। মনিপুরগী থিয়েটর দাইরেক্তর হৈস্নাম কান্হাইলাল অমসুং রতন থিয়াম্না মনিপুরি থিয়েটরবু পৃথিবীগী মফম অতৈদা শক তাকলে। অসুম্না ভারত অমসুং পৃথিবীগী থিয়েটরগী লমদা চঙলকলিবা মওং অসিদা শ্রী হৈস্নাম কাহাইলালগী লিলাদি অয়াম্বনা অতেনবা লিলানি। কুনশুবা চহিচাগী অনিশুবা তংখাই য়ৌরমদাইদগী পৃথিবীগী অনিশুবা লানজাওনা মনিপুরি সমাজদা

অকনবা চৈথেং পিবকপদগী হৌনা হৌখিবা চহি ৫০ মুকশিগী মনুংদা মনিপুরিশিংগী পুন্সি অমসুং সমাজদা অচৌ অচৌবা থৌদোক কয়া থোকখিবগা ইরোইননা অওনবা কয়া পুরকখ্রে। বিজ্ঞান, খুৎশাহৈবগী চাওখৎপা অমদি মহৈ মশিং তম্বগী লমদসু অনৌবা ইনোৎ কয়া লাকখ্রে। শেল থুম অমদি লল্লোন ইতিককী লম কয়াদসূ থোইদোক্না পাকথোক চাওথোরকপগা লোয়ননা মশিগী অনৌবা অকনবা শাফু অমনা ঐখোয়গী মীওইশিংগী নুংতি নুংতিগী ওইবা পুনসিদা যৈরবে। মশিগী মথক্তা ভাবত পুম্বগী ওইবা রাজনিতি শক্তিগী লমজেলদা লম অসিগী মীওই পূম্নমককীসু মখোয় মখোয়গী মশাগী অপাম্বা মীহুৎ অমদি অপাম্বা ৱখল্লোন খনজরকপা তাবনা সমাজ অসিগী অপূনবা মিৎয়ংগী শক্তম মমি শার্মখিদুনা ৱাখল মান্নবা মশেন ক"লুপ শেম্নদুনা মীচং খোম্নরকপগী পুন্সি শক্তম অমদা হৈনরকলে।

শেলগী শক্তি অমদি রাজনিতি শক্তি অনিবু তূনা লাকশিনবা ঙম্বা মীওইতনা লৈবাক অসিগী ৱায়েল চুপলি পায়রা ঙম্নরকলে। অসিগুম্বা শক্তি অসিগী মরুম ফঙবা কাঙলুপনা সমাজ অসিগী অনৌবা য়াইতোং খমদোংবা ওইনা চোংথোবলকলে। ফিবম অসিদা লৈবাক অসিগী মীচমশিংদদি পুন্সি অসি অচৌবা অৱাবা (ক্রাইসিস) অমা ওইররে। ফিবম অসিদা মতম অসিগী অনৌবা মহৈ তমলুববা অমদি পৃথিবী অসিগী অনৌবা ৱাখল্লোন কয়াগী লৌশিংগী মমি তাববা মীরোনশিংনা ঐখোয়গী ঙসিগী সমাজ অমদি পুন্সিদা ৱাহং কয়া তৌরকলে। হৌখ্রবা ইতিহাস, লম অসিগী মীওইশিং, মনাৎ অমদি শক্তম লোয়ননা হৌজিককী পূন্সিগী ফিবম পূন্সিগী ৱাহনথোক অমদি ফিদম করিনো হায়দুনা য়েংলকলে। অসূম্না হৌখ্রবা চহি ৪০ মুক অসিদা জি সি তোংৱানা মহাককী ইহান হানবা অতেনবা 'সমাজগী লাংলোন সাহিত্য' ইখিবদগী ঙসি ফাওবগী মতম অসিদা থোকলকখিবা দ্রামা ইবশিংনা ঙসিগী হেন্না লুরবা পুন্সি শক্তম অসিদা মিৎয়েং থমদুনা মীওইবা, পুন্সি অমদি সমাজ অসিদা পান্দম লাক্তুনা লম অসিগী ফুঙ্গা ৱারি, অরিবা মতমগী ৱারি, ইতিহাসকী ৱারি, লাইতিনগী ৱারি অমদি মীশিং অসিগী হৌজিককী পুন্সিগী ফিবম অমদি নুংতি নুংতিগী ওইবা পুন্সিগী থৌদোক্তা য়েংদুনা অইবা মশাগী ৱাখলদগী থোকচবা সংসার অমা শেমদুনা ঐখোয়গী মীওই অমদি সমাজগী নুং অমসুং পানগী ওইবা শক্তমদা অরুবা ৱাহং কয়া তৌদুনা অনৌবা লিলা ইনরে। অদুম ওইনমক ঙসি ফাওবদা থোকল-কলিবা লিলা ইবা পুম্নমক মায় পাক্লবা অইবা ঙাক্তরা হায়রগদি মদুসু নৎত্রি। অতেনবা লিলাগী ফেস্টিবেল কয়া অসিদা পুথোরকলিবা স্ক্রীপ্ট পুম্নমক অফবা স্ক্রীপ্ট ঙক্তা ওইদ্রি। অদুম ওইনমক লিলা লাইরিক ওইনদি অদুক হাক্না য়ৌদ্রগসু লিলা ওইনা স্টেজদা উৎথোকলকপদদি নুংঙাইবা লিলা য়াম্না য়াওই। মরমদি লিলা পুথোকপগী মতাংদদি অশোনবা স্ক্রীপ্ট অমবূ অফবা দিরেক্তর অমনা অমদি হৈশিংলবা অর্টিস্টশিংনা নুংঙাইবা লিলা অমা ওইহনবা ঙম্মী। অদুগা অমরোমদা লিলা লাইবিক ওইনসু ফরবা অদুগা লিলা পুথোকপদসূ অফবা দিরেক্তর অমনা তম্মীরগা হৈশিংলবা আর্টিষ্টশিংনা শান্নরবদি শোয়দনা মায় পাকপা লিলা ওইগল্লি।

হৌজিক হৌজিক কুনশুবা চহিচাগী লোইরমদাই য়ৌশিল্লকপা তাংকক অসিদা থৱাই য়াওনা হোৎনরিবা লিলা খুৎপুথোক অসি লিলাবু য়াম্না থিয়েট্রিকেল ওইহন্নবা হোৎনবা হায়বশিনি। লিলাগী একট্যবশিংনা রিযেলিষ্টক ওইবা মওং অসি থাদোক্তুনা হকচাংগী ইনর্জি অসি য়াম্না

লেং ওৎপা মওংদা শিজিন্নদুনা ফোঙদোকনিংলিবা ৱাখল পুথোক্লবা হোৎনবা হায়বনি। একটরশিংনা ষ্টেজদা খোনেজল থোক্লা লোন ঙাংবা য়ারিবমখৈ চাং হনথহনদুনা ফোঙদোকনিংলিবা পুক্নিংগী ৱাখলবু হকচাং লেং ওৎপগী ফিবম্না খঙহনবা অমদি একটরশিংনা ষ্টেজদা লৈবা মতমদা মখন মথেলগী খুৎলেপ খুৎচৎ অমদি স্টেজগী মফমশিং নিংথিনা শিজিন্নবা অসিনা মরু ওইনা লৌনরে। ফিবম অসিদা দিরেক্তর অমনা লিলা লাইরিক অমা পায়খৎপা মতমদা মহাক্না লাইরিক অদুনা হায়রিবা ময়াঙ ওইবা ৱাফম অদুতং খনগৎলগা লিলা পুথোকপদা থিয়েট্রিকেল ওইহনবদা পুক্নীং থিংজিন্নরে। ফিবম অসিদগী দিরেক্তর অমনা লিলা ইবা মী অমগী লাইরিক লৌখৎপগী মহুত্তা মশানা পাম্বা মহাক্না হায়নিংবা, উৎনিংবা ৱাফম অদুতংবু ফোঙদোক্লবা মহাক মশানা লিলাগী স্ক্রীপ্ট ইনরে। অসুম্না অনৌবা মওংগী লিলা খুৎপুথোক অসিদা অইবা অমনা থমলিবা লিলা লাইরিক মপুং ওইনা শিজিন্নদবা, লিলাগী লোনগী পরিং থুগায়রকপনা অইবা অমগী লিটরেরি টেক্সট অদুগী মপূম ওইবা মশক লাকশিনবা য়াদবগী ফিবম থেংনৈ। অনৌবা লিলা খুৎপুথোক অসিদা মীওইবগী পুক্নিংগী ৱাখল ফোঙদোকপদা শিজিন্নরিবা লোনবু হনথবা চাংদা থল্লবনা অনৌবা লিলাশিংদা লোন্না পিবা শাফু অদুদি য়াম্না য়ৌশিনবা ঙমদবগী ফিবম থেংনৈ। অদুম ওইনমক দ্রামাতিক লিটরেচর ওইনা য়েঙলকপা মতাংদদি অইবা লিলা লাইরিক অমবু মপূং ওইনা নৈনদ্রবদি প্লে-স্ক্রিপ্ট অমগী সাহিত্যগী থাক লেপ্পা লুনা থোকই। ফিবম অশোমদা অমুকসু মনিপুরি থিয়েটরদা ফোঙলবা লিলা লাইরিক অদুক য়াম্না মবাং কাযবদি ওইদ্রি মরম অসিদগী অতেনবা লিলা নৈনবা তারকপদা ফোঙদ্রিবা খুৎইদা লৈবা লাইরিকশিং থিগত্তুনা নৈনবা তাবকই।

হৌজিক হৌজিক থেংনরিবা অতেনবা লিলাগী খুৎইদা অনৌবা লিলা খুৎপুথোক্তা চঙশিনদুনা ষ্টেজগী একটিং এবিয়া অমদি লাইটকী ফিবম তাক্তুনা ময়েক শেংনা থম্বা থেংনৈ। সিন হোংবগী মতাংদসু অঙনবা মতমগী অঙ্ক অমগী লিলাগী শক্তমদা শিন অদুক যাম্না হোংদবগী ফিবম থুগায়দুনা মশিং ফনা য়াম্লবসু ৱারিগী মতুং ইন্না চঙগদবা শিন মখৈ হাপচিন্নরে অদুগা মরু ওইবা ৱাফম অমনা করিগুম্বা লিলাদা তোপ তোপ্পা নায়ক নত্রগা নায়িকা তোংঙান্না থমদনা কোবসতা চঙশিন্দুনা লৈবগা লিলাগী মতাংদা থোরক্তুনা মখোয়গী শরুক উৎপা অসিসু তোয়না শিজিন্নরে। অদুম ওইনমক দ্রমাতিক লিটরেচর হায়বশিগী মতাংদদি লিলা ইবা হায়বা থবক অসিবু নিংথিনা খঙবা অমদি মশাগী ৱাখল ময়েক শেংবা অইবশিংদি সাহিত্যগী মায়কৈদা মায় পাকপা অইবা ওইনা থোবকই।

সাহিত্য একাদেমীনা পুথোকলিবা লাইরিক অসিদা খোমজিল্লিবা লিলাশিং অসি চৎলিবা চহিচা অসিগী অনিশুবা তংখাই হৌরকপদগী ঙসি ফাওবদা ইরকখিবা মীওইশিংগী মরক্তগী লিলামচাগী লম অসিদা খনগৎপা য়াবমখৈ পূর্নাশিন্দুনা পুথোকপনি। ষ্টেজ দ্রামা অমদি রেদিয়ো দ্রমাদগী ফোঙলকপা অমদি ফোঙদ্রিবা খুৎই ওইনা লৈবা লাইরিকশিংদগী থিদোকলগা পূনশিনবনি, সাহিত্যগী মিৎয়েংদগী মনিপুরগী অতেনবা লিলাগী কাঙলুপতা লৈবা খনগৎপা য়াবা মখৈ থিদুনা খোমজিনবনি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা অইবশিংদি ময়াংলম্বম বিবমঙ্গল, জি সি তোংব্রা, মহারাজ কুমারি বিনোদিনি, অরাম্বম সমরেন্দ্র, এলাংবম দিনমনি, হৈস্নাম

কান্থাইলাল, অথোকপম তোমচৌ, পুখ্রম্ব শামু, ৱাইরোকপম কামিনি, নোংথোম্বম শ্রীবিরেন, ক্ষেত্রি সনাজাওবা, নিলধ্বজ খুমন, থোকচোম বিনাপানি, মোইরাংথেম ইনাও, বি কে ৱাহেংবা, খুন্দ্রাকপম ব্রজচাঁন্দ, আই এস কাংজমনি।

**ময়াংলম্বম বিরমঙ্গল (১৯০৯-১৯৭৯)**

লৈবাক অসিগী শক্লাইরবা লিলা তৌবা অমসুং লিলা ইবা মীশকনি। মনিপুরদা থিয়েটরনা চাওখৎলকপা অমসুং লিলা পান্বা মীওইশিংনা কাংবু কাংবু পুনশিন্দুনা লিলা কাংলুপ শেমগৎলকপা মতমদা এরিয়ান থিয়েটর (১৯৩৫) হৌদোকলকপদগী খরদং কোন্না শাগোন্ননা থবক তৌরকলবা মীওইনি, ষ্টেজদা একটর অমা ওইনা লিলা তৌবা, লিলা দিরেকসন তৌবা অমদি স্টেজ শেম্বদা থোইদোক হেদোক্লা হৈশিংবদা নত্তনা মহাক্লা শিংথানিংঙাই ওইরবা অশাংবা অমসুং অতেনবা লিলা কযা ইরম্মী। মহাক্লা থোইদোক্লা পুক্লিং চংনা খুৎথাবা মায়কৈদী মনিপুরগী ইতিহাসকী ওইবা লিলা ইবা অসিনি। মহাক্লা লিলা ইরকপগী অঙনবা মতমদা মনিপুরগী অরিবা ৱারি অমসুং রামায়ন মহাভারতকী ৱারিদগী শেম্বা লিলাশিং ইরবা মতুংদা শোক ১৯৫০ অমসুং ১৯৬০ গী তাঙকক অসিদগী মনিপুরগী ইতিহাসকী ৱারিদা খুৎ থারকথি। 'চরাইরোংবা, শিজলাইওইবী, পামহৈবা, নরসিংহ, পাওনা, গোমতী' নচিংবা মনিপুরগী ইতিহাসতা অচৌ অচৌবা থৌদোক ওইখিবা মীওইশিংগী ৱারিদা যূমফম ওইবা লীলাশিং ইরবা মতুংদা মহাককী লিলা ইবগী অথেংবা মতমদা লৈবাক অসিগী মীওইশিংগী পুন্সি অমদি নুংগী ওইবা অচুম্বা কয়াবু পুথোক্তুনা চৎলিবা মতমগী ওইবা ইতিহাসকী খোংচৎতা অনৌবা রেলিভেন্স পিননবগী পান্দমদা মৈতৈগী নেটিভ ফিলোসোফিদা য়ুমফম ওইবা লিলা 'সনামহী কোলু য়েখাইবা' মমৈদা চীংঙু খোংনাং থাবা' হায়না হেন্না মপুঙ ফাহনখিবা লিলা, 'খ্বাই কেক্রু' অমসুং 'লাঙ্গোললৈমা' ইরম্মী। লিলা খুৎইদা হান্নগী ওইবা মওংদা ইরবসু মৈতৈশিংগী মপুংফাবা অচুম্বা ৱাখলগী শক্তি কন্না ফোঙদোক্তুনা জাতি অসিগী মীওইশিংবু মশাগী অশেংবা মশক খঙহন্নবা হোৎনখিবা মীওইনি। মহাককী লিলা 'গোমতী' ওল ইন্দিয়া রেদিয়োদা অমদি এরিয়ান থিয়েটরনা স্টেজদা মায় পাক্লা উৎখ্রবা লিলানি। মহাককী অচৌবা 'লিলা চীংঙু খোংনাংথাবা' মৈতৈগী পণ্ডিত অমদি গাইদিং স্পিরিট ওইরিবা মাইচৌ খোংনাংথাবগা নিংথৌ পামহৈবা অমদি হিন্দু ধর্ম্মগী গুরু শান্তদাস অত্থুমগী কনফ্লিকট উৎপা লিলানি। লৈবাক অসিগী মৈতৈ লাইনিং চৎপা মীশিংগী খ্বাইদগী পামজবা লিলানি।

**জী সি তোংব্রা (১৯১৩-)**

মনিপুরগী দ্রামাগী ইতিহাসতা থোইদোক্লা শক্লাইরবা মীওই অমনি। ইং ১৯৩৭ তা সোসাইটি থিয়েটর লিংখৎলকপদগী শাগোন্নরকই। মহাককী অহানবা লিলা 'লমন খুম্বা' ইং ১৯৫০ দা ইখি। ঙসি ফাওবদা (১৯৯৪) লিলা ১০০ রোম ইগ্রে। অশাংবা লিলা ১০ মুক ইরবা মতুংদা ইং ১৯৫০ দা মহাককী অঙ্ক অমগি লিলা 'সমাজগী লাংলেন সহিত্য' রুপমহলগী স্টেজদা উৎলি। মহাক্লা মীওইববু মুন্না য়েংই, সমাজ অসিবু কুপ্পা নৈনৈ। মহাককী মরু ওইবা পোৎশকতি 'মী অমসুং হিংবা' হায়বা অসিনি। মীওইবা অমসুং সমাজ অনি অসিগী মরক্ত থোরক্লিবা ৱাফম ময়াম অসি তোংব্রাগী দ্রামাগী মচাকনি। অফবা সমাজ অমা, মদুদা মীওইবনা

হিংবগী অর্থ থোক্লা লৈজবা, অসিনি তোংব্রানা উরিবদি অদবু সমাজ অসিগী ঈচেন অসিনা মীওইববু চিংথুরিবা, মালেম অসিদা পোকপা মতমদদি চপ মান্ননা পোকপা, কনাগুম্বা অঙাংনা বককিংহাম পেলেসকী ৱঙ্গোনশঙদা পোকই, কনানা খ্বাইরম্বন্দগী চক্ৎ য়োনফমদা পোকই, থব্রায় অমদি হকচাং অদুদি চপ মান্নে পোকপা মতমদা, অদুবু সিস্টেম অসিগী মনুংদা চাওরকপদদি অঙকপা ফঙনা খেন্নবা অদু থোরকই, সিসটেম অসিগী মনুংদা খুদোংচাখিবা মীশিংনা মশাগীতা য়েংদুনা হিংখিবা, খুদোংচাহৌদবশিংনা হিংনবা হোৎনরকপদা অচৌবা অব্রাবা অমা ওইরকপা, অদুনা মহাক্লা মেন ইজ বোর্ন ইন বোন্দেজ, লিভস ইন বোন্দেজ এন্দ দাইজ ইন বোন্দেজ হায়বসিদা খম থেংনা ব্রাই। মসি কোক্লবা তোংব্রানা মহাককী লিলাশিংদা মীওইববু শিংগৎনবা হেন্নাস্নো ফগৎনবা, মশাবু অমসুং সমাজবু মশক খঙহন্নবা হোৎনরকই। অব্রা অনা, লৈত-লাইরা, লৈখা তারবশিং— গীদমক য়াম্না ব্রাই অদুনা মখোয় পুম্নমকসি অহিংবা মীওইবা ওইননবা, থব্রায়গা হকচাংগা পুন্না লৈমিন্নবা ঙম্মনবা মখোয়গী শক্তিগী মনুংদা লৈবা মখোয়না ঙমজবা য়েশা থবক তৌ, মদু অচুম্বনি হায়। মীগীদমক্তদি হিংবা হায়বসি খ্বাইদগী মরু নি হায়বসিনা তোংব্রাগী লিলাগী ইহুলনি।

মহাককী ড্রামা খুৎইদা ফাগীগী কুয়োমগা লোয়ননা আইদিয়াগী য়েৎনবা অসিনা য়ৃম্ফম ওই। মহাক্লা হায়নিংবা ব্রা চিংনদনা হায়দোকই। মহাককী কেরেক্তরশিংনা য়েৎনৈ, কপ্পী, নোকই, শি। মহাককী ব্রাখল ফোংদোকপদা মথৌ তারকপা সীন হেক্তা থাংজিন্দুনা থপ্মী। লিলাগী মওংনা রিয়েলিজমদা য়ৃম্ফম ওইরগা ফেনটাসিনচিংবা হাপচিন্দুনা মানা হায়নিংলিবদু ফোংদোকপসি মাগী হৈনবিনি। 'তাজমহল' লিলাদা তোংব্রানা সমাজগী সিষ্টেম অসিনা নুংঙাই-য়াইফ কাংলুপনা কয়াদা নুংঙাইনা পুন্সি লেনবা সহাজহাননা মহাককী নুংশিজরবী মমতাজগীদমক নুংশি নিংশিং ফ্রা শাবা ঙমখিবা অদুগা লাইর-মচা রাজমোহন্না মহাককী নুংশিজরবী রানীগা লুহোংবগী অহিং অদু ফাওবা লৈমিন্নবা ফঙজদবা, শিখিবা অসি উংলি। মহাক্লা অতোল-অতা, লাইর-চুদৎনবশিংবু মখোয়গী পুন্সিগীদমক মখোয়না ঙম্বা থবক অদু সমাজগী চৎনবীনা যাদ্রবসু তৌগদবনি হায়।

**মহারাজকুমারী বিনোদিনী (১৯২১—)**

মহারাজকুমারি বিনোদিনি থোইদোক্লা শক্লাইরবি অইবিনি। মহাককী ড্রামাশিং রেদিয়োগী ড্রামা ওইনা ইবা ঙাক্তনি অদুম ওইনমক ষ্টেজদা পুথোকপদসু অদুম নিংথিনা মায় পাকই। মসি মহাককী লিলা 'অশংবা নোংজাবী'না নিংথিনা প্রমাণ তৌখ্রে। বিনোদিনিনা মীওইবগী নুংগী ব্রাখল, নুংশিবগী অয়ৌবা পঙখৈ-ইটরনেল লভ হায়বসিদা খুৎ থাবশি মহাককী পামজবনি। সমাজ অসিদা মীগা মীগা লৈনবা মরিদা, নুপা নুপীগী থমোয়গী মরিদা মপানথোংদা নক্লা লৈমিন্নবদগী নুংগী ওইবা পনথুং অমা তানদুনা লৈবা, ফঙদি ফঙদবা, অদুগুম্বা মীওইবগী নুংগী ওইবা নুংশিবগী খোঙচৎ অসিগী ফজবা, মদুগী মৈরি অদুনা থমোয়নুংদা মুত্তনা চাক্তুনা লৈবদুগী অব্রাবা শক্তম অদুগী থোইনা হেন্না ফজবদু বিনোদিনিনা নিংথিনা ফোঙদোকই। মহাককী লিলা 'অশংবা নোংজাবী' 'ঙাইখো হিংমিন্নখিসি' অমদি 'কাওরবরা রাস শান্নবগী অহিংদো' হায়বা লিলা অহুমমক হায়রিবা থিম অসিদা ইবনি।— 'কাওববরা রাস শান্নবগী অহিংদো'

হায়বা লিলাসিদা য়েকলিবা প্রোফেসার নীলমাধব ৱাখলনা ঙস্বা, সমাজগী চৎনবীবু ঙাক্লা চৎপা পাম্বা, তৌবা য়াবা য়াদবগী খল য়েংনা খোঙ থাংজবা মীওইনি। মহাককী মতৈমগী সনাওনুপী রাধামানবীবু, মহাক্লা নুংশিজদুনসু সমাজনা করি হায়খিগদগে খনবদগী মহাককী নুংশিজরবী রাধামানবীনা মহাককী মখুত্তা মপুন্সিবু শিন্নথোকপদু নিলমমাধবনা লৌশিনবা ঙমহৌদ্রে। বাধামানবী অতোপ্পা নুপাদা লুহোংখ্রে মদুগী নিংঙমদবনা নিলমাধবনা মপুন্সি চুপ্পা অৱামৈশা পুদুনা লেনখি। নুংশিবা থুংনহৌদবগী, নিংঙমদবগী, নুংশিবদুবু কাওঙমদবগী ফজবদুনি বিনোদিনিনা য়েক্লিবা মশক, নুংশিবগী শক্তম, মসিগী পাউদমনা মীওইবগী থমোয়দা ফজবগী মশক থোকহনবা।

**অরাম্বম সমরেন্দ্র (১৯৩৫—)**

লিলা ইবশিংগী মরক্তা হৌজিক হৌজিক মনিপুরী থিয়েটরগী নমদা মথৌ অমা ওইনা থবক শুরিবা মীওইনি। মহাককী লিলা খুৎইদি মীওইবগী পুন্সি শক্তম অসি শেংনা অদুম্মক থস্বা (রিয়েলিষ্টিক) হায়বসিনি। মহাক্লা দাইলোগ অসি চেকশিন্না হৈ শিংনা অমসুং য়াম্না শক্তি লৈনা শিজিন্নৈ। লিলা হৌবদগী লোইবা ফাওবা সিন অমত্তদা উৎপা অসি মহাককী লিলাগী মওংনি।

সমরেন্দ্রনা মীওইবা অসি নিংতম্না হিংহন্নিংই, পুন্সি অসিদা হিংবগী নুংঙাইবদু ফঙহন্নিংই। মীওইবা হায়বশি হিংবগী অর্থ থোক্লা হিংগদবনি হায়বসি মহাককী ৱাখলগী মকনি। অদুবু সমাজ অসিদা চৎনরিবা সিষ্টম অসিনা মীগা মীগা মান্নহন্দবশিদা মহাক্লা থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইতে। সমাজ অসিদা খুদোংচাবা ফঙলবা মীওইশিংনা মখা থাহৌরবশিংব, নৈহৎপিবা অসিগীদমক য়াম্না থম্মোয় শোকই, অদুনা সমাজ অসিদা মমাঙ থানা চৎলিবা মীওই কাঙলুপনা মখোয়না চুপ্নে হায়না থাজরিবা ভেল্যুজ কয়া অদুগী অশোয়বদু পুথোক্তুনা, মখোয়না ওইরিবা শক্তম অদু উহন্দুনা মশা মথনতা মশক খঙজবগা লোইননা অশেংবো সমাজ অমগী ৱাখল খনথহনবা হায়বসি মহাককী দ্রমাগী খুৎফোঙদোকানি।

মৈতৈশিংগী পুন্সিদা ইতিহাসকী হৌগ্রবা তাঙকক কয়াদা মখোয়গী য়েক্লবাশিংগা থেংনরকপা, মীখা পোল্লুবদগী মরৈবাকপু নিংতম্নবা হোৎনবকপগী অচৌবা থৌদোক কয়াদা মীচম কয়ানা মপুন্সি কৎথোকখিবা, অৱাবা খাঙখিবা, অদুবু খুন্নাই অসিগী ৱাবিদ্দি মখোয়বু কনানসু নিংশিংবিখিদ্রবা, মী কাঙলুপ অসিগী ইতিহাসতা শক্তি মুন্নবগী থেংগাইনরকপদা মৈতৈশিংনা মশানা মশাবু হাৎতোকচবা মখোয মশেল মোৎ তিন্নদবা অদুনা মখোয়গী য়েক্লবদদি অচৌবা মতেং অমদি খুদোংচাবা পিরকখিবা অদুবু মৈতৈশিংনা খঙজদবা, মদুগী ফল ওইনা মখোয়গী অপূনবা খুন্নাইগী অচৌবা ট্রেজেদি ওইখিবা, মৈতৈশিংগী লমচৎতা আমগা তিন্নবা য়াদবসিনা খুন্নাই অসিগী লাযনা ওইনা লৈরকপা অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা ইবা লিলানি মহাককী 'শক খঙখিদ্রবা লানমী'।

**এলাংবম দিনমনি (১৯৪০—)**

লৈবাক অসিগী অইবশিংগী মবক্তা সাহিত্যগী লম আযাম্বদা খুৎ থাবা অইবনি মহাক্লা রেদিয়োদ্রামা অমদি অতেনবা দ্রামাদসু খুৎ থায়। শ্রীদিনমদিদা কন্না যৈবিবশি লৈবাক অসিগী

মীওইশিংগী অনৌবা কলচরদা শোকচিল্লকপা মত্তং কয়া আসিনি। শোকচিল্লকপা মওং কয়া অসিবু লমদম অসিগী মীওইশিংনা থাদোকপগী মহুত্তা হেন্না পান্না কোনশিন্নবা হোৎনবা অসিনা সমাজ অসিবু চাওখৎহনবগী মহুত্তা হন্থরকপগী থোইদোকপা মরম অমা ওইবা অমদি সমাজদা অমসুং ইমুং মনুংদা উংখৎনবা কয়া থোকহল্লিবা অসিবু মহাককী হৈনজবা ফাগীগী কুয়োমগা লোয়ননা পুথোক্তুনা লৈবাক অসিগী মীওইশিংদা ঝাখল খলহনবা অমদি মখোয়গী মরমচৎ খঙহন্নবা হোৎনবনি। 'অউনপোৎ লৈমা' হায়রিবা ঝাফম অসি ফোঙদোকপা রেদিয়ো দ্রামানি।

**হৈস্নাম কনহাইলাল (১৯৪১—)**

লৈবাক অসিগী শক্লাইরবা দ্রামাগী দিরেক্তর অমনি। দ্রামাগী দিরেকসন তৌবতা নত্তনা অইবা অমসুনি। মহাক্লা দ্রামাদা থৱাই য়াওরকপগী অঙনবা তাঙকক্তা ভারতকী নেসনেল স্কুল ওফ দ্রমাদা তমলুই অদুবু স্কুল অসিনা থৌশাবিখিদবদগী তম্বা হৌরুরগা লোইশিনবা ঙমখিদে। অদুবু মশানা দ্রামাদা পিথোরকপা মগুন লৈবদগী ঙসিগী ভারতকী থিয়েতরদা মশক থোক্লা লৈরবা মীওইনি। মহাক্লা দ্রামা পংয়াম য়াম্না ইদে অদুবু মহাক্লা ইবশিংগী মনুংদা 'তম্নলাই' থোইদোক্লা শিংথানরবা দ্রামানি। মহাক্লা সমাজ অসিদা অতোন অতাশিংনা মায়কৈ খুদিংদা অরাবা তাবা পুন্সিবু মশক থোক্লা উৎথোকপা মৈতৈ ফুঙ্গাৱারিদা য়ুফম ওইদুনা 'তম্নলাই' অমসুং 'কবুই কৈওইবা' হঁখি। মহাককী খুৎইদা গ্রীক দ্রামাগী মচাকশিং কোরস অমদি ফ্যরিজনচিংবা শিজিন্নে। 'তম্নলাই' উপায় লৈজদবা ইচম চমজবা ইরাল-লানজদবা মীশকপু মাগী অকোইবদা লৈরিবা ফত্তবা মীওইশিংনা য়োমশিনবদগী ফত্তবা মী হাৎপা ওল্লকপা উৎাল। 'কবুই কৈওইবা' লিলাদা মতু সোনজবা কনা লৈজদবশিংনা শক্তি লৈবশিংগী মখাদা অবা চৈথেং ফঙাখবাগং মশক শেংনা সমাজ অসিদা উৎথোক্লবা হোৎনৈ।

**পুখ্রম্বা শামু (১৯৪২-১৯৮০)**

থিয়েটরদা য়াম্না পুক্লিং লুপ্পা অইবা অমসুং দিরেক্তর অমনি। থিয়েটর পামজবা মীওই অমা ওইনা মহাককী ঝাখলদা য়াম্না য়ৈখিবশি মীওইবগী নুংগী ওইবা অচুম্বা মশক থিনিংবা অমসুং মদুবু পুথোক্লবা হোৎনবা অসিনি। পুন্সি অসিদা নুপা অমসুং নুপী য়ুম পানমিন্নদুনা মতৈ মনাও ওইনা লৈমিন্নবা অসিদা মখোয় মখোয়গী নুংগী ওইবা মশক অদু খঙনদুনা তিন্নরবদি অনি অসি অমত্তদা ওইনা পুনশিনখিদুনা মপুঙ ওইরবা অমত্তা ওইরবা পুন্সি শক্তম অমা ওইগদবনি হায়বসি মহাক্লা থাজবনি। অদুবু মীওইবগী অশোনবনা মশিংগী ফিভম অসি য়ৌবা ঙমখিদে, অদুনা মীওইবনা মপান্দা ফোংদোক্লিবা শক্তমশিং অসিদি নুংগী ওইবা অচুম্বা অদুগী ওন্ন-তৈনবা মশক্লী হায়না মহাক্লা লৌই। নুঙগী ওইবা অচুম্বা অদুদা তিন্নবা ঙমদবা মরম্না মপানগী ওইবা মওংদা মীওইবনা উৎলিবা শক্তমশিং অসি অমরোমদা ফাগীনি হায়না মহাক্লা থাজৈ। অসুম্না থাজবা অসিনা লমজিং ওইদুনা মহাক্লা নুংগী ওইবা অচুম্বা ইন্নর-ট্রুথ অসি পুথোকপগী লম্বী অসিদা খুৎ থাবনি মহাককী দ্রামা 'অয়েকপা লাই'।

**অথোকপম তোমচৌ (১৯৪৪—)**

লৈবাক অসিগী দ্রামা ইবশিংগী মনুংদা মরু ওইবা মীওই অমনি। এবর্সদ থিয়েটরদা চংশিনবা অইবনি। ঙসিগী চাউখৎলে হায়রিবা সমাজ, চেক, নুঙ অমদি বিলাটিমাটি গী য়ুগ অসিনা

ব্রাংখৎলকপগা লোয়ননা মীওইবগী মরক্তা থাজবা ধর্ম্ম অমদি মিনুংশিনা মাংথরকপা, মরম্নাই ওইজবা থিবগী চৎনরোলনা লাকহৎখিদুনা ঙসিগী মীওইশিংনা লৈখা তাথরকপা, মশিদগী মীওইববু কনজনিংবশিংনা ইচেল অসিগী অকনবা ইরৈনা লাকশিনখিবগী গতি লৈত্রবা ফিভম অমদি সমাজ অসিগী শোৎথহৌরবা কাঙলুপনা ঙসিগী সিসটেম অসিনা চপখাইরকপদগী ফাওরিবা চৈনাখোল শ্রীতোমচৌনা শাফু লৈনা ফোঙদোকই। মহাককী 'মিংশেল' এনটোন চেকোবকী ব্রারিমচা 'ক্রুকদ মিরব' না পিবা ইথিলদগী ঙসিগী মনিপুরি সমাজদা অতোং অরেম ওইরিবা কাঙলুপগী মরমচৎ, নুংগী ফত্তবা ময়াম লোৎশিল্লগা মপান্দনা অফ শাবা, হিপোক্রিসি অসি ফোঙদোকপা ড্রামানি।

**মোইরাংখেম ইনাও (১৯৪৫—)**

রেদিয়ো ড্রামাদা য়াম্না খুৎলোইবা অইবনি। লৈত-লাইরা অমদি অতোন-অতাশিংগী পুন্সিদা কুপ্না মিৎয়েং থমদুনা মখোয়গী পুন্সিগী ফিভমদা মনুং হুনজিন্না চঙশিন্দুনা মিনুংশিগা লোয়ননা মখোয়গী নুংগী ওইবা শক্তম অমা তত্তনা য়েরুবা হোৎনৈ। পুন্সিগী খোঙচত্তা নংখিবা শাথিরবা চৈথেংনা মীমান্নবা ঙমজদ্রবা মখোয় অদুগী নুংদা চাকলিবা মুৎঙমদবা মৈচাক অদুগী তত্তনা হৌদুনা লৈবিবা মৈরি 'লোন থোক্তবগী লোল' দা উৎলি।

**এন. শ্রীবীরেন (১৯৪৬—)**

মনিপুরগী লিলা ইবশিংগী মনুংদা এবর্সদ থিয়েটরগী মাইকৈদা চঙশিল্লকপা অইবনি। কুন শুবা চহিচাগী অনি শুরকপা তংখাইগী ময়াই চনশিল্লকপা মতম অসিদা ওইরিবা মনিপুরি সমাজবু মুন্না য়েঙলুরগা মসিদা থেংনরিবা সমাজ অসিগী মীওইশিংনা খোইরাং-খোইশাওনবা, নুংনাংবা, তং তাদবা পুন্সি শক্তম, মপানগী সভ্যতা কয়াগী চাওখৎপগী সংসার অমদা লুপশিল্লুরগা মশাগী পুন্সিদা অমুক হনজিল্লকপা মতমদদি মশাগী অশেংবা মশক থিব ফঙদবদগী অব্রাবা শক্তম শ্রীবিবেন্না মাগী পোইতিক ভিজন্দা ময়েক শেংনা উৎনবা হোইনে। অনৌবা সমাজ অসিগী য়াইতোং-খমদোংবা, সমাজ অসিগী মমাং থানা চৎলীবা, খুন্নাই অসিবু মমায় চুমদুনা পুগনি হায়দুনা শক্তিগী ফম্বাল তান্নরক্লিবশিংনা মীচম প্রজাশিংবু মখোয়গী খোংনেৎফম ওইনা শিজিন্নদুনা মীচমশিংগী মথক্তা নেৎতুনা কাখৎখিবা, সমাজ অসিগী মপুং ওইবিবা মীচমশিংনা খোংনেৎফমতা ওইদুনা লৈহৌবা মহাককী 'কৈরাক' তা উৎনবা হোৎনরি।

**আইঃ এসঃ কাংজম (১৯৪৬—)**

ইবোহল সিংহ কাংজম, মনিপুরি সাহিত্য গী লমদা মায়কৈ শুনা খুৎ থায়, অদুম ওইনমক অতেনবা লিলাদদি অঙ্ক অমগী লিলা হায়বসিগী য়াম্না শেংবা যুক্ষমদা অতম্নানা খুৎ থাবা অইবনি। সমাজ অসিদা অরিবা মীরোন অমদি অনৌবা মীরোন অনিগী মরক্তা অহোংবা চৎনলোনচৎনা থোকহনবা প্রোব্লেমশিং, লৈবাক অসিগী অচৌঅশাং, লৈবাককী থবক পুরিবা ফম্নাইবশিংনা মশাগী মবন্নাইগীতা য়েঙবা অমদি অচুম্বা থবক তৌদবা, অরানবা থবক থৌশিন্না মরাল লৈজদবা অচম্বা মীওইশিংনা অব্রাবা নঙবা অমদি মপুন্সি মাঙবা অসিনচিংবা মনিপুরি সমাজ অসিগী শোকথরকপা শক্তমশিং অসি পুথোক্তুনা লৈবাক অসিগী মীওইশিংদা খঙহন্নবা অইবা অসিনা হোৎনৈ। সমাজ অসিদা অনৌবা ইডুকেসন অমদি ইকনমিনা হোংহল্লকপা

ভেল্যুজ অমদি মৈতৈশিংগী পুন্সিদা থোকহল্লিবা ইন্টরনেল কনট্রাদিকসনশিং মহাককী 'স্কুটর'হায়বা লিলাশিংদা উৎলি।

**ক্ষেত্রি সনাজাওবা (১৯৪৭—)**

অতেনবা লিলাগী ইহৌগা লোয়নরকখিবা অইবনি। মীওইবগী অৱা পোলোইবু থোকহল্লিবা ফিবমশিং অমদি মীওইবগী থবককী থৌইনশিন ওইহল্লিবা ৱাখলগী ফিবমদা ৱাহং তৌবা মহাককী খুৎলোইবা পরিংনি। এবর্সদ দ্রামাদা চঙশিনবা অইবনি। সমাজ অসিদা মতমগী মীওইশিংনা মথৌ অমমমদি পান্দুনা হিংনরিবা পুন্সি অসিদা হিংলি হায়বগী, অদুবু মও মরিল চুন্নবা পুন্সি শক্তম অমদি ওইবক্তবা, মীওইবগী থাজবা মাঙনরকপা, মীগা মীগা থাজনরক্তবা, মীনা মীবু চিংনরকপা, ৱাখল অমদি লম্বেল কদোমদনো খঙলক্তবা অদুন্নদি ওইরগা শাফবা পুন্সি অমগী খৌরাংবদি লৈরিবা শক্তম অমা য়েকলি মহাককী 'নোংশিদা ঙানখিসনু,' হায়বশিদা।

**বিঃ কেঃ ৱাহেংবা (১৯৪৭—)**

মীওইবগী পুন্সিগী মরমদা য়াম্না লুনা ৱাহং তৌবা অইবনি। মঙোন্দা লৈবাক অসিগী নেটিভ ইলিমেন্টসশিংগী ফজবনা অকনবা শাফু পি অদুগা নাকল অমরোমদা মীওইবগী পুন্সিদা অমদি ৱাখলদা অরুবা মেটাফিজিকেল ওইবা ৱাহং কয়া তৌই। মীওইবগী পুন্সি, হিংবা, শিবা অমদি নুংশিবা হায়বসিদা অরুবা ৱাহং কয়া তৌই। সিম্বোলিজমদা চংশিনবা অইবনি। ঙসিগী সমাজ অসিদা চৎনরিবা ভেল্যু সিসটেম অসিনা মথং-মথং হোংলকপদা হেন্না ফজবা মশক হোংলকপদি নত্তনা হেন্না থিজিল্লবা মশক ওল্লকপা অসিদা ঙসিগী মীওইশিংনা ফাগীগী শক্তম ওইরকপা উৎলি মাগী লিলা 'ফাগীগী মাইখুমদা'।

**ৱাইরোকপম কামিনি (১৯৪৮—)**

মনিপুরগী দ্রমা ইবশিংগী মরক্তা লিলা খুৎইদা সিমবোলিজমদা খুৎ থাবা অইবনি। মাহককী দ্রামাগী ইশুলদি হিউমেনিজমনি। ঙসিগী সমাজ অসিদা হিউমেনিজমনা মাঙথরকপা অসিদা অইবা মশাদা শাথিনা অৱাবা ফাওই অদুনা অইবনা হিউমেনিজমবু থিনবা হোৎনৈ। সমাজ অসিদা লৈরিবা মীওই খুদিংমক মীওইববু নুংশিবা খঙদবা নত্তে অদুবু ঙসিগী সমাজ অসিদা মীশিংশিনা লন্নাই কান্নবা থিনরকখিবা, মরন্নাইগী য়েংনরকখিবনা মীগা-মীগগী মরিদা, মীগা সমাজগগী মরিদা অমগা অমগা মান্নবা নুংশিবগী মরি থাপ্পা থাপ্প হুন্দোকলম্মী। পুন্সি হায়বসি অৱাবা শকফম অমা ওইরকই অমদি অৱাবসি মায়য়োক্লবা তারকই। কামিনিনা অসিগুম্বা অৱাবা শকফম ওইরিবা পুন্সি অসিদগী নুংঙাইবা মকালাম্বা পুন্সি শকতম অমা ওইরক্লবা মীওইবনা মশাগী ওইবা কৎথোকপগী শরক খরা থমগদবনি হায়। অসুম তৌরবদি হিউমেনিজম অসি শাগৎপা ঙমগনি হায়না মহাক্লা খল্লি। ৱাখল্লোন অসিদা য়ুমফম ওইবনি মহাককী দ্রামা 'হিংনিংলিবা থৱাই'। কামিনিনা সিমবোলিজমবু য়াম্না পাপ্না শিজিন্নে মরমদি শৈরেংনা পিক্লবসু অচৌবা কেনভাস অমা থম্বগুম্না দ্রামাদা সিম্বোলিজম্না অচৌবা কেনভাস অমা য়েকপা ঙমগনি হায়বসি মহাককী ৱাখলনি।

**থোকচোম বিনাপানি (১৯৪৯—)**

লৈবাক অসিগী নুপী লাইরিক ইবিশিংগী মনুংদা রেদিয়ো দ্রামাদা য়াম্না খুৎলোইবী আইবিনি। সমাজ অসিদা মানা মানা ঙমজবা নোমজদুনা হিংনবা হোৎনরিবা পুন্সিদা চুম্নগী মীচমশিংনা ব্রাজবা, মসিদা অমুক নুপীশিংনা কযাগী মতিক নোমজবা অমদি কয়াদা ব্রাজবা, মরক অসিদা সমাজ অসিনা নুপীবু থৌশা-ব্রাশাবিদবা, থোইদোক্লা মতুশোল্লবিশিংবু তুহৎপিবা, শান্নপোৎকুম লৌবিবা বিনাপানিনা উৎনবা হোৎনৈ। মতু শোল্লবা, তুহৎপিরবা নুপীগীসু থম্মোয় অমদি লৈরি নুংশিববু থৌরাংজবা, হিংবদা ব্ররবা সমাজ অমদা, মীখা থারবা পুন্সিদা নুংশিবগী পান্দম অমগা লোয়ননা পুন্সিদা শিংনবা কয়াবু মায়য়োক্নদুনা নুংশিবা মাগীদমক মশা ফাওবা মিনাই ওইদুনা হিংগে চায়জবা নুংশিবগী থম্মোয় অমগী শক্তম মহাক্লা 'লৈমন চল্লবী' দা উৎলি।

**নিলধ্বজ খুমন (১৯৫০—)**

দ্রামাদা থব্রাই চঙবা অইবনি। মহাক্লা সমাজ অসিদা হিংলিবা মীওইশিং অসিগী পুন্সিদা মনুং হুনজিন্না য়েঙদুনা মীওইবনা মশা মশানা পামজবা পুন্সি খুৎলেন অমদা হিংজনিংবা অদুবু মহাক্লা লৈরিবা সমাজ অসিগী তৈনবা মওং কয়ানা মশাগী অনিংবা অপাম্বগী মায়য়োক্তা থোরকপা ফিবম কয়ানা অচৌ-অচৌবা পল ওইদুনা পুন্সি অসি কমদুনা মাঙখিবা, পুন্সি অসিবুদি মপুংফানা হিংজনিংবা অদুবু সমাজদগী শোৎথহৌরবা ফিবমনা ব্রাখলগী পোৎলুমতমক পুদুনা হিংলিবা মীওইশিংবু থোইদোক্লা মিনুংশিগা লোয়ননা খুৎ থাবা অইবনি। মসিনি মহাককী দ্রামা 'ইপোম অমদৈ ইথক'।

**খুন্দ্রাকপম ব্রজচান্দঁ (১৯৫২—)**

অথেংবা মতমদা থোরকপা অইবশিংগী মরক্তা য়াম্না হকচিন্না ব্রাখল খনবা অইবনি। মহাক্লা ঙসিগী সমাজ অসিবু মুন্না য়েঙই অমসুং ঙসিগী সমাজদা হিংলিবা মীওইশিংগী পুন্সিগী মশকপু উৎথোক্লবা হোৎনৈ। ঙসিগী মীওইশিংনা নুংদনা অমা খনবা পান্দনা অমা তৌবা অসি মহাক্লা লক্লদুনা ফোঙদোকই। অশেংবা 'মী' হায়বদু লৈরিব্রা হায়দুনা মহাক্লা হংলি। ব্রাহং অসিনি মহাককী 'শ্রীতোম্বা অমসুং কৈ'।

লাইরিক অসিদা খোমজিল্লিবা অইবশিং অসি ২০ শুবা চহিচাগী অহানবা তংখায় হৌরকপদা ইং ১৯০৯ দা পোকখিবা ময়াংলম্বম বিরমঙ্গলদগী হৌরগা ইং ১৯৫২ দা পোকপা খুন্দ্রাকপম ব্রজচান্দঁ ফাওবদা চাওরাক্লা চহি ৪৫ রোমগী মনুংদা থোরকথিবা মীওইশিংনি। মখোয় অসিদা নত্তনা অতৈ অইবা খরসু লৈহৌরি, মখোয়গী দ্রামা লাইরিকশিং নৈনবগী খুদোংচাবা ফঙ খিদবদগী দ্রামা লাইরিক খরদি চিৎথহৌরে হায়না খল্লি। অদুম ওইনমক লাইরিক অসিদা খোমজিল্লিবা দ্রামাশিং অসিনা অতেনবা মনিপুরি দ্রামাগী মশক্তি তাকপা ঙম্লগনি খল্লি।

লাইরিক অসিদা শিজিন্নরিবা বনান অসি অইবশিং অসিগী মশা-মশাগী বনান্নি।

ইম্ফাল

ফেব্রুরারি ১৭,১৯৯৪ ইং। অরাম্বম সমরেন্দ্র

# কাউরব্রা রাস শান্নবগী অহিংদো

(রেডিও ড্রামা)

অইবী
এম কে বিনোদিনী

## মীশক তাকপা

প্রোফেসার নীলমাধব— চহী নীফু হেল্লবা নুপা অমা।
রাধামণি— নীলমাধবকি মতৈমগী মনাওনুপী। চহী ৩৫/৩৬ কি লেং।
তাঙৌ— কুইনা লৈরকলবা নীলমাধবখোয়গী মনাই।

**(রাস শান্নবগী পুংখোল)**

প্রোফেসরগী খোজ্জেল-নোংমা। নুমিৎ অদো বসন্ত পূর্ণিমা মতুং হুমনি কোনবা নুমিনি। ইতৈমগী মপামলোমদা রাস অমা শান্নবদাইদো। নংসু নিঙ্‌শিংলমগনি নখোয় ইমুং মনুং হু-পনা রাস য়েংবা চৎখি বামন মাণ্ডবতা। ঐবু য়ুমশঙবা ইতৈমনা নেকলক্ষ্মী নংদি কুম্মৈ য়েংদনা তন্না হল্লকখি। করিগীনো মরম চপ চাবা খঙলুদে নংনসু তাকখিদে অদুবু ঐনা নুমিত্তুদা লানখি। ঐ লানখরে মদুগী প্রায়শ্চিত্তি পুনশি চুপ্লা তৌবা তারবরা। ঐ য়াই ঐ লানখরে নঙোন্দা লানখরে অদুবু পুনশি চুপ্লা দণ্ডি ফংবদি কনানা হৌনবগে? ফৈ দণ্ডি অসি ঐ খাঙগে। অদুগা মবাল চুমথোকপা ঐ লাকলক্ষ্মী হায়বা অসিমদি নংনা খঙলরোইদকো।

**(মিউজিক্)**

প্রোফেসর নীলমাধব— তাঙৌ ঐগী লাইরিক ইনবা ফানদুদি?

তাঙৌ — লাইরিক ফানদো, পুরককে খুৎ থাদোকপা য়াদবা থবক অমা তৌদুনা তৌবনি ... সি থম্মুরা? করিনো হৌজিক্লা লাইরিক ইদৌরবরা তৌবিসিবু। সন্ধ্যা য়াচংবদবু কনানা ... ঙহাক লৈরগা ইয়ুদনা।

প্রো :নীল — ইস থাংমৈসিদি তেঙ্গালিনা পুম্‌মম্ মমলেদনা। কয়া কুইরে শেংদবা? খরা শেংদোকপা য়াদ্রা? ঐনা লাইরিক ইবা হেক লেপ্লগা হেক্তা শেংদোক্তবা অসিবু তাঙৌ, নংসিমা নুঙাইখিদ্রে। মিৎপু তাঙবা তারেনে, ঐবু অসুম লাইরিক ইহল্লবদি।

তাঙৌ — পরফেসার কব্রারে ময়ামসে বিজুলীনা পুংলং, ঐখোইগীসিদা মঙাইরে মবেনশিজ লৈশারিঙৈগী লেমতোন্না হোৎনরিসে। ঐখোয়না তৌরিসে খিত্তংদি হাকমনখ্রেকো। ইমুং অমতা পুথোরকউ বিজুলি থান্দবা কনানবু রাজগে নরান লেপ্পসিবু হৌনবরা? নুঙাইববা লেমতোননা লাইরিক ইবসে? কনাগী দণ্ডিনো তৌরিবসিবো। লাইন হায়রা সরকারনা মরাইনা পিজগনি। পানগে লাকই পামদে হলহনখিদো করিনো নংনা পামলিবসে ঐতদি মখঙদরে।

প্রো : নীল — খঙদ্রগা তোকয়েদনা। নংনা নিংববু মহাভারত, রামায়ণ লেংবা মুনিশিংদুবু বিজলী মৈঙান্দা ইরমগনি নীংবরা? ঘিগী থাউমৈ নত্রগা মৈ য়াঙদুনা ইরমগনি।

তাঙৌ ইবুঙোনদি মুনি ওইনি হায়দনা হোৎনরিবা মীনদি মুনিনি হাযবিদেনে চূকশাবগী বা ঙাক্তা খন্নেনে। অদুগনে ইবুঙো বিজুলী লৈরম্লবদি মহাভারত, রামায়ণ য়াম্না ইরমগনি— ঘি থাউমৈ ওইবদুননে অমনিতা ইরমলিবা।

প্রো : নীল (নোক্লুনা) ইস্ তাঙৌ নংদি প্রোফেসর মবক্তা য়াউদুনা তৌরিমাল্লে ব্রা ঙাঙবদা পণ্ডিত ওইরেনা। হৌজিক্তি কৈদৌরিবা বিজলী মৈঙান্দা ইবা মহাভারত রামায়ণ থোরক্লব্দি ? মুনি পোক্তে অসিরা ...

তাঙৌ অদুবু চীংহি চক্ষু কোক্তা পুররগা লুদবদি করি কান্নে।

প্রো : নীল ফরে ফরে তোকলসি, ঐগী থাওমৈ অসিদদি অমুক্তা শেংদোকপিয়ুদনা। (মপালদা থোঙ থীনবগুম্না মখোল অমা তাবা) কনানো মখোল অমা তায মী লাকপ্রা তাঙৌ।

তাঙৌ লাকলগা মরাইনা কৌজরককনি। লাকসু লাকখ্রে কদাই কদাইদৈনো। ঐবু চেংশু চামশিল্লুরে থাংমৈসিবু শেংখিদ্রা ?

প্রো : নীল তোকও অদুগা ঐ তৌজরগে। মোমবতী অমা পীগে হায়রগা পীয়ু, অদুসু লৈত্তে হায়দুরা।

তাঙৌ ইবুঙো ...

প্রো : নীল কবি অমুক তৌরে।

তাঙৌ চাকখুমসিবু য়াদ্রেনে থোংবা। কয়াদি কুইরে ইস্তোপ্তা ইমুংদা থোংলিবা। সরকারদা চে অমত্তদি ইয়ু কৈদৌগে। ফরিবরা তৌরিসিবো ইমুংসিদা চাকসু থোংজিন মী-পোং লাক্লগা ওন্থোক্লা ইকাইখ্রে সৈত্তা। ফমফম কানি হায়দনা অমা পিবসিসু দান তৌথোকখ্রেদো।

প্রো : নীল হয়েং ইগে খরা নিঙশিংলকউ। তাঙৌ ঙসিদি ঐ খরা থেঙনা লাইবিক ইগে নং চাক চাথোক্লগা তুম্মো ঐবু ঙাইনুকো পব্লিশরনা মহা ওইবে থৌবনা।

তাঙৌ করি কান্নে পব্লিক্সারগী কান্ননবা তৌরগা ইবুঙো। অদুবু চাকত্তি থোংবা হৌরে হোরেন চারবদি ইঙবনা লোইবনিনে চখোম মুক্তং চারগা ইয়ুদনা।

প্রো : নীল হ্: নং অদুম চাথোকও ঐ কোন্না চাবগে

তাঙৌ ইবুঙো।

প্রো : নীল করিনো করিমুক তৌরগে। নংগী রিপোর্ট অসে য়ামখ্রেদকো।

তাঙৌ ঐগী ইসুনুপীদো মঙানি পানবদা লুহোংগনি হায়দনা পাউ লাকই। খরা হান্না চত্নুনা নোম্না লিকপা য়াউরু গেনে ঐবো। য়ুমদা মঙানি তরানিদা চৎলুগে হায়ববু করি হায়বা ?

প্রো : নীল কদাইদা চৎকে হায়বা ?

তাঙৌ ওন্থোকপনিদা মীনা ঙসাইনা হায়বসে তাদমাল্লেনে। ইবদু ঙত্তাক্তদি তোকখোদনা ঐনা হায়রিসে তাখো। য়ুমদা মঙানি ১০ নিদা চৎলুগে

| | |
|---|---|
| | ইশুনুপীগী লুহোংবা য়াউরুগে। |
| প্রো : নীল | ঐদি কনাগা লৈহৌবা |
| তাম্ভৌ | অদুগীদি ঐনা লোইনা শিল্লেদা। ওজা দরেনগী য়ুমদা লৈবা নিপামচাদুনা তৌবিগেয়ে নংনবা |
| প্রো : নীল | মীঙোন্দা হায়বুনু তাম্ভৌ ইরাইনা হোটেলদা চাজনি অদুবু লুহোংবা অসুক ব্রাৎলিঙৈদগী কৈদৌরুগেগে চৎলুরগা। নোংমা নিনি ব্রাৎলিঙৈদা চৎলগা লোইরে। |
| তাম্ভৌ | অদুবুদি ইবুঙোদি কদাই খঙনি। (অমুক মপালদা মী লাকপগী মখোল) মী লাকমাল্লেনহে ইবুঙো, হৌজিকপু কনানোনে ... অমুক্তা য়েংলুখিগে। তানজা মেনজা চাদনা লাকইদা ... |
| প্রো : নীল | ঐনা ঙসাইনা মী লাকপা মখোল তাখি হায়দরা ... তাম্ভৌ কনানো ... কনানোনে মানা ব্রা ঙাঙনরিসিবু ... কনানো কনা লাকপগে ? |
| তাম্ভৌ | (চংলক্তুনা লোল্লপনা) ঐখোয় ইবেতোননে ইবুঙো। |
| প্রো : নীল | ইবেতোন হায়দি ? |
| তাম্ভৌ | ইতৈমা ইবেম্মাগী মনাও নুপী ইবেতোন রাধামণি খঙদ্রববা। |
| প্রো : নীল | মাদি করিগী ... কদাইদগী লাকইবা ... করিগীনি হায়গে ... চৎপ্রববা ? |
| তাম্ভৌ | চৎতে মপালদা ফমলি। ঐবু ময়ুম ফাউবা অমুক্তা লেপ্লীয়ু হায়নে। |
| প্রো : নীল | কদাই চৎলুরিবনো মাবু ? |
| তাম্ভৌ | হাইমা ইবুঙো নং খঙদ্রা ? ওজা দরেনগী মচানুপীশিংদো প্রাইভেট তম্বীরিয়ে। মখোইগী মীনা হেক হেক থিনবিবনি ঙসিদি মখোয় ইমুংদো অনাবা অমা য়াউই হায়ব্রা ইকাইরেয়ে হায়বা। ঐবু অমুক্তা লেপ্লীয়ু হায়রিবা ঐগদি ইতৎ তত্তনা উন্নেদা। |
| প্রো : নীল | থিল্লুরোদনা অদুগা। লেপতনা লৈরগা করি কান্নে। |
| তাম্ভৌ | চাক্তি থোংগৎলুরে অদুনা কমদৌবা অদুবুদি ঐগা ঙাঙনরেদা মপালদা ঙহাক ঙায়খিগেয়ে। |
| প্রো : নীল | ফৈ থিনবিরু ... তাম্ভৌ ইমুংদা ঙাইবনা ফত্রা ... ঐ চৎথোককেনে লাও হায়য়ু। মনুংদা ফমসনু চংলকউ হায়রুচো। ঙাইখো তাম্ভৌ ঐগী ফুরিৎ ম্তেকতুদি ? ও... আ লৈরে য়ারনি য়ারনি... ইয়ুংদনা ফৈনে মপালদদি ... ও চংলকউ। ঙসাইনা ইমুংদা চংলকপা য়াদ্রা ? ইমুংদা ফমলগা ঙাইবনা ফৈনে ... তাম্ভৌ ... নংগীদুনা কয়া ব্রাৎলিবা ... |
| তাম্ভৌ | ইবেতোন মোরাসিদা ফম্মুসে। ঐ ঙহাক্তনি চাক লোইশিল্লমলগা চৎলসি। য়েনছাং কোন্না থোংলগে। |
| রাধামণি | য়াইদা তাম্ভৌ তপ্পা তৌ (খিত্তং নোক্তুনা) ঙসিদি খুদোং অমা চাদদুনা তৌবনি ইতৈবুঙো। খরা ঙল্লবদি ঐসু ইতোমতা চৎপনি। থেঙলগনা মখোয়না অদুম থিনবী। মখোয় ইমুংদো য়াম্না চেয়হৌই অঙাং উন্নগদৌবা |

| | |
|---|---|
| | অমা য়াউমাল্লে। ঐসু খরা থেঙদোকখরে অদুদা (নোক্লুনা) তাঙৌ হেক্তা থিলহল্লগে হায়দুনা চংলকলবা। |
| প্রো : নীল | য়াই কৈসু কায়দে। তাঙৌ খবা থুনা লোইয়ুসে। কদাই তান্না থিনদৌরিবনো অসোমদবা ? |
| রাধামণি | (নোক্লুনা) হান্নগী য়ুমদনি। থোইনা কুইনা চংলোই তাঙৌ হল্লকপা। |
| প্রো : নীল | অদুগী নত্তেদা। ... ঐখোইদদি চৎলু লাকলুদ্রবরা ? |
| রাধামণি | কুইরে ইচেহোই চৎলুদবা। নহাল ইবুঙোগী লুগুণ থাংবা নুমিৎতা চৎলুবদগী চৎলুদ্রি। |
| প্রো : নীল | নুমিৎতুদি ঐসু লাকলক্মী উরমদেনা। |
| রাধামণি | উরমলবসু খঙলোই। ঙসিবু তাঙৌনা ঐনি হায়না তাকলমদ্রবদি খঙগদ্রা ? |
| প্রো : নীল | ঐবুদি খঙগদ্রা তাঙৌনা হৌজিক ফাউবা ঐগীদা লৈরমদ্রবদি। |
| রাধামণি | মদুদি খঙবসু য়াই। |
| প্রো : নীল | মাদু ঐ থাজদে। |
| রাধামণি | থাজদবা যাম্না পুন্সিদা থাজবা তাই। থাজদে হায়দনা কনাদা ওইনরুনি। তাঙৌ কবি পাংঙুগে ? (হৌগৎখিবা) |
| তাঙৌ | লোইবগে লোইরগে ইবেতোন। |
| রাধামণি | কবি পাংঙুগে কৈনো থবক অমত্তদি পীয়ুদনা ঐগীসু। কৈদৌরে তৌবিসিদে, চাকসু কৈসু তুমফম কাদা থোংলবরা নখোয় ইমুংসিবু চাকখুমকা লৈজদ্রা ? ইস চাইরিময়ামসিদি। |
| তাঙৌ | অদুগীনিনে ঙাঙনরিসে। চাখুম অসি থোংবা য়াদবা থা অহুম মরি শুরে। অদুতবু নখোয়গী নতৈবুঙোসে খরা হায়য়ু হায়বা য়াবা কৌবা লৈতে। ঐখোয় ইমুংদা তৌরিসিদি ইবেতোন ইবু ইকাইদা নংগী নমাংদা। কা অহাঙবা অমা লৈবসিসু কনানো ছাত্র অমা লৈফম ... লৈতে হায়দনা মঙোন্দা পীথোকপ্লে। অতৈ অমদা হায়বা কৌবা লৈতে, য়াই হায়বা খঙদনা ঐখোইগী ওজা পবফেসার অসিতদনি মখোয়না নৈররিবা। ছাত্রদুনা অমুক কমদৌরি সোদা লোনখ্রবা, ঐখোয়দি মশকপু উবা ফংদে। |
| প্রো : নীল | ফবে ফরে মীৱা ঙাঙ্লনু। নংনা তৌগদৌবা তৌদৌবা তৌ। ফত্তেসে মী কুইনা ঙাইবা। |
| রাধামণি | তাঙৌ ঐনা কুইনা ঙাইবগীদি থোইনা খল্লুনু। ঐনা কুইনা ফমলগা ৱাই চিনগদরা অদুদুম তান্নৌ। |
| তাঙৌ | এ করি ৱাই চিল্লুদগে ইবেতোন। ঐখোইদি শাউরিবনিনে চংলক্তে হায়দুনা। ঐখোয়বু অতোপ্পরা ? |
| প্রো : নীল | তাঙৌ কনা অমনা খঙনা খঙনা তৌগে মতাগুম মীগী মথৱাই শোকহল্লি। কনানা মশা ফাউবা খঙদনা মীগী থৱাই নাবা থবক তৌই। ফলদি অমত্তনি। অদুবু চপ মান্নবদি নত্তে। নং ঙসাই শাউইদনা নয়ুম চৎকে য়াদে হায়দুনা, |

ঐসু শাউই নংনা নয়ুম চৎকে হায়দুদা অদুবু ঐনা শাউবদি নখোয়না মরম চাদে হায়নিদো। কনানা নিঙাই তৌফম লৈতদুনা শাউই, কনানা ৱাকৎফম লৈতদুনা কপহৌই। অদুবু নোংমতংদি বিচার লোয়শঙ অমদা কাদুনা ৱাফংননিংবনি।

তাঙৌ — অদুদা ইবুঙো চৎতবদি য়াদবা। মবেল লৈরবদি ফৈদো। ঐসু সুম লৈথোক্লবদি মপুক য়াম্না নুংশিগনি ইশুদো। ঐগী ইশুনুপীনিনে লুহোংদৌরিসে ইবেতোন।

রাধামণি — থাবলনা পোকপরা তাঙৌ।

তাঙৌ — ইস নুংশিদা কাউদ্রিবোইরে ইবেতোন। ঐনদি খরা হান্না চৎতুনা নোম্বা লিকপা য়াউনিংলিবা ইবুঙোনদি নোংমা নিনি ৱাৎলিঙৈদা চৎলু হায়রিবা।

রাধামণি — চুম্মী কৈদৌগে মাগী মাগী য়েংবা হায়বসে হৌনশানি। তাঙৌসু চৎনিংলগা ফুক হেক হৌগৎতুনা চৎখো কানানা খাম্বা ঙমগনি। কনানা ওইজবা থিবদা লমজেল য়াঙনা চেল্লি। কনানা খুদি থীদুনা লৈহৌই। কনাসু লান্দে তাঙৌ নংসু চৎখো করিসু কায়দেদা।

তাঙৌ — অদু য়াদদুনা তৌরিবনিনে ইবেতোন। ইমুংসিদা লৈরিবদি ঐখোয়নিতা। ঐসু পঙনা য়ুমকা চৎপা নত্তেনে। নখোয় নতৈবুঙোসে মতোমতা করম হায়না লৈহৌনি। ইমুংসিদা নুপী অমা নহামা লৈরবসু ফৈদো কনানবু চহী নিফু হেল্লা ফাউবা নুপী অমতা পুরকপা ঙমদবসিদি ...

প্রো : নীল — তাঙৌ ঐগী লাইরিক মখুম অঙাংবা পানবদু কদাই লৈ। চবেৎ চবেৎ ঙাঙদৌ শরুকপুদি অমুক্তা লাল্লোরাওসে।

তাঙৌ — খুৎসিনা ? হো কনানো কনানো ঐবু অমুক কৌরিবসিবো। লানগে লানগে ইবুঙো কনানো ঐবু কৌরিসে ঐমুক্তা য়েংলুখিগে।
(ঙহ্যক তুমিন্না লৈনবা)

রাধামণি — ইতৈবুঙো ঐ লানজগে য়াগদরা ? কদাইদা লৈ ... আলমীরা অসিদরা ... মমিং অমুক্তা হায়বিরকউ।

প্রো : নীল — মথককী শেলবতা লৈবনি। এশিয়ান আর্ট কৌবনি। আ অসোমদা কাচিন থংবদা অং চুমলে (নোকপা)

রাধামণি — কৈদৌরগে ইতৈবুঙো ...

প্রো : নীল — ঐনা পাখোল শীবদা নংনা শাউবদো নিঙশিংলকই।

রাধামণি — নিঙশিংদবনা ফৈ। ইস ওস্তোকনা লুর লুরবা লাইরিক নৈনবিরেদা। করি লাইরিকনো হন্দক ফোঙগদৌরিবসিনা।

প্রো : নীল — করিসু নত্তেদা। পংই ইবনি থবক লৈতদুনা।

রাধামণি — ফৈনে থবক লৈত্রগা পংই ইবা ঙমলিবসে।

প্রো : নীল — নংবু ঙমদ্রা ?

রাধামণি — অহাঙবা কোক্তি থবক লৈরবসু লৈত্রবসু পুংহাঙ হাঙই ইতৈবুঙো। থবক

খরদি তৌই হিংনবা অদুবু শাজে কিবা শগোলনা সার্কসতা জগোই শাবগুম্বনি শানিংদুনা তৌবা নত্তে। োককী শিজিন্নফম খঙদবনিনা লাইরিক খরা তমহৌরমদ্রবদি নহালনা চরা হেন্দুনা শিরমগনি।

| | |
|---|---|
| প্রো : নীল | অদুনদি কোক অসি পুংহাঙ হাঙবদি নত্তেদনা, শিজিন্নরগা নুঙাইনা চারিদনা। |
| রাধামণি | মপালথোংদা উবা ঙাক্তনবু চুমলবদি করি ব্বারুনি ইতৈবুঙো— তাঙৌ লোইরবরা ? |
| তাঙৌ | (তাঙৌ চংলকপা) লোইরে লোইরে ইবেতোন। অদুবু ঙহাক্তংদি ঙাইরম্বা তারেনে। করিগীনো খঙদে ওজা দরেনগী ইবেম্মনা লাকউ হায়দনা কৌবা লাকই। শৎ অমুক্তা হংদোকলুখিগে। ঐ অসিবু চেন্নবিবসিনা ময়ামগী শিনয়াম পুবা ওইনা তৌবদনা। অসিসু লৈকাই অমা পানবগুম্বনিদো য়েংনদবসু য়াদেদো। ঐ থুনা লাককে ঙহাক্তং লৈরমখোকো। |
| রাধামণি | থিনবু থিনবিনি হায়রবদি নোংয়াই য়ৌরবসু ঙাইজগে তাঙৌ। (ঙাইহাক তুমিন্না লৈনবা ... মিউজিক) |
| প্রো : নীল | রাধামণি। |
| রাধামণি | কবি হায়গে ইতৈবুঙো ? |
| প্রো : নীল | ঐখোয় অনি উন্নদবা কয়া বু ?রে নিঙশিংলিবরা ? |
| রাধামণি | কনানা খঙগবনো অদুক কুইরবা ব্বাদুবু। |
| প্রো : নীল | চহী ২০ গী মথক ওইগনি। ঐদি থাজদবনি ঙসিগী থৌদোক অসি। থাঙ্গৈশেংবা ঐ খঙদে নং অসুব্বাইদা লাইরিক তম্বীবা লাকই হায়বা—লাক্রবদি নোংমতসু চংলকপা কৈদৌই। ঙসিগী মচংঙক অসিদি খরা নুঙাইতে। ঐনসু নংবু থিনবা য়াবনি অদুবু থিল্লরোই, ব্বারৌনু তাঙৌ চৎসনু ঐ কি। |
| রাধামণি | (নোঙ্কুনা) কনাবুনো কিরিবো ? মীগী নুপীগা চৎমিন্নবদা খুদোংথীবা থেংনরবদি মহুৎ মাঙগদি অসিরা ? |
| প্রো : নীল | ঐনা মাঙখিবা পোৎকিদি মপোক অসিমগী মহুৎ ফংলরোই, ঐ মদুবু চিংনদে ইশাবু কিদুনা তৌবনি। |
| রাধামণি | ইতৈবুঙোবু কয়া পাঙদবা মীনোনে। ঐদি অদুম লৌজদে। |
| প্রো : নীল | ব্বা অসি নঙোনদগী তাবদদি খরা নুঙাই। কিফম চাদনা কিবা মীদি পাঙদবা মীদগীসু হেয়া তোল্লি। নংনসু অদুন্না নোংমা খনখি। অদুবু পাঙদবা মীগী মিচংসিবু মরৈত্রবরা মতম অমদা পাঙদবা মীগীসু মিচং কয়া লৈরম্মী। খুৎ শম্বিগে হায়দুনা মী কয়া চোংথোকখি। অদুবু পাঙদবদগী অসুম অসুম লান্থোকচখিবনা মরক্তা মরুভূমি অমনা থৎখি, হল্লকপগী উপাই লৈখিদে। রাধা, তাউ। তানিংদ্রবসু ঙহাক্তং খাঙউ। পুন্সিদা খোঙফম অমতং শোয়খিবনা অরানবগী কোমদা অসুম অসুম পুৎথখিবসিবু করি |

মতৌনো? মতম অসিদি কদায় খুৎ শমদুনা পুখৎপিগে হায়দনা কনাসু চোংথোবক্তে। নংদি পাণ্ডবনি অদুম নতোমতা লৈজহৌরো হায়দনা লংথোকপিরম্বা অসিবু হৌনবরা?

**রাধামণি** কনানা খঙগবনো ইতৈবুঙো অদুক লুবা ৱাদুবু ঐনা কবম খঙগনি। তাঙৌদুবু কয়া কুইদৌবিবা জাৎনো ঐবু অসুম চৎখ্রসিরা?

**প্রো: নীল** চৎহিনু। তঙাইফদ্রবদি পাণ্ডবা অসিসু কান্নরকপা যাই। নংসু ঐদৌনা পাণ্ডবা মীরা? কা অমত্তদা ঐগা লৈবসি কিবরা?

**রাধামণি** পাণ্ডদনবু থিনবিয়ু হায়দনা চংজরকপনি হায়ফম চাই চাদে খঙদনা।

**প্রো: নীল** ফরে, মসিগী ৱাসি তোক্লসি। পাণ্ডবা মী অমগী ৱারি তাগেরা? রাস শান্নবগী ৱারিনি, নিঙশিংলিবরা?

**রাধামণি** নিঙশিংদ্রে ঐ করিমতা নিঙশিংদ্রে, ঐ শুক্নিং নিঙশিংদ্রে।

**প্রো: নীল** মদুনা হেন্না ফরে, ঐ ইনৌ নৌনা লীরগে। মসিগী ৱারি অসে মশিং নাইদনা চহী কয়া চুপ্না ইতোমতা লীজখি, থৌদোক খুদিংমক চিনফা পুরি। ঙসিদি নংনা তাদবা য়াদে। ৱারি অসি পুদুনা ঐ শিনিংদে তাউ... নোংমা...

(রাস শান্নবগী অ্যাট্‌মোস্ফিয়ার। রাধামণিহোইগী ইমুং। মতম নুমিদাং। নীলমাধবনা রাধামণিহোইগী য়ুম শঙদুনা মতোমতা ফমলক্লী। থোং হাংদোক্লুনা নহা ওইরিবী রাধামণি চংলকপা।)

**নীলমাধব** কৈদৌরে রাধা হল্লকলবদি। জগোই যেংবা ওক্রববা?

**রাধামণি** হল্লকলবা।

**নীলমাধব** করিগী?

**রাধামণি** হকচাং ঙমদে

**নীলমাধব** ঐদি ঐবু শঙখিবা লাকইবোই নিঙদুনা হরাউরুরেদনা। করি ওইনা ঙমদ্রিবনো ঙমদ্রগা হিপ্পুদনা।

**রাধামণি** হিপ্পরোই ফবে।

**নীলমাধব** ইস্ থুনা ফবেদা। ফনদুম ফরে হল্লকপা। ঐসু ইতোমতা নখোয় য়ুমসি শঙবা কিদুনা লৈরন্নিবনি। করিগীনো নখোযগী নয়ুম শঙবা নেক্লগা নখোয়না নুঙাইনা কুম্মৈ য়েংবা ঐবুনা ইতোমতা থনন্নিবসিবু... ঙমদা ঙমদ্রবরা রাধা? ঙমদ্রগা হিপ্পো। ইতৈমহোই কৌকরা?

**রাধামণি** কৌবিনু ঐ করিসু তৌদে, ঐ নাবা ফরে।

**নীলমাধব** ফরগা থিনবিরগে, কুম্মৈ অমুক য়েংলুখো।

**রাধামণি** ঐ য়েংনিংদে নংবু থিনবিয়ু হায়বরা?

**নীলমাধব** কবিনো মসিবো। লুহোংঙমদাই ওইদুনা মী খৎনবা হৌরবরা?

**বাধামণি** কনানা হায়বিবা ঐ লুহোংগনি। ঐ লুহোংলোই (খংকপ কপ্পা) ঐ ঙম্মোই ঐ শুকঙম ঙম্মোই। ইতৈবুঙো ঐ শিনি ঐ শিনি।

নীলমাধব — করিনো মসিবো পামদ্রগা পামদে হায়য়ুদনা কনাগী দন্দিনো? নংবু মদু ফাউবা হায়বা হৈত্রবরা? নংনা কপ্লগা কবি কান্নে। (নোক্তুনা) নহাল ঐনা চৎখিনু চৎখিনু ঐখোয়দগী হায়দরা? নংনা লৈনিংদ্রে লৈনিংদ্রে হায়দনা মচৎখি। হৌজিক্তি ফবেদনা। ঐখোয়দা লৈরম্নবদি অসুক ৱারোইদো।

রাধামণি — ঐবু নখোই নতৈমগী মিনাইবা? মাগী মচা লৌনবা আয়ারা? ঐবু ইযুম লৈত্রা?

নীলমাধব — ফরেনে নয়ুমদা কুইনা লৈবা ফংদৌবেদনা।

রাধামণি — ঐ শুকওম ঙম্মোই। নংনা থোকপা তৌ। ঐ খঙদে। নংনা থোকপা তৌ।

নীলমাধব — (তপ্না) রাধা নংনা হায়রিবদো ঐসু খঙই অদুবু মদু ওইখোক্তে। নংদি ইতৈমগী মনাওনি... মদু খঙনা খঙনা ইস্। মীনা ঐবু করিনি হায়গনি। নংদি ঙসি ঙরাংতনি ঐখোইদগী চৎখিবা, মীনা ঐবু করি হায়না খনখিগনি। মদুগী মথক্তা ঐদি য়ায়া বাৎলি। ঐবু নংনা ঙাইবা ৱাগনি। অদুগা ঐদি মীনা হঞ্জিন-হঞ্জিন চৎলবা লম্বী চৎতবসু য়াই। পুনসি অসি মওং অমদা চৎথগেসু খল্লি। পুনসিগী আশ্রম মরি অসি চপ্ চানা চৎকে খল্লি...

রাধামণি — অদুদি করিগী নংনা অসুক কুইবসি ফাগি তৌবি। মীনা লরুবদা নংসু য়াউনা করিগী নোকখি। ফাগিনি করিগী হায়দে।

নীলমাধব — নত্তেনে রাধা। শাউনু ঐ ফাগী তৌবা নত্তেনে। মীনদি ঐবুসু লরুবনি, নোক্তবদি কমদৌনি। অদুবু ঐনা ফাগি ওইনা লৌখিবনি হায়নসু খনগনু, ঐসু মীনি। ঐগীসু থম্মোই লৈ। অদুবু পুনসিদা আইডিয়াল অমদি থম্বা তাবনি।

রাধামণি — নং চৎপিখ্রো। ঐ কনাবুসু পামদে। ঐনা থোকপা তৌনি।

নীলমাধব — ইস কবম্না নংবু থাজহনগনি। ঐ হৌজিকমক খনফম খঙদ্রে। ঐ নঙোন্দদি ফাগী তৌখিদে। নং হয়েং তুংদা খঙলককনি। করি কান্ননি। মতম চাদনা পুন্সি মাঙলগা।

রাধামণি — নংদি মাঙলোই ঐদি মাঙবা হৌরবনি। নংতা চৎপিখ্রো ঐ নংবু শুকয়েং য়েংনিংদ্রে। চৎপিখ্রো (কপ্পা)

নীলমাধব — য়েংনিংদ্রবদি চৎখিবা তাবেদনা। খবদি খন্নখো... রাধা হয়েং লাককে তপ্না খন্নসি।

রাধামণি — লাকপিনু হয়েংসু লাকপিনু শুকলাক লাকপিনু।

নীলমাধব — অদুদি শুকলাক লাক্লরোই। করিনোনে মসিবো ঐ চৎলে হয়েং লাককে, হৌজিক ঐ হাযফম খঙদ্রে।

প্রো :নীল — মতুংগী নুমিত্তা ঐ লাকপা ঙমখিদে। পাক চঙবা ঙমদদুনা তৌবনি। য়ুম যৌববা মতমদা খঙলকই। ঐগী অ্যাম্বিশন্ ঐগী মঙ্ পুন্নমক অবেম্বনি

নং য়াউদ্রবদি। মদুদি ফাগি নৎলমদ্রে। মদুদি অচুম্বদগীসু হেয়া মরা লুনা তারমলে— থীন্দনা অমুক চেল্লকপনি— অদুবু লম্বীদা মরুভুমিনা মখোং পান্না চৎলম্মী। নংগী হৈজিংপোৎ পুবগী নুপী ময়ান্না নখোয়গীদা পরেং শানা চংখি। ঐ অদুম খঙলে পাক্লবা সাহারা অমনা নংগী ঐগী মরক্তা খনখরে, লানবগী উপাই লৈতে অদুম হল্লে ঐহাক। (নুঙাইতনা নোকপা) নংনা ঙসাই হায়খিবদাইদো মশাগী ওইজবা থিবদি মীগী হৌনশানি। চুম্মী ঐসু ওইজবা থিরুই। অদুবু ওইজবা থিবা খুদিংগী ওইজবা ফংদে অসিমদি নংসু য়ারিনি নত্রা ? (ঙক্লা) হাইমা কদোম চৎখ্রে। রাধা ...

তাঙৌ লাকএ লাকএ ইবুঙো। ইবেতোনদি কদায়, কদোম চৎখ্রে ?

প্রো : নীল খঙদে হৌজিক্তা লৈরম্বনি। মপালদসু লৈতেনে। অমুক্তা য়েংউ কদোম চৎপ্রবগেনে।

তাঙৌ ইবেতোন হো ইবেতোন ...(লাউবা)

প্রো : নীল লাউনুসে তাঙৌ অদুম য়েংউ তুমিন্না।

তাতৌ লাইমা নুঙাইতেদা ...লৈতেনে ... ইবুতো কদায়দনোনে চৎখ্রিবসিবো মীনা ঙাইক্তং ঙাইরম্মু হায়বমক্তদা। ইবুঙোবু কদাই চৎলুবগে ? নুঙাইখিদ্রে সৈতা। ইবুঙোনসু কোক থিনবিবা য়াবনি। হন্না সেকেন হেন অমা লাৎলিসে নোংমতংদি শিঙ্জিন্নবা য়াইদনা। ওঃ কুইনা ঙাইবদুদা ইকাইদুনা চৎখ্রমাল্লেদো। ইস্ লাইম জুগোৎ থোক্তেদা ঐ অমুক্তং তান্নদুনা য়েংলুসিরা ইবুঙো কয়া কুইরে চৎখিবা ?

প্রো : নীল অদুবু খঙলবদি ঐ করিগী নঙোন্দা হংলুনি।

তাঙৌ মী অমা ইচাউ চাউনা থোকখিববু উহৌদেইনে, ইবুঙোদি কৈদৌদুনা লৈহৌই ? হরে কৃষ্ণ করিনোনে তৌরিবসিবো ইস্ মী ইকাই ইকাই লাকচবদা।

প্রো : নীল (শাউনা) তুমিন লৈয়ুসে, নংদি কোক লোইথোকপা য়াদ্রা ... চৎখ্রগা চৎখ্রেদনা-চৎনিংলগা চৎখিসনু। ঐনা মাবু চৎলু হায়বরা ? অদুগীদমক ঐনা অমুক থিরুখিদ্রা ? চৎখিসনু। করিগীনো মাবু অঙাংলা ? চৎখিসনু, থিরুনু তাঙৌ। চৎলগে তাকলম্বা য়াদ্রা ? থিরুনু চৎখিসনু। মাগী ফেৎ ফেৎ শাউবদো হৌজিক ফাউবা তৌরিয়ে। কৈদৌনেগে মানা শাউরগা ... চৎখিসনু।

তাঙৌ ইস্ অদুদা নুঙাইতেদনা হায়দোক্তনা হায়বদা। শোইদনা ওজা দরেনখোইবু থিলহনলল্লনি। অদুবু আদদি লাকপা উদেদা। ঐসু অদুদগী লাকপনি। ইস্ হয়েং ঐ ময়ুম চৎতবা য়দে ঐ মতুংদা উন্নবা ঙম্মরোই। ঐবু ঙহাক য়েংলুখিসিরনে ইবুঙো। হরে হরে নোংসু খোংলকএনহৈ।

প্রো : নীল য়েংগে হায়রগা য়েংলুচোদনা কৈনো লেপতুনা লৈরিসিবো। চংকে হায়রগা পরপ পরপ হেক চৎলু। ঙাইখো তাঙৌ গ্যারাজ থোং হাংদোকউ।

তাঙৌ কদাইদা অমুক চৎকদৌরিবা? হৱাশঙ্ লোন্দবনি। কদাইদনোনে?

প্রো : নীল মদু নং খঙলগা করি কান্নে। ঐনা চৎপা খুদিংগী নঙোন্দা তাককদ্রা?
(নোঃ নুংশিৎকী মখোল)

তাঙৌ নোংবু চুদৌরমাল্লেনে।

প্রো : নীল চুসনু।

তাঙৌ অদু ঙসাইনা কোক হেক গাড়ী পুদুনা থিন্দোকখিবদি য়াদ্রা?

প্রো : নীল ঐ মাবু থিনবা চৎপা নত্তে। (তপ্না) তাঙৌ করি চান থক্লবা লৈ ঐগী গাড়ীদা হাপচিল্লু।

তাঙৌ কদাইদনোনে চৎকদৌরিসিবো? অহিংসিদা। ইস য়াম্না চুমখিদ্রেদা ইবুঙো। নংনা ঙহাক খাম্বিরম্বা য়াদ্রা? অসুম হায়না কোক থিন্দোকপিরম্লবদি কদাইদগী ৱা কায়নি।

প্রো : নীল ঐ খঙহৌদেনে। তাঙৌ মানা থোকখিবা খঙহৌদেনে। করিনো অরৈবা খরা গাড়ীদা হাপচিল্লুসে ঐ য়ুম চৎলুগে, কুইরে অঙাংশিং উম্নদবা। ইতৈমহোই উনরুগে কুইরোই থুনা হল্লককে।

তাঙৌ চাক্তি?

প্রো : নীল নং চারম্মো। ঐদি আদ চারবসু চারককে।

তাঙৌ খঙদ্রেদা তৌরিসে। অঙাংশিংদুনবু নশকপু খঙলমখিদ্রা হয়েং চৎপদি কমদৌই? য়ুমদা নুঙাইনা ময়ামদুগী মরক্তা লৈগেদি হায়দেদো। হৌজিকপু চংউবদা পুংঙক ঙক্লরনিনে।

প্রো : নীল অদুগা তাঙৌ নয়ুম চৎকে হায়বদো হয়েং চৎলো ঐনা থোকপা তৌরগে। নংনা লৈনিংবা মখৈ লৈরকউ য়ানি।

তাঙৌ অদুনিনে ইবুঙো চৎত্রবদি মপুক নুংশিনিনে।

প্রো : নীল অদুদি ঐ চৎলে।
(লাপথোকখিবা হৱাগাডী মখোল)

তাঙৌ (কৌদুনা) হো ইবুঙো লক্সীদা ইবেতোনদো থেংনরদি খরা থিনবিরম্মুকো।

প্রো : নীল (লাপ্না) ঐ মাগা থেংনরোই তাঙৌ। মাগা ঐগা লক্সী তিন্নদে।
(নুংশিৎকী মখোল)

প্রো : গী খোঞ্জেন— নিঙশিংলিবরা বাস শান্নবগী অহিংদো। অদুগা মরাল চুমথোকপা ঐ লাকলক্সী অসিমদি নংনা খঙলরোইদকো।

# লৈমন চল্লবী

অইবী
গোকচোম বীনাপাণী দেবী

## শক্তম লাংবা। লাংবী

| মিং | চহী |
|---|---|
| চীংলেনসনা | ৩০ |
| ফজতোম্বী | ২৫ |
| খোয়বা | ৩৫ |
| তোম্বা | ১৬ |
| জজ | ৪০ |
| থৌবা | ২০ |

## লৈমন চল্লবী

অহানবা উৎপা

(পার্কিংগী নিল খোংবা লাংবা তাবা)

খোয়বা — ফজতোম্বী চা অমত্তা থককে। সৈত্য নংগী চা অসিতদি হাওগ্রে অদুগনে ৱা অমা হায়বীগে-অস্বায়দা হোটেল তৌরিবা ময়াম স্বায় পরেংসে নঙোনদা য়াম্না শাওরবনি।

ফজতোম্বী — ঐঙোন্দা শাওরিবা ? করিগী ঐনা কৈদৌরে হায়বগে শাওনিং শাওজসনু ঐদি নোকপু নোক্লিংই। ঐনা করি লাল্লদনা।

খোয়বা — লাল্লবসু-লানদ্রবসু শাওই হায়রিবসিনি তৌবসু ইবেম্মা মী হায়বা জাৎ অসে কারবারদা শেল মাংলগবু কনানা নুংঙাইগদগে ? অতৈ হোটেলদি তুমিৎ ফাওবা পায়শিন্দ্রে, নংগীসিদনা হীয়াংথাং বরদৌনা ইন্নবে। নংসু লাইৱাবু হৈব্রা খংদে নশক্কে নতৌনে ঐসু ... নঙোনদা পুমঙাও ঙাওরে।

ফজতোম্বী — তা খোয়বা চুম্ন চুম্নগী ৱা ঙাংউ লাইৱা তিলবাগা হৈজদে ঐখোয় লাইবকসে য়াদদুনা হোটেল মচাসিমতং ফম্লগা হিংগদ্রা হায়দুনা তৌবনি। হোটেল ফমই হায়দুনসু ফজতোম্বীদা ৱাহৈ কারল চনবদি সূপয়া য়ারোই। ঐগীদা মী য়াম্না চংলিসে তাখোয়বা খোয়না খংদ্রমাল্লে অফবা অহাওবা পোৎ থম্মননি শেলবুদি য়াম্না তোংদে ষন শঙ্গোম ঙা অহিংবা অতেকপা।

খোয়বা — হোয়দা-হোয়দা কল্লক্কুনা তৌরিনি হায়জসনুদা বোরাদু প্লেন অমগা পিরকউ : (চানা চানা) চুমইনে নংনা হায়বা হাওদি হাওইনে। চীন্দোল লৈতোলদি ফৈনে নংসু।

ফজতোম্বী — অদুদি শিনফমনা তৌদ য়াদদুনা তৌবনি।
অঙাংশা শোমদা মী লাকইনে তেবলকাসে তৈথোক্লো লাও।

খোয়বা — ফজতোম্বী নংবু ফনসু নহা ওইবি নোংমা ফাদোকসু কোয়থোক খোতোকপা তৌদ্রে হোটেলদা সুম হোৎনদনা লৈরদি মাইহিং কারনি হায।

ফজতোম্বী — তাখোয়বা ঐ কোয়বকা শঙদেদা

খোয়বা — ফরে মদুনা নংনা যাদ্রবদি পৈশাসে লৌশিল্লু হোটেলগী শিজিন্নবনি। লৌশিল্লুনেসে।

ফজতোম্বী — মাই মাই পামজদে। ঐ মীগী শেল থুমগা শিজিন্নজরোই শিংবা ঙমহৌদ্রগা পংৱা ৱাদুনা তোককনি।

খোয়বা — অদু ওইরগা শিংলনু লৌদবদি য়ারোই নংগীদমক পুরকপনি। চুমনা সুম নুংশিনসি কৈদৌবগে ?

ফজতোম্বী — পিবিনু পামজদে হায়বিসিনি ঐদি নুংশিনবা শংপোৎ নত্তে পুবিখো পৈশাসে হৈমা! কৈনোসিদি তাশিন্নদনা চৎগ্রেনে নুংশিখিদ্রে সৈত্য মীগী চিল্ল-তান জাসিদা কদায়দৈনো শনি অমা হেক চংলদনা চা গ্লাস অমা থক্লগা কয়াম

কুইনসু ফমখ্রে। মাগী পৈশাসি পামদৌবোয় নিংমান্নে ঐসু খংই খোয় চোপ্লিবনি। ঐদি মাগী খোয়দা থুবা সুকঙম ঙম্লোই।

তোম্বা — চাগী পৈশা সিদা চাককি।

ফজতোম্বী — মশীং হায়রকউনে খোয়দৌনা মরোল অমা শাওগৎপনে।

তোম্বা — চাক ৬, চা ৩, অতাওবা ৬ অদুগনে লুপা ২০০ সিনা এডভান্স হোরেন্না চাক ২০ চারনি অদুগী পিরম্বনে।

ফজতোম্বী — মখোয় ড্রাইভরনা চাক চাবসে য়ু থকপদি য়ারোই হায়য়ুকো।

তোম্বা — চাক চানবদা য়ু থক্রবদি লেমদে হায়নৈ হুজিককালগী চৎনবীনি

ফজতোম্বী — য়ু থক্লগা লেম্লবদি থানানা ফারবদি য়াম্না ফজতারেদা খংদ্রেদা তোম্বা মতমগী ঈচেলসে ওস্তোকনা লুখ্রে। ময়াম তান্নদুনা পুল্লপ চৎমিন্নবনা ফরিবরা নাইতোম তাবনা ফরিবরা।

তোম্বা — অদুবুরো ময়াম চৎমিন্নরবদি কৈনদি চারোইয়ে।

ফজতোম্বী — হোয়নহে (নোক্লগা) কৈসু লৈকো।

তোম্বা — ওজা চীংলেন্নী লাকইসে। ফম্বীয়ু ওজা চা পুজরককে হলুরা অশাবসু লৈ।

চীংলেন — নংদি সিদা হোটেল তৌরবোইরে। থাঙ তম্বা লাক্তে হায়বদি য়াম্না ফবা করবার অমা ফংলেদনা শঙ্গোম লৈব্রা গ্লাস অমতং থককে।

তোম্বা — লৈনি ওজা ঐখোয়গী হোতেলগী শঙ্গোমদি য়াম্না ফবনি চানবসু অমা য়াওরককে।

চীংলেন — যাইনে য়াইনে... আ নখোয়গী হোটেলসে পোৎশিংত্তি য়াম্না ফবিনে হা নঙদি তলব কয়াদি ফংই।

তোম্বা — মশিং খংদেদা ঐনা হেক হায়রিমখৈ পী ঐখোয় ইচে ফজতোম্বীসি য়াম্না ফৈ।

চীংলেন — ফজতোম্বী হায়বা

তোম্বা — খংবরা ওজা ?

চীংলেনম্না — খংদে মমিং তায়।

তোম্বা — মমিং য়াম্না চৎপনি।

চীংলেন — শককী নাপল কাবী শকহেনবিশিংদি মমিং চৎপা তায়।

তোম্বা — ওজা ঐখোয় ইচেসে মপুকসু ফৈ মীনুংশিসু চাওই মীনা মা কল্লক্তুনা পংহায়দা হায়জিনবিবনি ঐদি য়াম্না নুংশি।

চীংলেন — মদুনা নংগী ৱানি ঐ য়ৌরগে শঙ্গোমসু হাওরে পৈশাদি কয়ানো ?

তোম্বা — ঙসিদি ওজাগী পৈশা লৌরবোই ঐ ঐখোয় ইচেদা অদুম হায়গে।

চীংলেন — মদুদি য়াদে সে সে লৌশিল্লু নংনা পিথকনিংলগা নোংমা অমুক লাককে ঙসিদি য়াদে সে।

তোম্বা — থম্বীরনু ওজা।

চীংলেন — নংনা য়াদ্রবনিনা নখোয়গী নচেসিদা পিরগেকো।

| | |
|---|---|
| তোম্বা | ঙসিদি পৈশাসু লৌজররোই। |
| চীংলেন | অদুবু করিগীনো হোটেলসিসু মীঙোন্দা লেমনা লেমনা পীথোকপরা ? |
| ফজতোম্বী | মী খুদিংমক্তগী লৌরবসু নোংমা ফাদোক লাকপা খংন-চান্নবদগীদি লৌনদে। অদোমসু নোংম ফাদোক লাকপা উনবা তোমবগী ওজানি। শঙ্গোম মমল অদুক য়ামবসু নত্তে। |
| চীংলেন | ব্রা অসিদি ... ফরে ঐনা হৈনদদুনা তৌবনি মতুং মনাওদি তৌনু নুপী নহাগা ব্রা ঙাংনবসি ঐদি কয়া হৈত্তে আ তোম্বা ঐ চৎলে। |
| ফজতোম্বী | তোম্বা সিদা লাও ব্রা অমা হংগে ? হুজিককী ওজাদু মমিং কবি কৌই। |
| তোম্বা | চীংলেনম্মা কৌই আরঃকেঃ নি। |
| ফজতোম্বী | অদুক চীংলেমবা অদুগা অসুককী মতিকসু চাওথোকপা ব্রা ঙাংনবদসু মীৎচিনা ফাওবা য়েংদবা। মাগুম্বা মী অমুক্তসু উদ্রি নখোযগী ওজাসে নোংমতগা পুরকখো। |
| তোম্বা | য়াদৌ মান্দে। |

## মিউজিক্

অনিশুবা উৎপা

| | |
|---|---|
| খোযবা | ফজতোম্বী নংসে মনুংদি ফনা ফজনা কল্লি। ঐনা ঙরাং নুংদাং থোং অদুক কন্না থিনবা অদুবু নখোয় কনা অমত্তা তাশিন্নদে। |
| ফজতোম্বী | তাখোয়বা নোংফুং ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা হোটেল থোং হাংলিঙৈদদি লাকপিদ্রগা মীনা থোং লোন্দুনা তুমনা হিপ্পবা মতমদদি করিগী লাকপিরিবা। ব্রা হায়গদবা লৈববসু অয়ুক নুংথিলদা লাকপিযু মতুং মনাও থোঙ থিনবিরককনু হাংদোকপা সুকঙম ঙল্লোই। |
| খোয়বা | তৌনুদা ফজতোম্বী নশক ফজৈ হায়দুনা পংপোং পোংগনু ঐনা লাকখিবসু নংগীদমক অফবা পাও পুবিরকপনি। নখোয়না হোটেল ফল্লিবা মফম অসি হয়েংমক পুলিস লাক্তুনা থুগায়বসু যাবি। ঐনা কনবিদুনা থল্লিবনি। নংগী হোটেল অসিনা য়াম্না কল্লে। মসি সরকারগী লমনি। ফাগী নত্রবনি, নং ঐনা হায়বা য়াও পুন্নমক অফবা ওইগনি। |
| তাম্বী | তাখোয়বা ঐবু নচল অমগুম্না খনবীয়ু। ঐবু লান্না লৌবীগনু। ঐদি মীগী মকাদা য়েৎচনিংদে। য়ুম পান্দ্রবসু অদুম হিংজগে। হোটেলগী ব্রাদি তোক্রবসু কায়দে। হোটেল ফমদবা মী কোকথোং অমা হিংলি। |
| খোয়বা | নঙক কনগনু ঐসে নংবু নশক মুন্না খংবা মীনি। নংগীসিদা নুপা কয়াগী য়াকাবুং ওইবা ঐ খংদবা নত্তে অদু ওইরবসু খোয়ববু শক খংউ নংগীদমক মতম পুন্নমক্তা থোঙ হাংদুনা লৈরবা নুপানি নত্রগা নংবু লৈখা তানা মাংহনবা ওম্বা মীনি। |

ফজতোম্বী (শাওনা) ঐ অদু অদা করিমত্তা খংদে মীনা তৌনৈ হায়দুনা অদুক হিংনবা হোৎনবনি য়াদে হায়বগা কোক হেক তোক্লগা লোইরে। অদুগা তা খোয়বনা নুপাশিংগী য়াকাফম ওইরেগা হায়রিবদু করিনো। লৌগে য়াদ্রগা বদনাম পিশিনবীরিবা তৌ ঙমখ্রেদা।

খোয়বা ঐগী ইতিক খংগদবা ঙাইহাক্তং ঙাইরে ব্লারবা মতমদা নহাক ঐগী ইফমদা চংজরককনি ঐ চৎলে।

তোম্বা চা২, তল ২, সিংহারা।

ফজতোম্বী তোম্বা ঐখোয় হোটেল তোক্লসি।

তোম্বা কৈদৌরগে তা খোয়বনা কবি হায়জিনবীরম্লে। মসি মীনা লাক্লনু হায়রগা হেক্তা লাকপা। ঐখোয়সু সরকারগী মীনিনে। সরকাবগী গাডী থৌরিবা তোংলিবা ময়াম অসিগীনিনে। খোয়বগী কদরনিদা থাজরুনু।

ফজতোম্বী (ব্লানা) হোটেল তোক্লগা ঐখোয় করি তৌগনি, চাদবসু য়াদে হিংদবসু য়াদে। মখোয়সিনা ঐঙোন্দা অসুক য়াম্লা য়েংশিল্লিবসিবু করিগীনো? মী ফত্তবনিনা জাৎ জাৎ তৌরককদৌমাল্লি। মানা হায়বা য়াদ্রগা মীগী চীনজাক ককৎনবা হোৎনবিবনি। ঐতা নত্তে মী অসুক য়াম্লা ফল্লিবসিবু, মা মথন্তনা থিংবা ঙমব্রা য়েংগে হিংনবগী লানফমনি খোযবা চাম্মসু লাকসনু।

তোম্বা ইচে থাউ থুম লৌরুরগে পোৎ অমত্তা লৈত্রে।

ফজতোম্বী ইসে ইকাওবু কাওইদা পোৎ অমত্তা লৈত্রবনি নং চৎলু তা গুলামজাৎকী দুকান্দা অদুগনে লৈরককদৌবা পোৎ চৈশিংদু অমুক্তা ইশিল্লু।

তোম্বা ইচে অদুম ইরকউ ঐ ইবা হৈতে।

ফজতোম্বী ঐসু য়াম্লা হৈপোৎ নত্তেদা, লাইরিকসি মপুং ফানা হৈবম্লবদি খোয়বনা লাকচরিবসি ঙম্মোইদবনি।

তোম্বা ইচে য়াইঙংসু হাপ্পু।

ফজতোম্বী ইরবনিসে পুরো।

তোম্বা পৈশাদি।

ফজতোম্বী খুলাংখাং কৌদ্রি শোৎকদৌবিবনি। হয়েং পিসি।

তোম্বা খোয়ববু চংলবদি পোৎ অমত্তা শিত্তবনি। হায়রিঙৈসিদা মী য়াম্লা লাক্লে।

ফজতোম্বী তোম্বা রেডিওদু অমুক্তা থারকউ তাবিনিংবা ঈশৈ লাককদৌরে, হৈমা ঈশৈ ঙাইহাক্তং তারিঙৈদা চাগী পৈশা পিরমদনা চৎখ্রেদনা। ফৎখিদ্রবা শিগৈজনশিংসে হযেং পিগেদসু হায়রকউদনা তুমিন তুমিন হৌগৎলগা চৎখ্রিসিবু।

**অহুমশুবা উৎপা**

চীংলেনসা কবি তৌবে তোম্বা ময়াম লাংনরিসি করিগীনো?

তোম্বা ঐখোয়গী হোটেল মৈ চাক্লে মৈ চাকপগী কুম্মৈনি ময়ামনা য়েংনরিবসি।

| | |
|---|---|
| | পোৎসু অমত্তা কলহৌদ্রে হোটেল মৈ থাবা মীসে মশক খংই। মা শোয়দনা ওইরমগনি। |
| চীংলেন | ঙাইখোনে ফজতোম্বীদি কপকনু মৈ চাক্লগা কপ্পুনা করি তৌগনি। |
| তোম্বা | ঙসি থরায় য়াম্না নুংঙাইতে ওজা ইচে ফজতোম্বীসু থানানা ফাখ্রে। মরাল সুকলৈ লৈতবনি। ফত্তবা মী খরনা হায়জিনবনি। ঐখোয়বু য়ু য়োল্লি হায়জিনবিরে। তুমিন্না ঐখোয়গী হোটেলসিদা থমজিনবিরম্বনি। ইচে ফজতোম্বী ফাখিবগী চেনথোক-চেনশিন তৌরিঙৈদা হোটেল মৈ চাক্লকখিবনি। |
| চীংলেন | হুজিক ফজতোম্বী কদায়দা লৈ। |
| তোম্বা | থানানা গাড়ীদা পুখ্রে। হয়েং পুং তরাদা ঐবু লাকউ হায়রম্মি। |
| | (লাওবা, সোরোকখায়বম ফজতোম্বী কারকপ্রা) |
| ফজং | কাজরকই ঐ সিদা লৈজরে। |
| জজ | লাইবিকসি পায়য়ু অচুম্বদা হায়গনি শ্রী শ্রী মদভগবত না শাখিনি হায়য়ু। |
| ফজং | অচুম্বদা হায়গনি ভগবতনা শাখিনি। |
| জজ | নমিং করি কৌই চহি কয়া সুরে। |
| ফজং | ঐগী ইমিং ফজতোম্বী কৌই চহি ২৫ সুবম্মনি। |
| জজ | নহাক্না য়ু অমদি অতৈ নিশা কয়া ললোন-ইতিক তৌদুনা নহারোন কয়াগী পুন্সি লৈখা তানা মাংহল্লে হায়না মরাল শিরিবসিনা করি হায়নিংই। |
| ফজতোম্বী | জজ সাহেব, পুন্সিদা য়ু হায়বদো অমুক্তসু উখিদ্রি। থানাগী বাবুশিংনা ঐগী হোটেলগী ফান মখাদগী ইখং খংহৌদনা পুথোরকপনি জজ সাহেবনা অচুম্বা বিচার তৌবিয়ু। ঐদি চুম্না চা বোরাগী হোটেল ফমজবনি য়ুদি য়োন্দে। |
| জজ | নঙ্গী অনিশুবা মরালনা ইন্দিয়ান পেনাল কোর্টকী সেকসন ৪২০ গীনি, হায়নবা অমগী মতুংইন্না নঙনা শেল পুবগা শিংদবগী মরালনি। নঙনা খোয়বা কৌবা নুপাসিদগী পৈশা কয়া পুই। |
| ফজতোম্বী | ঐদি কনাদগীসু শেল থুম পুখিবা লৈতে। থংনবা দুকান্দগীদি চান থক্লবা হোটেলগী শিজিন্নবা পোৎ-চৈ খর শোৎতোক-শোৎচিন তৌই মদুসু নোং হেক ঙানবগা শিংই। মাগী খোয়বা হায়বা নুপা অসিনা হায়বা থাজবিগনু মহাক মীনম্বা ঙাংবনি পুকচেল ফত্তবনি, মানা নুমিৎ খুদিংগী অহিং নুংথিল নাইদনা ঐবু ওৎলি মরম লৈতনা ঐগী ইনাক্তা লাকই চা গ্লাস অমা থক্লগা কুইনা কুইনা ফমদুনা লৈ। পৈশা চিনববা পুগেবা হংগনি। নহান নোংমা অমসু নুংদাংদা মবম লৈতনা থোং হাংদোকউ হায়রৈ নমদুনা পৈশা খরা শিজিন্নৌ হায়দুনা থনম্লগা চৎখি। |
| জজ | নঙবু ঙসাইদি কনাদগীসু শেল পুখিদে হায়বদায়। |
| ফজতোম্বী | নত্তে শেলসু ঐনা পুগে হায়খিবা নত্তে মানা নমদুনা থম্বীরম্বনি। খোয়বনা ঐঙোন্দা মতম পুন্নমক্তা অরানবা মিৎযেংনা য়েংই। জজ সাহেব ঐদি করিসু |

খংজদবীনি হয়া য়েংবদা কনা লৈজদ্রবী তোনবদগী তোল্লবীনি ঙসিগী কোর্ট অসিদা ঐসু রাহং খরা হংনিংই।

জজ　হংউ নঙনা হংনিংবা পুম্নমক হংবা য়াগনি।

ফজতোম্বী　মীৎয়েং চুমদবা নুপা নহাশিংনা মরম লৈতনা নমদুনা চংলকপা বাচোই ঙাংদুনা করেম্নবসে থানা তাক্লগা ফাহনবা য়াব্রা '?

জজ　য়াত করিগী যাদনি। ঐখোয় লৈবাককী নুপীশিংনা আইনগী মরমদা থিজিন্দদুনা তৌবনি মী অমনা নঙগী য়ুমদা নম হাদুনা চংলকপা নত্রগা পামদবা ফত্তবা থবক তৌদুনা নঙবু ইজ্জৎ মাংহল্লবদি মাবু ইন্দিয়ান পেনাল কোর্ট কী সেকসন ৩৫৪ নত্রগা ৪৫২ দা দন্দি পিবা য়াই।

ফজতোম্বী　অদুবুনে জজ সাহেব ইবুংঙো লৈবাককী অরান অঁহুই ফাদোক-ফাজিন তৌবিবা থানাগী বাবু অচৌবশিংসে থাজবা সুকয়া য়ারমদ্রে মখোয়না হেন্না ফত্তে হায়বা ঙরাংতা খংই।

জজ　থাননা ঙরাং কৈদৌই মদু হান্না হায়য়ু।

ফজতোম্বী　থানাগী বাবু অচৌবশিংনা ঐবু অঙাং মচাদৌনা অথুম-অহাও পীজদুনা থেমই। লোক-অপ তা থম্বীরোই অতোম্বী ওইয়ু হায়না করেমনৈ। শাওনিংদুনা ঐনা খরা থিনা হায়কই অদুদগীদি মখোয়না ঐবু নমথিখ্রবা মফম অদুদা থমই।

জজ　মখোয়না অথুম-অহাও পিজবদু নঙনা করিগী চায়।

ফজতোম্বী　নুমিৎ তাগদৌরবা ফাওবা করিমত্তা চারক্তবনা লাম্মনদুনা চাবনি। অদুদা নত্তে অতোপ্পা খরা অমনসু পৈশা পিয়ু থাদোকপিগে হায়।

জজ　মখোয়শিংদু নহাক মমিং খংব্রা। অদুগা নুমিৎমক্তা নঙনা খংগদবা অমনা কেস অমা থাঙ্গৎপা তারবদি কোর্ট তদি শাক্ষিনা মপাঙ্গল ওই নও মতিক চানা শাক্ষি পুথোককদবনি।

ফজতোম্বী　লাইববা মীগীবু কনানো শাক্ষি ওইবীয়ু হায়রুবদা য়াগদৌবা। ঐবু লাইবৰা হোটেল ফম্বীনি মমল হোংবীনি হায়না খন্দুনা উশিৎতবসি মী লোযনা খংবনি। অদু ওইরবসু শাক্ষি ওইবিয়ু হায়বদি কনাসু য়ারোই। অদুবু মসিমদি খংবিয়ু ঐগী মিৎকী পি অসিদা অচুমবগী শরুক য়াওবনি।

জজ　পুম্নমক অসিগী আর্থ ঐ খংলে। নঙসু নহা ওইরি। অরাবশিংসি থেংনরমগনি। শজিগী রাবী অমা লৈবনি। মানা ফজৈ হায়না নাপল তৌজবা মচা অদুগীদমক থরাই মাংবগী। নহাককী নশক্লা নঙগী য়েক্লবা ওইরকপনি। হন্দককী কেস অসিদা নহাককী অহানবা ওইবা মবন্না অমদি রাফম খরসু শেংনা হায়ববনিনা ঐ নহাকপু গুদ বিহেবিয়ার বোন্দদা য়েংবিরগে। নঙ লুপা খরদি ফাইন তৌবা তারে। মরক অসিদা নুংঙাইতবা পাও অমনা নঙগী হোটেল অমা লৈবদুসু মৈ চাকখ্রে হায়রি।

ফজতোম্বী　হোটেলদু মৈ চাকখ্রবা! ইচেগী ইবুংঙো তোম্বা নঙবু মৈনা চাক্লুনা শিরব্রনে

*(কপ্পা) ঐগী পুন্সি লোয়রেদনা মৈদুনা ঐদংগা চাকলমলগদি ফগদৌবা।*

জজ — কোর্টতদি কপ লাওগনু—

ফজতোম্বী — (শাওনা) নখোযগী কোর্ট অচৌবশিংগী ফমফম চাওরবা কোর্ট অসিদা কপ্পা য়াদে নোকপা য়াদে, শাক্তি য়াওদ্রবদি অচুমবা পুন্নমক অরানবা ওই নত্ত্রা জজ সাহেব। জজ সাহেব খোয়গী কোর্টসিদি লৌনম পুন্নমককী হৌরকফম্নি। লাইরবা মীচমগীবু কনানা শাক্তি ওইবীগনি। বিচারগা অমত্তা তৌবিগনু জেলদা ঐখোয়বু থমবীয়ু। শঙ্ক লৈবা শেনজাও পাল্লবা মীহাৎপা য়ুম মৈ থাবশিংন হাইনা হুন্না মকা লান্না শোরাক্তা চৎহল্লু। নখোয়গী আইন হায়বদুদি লাইরিক্তা থুপচিদুনা থম্লবা শেম্বনি।

জজ — নওগী অব্রাবা ঐ খংই নওগী ৱাহৈদা অচুম্বগী মচাক কয়ামরুম য়াওই। অদুবু ঐসু উপাই লৈতে ঐনা নহাককী শাক্তি ওইবসু য়াদে। নহাক মরাল লৈ হায়বগী শাক্তি চপ চানা পুথোক্তুনা কোয়শিন্দুনা লৈরে। নও হুজিক্তি হল্লো নওগীদমক্তা জামিন লৌনবা মী অমসু লাক্লে। রাজকুমার চীংলেনম্নানা নওবু জামিন লৌথোক্লগনি।

### মরিশুবা উৎপা

(কাংশি মখোল তরুক্রক য়ৈখিবা তাবা)

চীংলেন — পুং তরুক য়ৈখ্রে। মফম অসি কোর্টকী থোঙ্গাঁলনি, মী লোযনা হন্নখ্রে কয়া কুইনা ফমগে হায়রিবনো হৌগৎলো ঐ নওবু য়ুম ফাওবা থিনবিরমগে।

ফজতোম্বী — ঐগী য়ুম, ঐবু য়ুমদা থিনবিগে হায়বা ঐগীদি য়ুম লৈতে।

চীংলেন — অদু ওইববসু চৎসি হৌগৎলো সিদা সুম লৈরগা করি কান্নগনি।

ফজতোম্বী — কদাইদা চৎকনি।

চীংলেন — নওগী মথাদু কৈনোমা তৌরমাল্লে। চৎফমবু ঐঙোন্দা হংবা।

ফজতোম্বী — হোটেলদুসু মৈ চাকখ্রে হায় ঐ কদায়দা চৎকনি। ঐ চৎলরোই ঐ মদু য়েংনিংদে, ঐ জেলদা লৈজগে। কল্লক মীহৌ চাওবা মিফম্তা ময়ামদুনা ঐবু উরগা খাক্লা নোকর্কনি।

চীংলেন — ঐগা নওগা কৈসু থোক্লদে অদুবু ঙসিদি ঐনা হায়বসু তাও নও অমুক হন্না মফমদুদা চৎলু তোম্বনা নওগী দমক য়ান্না ৱাহৌই মাগী অব্রাবদু য়েংবা ঙমদদুনা ঐ নওবু জামিন্দা লৌবা লাকপনি। হিঙবা তারবদি থৌনাসু খবা ফগদবনি। নওগী মৈ চাকখ্রবা হোটেলদু অমুক হন্না শানবা ময়াম চংদুনা হোৎনহৌবনি।

ফজতোম্বী — ঐনা অদোমগী লম্মন য়ান্না তোল্লে। তৌবিমল অসি অসি করি হায়না শিংথাগনি ঐ খংদ্রে।

চীংলেন — লমন তোনশিনবনি হায়না খনগনু। ঐখোয় মীত্তইবদি হিংমিন্নবা তাবনি। করিসু লৈতবা সুপ্নগী পিক্রবা মতেং খরতনি অসুক য়াম্না শিংথানিংঙাই লৈতে।

ফজতোম্বী — অদোমবু ঈশ্বরনা চানবীবা ওইসনু। ফরে চৎলগে মফমদুদা অমুক হল্লগে থোক্লবা লাক্লনি। তোম্বদু ব্বারমমনি মানা ঐবু ঙায়রিনি। লাইবক থিবা ঐখোয় উপায় অমুক থিবা তারেদনা।

চীংলেন — উম ঐসু খংই নহাক অসে মীগী মীনূ চংবা হায়বদুনি। মীনু চংবা হায়বদু নহাক খংইদনা অদুনা চেকশিনবা তাবনি। নঙবু নুংশিবা মী খরসু অদুম য়াওবনি পুমমক অসি খোয়বনা থোকহনবনি হায়বসু খংই। পৃথিবী অসিদা অচুম্বগী মফম য়াম্না চাওনা লৈ। নখোয় অমুক হন্না হোটেল ফমউ অদুবু মীচং মীথোক্তি খরা য়েংউ। হায়বদি মীগী মিৎয়েংদা ফজহল্লু।

ফজতোম্বী — মীগী মিৎয়েংদা ঐ কৈদৌরগে।

চীংলেন — মীগী মিৎয়েদা নঙসে নশক ফজৈ হায়নৈ শক য়াম্না ফজরবদি তোয়না কোর্ট কাজনি।

ফজতোম্বী — ঙসাইগী কোর্টতা হায়বদু (নোকপা)।

চীংলেন — লম্বীদা অদুম হায়নকাদি নোককনু চৎমিন্নবা কিরে ঐসু।

ফজতোম্বী — য়ৌদ্রিবাফাওবদদি থিনবীরমউ ঐ নোক্লরোই সুকনোক হেক নোক্লরোই। মখোয়না শাক্তি য়াওদ্রবদি অচুম্বা বিচার তৌবা য়াদে হায় অদুদা ঐনসু শাওনিংদুনা পংঙাং ঙাংলম্লে অদু খল্লুবদা নোক্লিংবগী ব্বানি।

চীংলেন — মানি চুমই কোর্ট হায়বদুদি লুপা খাউজাও খাউজাও পুরগা শাক্তি শাবোনগা লোয়ননা কারবতদা কেস ঙমগদৌরিবনি।

ফজতোম্বী — অদুননি ঐনা ঐখোয় শরুক য়াওদে হায়রমই।

চীংলেন — মদুমকসু হায়বা য়াদে অনৌবা যুগ অসিদা ঐখোয়দি ফক্লাংনি।

ফজতোম্বী — মীঙ্গৌশিবু তোম্বনদি ওজা কৌই।

চীংলেন — নংদি ঐগী ইচল অতোম্বীগুম্বনি।

ফজতোম্বী — ঐদি অতোপ্পা শাগৈনি য়েককাসু তিন্নদে।

চীংলেন — হোয়নে নঙনা কৌনিংবা অমা হেক্তা কৌরোনে। হুজিক্তি য়ৌরেদনা ঐসু হনখ্রগে।

ফজতোম্বী — মরক মরক্তদি লাকপিয়ু।

চীংলেন — লাককনি।

ফজতোম্বী — শোয়দনা লাকউকো।

তোম্বা — ইচে নঙ লাক্লবোইরে। য়েংও ঐখোয়গী হোটেল অমুক শারে।

ফজতোম্বী — ঐখোয় হোটেল অমুক ফল্লসি। হুজিক্তি খোয়বনসু য়েংশিনবা ঙল্লরোই। লাইর-অনংবু নুংশিবীবা থম্মোই চাওবা মীসু লৈ। ঙসি ঐ য়াম্না নুংঙায় ব্বাহৈনা ফোংদোকফমকা খংদেদা তোমবা। নঙ্গী নচে ফজতোম্বী হিংখিনি

ঐগী পুন্সি লৈরি। ঙসি থানানা ফারুবসি কৈসু ব্রানিংঙায় লৈতে, মৈরি অমা মুথৎলগা মণ্ডাল অমা ফংলকই।

তোম্বা — করিনোনে থানানা ফারুরগা অসুক নুংঙায়না লাক্লিসিবো ঐনা ঙসাইদগী ব্রাদুনা লৈরিবনি। কৈদৌবগী নুংঙাইরিবনো।

ফজতোম্বী — মসিগী ব্রাসি নখোয় অঙাংদা হায়বা য়াপোৎ নত্তে।

তোম্বা — ও, ও-খঙঙে।

## মঙাশুবা উৎপা

তোম্বা — ঙসি ঙরাংসি পোৎ ওন্থোক্লা শিংখিদ্রেদা হোটেল মৈ চাকখিবদগী লক্ষমী চেনথ্রমাল্লে পোৎ শিত্তবা মতমসিদা ঐখোয় ইচেনা মরোল অমা মোন্দা নুংঙাইরিবা লৈ নাচোমকা থেৎলদনা।

ফজতোম্বী — পোৎশিংকে শিংলু শিংলোয় তোকউ। নোংমগী লাইরেম্বীনা তম্বনি। খঙদে করিগীনো য়াম্না নুংঙাইবা অমা তৌরি। মঙসু য়াম্না নুংঙায় থরো থম্বাল শাৎপা ফজরবা ঈশিং ইমাই চোনবা পুখ্রিকাসু উরমই।

তোম্বা — অদুদি ঙসিদি পোৎ শিংলনি। ঐনা হায়বা শোয়দবনি।

ফজতোম্বী — ঐখোয়সে মীগী তৌবিমল খংদে হায়বনি, নখোয়গী ওজাখোয়দা নোংমতসু চৎলুসি।

তোম্বা — ওজাখোয়গী ময়ুমদি চাওই। চেকপলসু খায় উ-ব্রা য়াম্না হৌই। শেকপিকাসু য়াম্না লৈ। ওজাগী কা অমা লৈ মদুদা থাঙ-তা য়াম্না লৈ।

ফজতোম্বী — ঐখোয়না চৎলুবদা শাওদি শাওরোইকো।

তোম্বা — ঐদি শাওরককদৌমাল্লি।

ফজতোম্বী — শাওগে শাওজসনু অমুক্তংদি চৎলুসি ইপবাদি মরম ওকখ্রে। ফুরিৎ-খোংগ্রাও অহনবা লৈবিনি।

তোম্বা — তল্লি কৈসু নহানমুকসু সেকেন্দ হেন্দ ঙাক্তা লৈবি।

ফজতোম্বী — পৈশা লৈতদুনা তৌবনি হন্দক্তি অহনবা ঙাক্তা লৈবিরনি।

থৌবা — হে ফজতোম্বী নঙনা ঙরাং ঐনা চা থককে হায়রগা চা য়োনদ্রে হায়না ঐবু ইকাইবা পিরিবা করিগীনো ?

ফজতোম্বী — কনানো নুমিৎ য়ুংবসিদা ক্কাক খোংলরিসিনা।

থৌবা — ক্কাক খোংবা হায়না, নঙনা ঙরাং মীগী মমাংদা চা য়োনদ্রে লৈতে হায়রিদুবু ঐখোয়সে কৈসু ওইদনা উবগী ব্রারা ঐসে। লমসিদা তখেল্লম্বম থৌবা হায়দনা ইমিং লৈরিবনি।

ফজতোম্বী — নঙদি য়ু তপ-তানা থকচিল্লগা হায়রং-তুরং লাও-খোংদনা লাক্লে। অদুদবু কনানা নঙোন্দা চা পিথককনি। লৈত্রে য়োন্দ্রে হায়বা মশানা তাবনি। নঙসে য়াম্না অঙাংনি ঐঙোন্দা ইচে ইনে কৌবসু য়াই। অদুদি নত্ত্রদনা ফজতোম্বী চা

পুথোরকউ হেক মহায়বা নঙ মঙাইরেহে গুন্দানি কায়না খিজরে ইবুংঙো নহানমুকসু নঙগুম্বা খরা লাক্লগা য়ু থমজিনবীরমদনা কোর্ট কাক্লরে সুৱায়দা চংবিরককনু।

থৌবা — এ মসি জাৎ অমনিনে নঙ ঐ মশক খঙদ্রা?

ফজতোম্বী — খঙদে খঙদে ঐ কনামত্তা খঙদে।

থৌবা — ঐসে থৌবনে।

ফজতোম্বী — থৌবা ওইর করিতৌ হায়রিবনো চৎলো নশক য়েংনিংদে।

থৌবা — চৎলোই চা থকখিনি।

ফজতোম্বী — চা লৈতে।

থৌবা — লৈত্রগা লোল্লু ঐগী ওরদর নি বাই ওরদর।

ফজতোম্বী — তোম্বা সুমজিৎ পুথোরকউ হে।

থৌবা — করি ঐঙোন্দবু থৌবদবো!

ফজতোম্বী — থৌবদনিনে সে কল্লেদনা, কমদৌই।

তোম্বা — হো নুপী ফুরে কনা কনা লৈবগে!

চীংলেন — হৈ নুপা নঙনা নুপীগা খৎনরিবা করিগীনো।

থৌবা — চা থককে হায়রগা সুমজিৎনা কল্লিবনি।

ফজতোম্বী — নঙ চা থককে চুমনা হায়বরা ইখাগী অঙাং নঙনসু উশিৎতবা ৱাঙাং শঙাং।

থৌবা — হোটেল ফম্বী নঙবুদি করিদৌনা উশিৎকদৌরিবা।

ফজতোম্বী — উশিৎতবগীনি সুমজিৎনা কল্লিবদু

থৌবা — য়েংউনে মসিগী নুপীসে হে নঙ লোইশিল্লুরো?

ফজতোম্বী — নঙনা ঙমগা লোইশিল্লুনে।

চীংলেন — ফরে তোক্লরো নুপামচা নঙনা হুজিক হায়খিবা হোটেল ফম্বী নঙবু কৈদৌনা উশিৎকনি হায়বদো মদু লাল্লি, নঙনা নথককী অহল ওইবগী মীংগৌ অমা কৌদবদুসু লাল্লি, মৈতৈদদি মদু চৎনদে নঙ মৈতৈ নত্রা, অদুবু ফরে ঙসিদি নঙ চৎখ্রো।

থৌবা — ঐ চৎলোই মসিগী নুপিসি মরু কোকথোককনি।

চীংলেন — নঙ্গী করি নতিক লৈদনা ফজনা হায়রিঙৈদা চৎহৌ নত্ত্রবদি ঙসি অহাংবা শোরোক অসিদা নঙগা ঐগা লাম্বা তৌনগনি। খুৎলায় পায়নসিরা পায়নগুমসিরা নঙনা অপাম্বা খঞ্জবা য়াগনি, হুম নোকনিংই ৱাখল লৈতবা অপংবা ... ... ... করিগীনো নখোয়না নুপীমচা অমত্তং হোটেল ফমজরিবসিদা নচে নচলদৌনা য়েংবা সুকঙম ঙমদবা। অশোনবা থিরগা শেগাইদুনা চাবদু চীংলেন ঐগী ইমাংদদি য়ারোই। নরিল লৈরবদি লাও মতম মাংহনগনু হুজিক চোংথোরকউ ... চৎখিনু হল্লকখো হুজিক্তা পিদোল্লবী নুপীমচা অসিদা কৈগুম্না চোংলমদাই।

তোম্বা — চেনখ্রেনেসে য়াম্না কন্না চেনখ্রে ওজা, কৈদৌ চেল্লি।

চীংলেন ফজতোম্বী ... কৈদৌগে নঙবু হোটেলসে ফম্লনু, নঙগী হিঙনবা অতোপ্পা উপায় অমা য়েংলো।

ফজতোম্বী করিনো ঐনা তৌগদৌবা হোটেল ফম্বদি শেল খজিক্তনা হৌদোকপা য়াই। লুপা ২০।৩০ তনসু হৌদোকপা ঙমই পাঙ্গল খরা ৱাজরবসু থুনা শেল ওল্লি। ফি শারে থা অমা অনি চংই। ফি শারবসু খজিক্তং লংচাক চাকই পুক থন্নবা চাবা ফংদে।

চীংলেন নঙবু সৈতানশিং অসিনা ওৎলিবসি মাইয়োক্লদুনা কয়া কুইনা লৈগনি। নোংমদি নঙ শোয়দনা লৈখা তানা মাংখ্রগদবনি ঐনা নঙবু চাওয়েং য়েংলিবনি।

ফজতোম্বী করিগী চাওয়েং য়েংবিরিবনো নহান্দি তোয়না লাককনি হায়বদায়।

চীংলেন থবক লৈতনা তোয়না লাকপা য়াবা নত্তেনে নঙোন্দা মীনা কনা কানি ঙাংনগদৌরিবনি। নঙ খংদ্রা লিন্না চিকপগী হীদাক লৈ মী ফত্তবগীদি হিদাক লৈতে।

ফজতোম্বী ঙাংনসনু মীনা ঙাংনবা য়াবমখৈ ঙাংনরসু হিংনবগী হোটেল ফম্বী তৌঙম্বী হায়বা বদনাম অসি থোক্লে হুজিক মসিনসু ওইবা য়ারক্লে কল্লকপশিংনা ইতুং কোইন ইন্নরে। সৈতান অমা ঙাকথোকনবা হোৎনরিঙৈদা অমা অহিংদসু নুংথিলদসু মখোয়গী লালওংশিং অসি ঐনা ইতোমতনা ঙাকপা ইতিক নত্তে। ঐ খঙই নুপীনা বদনাম অমা য়াওদ্রবদি হিংবা ওইথোক্লমদ্রে মীনা হায়নবসু ঐগী বদনাম পুম্বা নঙোন্দা ওইজগে।

চীংলেন নত্তে মদু ওইথোক্লোই ঐ নঙবু য়াম্না নুংশি হিংনবা হোৎনজবিবা ৱাজবা মতৌ লোয়নমক খঙই, নঙবু নহান কোর্টতগী পুথোকপা নুমিত্তু ঐ অহিং চুপ্পা তুম্বা য়াদে, নৌজরিবী নঙোন্দা অৱা মৈখু চুবিবা সমাজসিনা য়েংলিবা মীৎয়েং য়ারগা শান্নপোৎ য়াদ্রগা অৱাবা তাহনবা মখোয়গী তমথিরবা ৱাখলশিং অসিদগী নঙবু কন্নীংই ফত্তবশিংসি চৈরাক পিনিংই, অদুবু শক্তি য়াওদনা ঐনদি করি তৌগনি।

ফজতোম্বী অহানবা উনবা নুমিত্তগী হৌনা নঙগী অয়াবা য়াওদনা পুন্সিসি কথোক্লগে খনখ্রবনি। লেমহৌরিবা পুন্সিসে নঙগী ননাক্তা লৈজবা ওইজগে।

চীংলেন নত্তে, ফজতোম্বী ওইদবা ঙাংদুনা নুগীবু নমথাক তৌবা নুপা ওইবগী ধর্ম্ম নত্তে রাজবংসদা পোকপা মীদি হায়খিবা ঙাককদবনি। ঙল্লোইদবা ৱাদা ঙমগনি হায়নিংদে।

ফজতোম্বী হোটেল ফম্বসে তোক্লগে।

চীংলেন তোক্লগা নহাক করি তৌগনি।

ফজতোম্বী লাইনা তম্বা লাককনি। ঐদি লোনবা খোৎপসু হৈ।

চীংলেন হোয়নে ৱাদ ৱারগা তোম্বা হেক থারকউ অরৈ অরৈবা চামিন্নবা হায়বদুনি।

ফজতোম্বী তোম্বনা ওজাখোয়গী য়ুমদি য়াম্না চাওই ইংখোল মনুংদা মখল মখলগী উ-পাম্বী থাই হায় নোংমতংদি লাক্লগা মীৎসিনা য়েংনিংই।

চীংলেন — য়েংউ কৈদৌগে মখোক লোয়রবা দলান ইশংনা পুময়োম য়োমশিল্লবা চেকপল য়াম্না কুইরবা য়ুমনি য়ামদ্রবদা মীরোল অহুমদি সুররনি। য়ুম্নুনি হায়বদা মতিক চাদ্রবা ঐঙোন্দা হৌগ্রবা রাজবংসগী পিবানা করি তৌরম্বগে হায়বদু লিরি। দলাল অমনবসিনা মাগী মাগী মতম অমগী নুংঙাই য়াইফবা লিদুনা করি তৌগনি। হুজিক ৱারী লোয়রনি হায়বদি চেকপল দলান লোয়না কিন্থবা হৌরে। অৱা, চিনাদগী পুরকপা খুদোলশিং লোয়না মাংখরে।

ফজতোম্বী — মাংথ্রসনু সুম চারবা পোৎশিং অদু করি কান্নগনি হুজিক্তি লোয়না শিদোক্লগা অপীকপা অনৌবা অমা শাগৎলসি।

চীংলেন — মদুনদি চুন্নবনি। অদুদা খুৎ-হৈরবা কয়ানা মতম চংনা শেমগৎলম্বা পোৎশিং অসি পাক হেক মাংহনবসু নুংঙাইতে।

তোম্বা — ওজা চীংলেনস্না চৎথ্রব্রা ?

ফজতোম্বী — চৎথ্রে ঙহাক্তং ফাওবা ফমবীয়ু য়াবপোৎ নত্তে।

তোম্বা — ঐখোয় ওজাসে শাওরদি য়াম্না শাথিবনি থৌবদু শোকহৌদবা মরাইবক ফবনি। মাদি মী মওং অমনি। ফাগী ফরাংসু তৌদে ওইদবসু ঙাংদে অদুগা নোকপসু অমুক্তা উদে। মাগী মমাংদা মী অমত্তা চৎপা ঙম্নদবনি মীনা য়াম্না কিনবনি।

ফজতোম্বী — হয়েংদি মখোয়দা চৎলুসি।

তোম্বা — ঐখোয় হোটেলদি কমদৌবা।

ফজতোম্বী — হোটেল তোকএ।

**তরুকশুবা উৎপা**

তোম্বা — চাক লামখ্রেদা ঐনা হোটেল তোকপসি ফত্তে হায়বদুনি।

ফজতোম্বী — তুম্মিন লৈয়ু। নোংমা চরা হেনবগী অদুক য়াম্না ৱাবা হয়েং অয়ুক ওইনা চারসি।

তোম্বা — মহাজন লাক্তদনা ঙরাং হাজিরা সুবগী পৈশাসু শোৎহৌরে হয়েংসু লাক্ত্রবদি কমদৌবা লুখ্রেদা পুক্তবু চাক য়াওদ্রবদি থবককা অমতা সুনিংদে।

ফজতোম্বী — হয়েংদি নখোয় ওজাখোয়দা চৎলুকো।

তোম্বা — অস, মদুদদি হায়রক্লনু ঐনা হৈনখিদ্রবা মায় চান্নখিদ্রবা মফমদুদা চৎলুচো হেক্তা হায়বা মখোয়দা চৎলগা কৈদৌনি।

ফজতোম্বী — চৎলগা মাগী মনাক্তা ঙহাক্তং ফন্নগা হল্লকউ।

তোম্বা — অদুনে ঐনা হৈনদে হায়রিবদো নহানৱাইদি ৱা খরবু ঙাংলমই হুজিক্তি মুন্না মুন্না য়েংই ৱাদি অমতা ঙাংদে।

ফজতোম্বী — ৱা ঙাংদবা নুঙগী মুক্তিসু ওইসনু নোকপা হৈতবা থম্মোয় পান্দবসু ওইসনু নঙগী ওজাদো ঐগীদি ঈশ্বরনি লৈখা তারবা তুহৎপিরবা পুন্সিসিদা

ঐগীদমক মহাক নত্তনা কনাসু লৈতে। ঐ মাগীদমক হিংগনি অদুগা শিব তারবসু মাগীদমক শিগনি। মী অসুক য়াম্লবা চাওথ্রবা পৃথিবী অসিদা ঐগীদি মহাক নত্তনা কনাসু লৈতে। হোরেন উনরগা নুপাদি নুপা থোকপা তাবনি। নুংশিবা হায়বসি য়াম্না তাংবা পোৎনি মসিবু উফুলনা খুমজিল্লগা করি কান্নগনি হায়দনা হংলকই হায়য়ু।

তোম্বা হায়বদুদি হায়বিগে খুন্নককদৌবদি মান্দে।

ফজতোম্বী তোম্বা নঙবু ঐগী করিমত্তা খন্দ্রা ?

তোম্বা য়াম্না খল্লি ঐখোয় ইমাদগীসু ইচেনা নুংশিবা হেল্লি ঐনা হয়েংব্রাই থিকা তৌরগা য়াম্না নুংঙাইহনগদৌরিনি। হোটেল ফম্বসি ঐখোয় ওজানা হায়বা চুমই চাববুদি নুঙায় হায়ববু য়াম্না শাই চরা হেল্লবসু হাজিরা শুবসিনা নুঙায় ... কৈনোমা নিংশিংলক্লে ... খুড়া তোমচৌদা লুপা ১০ তোনবনি সাইকল শেম্বদো থৌরুগে।

ফজতোম্বী থৌরুরনু তোকও খুরা তোমচৌদু য়াম্না লৈজদবনি।

তোম্বা ইচেনা অদুম হায়না তৌদুনা শেল য়াম্না মাংথ্রবনি।

ফজতোম্বী খুরা তোমচৌনা ঐখোয় হোটেল শাবদা মতেং পাংলিদুনি পৈশা অমফাওবা লৌখিদে।

ফরেনে অদু ওইরবদি ঐ ওজাখোয়দা চৎলুরগে অমুক হল্লক্ররোই।

হোয় হোয়।

চীংলেন কদাই চৎলুই তোম্বা নচেদি কমদৌরি।

তোম্বা ওজা ঐখোয় হোটেল ফম্বা তোক্লে। ঐ বজারদা য়ুম শাবগী হাজিরা সুবা য়াওই। নোংমদা লুপা ২০।২০ ফংই। ঙরাংদি পিরক্তে ইচে ইবানি চরা হেল্লি।

চীংলেন নখোয়নি চরা হেল্লবা ?

তোম্বা ইচেসু ফী য়াম্না কন্না লোল্লি ওজাগীনিসু হায়।

চীংলেন ঐদি নখোয়গীদমক করিসু মতেং পাংবা ঙমদে ফৈ নঙনা নুপামচানিনা থবক সুবা চৎতুনা হিংনবা হোৎনরিবদু য়াম্না ফৈ। হয়েং মখৈদি খুদোং চাদবা হায়বদি পৈশা লৈত্রবদি ঐগী ইনাক্তা হেক লাকউ।

তোম্বা ইচেনদি ওজাগী মনাক্তা নুমিৎ খুদিংগী চৎলু হায় মাদি ওজাবু য়াম্না নুংশিবনি।

চীংলেন (নোক্লগা) ঐবু মানা নুংশি। মরাইবক থিজরবীনী। নঙনা সিমসু হায়য়ু ঐগী থব্রায়না লৈরিমখৈ মাগী অব্রাবদা মতেং পাংগনি অদুবু লৈমন চল্লবী লৈরাংবু শাগৈগী মৌ ওইনা লৌশিনবা হৌনদে। মহাকপু ঐনা ইচলগুম্না নুংশিবনি।

| | |
|---|---|
| তোম্বা | অদুদি ওজা ঐ থবক শুফমদা চৎচরগে। |
| চীংলেন | নঙবু ঙরাংসু চরা হেল্লি হায়বদায় ঐ পৈশা খরা পিগে। |

## তরেৎশুবা উৎপা

| | |
|---|---|
| তোম্বা | ইচে পাউ অমা তারব্রা ? |
| ফজতোম্বী | করি পাউনো মসি অঙাংসিদি ইপা হেক পাখৎলি। |
| তোম্বা | ঐখোয় ওজাদু য়াম্না কন্না নাদুনা হোসপিতালদা পুখৎখ্রে হায়যে। |
| ফজতোম্বী | হোসপিতালদা পুখ্রবা ! ঐগী পুক্নিংদা থুক লাওই শোয়দনা অকনবা অনাবা ওইরমগনি। ঙরাংদগী ঐগী মিৎ চোংই, পামবোম চোংই, করি থোককদৌরিবনো চিংনদুনা লৈরিবনি ঐ মহাককী মনাক্তা চৎকনি। মহাক্নদি ঐবু থাপ্না থমদুনা চাওয়েং য়েংলি হায়বনি। চৎসি তোম্বা ঐখোযনি চৎসি। |
| তোম্বা | অদুবুদি ঐসু ইচেদা পাউসি তাক্লম্লগা থুনা চৎকে তৌরিবনি চৎসি লাক্রো। |

### (লম্বীগী লাংবা মখোল)

| | |
|---|---|
| চীংলেন | নঙ লাক্লিবরা করম তৌবি হোটেলসু তৌদ্রমাল্লে। ...তোম্বদি কদায়দা চৎখ্রে ? |
| ফজতোম্বী | হৈ-রা খরা লৈরু হায়দুনা থাখি। |
| চীংলেন | ঐ নাই হায়বদি কনানা হায় করম্না খংই ? |
| ফজতোম্বী | তোম্বনা তারকপনি অদুদগী অদুম লাক্লবনি। |
| চীংলেন | ফরে... য়াম্না নুঙায়রে ঐসু নঙবু উনিংদুনা লৈবম্বনি খংদ্রে অনাবা হায়বসিসু অঙকপনি। খরা লুবা লাযনানি কুইনা হিংগদৌবা মাদ্রে। ডাক্তরনা থম্মোইগী ওপবেসন অমা তৌগনি হায়বি। |
| ফজতোম্বী | থম্মোইগী ওপবেসন অস..., |
| চীংলেন | উম খর লুবা মাল্লি শেলসু য়াম্না চংগনি হায। |
| ফজতোম্বী | পৈশা কয়ারোম চংগদবনো ? |
| চীংলেন | মদুসু খংদে হংলুদুনা কৈদৌনি। ঐদি হুজিক মতমসিদা কদায়দগী শেলনো পোৎ-চৈ খর য়োনগদবসু ঐদি নাদুনা লৈরেদো। মখোয়নদি ইলায় লায়না লিশিং তরা কুন হায়রি। |
| ফজতোম্বী | লিশিং তরা কুন। |
| চীংলেন | খল্লুনুদা অদুক য়ামবা শেল চংলগা শিগনি হিংগনিসু খংদবজাৎনি। ঐদি খংই ঐগী অনাবসি ফগদৌবা নত্তে অদুগীসু মথক্তা ঐ হিংনিংদে লায়য়েংবদা ঐনা মতেং পাংনিংদে অনাবা হায়বসে ঐ অমুক্তং ফগে হায়না চপযুংনা খল্লগা লায়য়েংবগী থবক চৎথরবদি ফগদৌবা...। |
| ফজতোম্বী | অদুবু করি ব্রানো...। হিংবা কিরিবা করিগীনো কৈদৌনা শিগদৌরিবা |

হীংবীখো। অনাবসি শোয়দনা ফগনি নারিঙৈদা অসুম্না পুক্লিং হন্তবীগনু সে কৈনোমতং থর্কসি চীনবান্দু ইকং কংবদৌনা তৌরে।

চাংলেন কংই চীনবান্দা নত্তে থবাক অসিসু প্রোক-প্রোক চাকপদৌনা স্বর হোনবদা য়াম্না ৱাবা অমা তৌই।

ফজতোম্বী ঈশিং অইংবদা গ্লুকোজ হাপ্লসি থকসি।

চাংলেন নুমিৎ খবদং নাবসিদা পামবোম অসি থাঙ্গৎপদা থক থক নিক্লিবসি য়েংউ।

ফজতোম্বী ঐ হেক্তা ইনজগে (থকপগী মখোল)

চাংলেন ফজতোম্বী নঙগী অৱাবা পুম্নমক ঐ খংই।

ফজতোম্বী ঐগী অৱাবা মতম লোইখ্রে।

চাংলেন চুমই নথৌনাদি লৈ। নোংমা নঙনা নুপামচা অমগা মুকনরম্বদু খল্লুবদা নোক্লিংই। পুক্লিংদদি নঙবু থাগৎলিবনি।

ফজতোম্বী ঐঙোন্দদি তত্তনা থৌনা পীবিরি অদুগা ইশাগীদি করিসু খনবিদ্রিবা করিগীনো? হিংবগী মহাও খংদনা ঐ চহি কয়া হিংলক্লবনি শিরসিরা খল্লকপা মতমদা ঐবুদি হিংবগী মহাও খংহনবিরে ঐবু হুজিক ইথন্তা হিংউ হাযবিবরা?

চাংলেন নঙনা ঐঙোন্দা আশা তৌরি ঐগী পুন্সিদি নুমিৎ তাশিল্লক্লবসিদা য়েংউ ঐগী থবাককী মীহুলদু অমুক হৌরককদৌরে।

ফজতোম্বী অদুদি কমদৌনি? ডাক্তরনা সুমহায়না হৌরগা চানবা হিদাক পীরমব্রা।

চাংলেন হিদাকসু কয়া ফংদমাল্লে মপান্দগী চেনগনি হায়রি।

ফজতোম্বী অদুদি কমদৌনি?

চাংলেন করি তৌনি ইরন্নাই শিজবা হায়বদুনি সে য়েংউ সে অসি লৌ মসি ঐগী য়ুমগি শোনি অদুগা অমসিনা কচরিগীনি পাবুংনা থল্লম্বা মতম কুইরবা কচরিনি মদুগী মনুংদা লাইব্রিক খরা লৈহৌবনি অরিবা লাইব্রিকনি ময়েকশিংদো মুৎখিদৌরে অমুক্তং শিন্দোককে খনবনি। ঙমখিদ্রে। মদু লৌথোক্লগা শিন্নফম চাবা অহলশিংদা পিশিল্লু।

**(ফজতোম্বী কপ্পা)**

কপলিবা করিগীনো অঙাওবী করি কিনিঙায় লৈ পোক্লবদি শিবা তাবনি।

ফজতোম্বী ওপরেসন তৌবিয়ু।

চাংলেন তৌররোই।

ফজতোম্বী ঐগীদমক্তা হিংবিখো মরাইবক থিরবী নুপীমচা অমগী পুকচেল অদুক চাওবা থম্মোয় অদুক ৱাংবা নহাক্লা করিগী অদুম্না শোন্থরিবা ওপরেসন তৌ, চংগদবা শেলদো থিবসি।

চাংলেন কদাযদগী থিগনি?

ফজতোম্বী ঐনা থিগনি ওপরেসন তৌদবা সুকয়া য়াদে ঐ চৎলগে পৈশা থিরুনি হয়েংসু লাককনি।

### নিপালশুবা উৎপা

ফজতোম্বী (অব্রাবা মিউজিক) তোম্বা নঙ হোসপিতাল চৎলুরব্রা ?

তোম্বা চুৎলুই ঐবু মনাক্তা ফমহল্লগা তুমিন্না লৈ।

ফজতোম্বী তুমিন্না লৈথোকপা নত্তে নঙোন্দা ৱাহং কয়া হংলিবনি অদুগা কয়ামসু মথন্ত খুন্নিবনি। মাগী ওপরেসন তৌনবা পৈশা থিদবা য়াদবনি।

তোম্বা ইচেনা অদুক য়াম্বা শেলদু কদায়দগী থিগনি। ঐদি মঙদফাও মঙদে।

ফজতোম্বী ঐনা থবক অমা তৌগনি।

তোম্বা করি থবক্লো ?

ফজতোম্বী নঙ চৎলু কনা কনা মীনাই লৈনিংবগে থিরুচো ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংদা চংলগা হংউ মীনাই অমা য়োল্লি হায়য়ু মমলদি লুপা লিশিং ২০ নি। শেল অসি ইনাক খুনবা মীদদি কৈসু লৈপোৎ নত্তে মখোয়না ঐবু পুন্সি চুপ্পগী ওইনা লৈরবনি হায়য়ু ঐগী থৱায়না লৈরিমখৈ মখোয়গী থবক শুগনি।

তোম্বা ইচে কদায়দগী ৱানোদুবো।

ফজতোম্বী ফাগী নত্তে, হুজিক ঐ মতম মাংহনবা য়াদ্রবনি শিব চংবগী ৱানি। ঙসিমক কোয়চৎ চৎতুনা হংলুচো কনা কনা মীনাই পাম্বগে হায়দুনা অঙাং য়োকপা কোন ফেংবা ৱাই তৈবদা নত্তে মখোয়না তৌ হায়বা থবক খুদিংমক তৌগনি। খোংগুলদা তারবী ঐদি নোংমদি মী পুন্নমক্লা খোংনেৎনগনি ঙসিদি আশাসু থাদোক্লে কয়াদা ইকায়নিংঙাইনো ঐদি লৈমন চল্লবীনি হায়বসু কাওরুরে অদুবু লৈমন চন্দুনসু থম্মোইদি লৈরি। লৈগুন্না থোৎলম্বা থম্মোই য়োৎতগী হেন্না কনশিল্লগে মীনাই নুবী ওইনা পুন্সিসি লেল্লগে ঙসি ফজতোম্বীনা তাঙনা ফংজবা নুংশিবা অদুগীদমক কৎথোককনি হকচাংসে বলিদানদগী হেনবসু তৌরমগনি খংহনগনি তাইবঙপান খুদিংমক্তা নুংশিবগী মগুন কয়া চাওবগে হায়বদু চৎলো ইচেগী ইবুংঙো নঙগসু কায়নরসি নঙোন্দা ঐ অমুক হন্না খোংলৌররোইদবনি। জিপ, কার তোংদুনা চৎলিবা ইনাক খুনবা ইবুংঙো ইবেম্মশিংদো মীনাই অমা য়োল্লি লৈবিয়ু হায়য়ু নঙদি মতম পুন্নমক্তা নিংতমদুনা লৈরগদবা নুপাগী মপোকনি নুপী ওইবগী মপোক্তী মীনাইগীসু মীনাইনি থুনা চৎশ্রো লাওকরো মীনাই লৈবীয়ু মীনাই য়োল্লি হায়য়ু।

লোইরবা

## -দ্রামাতিস পার্সোনি-

১। নুপা (অমা নত্ত্রগা অহুম।)
২। নুপী (অমা নত্ত্রগা অহুম।)

অপস্তেজদা সাইক্লোরামা অমা। অপসেন্তরদনা প্লেতফোর্ম অমা-মথক্তা কেনভাস অমগা চৌকি অমগা। মায়ওন্না অউদিয়েন্স।

সেন্তরস্তেজদা মোদেল স্তেন্দ অমা। রাইতস্তেজদা লৈ গমলা অমা, লেফতস্তেজদা দস্তবিন অমা।

মোদেলস্তেন্দদা নুপী অমা লেপ্লি, ফি ইন্দে। বোদি পোজিসন-প্রোফাইল, ভিউ। থ্রি ক্বার্তর। চৌকিদনা নুপা অমা ফম্লি কেনভাসতা মখুনিঙ সৌদুনা। বোদি পোজিসন অমসুং ভিউ। ফুল ফ্রন্ত। নুপীদা মুন্না য়েংলি। লাই য়েককদবগী মওংনি।

মৈ হেক ঙাঙ্থোক্লকপগা অনিমক নৃংগী সক্তমগুম উই।... অদুদগী নুপানা অঙকপগী মীনোক অমা নোক্লকই।

নুপী (অঙকপগা লোয়ননা) করি তৌরে? করিগী নোক্লিবনো?

নুপা কৈসু তৌদে। চৎখ্রো চৎলো।

নুপী ঐগী সক্তম য়েককনি হায়বদুদি?

নুপা নঙগী করি সক্তম? করম্বা সক্তম?

নুপী অহিংবা সক্তম।

নুপা অহিংবা সক্তম? (অমুকসু কন্না নোকই।)

নুপী (মোদেল স্তেন্দদগী কুমথৈ, নুপাগী মনাক্তা চঙসিল্লি।) সক্তমদু য়েককনি হায়বৈদমক, নঙনা ঐবু মতম কুইনা মোদেলস্তেন্দ অসিদা লেপহল্লিক্লিবা নত্রা?

নুপা (অমুকসু নোক্কুনা) কুইরবগী ব্রাদো? মমাংঙৈগী ব্রাদো?

নুপী কুইরবগী তুংদা নঙনা ঐবু মফম অসিদা কৌসিনবিরিবা নত্রা?

নুপা নহাককী সক্তমদো উখিদবা কুইরে। ইনাক্তা লৈনা লৈনা নঙবু ঐগী নত্তবগুম তৌখ্রে। সক্তমদুগী ইখৌ অমুক লাংলকঙৈ ইনাক্তা কৌসিল্লুবনি নঙবু।

(ফিভম হোংঙি। ফুক হৌগৎলকই।)

অদুবু, ঐ পুমঙক ঙকখ্রে। ঙকপৈ ঙমখৈ লৈখিদ্রে। অসিগুম্বা সক্তমসে উজনিঙদবদৈ নঙ ঐ মরী কক্লখিবা ঙসিসু লৈরম্লি অকিবা সক্তম।

নুপী (ঙক্লা) অকিবা সক্তম?

নুপা অকিবা সক্তম। অসিবা সক্তম।

নুপী ঐ খঙবা ঙমদে। ঐবু করি তৌবদগী কৈদৌঙৈদগী সিথ্রিবনো?

নুপা খল্লুচো চৎলোঁ, নঙগী কাদা, নথন্তা।

নুপী অদুবু ঐগী করি ইরান্নো? নহাক্লা ঐবু থওইইবিদ্রিবা, থাপ্লা ইন্থোকপির[illegible]?

নুপা (লেফতস্তেজ তম্না চৎলি। সাউরপ্না) মদুগী পাউখুম পীবা সংদে। চৎস্রো চৎলো নঙগী কাদা।

নুপী (নুপাগী মনাক্তা চঙসিল্লকই। থেমজিন খোম্থোক্তা) অদু ওইরগনা, ব্রা অমত্তংদি হায়রমখিগে।

নুপা (সাউনা) ঐনা চৎখ্রো হায়রিবসিনি।

নুপী (সাউরপ্না) চৎখিগে। ব্রা অমত্তংদি হায়রমখিগে।

নুপা (খোয়দৌ সাউগৎনা) নঙনা ঐবু ওত্তুনদা লৈবসী করিগীনো?

নুপা করিদা ওৎলিবনো? ইথৌ তৌদুনা লৈজবী ঐবু নঙনা কৌথোকপিবা নত্তা।

নুপা করিগীনো নঙনা চবেং-চবেং ঙাঙদুনা লৈরিবসিবো?

**(ফিভম হোংঙি।)**

হুম:। লুই হিংগদবসি। চৈনাখোনসী খাঙদুনা হিংগদবগী সরুক ইতোমতা সিজখিবনা হেন্না ফৈ। অদুবু, ঐ সিখিরোই।

(নুপীদা ওনসিন্দুনা য়াম্না সাউনা)

মীহাৎপী। হিংচাবী। সিগৈজন।

নঙগীদমক্তদি ঐ সিখিরোই।

নঙগীদমক্তদি ঐ সিখিরোই॥

নুপী (মাসু সাউনা) ঐসু সিখিরোই। নঙগুম হিংখিনি।

নুপা হিংঙুরো চৎলো খমুং লৈপাক্তা।

নুপী (কপ্লি কপ্লি তৌনা) ঐ সিদ্রি। ঐ সুক্সি সিদ্রি। নঙতনা ঐবু সিহনবনি। নঙতনা ঐবু সিহনবনি। নমদুনা ঐবু সিহনবনি।

নুপা (ঙক্লা) সিহনবা?

নুপী সিহনবা।

নুপা করম তৌনা?

নুপী (কেনভাসতা থিন্দুনা) মসিনা। খঙলবরা-মসিনা।

নুপা কেনভাস অসিনা?

নুপী 'অয়েকপা লাই' অসিনা। মসিতনা নত্তে-

(কা অপুম্বদা মায়কৈ সুনা থিন্দুনা)

মসিনসু। মসিনসু। মসিনসু। মসিনসু। ... ঐসু লোইনা খঙলিবনি। চৈনা ময়ামসি খাঙদুনা ঐ হিংলক্লিবনি। হৌজিকসু হিংখিদৌরিবনি।

নুপা (হৌনা নোক্তুনা) হেলোইনবো। তম্নলাইনবো। হিয়াংঅথৌবীনবো।

নুপী (য়াম্না ঙক্লা) করি হায়বা?

নুপা (চেকসিনবা খোঙ্গোক্তা) মঙ্গারক কানবীদা লৈরিবা সরুগী পোলাংসিং অদুনা কেদৌঙে অমুক অহিংবা ওইবক্তুনা মীয়ামগী কান্নবা কারি তৌখ্রবগে?
নুপী অঙাউবা, লৈপাক মরক তিন্দবা (মেদেল স্তেন্দদা ফমথে।)
নুপা অঙাউবা ঐ ইথন্তা হিংজগে। নঙ চৎখ্রো চৎলো।
নুপী চৎখিগে, ঐনা হায়বসি অমুক্তদি তাখো।
নুপা তানিঙদ্রে। তানিঙদ্রে। তানিঙদ্রে। (রাইতস্তেজরোমদা চৎলি।)
নুপী করিগী তানিঙদ্রিবনো? মতম অমদা নঙনা ঐগী ইতৌ য়েংদুনা, রাঙাং-সাঙাং তাদুনা, সক্তম কয়া য়েকখিবা নত্ত্রা? সকফম কয়া সাখিবা নত্ত্রা? লাইরিক কয়া ইখিবা নত্ত্রা?
নুপা মতম'দুদদি নঙ অহিংবা পোৎসক ওইরম্মী।
নুপী অদুগা, ঙসিনা সিরবা?
নুপা সিরবা। (কেনভাসতা থিন্দুনা) অসিগুম্না সিরবা। থরায় পান্দ্রবা।
নুপী (দস্তবিন্দা থিন্দুনা) য়েংবিয়ু দস্তবিন, মসিদা য়াউরিবা পোৎচৈ। ফত্ত-হৌদি। (গমলাদা অমুক থিন্দুনা)
অদুগা, অমুক য়েংবিয়ু লৈ গমলা। মসিদা সাৎলিবা লৈরাং কয়া
নুপা উরে, লোইনা উরে।
নুপী অনি অসিদা য়েংবা, নহাককী মীৎয়েংদু মান্নবরা?
নুপা লৈ অসি অহিংবনি, ফত্ত-হৌদিসিংসীনা অসিবনি।
নুপী লৈ অসিদা য়েংবিবা মীৎয়েং অদো য়েংবিয়ু ঐগী ইফমদসু। অদুগা হায়বিয়ু ঐবু অসিবা ওইনা উরিব্রা?
নুপা অদু ওইরবদি নহাকসু, আসিগুম্না ওইয়ু অহিংবা। মীৎয়েং, রাখল, পুকচেল, রাঙাং-অহিংবগী মমি তাহল্লু।
নুপা অদুদী নত্তনা লান্না লান্না অচুম্বা সাবা, নোক্লা নোক্লা চিবোন তৌবা, সিনা সিনা অহিংবা সাবা।
নুপী মদো অরানবা মীৎয়েংনি।
নুপা অরানবা মীৎয়েং?
নুপী অরানবা মীৎয়েং। ওন্ন তৈনবা মীৎয়েং।
(কপ্লিঙবগী খোঙ্গোক্তা)
নহাককী অচুম্বা মীৎয়েং লৈরিঙৈ
ঐসু ওইরম্মী অহিংবা অমা।
মতমদুদা-চেত্থি ঐগী থমোইদগী নুংসিবগী ঈংলবা ঈরী।
নুপা ঙাঙলিবদো?
নুপী (তরংদা) আ:। মীকুপসিংদো।
নুংফাউনরা রাখন্না তুজুং-মানজুংনহনখি।
পানগী রাখল থাদুনা ফংখি নুংগী অপেনবা।

মীকুপসিংদুদা
ইসানা ইসাবু কাউথোকখি, পুঙ্গিগী মণ্ড কয়া মণ্ডখি।

নুপা তাৎসে অমুক হৌরক্লেদনা। ঐ কদাইদা চেন্দুনা লোৎকনি।
(কা পুম্বা য়েংলুরগা, নুপীদা গুনসিল্লক্তুনা)
কান্নরোই, নসক মুন্না খঙলবনি। তাৎহৈবী, লৌনম্বী, মীসুম্বী মীহাৎপী।
ঐ নঙবু কিজে। নঙবু চান্নরা কিজে।

নুপী নঙদী ? নঙদী ঐবু অসুপ কুইবসি, পেলহন্‌খিব্রা মীকুপ অমত্তং নুপী ওইবীনা মপুরোইদে ইখৌ লাংজবা পোৎসক্তো ?

নুপা নথমোইদা অসেংবা নুংঙাইবগী মমি ফাউবা তাহনবা ওমদবী করম্না নঙবু পেলহনগনী ?

নুপী পীয়ু। পীয়ু ঐনা ইখৌ লাংলিবা পোৎসক। মদুদনী ঐনা পেনগদবা অসিবনা অহিংবা ওল্লককদবা।

নুপা (নুপীদা মুন্না য়েংলগা) ফৈ পেলহনগে। (অপস্তেজরোমদা চঙসিল্লি। প্লেতফোর্মগী রাইতস্তেজরোমদগী করিগুম্বা অমা লৌরগা, লাইরিক ফাকপগী মওংদা-) তারো। শৈরেং অমা।

নুপী (খামদুনা) মদু নত্তে, মদু নত্তে। ঐনা হায়বদি মদু নত্তে।

নুপা ব্রারেং ?

নুপী (মঙক হাইদুনা) তারোই, অমত্তা তারোই।

নুপা (মীৎচানৈ। ফিঙম হোংই। নোকই।)
(খুদাং ঘরী য়েংঙি।) পুং মরি.... পুবী রাগ।
সুদ্বম তিব্র ম পুন্না হায়মিন্নবা-অদুদগী কোমল রে নুংসিথ্রবা রাগনী। তারো।
(প্লেতফোর্মগী লেফতস্তেজরোমদা চৎপদা নুপীনা খুদাং পায়দুনা ফায়)

নুপী সকপিনু সিরুম নারুম্বা ইসৈ।

নুপা (সাউনা, মখুৎ কত্থত্তুনা) পেলহনদৌরিবনো নঙবু কমদৌনা ? কমদৌনা নঙবু পেলহন্দৌরিবনো ?

নুপী (নিংঙমদনা, মরাইবক্তা খুত্তুম্না সুজদুনা) অ:। ঈরাইবক। ঈরাইবক ঈরাইবক।

নুপা ব্রারেম অমুক হৌরব্রা ?

নুপী ঐবু হিংবগী করি কান্নখিগদগে ?

নুপা করি কান্নখিগদগে-অয়েকপা লাইনবো ব্রাৎহৌরিবা হায়ববু থব্রাই য়াউদ্রবা হকচাংনা লৈপাক ওনখিবা অদুতনি। অদুদগী দি তিকাঁকোক। কবুই কৈ ওইবগী উতোংদা পকহৌবা ঈসিং।

নুপী (খাঙঙমদনা, মখুৎনা মনাকোং মেনসিন্দুনা) তাজনিঙদ্রে। তাজনিঙদ্রে। তাজনিঙদ্রে ওকচরে। খীজরে। পেনজরে।
(কপ্লি কপ্লি তৌই)

নুপা (নুপীগী মতৌ মুন্না য়েংলল্লগা, অপস্তেজদা চৎলি। প্লেতফোর্মগী রাইতস্তেজরোমদগী করিগুম্বা অমা লৌরুরগা নুপীদা উৎপগী মওংদা) উরবরা কলম অসে। মসীগি মপান্দগি ঐনা তোংঙান-তোংঙানবা লাইরিক ময়ামসী থোকহনখি। (মায়কৈ অদুমক্তদা থিন্দুনা অমুক অপস্তেজদা চৎলি। হান্নগী পোৎ থন্নল্লগা কেনভাসতগী করিগুম্বা অমা লৌরগা নুপীদা উৎপগী মওংদা) য়েংঙু। তুলি অসে মসিগি মত্তেংদগি ঐনা মীত্তইবগী নুং অমদি পানগী সক্তমসিং য়েকই (কা পুম্বা সীন-থুংনা থিন্দুনা) মায়কৈ মরিমক্তা অয়েকপা লাই ময়াম। (অমুক অপস্তেজদা চৎলি। হান্নগী পোৎ থন্নল্লগা কেনভাসকী লেফত স্তেজরোমদগী করিগুম্বা পোৎ অমা লৌরগা, নুপীনা উত্তুনা) উরবরা নুংথং-স্রেনী ? মসিগী মপান্না ঐনা সাই। অৱাবা নুংঙাইবা নুংসিবা-তুককচবা, অকিবা-তুজ্জুংবা, কল্লকপা-মিহৌবা (অউদিয়েন্সরোমদা থিন্দুনা) উরবরা মফম অসিদা লৈরিবা ময়ামসে।

নুপী (করিমত্তা খোয়জংদনা) তোকও। ঐ হৈনিঙদ্রে। তহ্নরে। লেঙঙম-সাঙমদ্রে।

নুপা (পোৎ থন্নুবগী মওং উৎলগা অমুক হনিজল্লক্তুনা)

নুপা নঙসু অদু মঙায়, ফত্তবা খুৎলাই, তমথিবা খুৎলাই, মীবু হিংনা হিংনা সুম্বা ঙম্বা খুৎলাই।

(নুপী খাঙবা ঙন্নক্তে, চেন্নিঙবগী মওংনি।)

তম্নলাইগি মীৎয়েং হেল্লোইগি মীনোক নোক্তুনা মমল লৈত্রবা লমচৎ য়োনবা সীত্রবা নপুন্সি। মদুরা হিংবা হায়বদো ?।

নুপী অদুদি, ঐনা হিংলিবসি,

নুপী (নিঙবা কায়বগী অরোইবা পন্থেংদা) ওইররোই। ওইররোই। মপোক অসিমৈ ওইররোই। অহিংববু অসিবগুম উবা ঙম্বা অরানবা মীৎয়েং অদুগী মমাঙদা লাক্লরোই কৈদৌঙেদসু অহিংবা অমা।

নুপা নিঙসিংঙু অহিংবা মোদেল

নুপী অহিংবা মোদেল ?

নুপা অহিংবা মোদেল। (মীৎচানৈ। উন-ৱাইমুক চীকই।)

নুপী (নুপাগী মতৌ মুন্না য়েংলুরগা কন্না নোক্তুনা) কুইরবগী ৱাদো ?

নুপা কুইরবগী ৱাদো।

নুপী (অনৌবা ৱাখল অমগা লোয়ননা) ঙাইখোকো। খুদম অমা পীরগে। নঙগী খুদম নত্তে, ঐগী খুদম। (অপরাইত্তা চঙখি, নুপানা অঙকপা মীৎয়েং য়েংহৌই। অমুক থোক্লকই। করিগুম্বা অমা পীবগী মওংদা) য়েংবিয়ু-মসি নহাক্লা য়েকখিবা অহিংবা লাই অমনি। মসিবু নহাক্লা হান্নগী মতৌগুম অদুম্মক উবা ঙন্নবা, নঙগী নমাঙদা অমুক লেপকে ঐ। সোয়দনা উবা ফংবিগনি ঐগী অহিংবা সক্তম।

(নুপানা পোৎ লৌবগী মওং উৎলগা মুন্না য়েংঙি। কেনভাসতা মখুনিঙ সৌই। নুপীনা মোদেল স্তেন্দ তম্না লাকই।)

য়েংবিয়ু, মুন্না য়েংবিয়ু। মদো হিংলিবরা সিরবরা?

(নুপীনা ফুলফ্রন্ত পোজিসন্দা মোদেল স্তেন্দদা হেক ফমথবগা নুপাগী মীৎয়েং তরংদা থম্মী। মবান্নিমক ফ্রিজ তৌই। মনুংদগী মীয়ামগী অপুনবা খোনজেন্দা তাল নাইনা তারকই।)

মীয়াম মদো হিংলিবরা সিরবরা হিংলিবরা?

মদো সিরবরা হিংলিবরা সিরবরা?

মদো হিংলিবরা সিরবরা হিংলিবরা?

মদো সিরবরা হিংলিবরা সিরবরা?

(মীয়ামগী খোনজেন অদুনা তপথখিবগা নুপাগী মীনোক খোনজেন অমগা, নুপীগী মীকপখোন অমগা তারকই। লোয়ননা, অপরাইতলোমদগী নুপা অমনা নুপী অমবু তান্নরকই। মোদেল স্তেন্দগী অকোয়বদা অহুন্নক লৈরম্লগা দাউনলেফততা নুপানা নুপীবু ফায়। নুপী পাখৎলি। য়াম্না কিনা নাম্থোক্লবা হোৎনৈ।)

নুপী থাদোকউ। ঐবু ফাগনু। ঐবু ফাগনু। ঐবু ফাগনু,

নুপা করিগী থাদোক্লুগনি? হৌখ্রবা পুন্সিগী সাংলবা মতম নঙতবু তান্নদুনা লাক্লিবনি। (নুপীবু মখুৎ তুংবুন্নবগী মওং উৎলি।)

নুপী নঙগী করি কান্নবা লৈদুনা ঐবু ফারিবনো?

নুপা মদু নহাক্লা খঙলুবগী করিসু কান্নরোই।

নুপী অদুবু, চরাম-চদৎনরবা সাগী মচিনজাক্তি ঐ নত্তে।

নুপা লৈকংলাগী ময়ায়দা লৈঙোয়পুংগী সক্তম লৌবীনি। (নোক নোক্লুনা দাউনরাইতলোমদা লাকই।) নহাককী লৌনমলাংদা থুদুনা মতম কুইনা পুন্সিগী কৈসুমসঙদা লৈরকপা, ঙসিদি ঐ নিঙতম্বা ফংলে। (মকা লাম্না নোক্তনা) নুংঙাইরে, ঐ নুংঙাইরে। পুন্সিদা সিদৈ হেন্না নুংঙাইবা অতোপ্পা অমা লৈতরে।

নুপী (মসা অফা-অপুন্নরিবদুদগী নাম্থোক্লবা হোৎনদুনা) থাদোকউসে। থাদোকও। মীহাৎপা। হিংচাবা। (কপ্লি কপ্লি তৌই।)

নুপা সাদানবনা ফারবা সাগী অন্না তেংথাখোন তাবদা সাদানবনা সা'দুবু থাদোকপিখিবা করিগুম্বদা নহাক থেংনখ্রবরা?

নুপী (কপতুনা) অদুবু, ঐ নৌজরিবীনে। খঙলবরা নৌজরিবী।

নুপা মদুনি ঐনা ইখৌ লাংলিবা। মরেক মহাউ য়াউদ্রবা পুন্সিদুগী কান্নবা ঐ মসক খঙবা ঙমদে।

নুপী (য়াম্না সাউনা, অকিবগী সকফম পুদুনা) থাদোকওমি সা। মীওইবগী মমল খঙদবা। খঙঙু অকনবনা অসোনববু তুহৎপা, অঙম-অঙম্বা সেত্তুনা চানবগী

লমচৎ অদো তোল্লবা সাগী লমচৎনি।

নুপা — তোল্লবা সাদুগী লমচৎ য়াউদনা হিংবা ঙম্বা তাইবংসিদা কনা লৈ?

নুপী — মদো, তোল্লবা সাদুগী ৱাখল্লি। সাদদি, হিংবগী মমল লৈতে।

নুপা — হিংবগী মমল?

নুপী — পুন্সিগী মহৈ য়ান্দে।

নুপা — পুন্সিগী মহৈ? (কল্লক পেল্লা নোকই।)

নুপী — (মথ্বায় সোক্লা) নোককনু। নসানা নসাবু ফাউবা সক খঙজবা ঙমদনা, করিগী অদুগুম্বা মীনোক নোক্লি?

নুপা — (ফিভম খংহোং হোংদুনা) অদুদি, হায়য়ু ঐ অসি কনানো?

নুপী — (তুককচবা মীৎয়েং য়েংদুনা) সা।

নুপা — মদুদগী হেনবা?

নুপী — সূপ্লে লৈতে। সাদগী হেনবা করিসু লৈতে।

নুপা — অদুদি, মীওইবা হায়ব'মা অমুক লৈতে।

নুপী — করিগী লৈতনি?

নুপা — কদাইদা লৈরিবা?

নুপী — মফম মফম খুদিংমক্তা। অদুবু, তোল্লবা সাগী মীৎয়েংদদি মখোয় অসুপকী মতীক তাঙনা মখোয়বু সুপউ উবা ফংদে।

নুপা — মখোয়গী মসক তাকউ।

নুপী — সারমচৎ অমদি মীরমচৎ অনিগী লানফমদা সারমচৎপু মায়থীবা পীরল্লগা, মায়পাক্লবা মহাক্তো।

নুপা — মখোয়দু কনা কনানো?

নুপী — সাংলবা লম্বীসিগী লমখাঙদা উরক্লিবা অদুনি মীওইবসিংগী মরক্তা লাইপোক্লি হায়নবা কয়া কয়া। তারক্লিবা অদুনি মখোয়গী মমল য়াম্বা পাউতাক।

নুপা — (হৌনা নোক্কুনা) তাৎ ময়ামদো। লাং ময়ামদো। তাইবংগী সুমহৎলাংদা থুরবসিংগী অচম্বা অখুবা মীৎয়েংতগী চিরোন্দো। ঐগীদি মদু নত্তে। মী-ত্রংবু থুগাইগদবা মনুং হুনজিনবা মীৎয়েংনি।

নুপী — মীত্তাংবদা জগোই য়েংহনবা, নাপঙবদা ইসৈ তাহনবা, লম্বোইবদা সমজেৎ পীরুবগী করি কান্নবা লৈখিনি।

নুপা — ইসাবু সক খঙজদে হায়না নঙনা ঐবু চৈবগুম, নসাবু সক খঙজদবগী ঐনসু নঙবু নোক্লরি।

নুপী — ঐবুদি করিগী খঙদনি?

নুপা — মদো তৌসিন্নবনি, তাইবং মীত্রং হায়রিবসিনি।

নুপী — করম্না?

নুপা — (নুপীগী মনাক্তা নক্লা চঙসিল্লকুনা, চেকসিন্না) তাউ। মুন্না তাউ। মসাগী

খুদোংচাগদবা য়েংদুনা, তাইবং মীওইবা খুদিংমক অমনা অমগী মপান তাংনৈ। (ফিঙম হোংলগা স্তেজ সীন থুংনা চৎলি।) অদুগা মখোয়গী অপাম্বা ব্রাখল, থবক, ফিদমসু অমগা অমগা মান্নদে, থকখাগুম খেন্নৈ। কনানা মীনম্বা ঙাঙবদা, কনানা অচুম্বা তৌবদা, কনানা মীগী মতেং পাংবদা, কনানা মীগী মাঙনবা সীনবদা। মান্নবা মান্নবা কয়া কয়া খেন্নৈ ঙমখৈ লৈতনা। ব্রাদনা মিংচৎ পাম্বসিংনা অতোপ্পদা উৎ চাই, মসানসু হৈনদ্রবা, অচুম্বা চৎপা সাসিন্নৈ। পূক্লিঙগী য়েক্লবা লৈত্রবা মালহল্লি ওইজবা থাদোকপা। অদুবু, সিমদি মাসু খণ্ডদে, নঙসু খণ্ডদে, ঐসু খণ্ডদে, অপাম্বগী মখাপোন, মখোয়না লৌরিবা অরোনবা সক্তম। মসিদা করম্না নহাক্না নসাবু সক খণ্ডলিবা?

নুপী তানিঙদবা ব্রানি।

নুপা করি মরমগী?

নুপী ইসা ইথন্তগী হিংনবৈ ব্রাখল খনবদা, অতোপ্পগী অমুক য়েংনদবা তারবদি লৈপাক খুন্নাই লিংবগী করি কান্নরুরনি?

নুপা করিগী লৈপাক খুন্নাইনো? করিনা ঐগীনো করিনা মীগীনো ঐ খণ্ডদে, ঐ সুপখণ্ড খণ্ডদে।

নুপী মদু খণ্ডদবা নঙদি করম তৌনা ঐবু ফারি সাহিং চাবা সানা সজি সঙাই ফাবগুম?

নুপা মসিদি ঐগী ইথৌনি। ঐতগী নত্তে। থব্রায় পানবসিংগী মথৌনি।

নুপী করম তৌনা?

নুপা নঙ খুম্মু নোংসা কৈনচিংবা সাহিং চাবা সানা হিংনবগীদমক্তা করি চায়?

নুপী সজি সঙাই।

নুপা সজি সঙাইদুনদি?

নুপী মনা মসীং।

নুপা মনা মসীংদুনদি?

নুপী লৈপাক ঈশিং-নুংসিৎ।

নুপা অদুনদি, কৈনা চারিবদুসু লৈপাক ঈশিং নুংসিৎনি। হায়বদি, সা চাবা ঐহাকক্তা, মনা-মসীং চাবা নহাকক্তা পুক্সিগী ফিদম চপ মান্নৈ, অচুম অরান খেন্নদে। (ফিঙম হোংলগা, অউদিয়েন্সরোমদা ওন্দুনা) ফরে, মসিমা তোক্লসি। অদুবু লেঙলি পাল্লিবা ময়ামদা মসিমত্তংদি হংজরি। মহাক্না, মহাক্না নত্তে। ময়াম্না চাবিরিবা মনা মসীং, সা-ঙা ময়াম অসিনা ঐখোয়গুম লোন থোক্লমদুনা, ময়ামদা ব্রাকৎলম্বা থোক্লবা। ময়াম, ময়াম নত্তে মহাক, করি চাদুনা হিংলমগনি? লৈপাক-ঈসিং-নুংসিৎ চাদুনা অসুম্মক হিংলম্বা তাই। নত্রা? ময়াম্নদি খনবিরম্বা য়াই মখোয় মরোল থোক্তে। অদুবু, অসেংবমক্তি অব্রাবগী নিংসামপী হোন্দুনা মখোয় কপ্লি। ময়ামগী মফমদা, শুম নত্তে মাগী মফমদা

ব্লাকৎলি। মহাক্না মমীৎ তাঙবনা মখোয়গী অব্রাবা উবিদরে, মনা পঙবনা মখোয়গী ব্লাকৎ তাবিদরে। হায়বিয়ু- মসিদা মহাক লাল্লিবরা চুন্নিবরা ? (মনুংদগী মীয়ামগী অপূনবা খোঞ্জেন্দা তাল নাইনা হায়রকই।)

মীয়াম মহাক লাল্লিবরা চুন্নিবরা লাল্লিবরা ?
মহাক চুন্নিবরা লাল্লিবরা চুন্নিবরা ?
মহাক লাল্লিবরা চুন্নিবরা লাল্লিবরা ?
মহাক চুন্নিবরা লাল্লিবরা চুন্নিবরা ?

(তালগা লোয়ন-লোয়ননা নুপানা নুপীবু মোদেল স্তেন্দগী অকোয়বদা অহুন্নক লৈদুনা পুরন্নগা দাউন-লেফততগী অপরাইত তন্না চিংদুনা পুখি চুপ্লি থাংবা সা চিংবগুম।)

নুপা (ফ্রিজ তৌরম্বা ফিভম হোংদুনা, ফুক হৌগৎলগা, অউদিয়েন্সতা মখুদোম্বী থিন্দোক্তুনা-) হে। ঙাইখো। নখোয় অনিমক ঙাইখো। লাউ। ঐ হায়গে লাউ। হিংবগী মমল তাককে লাউ। মদু নত্তে। মদু নত্তে। মদু অরানবা ব্লাখন্নি। খঙলবরা অদু অরানবা ব্লাখল্লি।

নুপী (মাসু ফিভম হোংলগা) করি তৌরবগে ?

নুপা (নুপীদা মুন্না য়েংলগা, ফিভম অমমুক হোংদুনা) নহাক হিংলে। নহাক হিংলে। নহাক অমুক হিংগৎলক্লে, লেপ্পু ঐগী মাঙদা, মোদেল স্তেন্দ অদুদা। নহাককী অহিংবা সক্তম ঐ য়েককে।

নুপী (মকালান্না নোক্তুনা) লাক্লবরা অচুম্বা মীৎয়েং ? (স্তেন্দদা কাখত্তুনা লেপ্লগা, ফিভম সেমদুনা) য়েক্লোসে।

নুপা (নিঙবা কায়বা খোম্হোক্তা) করিগীনো ? করিগীনো ? নহাককী মীৎ অদো নুংদুন্না সাবা মীৎকুন্না তৌরিবা। নহাককী নসম অদো লীমোনগী সম মাল্লিবা-নহাককী কুচু অদো মরেক মহাউ থোক্লিবা-নহাককী সক্তম অদুমক লৈপাক্না সাবা সক্তম মাল্লিবা -।

(ফিভম অমা হোংদুনা) নত্তে, নহাক চৎখ্রো চৎলো। চৎখ্রো চৎলো। নঙবু অহিংবনি খল্লুবা ঐগী ব্লাখল লাল্লম্লে।

(মখুৎনা মমায় শুমজিন্দুনা) চৎখ্রো চৎলো। হৌজিকমক চৎখ্রো চৎলো। ঐগী মীৎমাঙদা অসিবগী সক্তম উহনগনু। অসিবগী সক্তম উহনগনু।

নুপী (মথ্বাই নুংঙাইতনা, মমীত্তগী মপি সীম্বুনা) ওঃ। মীৎয়েং অদো অমুক মাঙখ্রবা।

নুপা ঐগী মীৎয়েং মাঙখিবা নত্তে, নঙগী সক্তম মাঙখিবনি।

নুপী ঐগী সক্তম মাঙখ্রবা ? (মোদেল স্তেন্দদগী কুমথরকই।)

নুপা মাঙখ্রবা। অহিংবনা অসিবা ওনখ্রবা। খঙলেদনা অহিংবনা অসিবা ওনখ্রবা।

নুপী অদুদি করি পাম্বে লৈরি। (মোদেল স্তেন্দদা ফমথৈ।)

নুপা পাম্বে অমত্তা লৈতে, ঙম্নমক লোইনা তাইওন্নখ্রে।

নুপী তাইওন্নখ্রবা? (ব্রাখল খল্লি।)

নুপা তাইওন্নখ্রবা। অচুম্বনা লানখ্রবা, অরানবনা চুমখ্রবা। অহিংবনা সিরবা, অসিবনা হিংলবা।

নুপী (ফুক হৌগত্তুনা) করম তৌনা? (নুপাদা চাগদবগুম য়েংঙি। নুপাগী মনাক তান্না চঙসিল্লকই।)

নুপা অয়েকপা লাই য়েংলিঙৈ থমোইদা মমি তারকই নহাককী অহিংবা সক্তম ময়েক লানা, নিঙথিনা। মীৎমাঙদা নঙনা লেপ্লগা, ওনখি অহিংবনা অসিবা।

নুপী ও, ঐ খঙলে।

নুপা করি খঙলিবা?

নুপী মীৎয়েংগী অরেপ্পা লৈত্রি, ব্রাখন্দো মরা চেত্ত্রি।

নুপা (ঙক্লা) করি হায়বা?

নুপী হন্দকমুক্তুংগা হন্না অয়েকপা লাই অমত্তং পূক্লিঙ চঙনা য়েংলবা, সোয়দনা ফাউরক্লগনি থমোইদা অচুম্বা মঙাল।

নুপা (হেন্না ঙক্লা) অচুম্বা মঙাল?

নুপী (মখূৎনা খামদুনা) ঙাইবিখো। (অপলেফততা চঙখি। নুপাগী মীৎয়েংনা তান্নদুনা য়েংহৌই। নুপী পোৎ অমা পায়বগী মওংদা থোক্লকই। নুপাদা পোৎ পীবগী মওং উত্তুনা) য়েংবিয়ুসে।

নুপা (পোৎ লৌবগী মওংদা) অয়েকপা লাই।

নুপী অয়েকপা লাই, অহিংবা লাই। নহাক্লা য়েকখিবা অহিংবা লাইসিংগী মনুংদা অমা।

পূক্লিং অনি লোঙদনা পূক্লিং অদু চিংসিনবিয়ু। (মোদেল স্তেন্দ তম্না লাক্তুনা) য়েংবিয়ু— মদো, থাঙ্গৈসেংনা হিংলিবরা? (মোদেল স্তেন্দদা ফমথবগা নুপানা লাই য়েংবগী মওং উৎলি, মমীৎ তরংদা থম্মী। মবান্নিমক ফিভম অদুমক্তদা ফ্রিজ তৌখিবগা মনুংদগী মীয়ামগী খোঞ্জেল তারকই। তাল নাইনা)

মীয়াম মদো থাঙ্গৈসেংনা হিংলিবরা থাঙ্গৈসেংনা? মদো হিংলিবরা থাঙ্গৈসেংনা হিংলিবরা? মদো থাঙ্গৈসেংনা হিংলিবরা থাঙ্গৈসেংনা? মদো হিংলিবরা থাঙ্গৈসেংনা হিংলিবরা?

(মীয়ামগী খোঞ্জেল্লা তপ্পা তপ্পা লোইসিনখিবগা, মনুংদগী নুপা নুপী অনিগী হরাও তয়াম্বা মীনোক খোঞ্জেল অমা তারকই। মদুগা লোয়ননা নুপা অমনা নুপী অমবু তান্নরকই। মোদেল স্তেন্দদা অহুম্লক লৈরম্লগা দাউনরাইত্তা নুপানা নুপীবু ফায়।)

নুপী ঙাউসিন্ননুসে।

(মীৎচানৈ। নুংসিনা য়েংনৈ। মোমোন নোক্লে।)

নুপা কদাইদা ঙাউসিন্নরিবনো?

নুপী অদো। খূৎসি থাদোকউ হায়বা সে।

নুপা করিগী থাদোককদৌরিবনো ?

(অমুকসু নুংসি মীনোক মীৎয়েং।)

নুপী অদুদি, সুম পায়দুনা লৈবা তারে ?

নুপা পায়দৌরিবনি পুন্সি চূপ্পা।

(মুন্না য়েংনৈ। মোমোন নোক্লে। খরা খরা মখোল থোক্লরকই। অদুদগী কন্না নোক্লকই। সিথ সিথ নোকমিন্নরকই।)

নুপী নঙনা ঐগী ইনাক্তদা সুরু সুরু নৈসিন্দুনা লৈরিবসি করিগীনো ?

নুপা নঙনা ঐগী ইনাক্তগী চৎথোকখো হায়বা সুপয়া য়াদ্রিবসিদি ?

নুপী ঐনা নংঙোন্দা হংলগা।

নুপা ঐসু নংঙোন্দা হংলগা।

নুপী ঐ কৈনো'মা নিঙসিংলক্লে।

নুপা করিনো ?

(নুপীগী মখুৎ থাদোক্লগা ৱাহংগী মীৎয়েংনা নুপীগী মায়থোঙদা মুন্না য়েংঙি।)

নুপী (দাউনলেফতলোমদা লাক্লুনা) নহাক্লা ঐঙোন্দা হায়খিবদো।

নুপা করি ?

নুপী পুন্সি হায়বসিদি ৱাহং ঙাক্তনি।

নুপা কুইরেদা। হৌজিক ফাউবা কাউরমদ্রিবোইরে ?

(নুপীগী মনাক তান্না তপ্পা চঙসিল্লকই।)

নুপী পুন্সি চুপ্পা কাউররোই।

(মোদেল স্তেন্দগী অপস্তেজরোমদা লাক্লুনা দাউনরাইত তম্না লাকই।)

করি হায়য়ে নহাক্লা হায়খিবদুবো। নিঙসিংদ্রবরাও লোন্দাদুবো।... অমুক্তা হায়রকও।

নুপা উরুবা, তারুবা, থেংনরুবা খুদিং থমোইদা ৱাহং কয়া পোক্লকই। অমগী মথংদা অমা, অমগী মথংদা অমা। অদুগুম্বা ৱাহংগী পরেং অদো—

নুপী পুন্সি।

নুপা মখাদি ?

নুপী অদুগুম্বা ৱাহং ময়ামগী পাউখুম পীনবা হোৎনরিবা থবক অদুগী মমিংনা—

অনিমক (চপমান্ননা) হিংবা।

(য়েংনরগা নোকমিন্নে। ফিভম হোংনৈ।)

নুপী পুন্সিগী হৌগ্রবা মতমপুম্বা খোঙবু কনাসু য়াউদনা লেল্লক্লে।

নুপা ঐসুনি।

নুপী ৱাখন্দা অমদি থবক্তা ঐগী ইতেং পাংবিনিংঙাই কনাসু লৈখিদে।

নুপা ঐঙোন্দসু চপ মান্নে।

নুপী অদুগা ঙসিনা, করম তৌনা অমত্তা ঙায়বা খোঙবু ওই, ঐগী ইতেং পাংলরিবা ?

নুপা ঙকপরা ?
নুপী ঙকই, হায়ফম খঙদনা ঙকই।
নুপা খঙহৌদবা পুন্সি মীকুপতা নঙ ঐ থেংনরুবা।
(মুন্না য়েংনৈ। অমুকসু ফিভম হোংনৈ।)
নুপী পুন্সিসিদা নহাককুম্বা অমফাউবা-
নুপা ঐসু নহাককুম্বী অমফাউবা।
নুপী অসুপ য়াম্না নুংসিরুরিবসি করিগীনো ?
নুপা ঐনা নঙবু নুংসিবননি।
নুপী মদুবু হেক্তা ওইথোকপা য়াবরা ?
নুপা করিগী ওইথোক্লোই। নিউতোন্না হায়। একসন এন্দ রিএকসন আর অলরেজ ইকেল এন্দ ওপোজিৎ মহাককী থার্দ-লো, করিংঙাই লৈতনা চুম্লবা।
নুপী (মঙক হাইদুনা) মদু ঐ থাজদে।
নুপা করিগী ?
নুপী নুপা অমখক লৈ। মানা ঐবু য়াম্না নুংসি হায়। মাগী মী অতৈনসু ঐঙোন্দা তত্তনা পাউদম্মী- মানা ঐবু থমোই সোক্লা নুংসিজে। অদুবু, ঐ মাবু সুপ্পুং নুংসিদে।
নুপা মানা নঙবু নুংশিবগী করি করি খুদম উরে ?
নুপী উরে, য়াম্না উরে। মসীং থাবা ঙমদনা উরে।
নুপা মদুদা নহাক থাজবরা ?
নুপী খঙদে—
থাজগুমসু তৌই। থাজদগুমসু তৌই।
নুপা অরেপ্পা অমা লৈতবা ?
নুপী অরেপ্পদু হায়ফম খঙদে।
নুপা অদু ওইরবদি, তারোকো।
মানা নঙবু সুপ্পুং নুংসিদে, তৌসিন্নবা খুদম্নি।
নুপী নঙদি করম খঙলিবা ?
নুপা ঙমদ্রিবদুদি নঙনা মাবু নুংসিবসু, থাজবসু-।
নুপী অদুবু অদুপ য়াম্বা মহাককী খুদম ময়াম অদুদি, বাহে অমদি থবককী ?
নুপা মদো, তাৎ ঙাক্তনি। লোইনা লৌনম ঙাক্তনি। মরমদি ইসাগী খুদোংচাগদবা য়েংদুনা কনাগুম্বা নত্ত্রগা করিগুম্বা অমবু হুকচিন্না পামসিনবা অমদি কল্লক খম্বনবগী মওং অদো। মপাম্বোঙদা য়েংবা মতমদা মাল্লি চপ চানা নুংসিবগী সক্তম। কনাগুম্বগী কেনভাসতা, অয়েকপা লাইগী মওংদা, য়েক্লে সক্তম অদুমক, নুংসিবদা মিং থোংদুনা।

নুপী ও, অদুরা?

(মুন্না য়েংনৈ। অমুকসু ফিভম হোংনৈ।)

নুপা নিংসিংঙু— নোংমা, নোং নুংসিৎকী অয়ুক অমা, তোর্ববান অমদা ঐ লেপ্লম্মী। ইথন্নতা তরক তরক, খোঙবু কনা য়াউদনা।

নুপী মতমদুদা ঐ লাক্লম্মী ননাক্তা। ঐসু খোঙবু য়াউরমদে, ইথন্তা নাইতোম তারম্মী। (ফিভম হোংঙি। রিত্রোস্পেক্তিব জেস্চর অমদি এক্তিং উৎলি। স্তেজগী তোংঙান তোংঙানবা এরিয়াদা তোংঙান-তোংঙানবা বোদি পোজিসনগী একসপ্রেসন।)

নুপা ঐনা নঙবু উবগা, পেনখি ঙমখৈ লৈতনা। মরমদি, মতমদুদা ঐনা খঙখি— নহাকসে ঐগী পুন্সিগী অমত্তা ঙায়বা খোঙবুনি।

নুপী ঐসু মদুমক ফাউখি, নহাককুম্না পেঞ্জখি। অদুগা, হৌজিক্লা খল্লুবদা— ঙমখৈ লৈতনা অমুক ঙক্লবা।

নুপা করিদনো ঙক্লিবা?

নুপী ব্রা অমত্তসু ঙাঙনদ্রিঙৈনা, অহানবা উনবমক্তদা— অমনা অমবু খঙনবা ঙমখি।

নুপা সুপ্নগী মীৎয়েং ইঙ্কিৎ ফংনবতদা।

নুপী মদুদগী হেন্না ঙকপা লৈতরে।

নুপা মসিদি ইচম চম্বা ব্রানি।

নুপী অদুদি হায়রো করিনো? খঙনিঙবনা লাঙতক্লরে।

নুপা পুন্সি লম্বী তিন্নরুবা।

নুপী পুন্সি লম্বী তিন্নরুবা?

(মীৎচানৈ। ফিভম অমুক হোংনৈ।)

নুপা অদুগা, মসে— নুংসিবগসু মরী লৈনৈ। অচেৎপা মরী। লেঙদবা মরী। মপাম্থোঙগী চৈফুনা লাইনা থদৎপা ঙমদবা।

নুপী হায়বদি মদো?

নুপা ঐনসু নঙবু, নঙনসু ঐবু, নুংসিনরুবননি।

নুপী মদুদনি ঐনা ঙক্লিবা।

নুপা করিগী ঙক্লিবনো? নহাকসু তাখ্রবা নত্ত্রা। তোর্ববান অদুমক্তদা লেপতুনা, লানঙমদ্রবা ঈপাক অদুবু করম লানগদগে খনবদা — চময়্না লৈরম্লবা লম্বী চৎপসিংদুগী ব্রারী?

নুপী তাখ্রে, মুন্না তাখ্রে। অদুগা, অসিমসু খঙহৌই। পুন্সি লম্বী তিন্নরুবা, খোঙবু থেংনরুবদগী লানখি লায়না মখোয়সু লানঙমদ্রবা ঈপাক অদু।

নুপা অদু ফাউবদা ঙক্লিবা?

নুপী অসি ফাউবদা ঙক্নি ঐ।

(অমুকসু মুন্না য়েংনৈ। ফিভম হোংনৈ।)

নুপা অদু ওইরবদি, নহাক খুমদ্রি—

ব্রাহং ময়াম অদুগী পাউখুম অমত্তং ফাউবা।

নুপী (ঙক্লা) করি হায়বা?

নুপা (অসাউবগী খোম্থোক্তা, মমায় লৈথোক্লগা)

কৈসু হায়দে। চৎখ্রো চৎলো।

নুপী করি মরমগী?

নুপা মরম অদু খঙবগী লৈতে করিসু কান্নবা! চৎখ্রো চৎলো হৌজিকমক। মীকুপ অসিমক্তদা।

নুপী (সাউরপ্লা) করিনো নঙবু ঙাউরবরাও?

নুপা করিগী ঙাউগদৌরিবা।

নুপী অদুদি, মরম হায়দনা ঐহাকপু করিগী চৎলো তাল্লিবা। খনব্রা ঐবু অঙাউবীগুম। নত্রগা, কনাগুম্বগী কেনভাসতা য়েকপা অয়েকপা লাইগী মতৌগুম?

নুপা ওইনিঙবদু ওইসনু— ঐ খঙদে করিমত্তা। ঐনা খঙবা হায়ববু পামদ্রে নঙগা লোয়নবা। নহাকনা লোয়ননা লেনবা পুন্সি— ঐ তম্থরে, ঐ চোকথরে, ঐ হৈনিঙদরে। ঐ নঙগী নফমদগী লাপথোকপা পাম্লে।

নুপী (মপুক্লিঙ নুংসিনা) থাজ্ঞৈমকসেংলবরা?

নুপা থাজ্ঞৈমকসেংলবনি।

(মীৎচানৈ। ফিভম অমুক হোংনৈ। নুপীনা অৱাবা মায়থোঙ উৎলি, নুপানা লোন্না নোকই। নুপীনা চৎনবা হোৎনৈ, মখোঙ মখুৎ ফাজিনবগুম্না লেঙবা ঙমদে।)

নুপী অদুদি ঐ চৎলগে, পুল্লিবসি থাদোকউ।

নুপা কনানা নঙবু পুল্লিবা? কনানসু পুন্দে নঙবু। নহাক ননিঙ তন্নবনি।

নুপী অদুদি করিগীদমক্তনো— ঐগী হকচাংগী কায়াৎ খুদিংমক, নুং-পান অনি ফাউনা অফা-অপুন্নরিবা?

নুপা খঙজু, মদো— পুন্সি লম্বী তিন্নবগী কাউঙমদ্রবা ব্রারীনি।

(মুন্না য়েংনৈ। নুংসিনা নোক্লে। মনুংদগী মীয়ামগী অপুনবা খোঞ্জেল্দা তালগা লোয়ননা তারকই।)

মীয়াম পুন্সি লম্বী তিন্নবগী কাউঙমদ্রবা ব্রারীনি। পুন্সি লম্বী তিন্নবগী কাউঙমদ্রবা ব্রারীনি। পুন্সি লম্বী তিন্নবগী কাউঙমদ্রবা ব্রারীনি। পুন্সি লম্বী তিন্নবগী কাউঙমদ্রবা ব্রারীনি।

(তাল চানা চানা তুংথা-মাঙথা, মোদেল স্তেন্দগী অকোয়বদা অম্পুন্নক কোয়রম্লগা অনিমক অপলেফতলোমদা চঙখি।)

নুপা (ফ্রিজ তৌরম্বা ফিভম হোংলগা, হৌনা নোক্তুনা) ফংলে। ফংলে। ফংলে। মতম কুইনা মাঙলুরবা অহিংবা সক্তম ফংলে। অসিবনা অমুক হিঙ্গৎলক্লে। অসিবনা অমুক হিঙ্গৎলক্লে।

নুপী (মাসু ফিভম হোংলগা) অসেংবরা ? সক্তম অদুমক ফংলবরা ?

নুপা অসেংবনি, নহাককী অহিংবা সক্তম ফংলে। লেপ্লো ঐগী ইমাঙদা, মোদেল স্তেন্দ অদুদা। মহাককী অহিংবা সক্তম ঐ য়েককে।

(কা পুম্বা সীক্তুংনা য়েংদুনা ?)

তাইবংপানবা, তেংপানবা, মায়কৈ তরামকসিদা নহাককী সক্তম কয়ানা, য়েংঙু জগোই সারিবা। তাইবংপানবনা তাইওন্নপ্রবসু সক্তম অসিদি মুৎলরোই।

নুপী (মকালাম্না) ও, মুৎনাইদ্রবা মঙাল লাক্লবা। (মোদেল স্তেন্দদা কাখত্তুনা লেপ্লগা) য়েক্লোসে।

নুপা (মুন্না য়েংলগা, ফিভম হোংনা)

ইস। করিনো সিদি।

নুপী (য়াম্না ঙক্লা) করি অমুক তৌরে ?

নুপা থমোইদা তারিবা নহাককী সক্তমসে করিগীনো ময়েক ইরা লাদ্রিবা ?

নুপী ঐগী ফিরেপ সোয়রবরা ?

(অতোপ্পা ফিরেপ অমা হোংই।)

নুপা লেপ্লগী ফিরেপ কৈসু সোয়দে, সুপ্নগী মফম ওন্নবতনি।

নুপী মফম ওন্নরবা ?

নুপা নহাককী অহিংবা সক্তম ময়াম ঐনা য়েকখিবা মতমদা— লেপখিদে নহাক অমুক্তসু, মোদেল স্তেন্দ অদুদা। মতম অদুদা নহাক্লা (দাউনরাউতলোমদা থিন্দুনা) লেপখি মফম অসিদা। নহাককীদমক্তা ঐহাক্লা সাখিবা তোংঙানবা মোদেল স্তেন্দ অসিদা।

নুপী মমাংঙৈগী মোদেল স্তেন্দ অসে ?

নুপা মমাংঙৈগী মোদেল স্তেন্দ অসে।

নুপী ঙসিসু মফম অসিদা লেপ্লুরা ?

নুপা লেপ্লু। থিন্দনমক লেপ্লুরো।

(নুপী চঙখি। নুপানা মীৎ কুপতনা য়েংঙি।)

নুপী (মনুংদগী) য়েংবিয়ু। চুম্লবরা য়েংবিয়ু। মতম কুইনগী মমাঙদা, লেপখিবা ফিরেপ অদুমক ঙসি অমুক ঐহাক্লা, লেপ্লি নঙগী নমাঙদা।

নুপা চুম্লে। চুম্লে। চুম্লে। মফমসু চুম্লে। ফিরেপসু চুম্লে। অসেংবা অহিংবা সক্তম চপ চানা ফাউরক্লে। (ফিভম অমা হোংই।) অদুগা, করিগীনো নহাক্লা— নমথাককী মায়খুম ময়াম উপসিন্দুনা মহৌসাগী অহিংবা সক্তম মাঙহনগে হোৎনরিবা ? লৌথোকউ। লৌথোকউ। লৌথোকউ। নসাদা পক্লিবা ফি পুম্নমক

লৌথোকউ। মদুতদা অসেংবা সক্তম চপ চানা উবা ফংগনি। লৌথোকউ। লৌথোকউ। লৌথোকউ। (উইংস মনাক্তা ফুরিৎ থাধরকই।) মদুতা নত্তে, অমদুসু। মদুমত্তং লৌথোকপদা, থমোইদা লাক্লিবা অসেংবা সক্তমগী মঙালসে অমুককা হেন্না ঙাল্লনি। লৌথোকউ। লৌথোকউ। লৌথোকউ। (ব্র্যাসিয়র অমুকসু থাধরকই।) মান্নি। মান্নি। মান্নি। উগদৌরে অসেংবা চপচাবা সক্তমদো। পকহনগনু ফি অমত্তা নসাদা। পকহনগনু ফি অমত্তা নসাদা। হো হো। মদুত্তনি, মদুত্তনি, মদুত্তনি (ফনেকসু অমুক থাধরকই।) হৌজিক্তি, সুপ্নগী ফিখল অমত্তংদা মঙায়রে, সুপ্নগী ফিখল অমত্তং। মদুমত্তং হাইদোকপদা, মালেম সীন্না ঙাল্লনি অসেংবা সক্তমগী মঙান্না। লৌথোকউ। লৌথোকউ। লৌথোকউ। (অরোইবদা পেন্তিকোৎ থাধরকই। নুপানা মকা লাম্না নোকই।) হিংলে। হিংলে। হিংলে। হৌজিক্তি নঙ চপ চানা হিংলে। চপচানা হিংলে। চপ চানা হিংলে। (ফিভম অমমুক হোংই।) অদুবু, নঙগী সক্তম অসি করিনো? নহাককী মীৎয়েৎ নায়েং সাঙং সাদা— নুংসিবা মচেৎ অমত্তসু পক্তে। নহাকপু য়েংল-য়েংলগা— হকচাং পুম্বা তু চুংলক্লে। মিহুন পুম্বা হৌরক্লে॥ থমোই অসি নীক্লক্লে॥ (মখুৎনা মমায় খুমজিল্লি।) নত্তে। ঐ নঙবু য়েংবা ঙম্লক্তরে। ঐ নঙবু য়েংবা ঙম্লক্তরে। ঐ নঙবু য়েংবা ঙম্লক্তরে।

(অকিবা ফিভমদা হৌগৎলকই। মখুত্তা পায়বা তুলি কেনভাস মথক্তা লংসিনবগী মওং উৎলগা অকায়বা খোনফমদা লাউদুনা দাইনলেফতলোমদা চেপ্পোকখি।)

ওঃ ...। ... অয়েকপা লাই।

(নুপীনা ফনেক চিংসিনখ্রগা, সুপ্নগী ফনেক অদুমত্তং ফিদোন চিংখৎপোই করিবোই য়েৎসিল্লগা চেপ্পোক্লকই। নুপানা চেপ্পোকখিবা মায়কৈ অদোমদা মীৎয়েং তাম্না য়েংই। নিংসামপী হোল্লি।)

নুপী (মখুৎ থাঙ্গুভুনা নিঙবা কায়না) কদাইদনো নঙনা চৎলিদুবো? হল্লকখোও। হল্লকখোও। হল্লকখোও। (ফিভম অদুমক্তদা ফ্রিজ তৌখি। মোদেল স্তেন্দ মথক্তা স্তেচুগী মওংদা মীওইবগী নুংগী ওইবা সক্তম অমগী পিকচরাইজেসন। মনুংদগী মীয়ামগী খোঞ্জেন্দা, খোন্থাংগী মওংদা তারকই।)

মীয়াম অয়েকপা লাই। অয়েকপা লাই। অয়েকপা লাই।
অয়েকপা লাই। অয়েকপা লাই। অয়েকপা লাই।
অয়েকপা লাই। অয়েকপা লাই। অয়েকপা লাই।

(নুংথিলগী মঙাল মাঙখরে। নুমিদাংৱাইরমগী অমম্বা মরক্তা নুপীগী সক্তম মমি অদুমক অয়েকপা লাইগী মওংগুম উরকই।)

## লীলাগী মী

নিংথৌ
শান্তিদাস
খোংনাংথাবা
কৈরুংবা
গোমতি
শ্যামশাই
জিৎশাই
তোলেনতোম্বা।

# ১বা

## ফমদৌশংলেন

### (নিংথৌ অঙম অথৌশিং)

নিংথৌ — গুরুদেব ননাইনা হঙ্গৎচ্চরি পণ্ডিতসু তাবিয়ু। তিল্লিবা মীতৈ লৈবাককী অঙম্বা পুন্নমক ঐনা চহি ২০ চুংলকপদগী মীতৈ স্না তাংবলদা ফমজদুনা মণিপুরস্না লৈবাককী থৌগল ফংজবা, শ্রীরামজিগী থৌজান্না ইহুৎ শিন্না লৈবাককী থৌগল ফংজবা ঙম্বা ইচাশিং পিনবি। লৈবাককী থবক পুন্নমক মা- মানা ঙমগদবা মথৌ লৈবাক খংনা শিনজদুনা ঐদি শ্রীরামজী প্রভুগী মিংলেন শোনজদুনা লৈবাককী য়াইফনবা লাইনিং পরে চেৎচগ্রগে। অরাম্বম চনুনা পোকপা খ্বাইগী অহল শ্যামশাই খুরাইলাকপদা মীতৈ স্না তাংবল শিন্নজগে। ঙাংবম চনুনা পোকপা স্নাহল মুরারী শাইদা খুরাই লাকপা হাপ্লপে লাইরিকয়েংবম চনুনা পোকপা অনন্ত শাইদা লৈবাককী মন্ত্রি ওইহনগে। চিংঙাখম চনুনা পোকপা হরিচরন শাই, গদধর শাই, দুলর্ভ শাই অহুমগী য়াইমা গদাধর শাইদা সেনাপতিগী ফম পিরগা অনিনা লৌ ইংখোলগী থবক্তা মকোক থোংনা লৌরুং পুরেনগী থবক পুহনগে। রায়েনবম চনুনা পোকপা চিং শাই, নন্দ শাই, অঙ্গ শাই, শব্যশাচি শাই, ভরত শাই, শত্রুঘ্ন শাই তরুক কী মনুংদা তোলেন তোম্বা নত্তনা ময়াম্বুং মঙা পাচ্চ লোইশংগী থবক লুচিংবা পাচ্চহনবা ওইহনগে। শত্রুঘ্ন শাই উ-রা লোইশংগী মকোক থোংবা উরুং পুরেনগী থবক পুহনগে। হাওবম চনুনা পোকপা ধর শাই য়াইখোম চনুনা পোকপা হরি শাই মাইবম চনুনা পোকপা ভৌব্রাম শাই অরাম্বম চনুনা পোকপা তুলশী শাই, মেঘ শাই মোইরাংথেম চনুনা পোকপা কেশর শাই মখোই, তরুক তি ময়াম্বুংশিংনা মতমগী মতুংইন্না মাগী মাগী মতিক চাবা য়েংদুনা শিলহৌরসনু অসিদা লৈবাক্লচিংবা গুরুদেবনা করি য়াবিনিংদবা ?

শান্ত — য়াম্না ফৈ মহারাজ। মসিদা য়ানিংদবা কয়া য়াওরোই, ঐসু চৎকনি মহারাজ।

খোংনাং — করি হাইবা গুরু? গুরুসু লেংঙনি হাইবিরে। লাইনিংথৌসু লাই নিংঙনি তাকপিরে। লৈবাক ইরাং হৌরকপা তারবসু মা মাগী মশরুকনি, ঐ এ ফরগা লোইরে, লৈবাককী মরান্নংনি সিরা ?

নিংথৌ — করম্না পণ্ডিত? লোন্নবা লৈবাক্লা লান হৌরকপা ঙমদনবা মখোইবু খুদুম চনশিনবতা নত্তনা হিড়স্বা লৈবাককী নিংথৌ রাম নরায়ন্দা ইচানুপী প্রজাবতী, অবাগী তোংদোই নিংথৌদা ইচানুপী মস্যমালা থাজদুনা মীতৈগা মরি লৈনহল্লমলে। তখেল নিংথৌসু মাইথিবা পিদুনা মখোইগী লোইরমশিং মণিপুরগী লোইরম ওইদুনা তখেল ঙম্বা হাইনা মিংথোল ফংদুনা মীতৈ লৈবাককী ইংনা মরা তপ্পা পান্নবা শিনবা লোইরে। সিগী মথক্তা নংগু শিংসিস

মশা ইৎপা ঙমজনা মমান্নবনা ইরাই লাইনা লাকচবা ঙমলরোই খংনা হাইরবনি। লৈবাক ইরাং হৌরবসু লাইনা লাকশিন ঙমলগদবা ঙাকনি।

খোংনাং স্না য়াথং তাকপিরিবা য়াম্না চুমই। ননাইসু ইশাগীদমক্তদি য়াজরে লৈবাক্লা করি হঙ্গৎনিংইবা ময়ামগী ব্রা মঙাইরে। অঙস্বশিং অমদি লৈবাক কনা য়ানিংদবা য়াওরিবা ?

নিংথৌ অঙস্বশিং অমদি লৈবাক কনা য়ানিংদবা য়াওরিবা ? য়াদফমসু থোক্তে নিংথৌ ঐনা ইরৈবাককী ইজাতিগী য়াইফনবগীদমক ব্রাখল মুন্না খল্লগা হাইরবনি। কৈরুংবা

কৈরুংবা স্না য়াথং তাকপিসি লাইনিংথৌ।

নিংথৌ হুজিমক থৌরাং অপুম্বা লোইদুনা শ্যামশাইবু লৈবাক মমাংদা থুনা পুরকউ মীতৈ তাংবল শিন্নগে,

কৈরুংবা লাইনিংথৌ।

গোমতি শ্যামশাইদা মজাইবুংঙো অহল শ্যামশাইদা মীতৈ নিংথৌ-হাঁ-হাঁ ?

নিংথৌ গোমতি ?

গোমতী লাইনিংথৌ ?

নিংথৌ গোমতী।

গোমতী স্না য়াথং তাকপিসি। ননাইনুবিনা ফিগাও শানা য়াজরি।

নিংথৌ নং নুপীনা লৈবাক মমাংদা মফম অসি করিনো নং খংদ্রব্রা ?

গোমতী ননাই য়াম্না মুন্না খংজে। লৈপাক পুম্বনা হঙ্গৎপা ঙমদা তুমিন লৈনবা, লৈপাককী মমা ওইনা লাইনিংথৌগী য়াইফনবগীদমক লৈপাককী অফবা ওইন্ননবগীদমক নিংঙাইদনা লৈজবা ঙমদবনা চেনজরকলিবীনিদো লাইনিংথৌ।

নিংথৌ লৈপাক্লা করি পামলিবা ?

গোমতী লৈপাককী মহুৎ শিন্না ননাইনুবীনা লাওজরি স্না য়াথং তাকপিখিবা ময়াম অদুগী মনুংদগী মৈতৈ স্না তাংবল খাকপিনা স্না য়াথং তাকপিনবা হায়জরি।

নিংথৌ হাঁ নুপী। নংনা নুপী অমা ওইনা নিপা অমদা চৎকদবা লমচৎ হাইগদবা ব্রাঙাংদগী হেন্না লৈপাককী নিংথৌবুসু নংগী খুদোমবীনা লৈদুনা পুনি নিংবা শারি ? নংগী অফবা ওইনিংলবদি মফম অসিদগী থুনা চৎশ্রো।

গোমতী স্না য়াথং তাকপিগদবা অত্তে করি ?

নিংথৌ পম্থরবদি নুপীনি য়েংদনা মীতৈ তাংবলগী য়েরুবনি হায়না মীয়াম হৌনা নথক্তা খুৎলাই পাইনরক্নুনা অরেম্বদা নথব্রাই মাংদুনা তোকচনি।

গোমতী লাইনিংথৌ। থব্রাই মাংগনি কিবনা গোমতীনা ঙসি ফাওবা হিংলি নিংবিব্রা ? শীরবা নুপীদা লাইনিংথৌনা অকিবা উৎপীরগা হিংলকখিনি খনবিব্রা ? স্না বুদ্ধি থেল্লগা কনাদনো অদুক য়াম্না শাউবিরিবা ?

নিংথৌ কয়াদা তৌবা ঙমখ্রবিনো ? হায়য়ু নুপী। ঐনা হায়বা ইনগদ্রা ইল্লোইদ্রা ?

গোমতী স্না য়াথং তাকপিবা ননাইনুবিনা ইঞ্জরোইদবসু লৈতে। চুমনতা তাকপিবসু নত্তবা ইবুধৌ পাখংবা পন্না ব্রাশক্লা স্না য়াথং তাকপিবা লাইনিংথৌ কিজবনা লোইনা ইঞ্জনি। ঐগুম্বীনা ইঞ্জদবা ইতিকলা ?

নিংথৌ অরং-অরংননা গোমতী।

গোমতী করি থৌগল্লোন কাইনা লংজবা স্না নোংদম্বিসি।

নিংথৌ নংগুম্বিনসু ঐগী নিংবদা অপনবা পীরি। হায় নুপী। ঐগী নিংবা থুংবা পাউখুম।

গোমতী লাইনিংথৌগী নিংবা থুংবা পাউখুম। শ্যামশাইনা ফংফম থোকপা মীতৈ লৈপাককী নিংথৌ ঐনা পোকচবা ইচা নুপা অহল চিংশাইদা হৌজিকমক শিন্নবিবা।

নিংথৌ গোমতী।

গোমতী ব্রাশকপীবা কাউজদ্রি লাইনিংথৌ।

নিংথৌ লম হেনগনু গোমতী।

গোমতী মীতৈ লৈবাক্তা গোমতীনা মনিং তৌনা পানজবা লাইনিংথৌনা য়েৎপিরি।

নিংথৌ কা হেল্লবী নুপী। ঐগী নিংবা থুংবা পাউখুম পীবা ঙমলরোইদ্রা নহাক ?

গোমতী ননাইনুবিদা নত্তনা মালেমদা লৈরিবা মীওইবনা লাইনিংথৌগী ব্রাশক কাইহনগদবা মরু ইহুন তমদ্রি। ইনিংথৌ।

নিংথৌ হিংচাবি। নুপী ওইরবসু হিংচাবিগী মথক্লাই লৌবদি ধর্ম্ম কাইদে খংজৌ।

গোমতী হিংচাবি। হা হা হা (নিংথৌনা গোমতি তমনা চংশিনবদা চিংশাইনা থৌগললনা চংলকপা শ্যামশাইনা নিংথৌ মখোং কোন্না থত্তুনা)

শান্ত মহারাজ।

খোংনাং ইনিংথৌ।

শ্যাম লাইনিংথৌ। অফবা তানখৎপিরগা লমখাংদা মাংহনবিগনু। ইমাসিগী করি মরাল লৈ ? লাল্লিবদি ননাই ঐনি। লৈবাককী য়াইফনবগীদমক নচাবু চৈরাক পীবিয়ু।

নিংথৌ শ্যাম।

শ্যাম লাইনিংথৌ। নচানা লাইনিংথৌ খোং শোক্লা শ্রীরামজি প্রভুগী মিং পঞ্জনা ব্রাশকচরি। লৈবাক মরা তপ্না ইংনা পান্নবগীদমক শ্যামশাইগী ফংফম থোকলবা মণিপুর স্না লৈবাককী মীতৈ নিংথৌ খুভম পুক্লিং শেপ্ত চীংনবা লৈজদনা স্না খুয়া খাদা কৎথোকচরি।

নিংথৌ শ্যাম।

শ্যাত মতম খরদগীসু নৎচদে। পুন্সি চুপ্পা।

নিংথৌ শ্যামশাই।

শ্যাম লাইনিংথৌ।

নিংথৌ ঐবু নপানি খন্দুনা কেথোকপা। নিংথৌ ওইনা লৈবাককী ফননবগীদমক্তা উশিন্নদা তাশিন্নদা যুম্বিগুম লেপতুনা লৈবা ঙমলোই হৌজিকমক নথৌ পাংথোকউ।

শ্যাম স্না য়াথং ফিগাও শানা য়াজরি। লাউ জিৎ। লাইনিংথৌ স্না য়াথং পিবিরে। নং ঐগী শোইফদ্রবা ইথৌ পাংথোকলসি।

নিংথৌ শ্যাম। করেমনরবা লংনরবা ? নং য়াউনা ?

শ্যাম লাইনিংথৌ-

নিংথৌ তুমিন লৈয়ু। অহল ওইরে খল্লিবা গরিবনেৱাজ পাঙ্গল ময়েং তারে খনবরা ? লম হেনবা কয়া কয়া লাইনা লাকশিনবা ঙমনবা থৌনা লৌশিং ৱাত্তনা লৈরি। নং নংগী পোইরে য়েংদুনা চৎকনি নিংবরা ? নখোই পুম্বা ঐগী ইমাংদগী চৎথোকখ্রো।

শ্যাম তাকপিবা স্না য়াথং ইনজনি। মফম অসিদগীতা নত্তনা মণিপুর ৱাংমা লানবা তারবসু কোক নোন্না ইনজনি। (খুরুমদুনা চৎকে তৌবা, চিৎ-ইন্নে)

নিংথৌ শ্যামশাই। লম হেনগনু।

শ্যাম পাবুং। নচাগী শোইফদ্রবা ৱাশক্তি থৌনা লৌশিংগী ৱাংমদনি। চীংগুম লেংজররোইদবা নচাগী ৱাশকনি। (থুনা চৎখ্রে-চিৎ ইন্নখ্রে)

গোমতী জিৎ।

নিংথৌ (মচাবু মুন্না য়েংহৌনা) ৱা-শক-পা-

গোমতী চুমনা অদুক শকচবা হায়বদুনি। মনিং থুংদদুনা অপাম্বা ফংদবদগী মচিন থোক পংঙাং ঙাংজববু।

নিংথৌ গোমতী। নংদি-চৎলোইদৌরি ?

গোমতী মা মাগুম্বনা লাইনিংথৌ স্না য়াথং ইন্দ্রগা ননাই নুবীবুসু স্না য়াথং ইল্লোইদৌরে খনবিবরা ? শিবা তারবা ফাওবদা মাই লৈজরোই স্না য়াথং মতুং ইন্না মৈতে স্না তাংবন্দা চিৎশাইবু থাঙ্গৎচদুনা লাইনিংথৌ ৱাশক ঙাকচনি।

নিংথৌ প্র-ভু (মফম খংদনা চৎখ্রে ময়াম ইন্নখ্রে)

গোমতী সিতা নাথ প্রভু দয়াময়। অপোকপী কৌশল্যা কাইনদুনা পোক্তবী কৈকোয় ঙাকপিবা। সুগ্রিব মরুপ ওইবিদুনা বালি নিংথৌ লানবিবা রাবনগী মখুৎ চনখ্রবী অশোক বন্দা ফাখ্রবী জানকী সিতা মশুংলাং লানঙমদ্রবা সমুদ্র থিংদুনা য়েক্লবা রাবন মাংহন্দুনা বিভিষন নিংথৌ শেম্বীবা। কনা হন্না উজদ্রবীনা ঙঙ্গোবা স্না খুয়া খাদা থৱাই মঙা কৎচরি। (মিৎ উইশন্না খুরম্মঙৈ চিৎশাই অমসুং শ্যামশাই চংলকই)

জিৎশাই ইমা য়াম্মুংসু লেংলকলি।

গোমতী ওঃ শ্যাম

শ্যাম ইমাসি ?

গোমতী করিগী লাকপনো ?

শ্যাম ননাইগী ইথৌ পাংথোকচগে লাকচবনি।

গোমতী কনাগী য়াথংনা মফম অসিদা চংলকইবা ?

জিৎ ইমা

গোমতী নিংথৌমচানি ঙমইদো অসিরা ?

শ্যাম ইমাসি স্না য়াথং অদু য়ৌনা তাকপিদ্রবসু স্না শংগাইদা লেংশন্দুনা নুংঙাইনা পোৎথাবিরু। লেংবীবনা ফরদ্রা ?

গোমতী হাঃ হাঃ ঐবু চৎলো ? থিংইবা ঐবু চংহনলোইদবনা হঙ্গৎনা তাললরি ? শ্যামশাই ? ঙসিদি গোমতীবু মহৌশাগী নুপীদুনি হায়না উগনু। তাইবং মী কয়াবু ইরাই লাইনা মাংহনবা ঙমবা ভৈরবী মুর্ত্তিনি হায়না য়েংঙৌ।

শ্যাম ইমাসি ? নচানা করম্বা লংজখিবা ঙাকপিনি।

গোমতী ঙাকপিরি ঐনা ঙাকপিবদগী হৌজিক ফাওবা নিংথৌমচাগী মগুন-মাংদনা ইমাংদা লেপতুনা ব্রা ঙাংবা ঙমলিবনি। তাও স্নাহল। ঙসি ফাওবা গোমতীনা করিগী হিংলি ? লাইনিংথৌ ব্রাশক ঙাকখিগে হাইনা। ঐবু কৈসু লৈতবা নুপীনি খন্দুনা নংনা মীতৈ তাংবল কাবা কান্দা গোমতী ঐগী থবাক্তা নেত্তুনা ঙম্লবদি কাজৌ নত্ত্রবদি-

শ্যাম ওক্লে নুপী। অপাম্বা, মিহৌবনা কুপখিদুনা মীশক খংখিদ্রে ? চুম্না হায়জরবদি, ইখুত্তা থাং পাঙ্গনা ইঙকসি কত্তুনা পিবা ঙমগদবা শ্যামশাইনি। শিংনরবদি অফবা ওইরোই ওইজবা মাংজনি।

গোমতী হাঁ-হাঁ-হাঁ-অপাম্বা মিহৌবা কনানা ? ঐনা ? হাঁ-হাঁ..... ওইজবনা মাংওইনরবা নিপা। অফবা ওইনিংলবদি মফমসিদগী থুনমক হন্দুনা অপোকপা পম্ভৌগী নাক্তা নশা নশাগী ফগদবা তান্নজরু।

শ্যাম হাঁ-হাঁ-অদু ফাওবা ?

গোমতী উম-ঐনা য়েংবিবনা সি ফাওবদং

শ্যাম ইমামক্তি খঞ্জদুনা মচা অমনা মাংবা ঙম্বদগী ব্রাংমা লান্না লাইনিংথৌ শোক্না ? হাঁ

গোমতী ব্রা মখা তারনু শ্যাম। মফমসিদগী থুনা চৎখ্রো।

শ্যাম ঐগী ইথৌদা অপনবা পিবীনু ?

গোমতী লমহেল্লবদি লৈপাককী মহারানী অমনা ইরাই লাঙ্গনা চৈরাক পিবা ঙমই হাঙ্গবসে মীপুম খুদিংমক্তা খংফম থোকই খংদ্রবদি শ্যাম। ঐনা তাকপিরি মহারানীবু ইকাই খুম্নদুনা মফমসিদগী থুনা হনখিবনা নিংথৌমচা অমগী মগুণ মাংলোই।

শ্যাম জিৎ।

জিৎ য়াম্বুং।

শ্যাম ইমাংদা নথৌ থুনা পাংথোকলো ইয়াম্বা কুইনা লৈবা য়ারোইদৌরে।

জিৎ য়াম্বুং। স্না য়াথং অদু তাকপিনু ননাওবু নুংশিবিয়ু। য়েক্লা কলক মৈনুংদা ননাওবু খুজেং লাক্লা চিংশিনবিনু, য়াম্বুং-স্না চরন্না ঙাকপিয়ু (ময়াম্বগী মখোং কোন্না খাংখি)

শ্যাম নং ফাওবা ঐগী নিংজবগী ৱাংমদা লেপ্লবা? নংবু পিশক পিকঙৈদগী ইহৈ পুম্বা খাক্তনা তম্বীরকপা উশিৎ থওইদা ঐনা হাইবা চিন্থক্তা? লমহেল্লবা? নথৱাই কন্নবা খুৎলাই পাইয়ুহে। (থাং শৎলি)

জিৎ (থাংফমদা চোংথোক্লা) য়াম্বুং। তাকপিবা মতুং ইন্না ননাওনা ধর্ম্ম ঙাক্লা থৱাই পাম্মুদা য়াম্বুংগী মফমদা খুৎলাই পাইজবা ওঝা গুরু ওইবগী গুন্না ননাওবু ঙাকপিয়ু। (শ্যামনা জিৎকী থাং কষ্থে থিনগে তৌই গোমতীনা মরক্তা থত্তুনা)

গোমতী থাং থাদোকউ শ্যামশাই।

শ্যাম জিৎ অপোকপী পলেম্মু কন্নিংলবদি থুনা মীতৈ স্না তাংবন্দা কাখৎলু নত্তবদি-

জিৎ য়াম্বুং ইমাগী থৱাইতদি নিজরি। (শ্যামগী খোংদা কোল্লি গোঃ যুম্বীগুম লৈখ্রে।

শ্যাম ঐগী নিংবদা অপনবা পিগদবদি মীতৈ পোইরৈ লমদমদা মরু হুন্দ্রি। কাখৎলু হৌজিকমক ঐনা হাইবা ইল্লু। (থাংনা থিন্দুনা “চিৎ” বু তাংবলদা ফমহল্লি। ইমাসি নচানা লাকচবদা ইমাসিনা লাইনিং পরৈ চেৎপিরম্বনা নচানা ইকাই খুম্নখিদবা ঙাকপিনি। (খুরমখি)

গোমতী স্নাহল। গোমতীদি অচাওরম কানিংবী নুপী নত্তে, মসিমসু কাওগনু। পুন্নমক্তগী তোল্লবী, মীনাই নাইথাংনি। পুন্নমকসিগী মথক্তা ইবুঙো। লাইবক ফবা। নংগুম্ববু ইচানি হাইনা ফংজবা করম্বা মীতৈ চন্নুনা মপুকনিং পেন্দনা লৈবা ঙমগদগে? ঐসু নমা অমা ওইনা ঐমকনা পোকচবা জিৎনা হেনবা নত্তে, শ্যামনা তাবা নত্তে শ্রীরামজী চরন্না খংবিবা ওইসনু। চিরোন নত্তে। নপচবসু ওইরোই, অদুবু লেংফদ্রবা, তৌফম থোকপা ইথৌ পাংথোক্লবা অচুম্বা লক্ষ্মী চৎপদা অপনবা পিবদি ইচা খংদে মীচা খংদে গোমতী য়েক্লবনি হাইনা লৌদবা ঙমদ্রে, ৱারৌগনু ইবুঙো।

শ্যাম থাগৎচরি পুকচেল চাওরবী ইমা। শ্যামশাইনা অপোকপী ইমামকনি খনজদুনা নচাগী খুৎসু থাং ইমাগী চরন্দা কৎচদুনা তাকপিবা মতুং ইন্না হনজবে। (থাং থম্না খুরুমনা চৎখ্রে)

## ২ বা
## “কা”

(নিংথিবা ফম্মুং মথক্তা গরিব লোংনা হিগুনা ৱাখন্না ঙাওদুনা লৈরিঙৈ।)

মী অমা মৈদিঙু স্না সমৈরাং চিংশাইগী-

মীয়াম জয়।

নিংথৌ কনা। মৈদিঙু চিৎশাই? মীয়ামগী অমত্তা ওইবা খোম্থোক্লা "জয়" কনাগী য়াথংনা? গরিবনেব্রাজনা খরতং শোইরুবগীদমক্তা লৈবাক মীয়াম হৌনা ঐগী ইথক্তা লেপ্লরবা? কনা লৈ? (চৎনা চৎনা খল্লি) হায় ননা তাদ্রা কনা কনা লৈবগে? (তোলেন তোম্বা থাং য়ান্না চংলক্লুনা খুরম্না লৈ।

নিংথৌ কনানো?

তোলেন ননাইনি পাবুং।

নিংথৌ তোলেন তোম্বা।

তোলেন পাবুং।

নিংথৌ নং কনাগী য়াথংনা, কনানা হাইদুনা ঐগী কাদা চংলকই। ঐগী ব্রা তাদা, ঐনা হাইবা নত্তনা, কনা চংলকপা য়াদে। ননা তাদ্রা? ঐবু ঙাক শেনবা অঙম অথৌশিং করি তৌরি? নিংথৌ মচানি ইচানি হাইনা যুম্বীগুম নথৌ খংদা য়েংদুনা লৈরব্রা? লাও। হুজিকমক নশা লাক্লুনা চিংথোকলো?

তোলেন পাবুং। ঙাকশেনবা ননাইশিং কনা লৈত্রে। নচানা শিনজরি পাবুং।

নিংথৌ করি? ঐগী ব্রা তাদনা মনিং মখা তম্বা কনাগী য়াথংনা শিল্লিবা?

তোলেন লাইনিংথৌ স্না য়াথংনা পাবুং।

নিংথৌ ঐনা করম্বা মতমদা হাইখিদুনা হুম চিন্থিবা অঙাং। নং করি হাইনিংই হাইরম্মগা থুনা ঐগী ইমাংদগী চৎথ্রো।

তোলেন পাবুং স্নায়াথং ইন্দে হাইদুনা নচাবু ব্রারৌবিগনু ইথৌনা পুললবা নচানি নচাবু ঙাকপিয়ু।

নিংথৌ নংগী নথৌ করি?

তোলেন লাইনিংথৌ স্নায়াথং পাবুং ঙাক-শেনবা ননাইগী ইথৌনি।

নিংথৌ (ব্রাখন্না ঙাওরি) লাইনিংথৌ স্না য়াথং ঐবু ঙাক শেনবা (মচাবু মুন্না য়েংনা) শক্রুঘ্নশাই।

তোলেন পাবুং।

নিংথৌ তোলেন তোম্বা।

তোলেন স্না য়াথং তাকপিনি পাবুং।

নিংথৌ লাইনিংথৌ স্না য়াথং। কনা লাইনিংথৌ।

তোলেন পাবুং স্না য়াথং তুংইন্না মৈদিঙু লাইনিংথৌ চিৎশাই।

নিংথৌ আঁ-হাঁ-হাঁ হাঁ-হাঁ-হাঁ-হাঁ মীনাই নুবীগী মচা ওক্তবিগী মচানা মীতে স্না তাংবল মাংথোক্লগেরা। চৎলু নয়াম্বুং শ্যামশাই কৌরু হুজিকমক্ ঐগী ইনাক্তা লাকমিন্নৌ।

তোলেন পাবুং নচাদা পুঙমদ্রবা ইরাল হন্না হন্না হাম্লিরনু ইথৌ হন্দোক্লুনা খুবৈ অমা লাম্থোক্লা স্না য়াথং ইনজবা ঙমজদ্রে।

নিংথৌ ঐগী চিন্থক্তা? নথব্রাই মাংনিংব্রা?

তোলেন নচাগী লেংদ্রবা ইথৌদা অকাইবা পীরবা ইপা খংদে ইচিন ইনাও খংদে ইরৈবাকপু ইংনা মরা তপ্না থম্লবগীদমক্তা থব্রাইগা হকচাংগা থানদ্রিফাওবা ইখুৎত্তা খুৎসু থাং (থাং শৎনা পাইখি) পাবুং লেংশনবিদুনা নুংঙাইনা পোথবিয়ু। নচানা থৌগল ফংজগে।

নিংথৌ হাঃ হাঃ অদু ফাওবা? মখোই কনানো অমা শ্যামশাইবু মফমসিদা থুনা কৌরু। তারব্রা? কনা পাওখুম্লরক্তা হে-হে নখোই পুম্না শরৌ শিন্নজবা শারিবোই নখোইগুম্বা ঐগী মিৎলৈ য়েংদুনা খোংদা কুল্লম্বা নকোক হায়গৎচবা শারি নিংশিংজৌ য়েক্লবা কয়া খোংনেৎনা থাংদোন্না অব্রাগী স্নাথোং খুদেক্লম্বা গরিবনেব্রাজ শিদ্রি হিংলি নখোই মীতৈ পুম্বদি হায়রুনু অব্রা তখেল নখোইনা খোমনিংবা লৈবাক কয়াগী মীনো খোমজরু থাংনা অমুক্তদা লোইশনগে। কাঙ্গীরসনু ব্রাশক। (চৎপদা তোলেন্ন থাংনা থক্তুনা)

তোলেন পাবুং। মফমসিদগী লেংথোকপিনু নক্ত্রবদি মপাগী মফমদা থৌগললোন খংদ্রবা মচা অমনি হাঙ্গীনা লৈবাক্লা নচাবু থিনা ঙাংনখিবা তারে।

নিংথৌ তোম্বা। ঙাংখিবদি ঙাংখ্রে মতুংদা ব্রা অমতং ঙাংলকপদা মপানা মচাবু ব্রারকপা নংবু কনানা থিংবা ঙমগনি? হায়যু মপা মচাগী নুংশি মরি থদৎনবা ঙল্লনি।

তোলেন পাবুং ইপা ইমা ইচিন ইনাও মরুপ মপাংগী তৎনবা য়াদ্রবা নুংশিবদি য়েক্লবনি নিংলবসু লেংদনা লৈজরি। লৈবাককীদমক্তা তৌফম থোকপা ইথৌ তৌজবদা শিবা তারবসু মাইদি লৈজরোই।

নিংথৌ ওকলে তোকলো। অমুক শাংনা ঙাংলগনু। নাকোংদা শিংজানা ফুরে। পুম্নমক য়েংদনা নংদি ঐনা হায়বতা ইনগদবনি। ঐগী মাং থানা চৎলু।

তোলেন নচা ঙমজদ্রে পাবুং।

নিংথৌ (তোলেনগী মখজাইদা খুবাক্লা থাবা) লমহেনবা পেতুব্রা। ব্রাশকনা পুনখিদুনা খুৎশা প্রোক প্রোক থেকনা খাংবা। কাবু য়েংদুনা খুয়াগী উফুল ফাওবা নুংশিত্তা তোংদুনা মিত্তা চংগে থৌরাংলি। নঙোন্দগী হৌনা গরিবনিব্রজ ইগুন খংহনগে। (থাং শক্তুনা মপা মচা থাং হায়নগে তৌরিঙৈদা শ্যামশাই চংলক্তুনা)

শ্যাম (মপাগী মখোং কোন্দুনা) পাবুং নচাবু ঙাকপীনি। নচাবু ব্রারকপিবা তারবসু নচা লৈজরি। স্না য়াথংতা তাকপিসি। ওক্তা শিংদা পুমনমক স্নাতোম্বগী মরাল নত্তে। ননাইগী ইরাল ঙাক্তনি।

নিংথৌ স্নাহল। হন্না হন্না ঐঙোন্দা অপনবা পীরগনু।

শ্যাম ননাই লৈজরি স্না য়াথংতা তাকপিয়ু পুক্লিং তপথবিয়ু।

নিংথৌ অদুদি চৎলু চিৎশাইবু মশম খুদাংদা য়েৎনা ঐগী ইনাক্তা চিংলকউ। মতিক চাবা চৈরাক পীগে।

শ্যাম পাবুং। পাবুংতগী ওইরম্বা জ্বিৎ, থমোইতদা ইচানি খনবিবদগী হেন্না মপান থোকনা পাবুংতগীনি হায়বা য়াররোই। লৈবাককী ওইরবা ইনাওনি ঐনা পাবুংনা

নুংশি হায়দুনা ইনিংতমনা পুনিংবা মাইকৈদা পুবা মতম নত্তে। সিগী মথক্তা লৈবাক মমাংদা শ্যামশাইনা হায়জখিবা অঙাওবগী চোইরোল নত্তে। চিন্তনা ঙাংলগা থবক ওইনা উৎচরোইদবা নত্তে। লৈবাক মরা তপ্পা ঈংনা পান্নবগীদমক ফংফম থোকলবা মীতৈ নিংথৌগী তাংবল মিহৌদনা পুন্সি চুপ্পা কনাগীদমক হিংগদৌরি। কনাগুম্বা অমতনা মশাতগী য়েংনা লৈবাক কাইনবা চৎপা উবদা ইরৈবাককী ইজাতিগীদমক শ্যামশাইগী খুত্তা চেৎনা পায়বা থাংলেন ময়েক শেংনা উবা ফংবিগনি। পাবুং! নচাবু য়েংবিদুনা নিঙাইদনা পোত্থাবিসি।

নিংথৌ — নংসু ইদোম নাম্মা তারবা। চিরবা মতমসিদা ঐনা নিংজবা পাংথোকপিনবা কনা উদা কনাসু লৈত্র·· ? মীনা ফংঙমদ্রবা ইচা নুপা শাই ১৮ না গরিবনেৱাজগী শাগৈদা খুৎকল্লে পাঙ্গল্লে খনজরম্বা য়েকনা কল্লক মমাংদা চাং তাদুনা তোকপা তারবা। ইস্। লাইনা শোইখিদা। খজিক্তদা মাংলেদো। ইশানা শেমজবা, ইশানা থাজবা চার ইখুৎনা শেমজবা ঙমদা মাংহল্লেদো। শ্যাম।

শ্যাম — পাবুং।

নিংথৌ — ইপাগী ইবুংঙো। ইপানা নিংজবা অপুম্বা নখুত্তা শিন্নরগা ইরাই লাইনা কোকথোংনগনি খল্লম্বা ইচানদুম লোইবি পন শাদুনা কনা লাম্থোকপা ঙমদা অহল ওইরবা গরিবনেৱাজ মাংজবতা নত্তা মরা তপ্পা ইংনা পাঞ্জরম্বা নুংশিজরবা পোক্লফম লমদম মকোক মরু পান্দা চাংয়েং পুং ওইদুনা ঈগী লোকনুং ওইহৌরনিদো। নপা ওইবগী চৈরাক ৱায়েন থৌরিতনা পুন্দুনা মচাশিংনা অমতা ওইবশা পুল্লপ লৈজরম্বা মনিং মখা তমনা মহৈ মহৈ অচাউরম কানিংবনা লুচিংনবা হোৎনবদা অমগা অমগা মাইয়োকনদুনা মতুং ইনবা কয়া কয়াগা লোইনা ঈগী লৌখোং চেল্লগদবা পোইরৈ লমদম। (চিৎশাই চংলকই) লাইরেন মৈদিঙু লাইনিংথৌ সনা খোংলেনশিনবিরকসি।

জিৎ — (মপাগী মখোং কোন্না) পাবুং নচাবু ঙাকপিয়ু। লাল্লম্বা কোঙ্গাই য়েংবিদুনা সনা খুয়াখাদা চংজরিবা তোল্লবা নচানি খনবিয়ু। তাকপিবা স্না য়াথং পুম্বা ফিগাও শানা য়াজরিবা নচানি।

নিংথৌ — হুম। চংজরবা কয়া কয়াবু চংজফম পীরবা গরিবনেৱাজনা কল্লক য়েংথি য়েংদা ইশাগী চাগদবা শরুক লাইনা মীঙোন্দা পীজবা ঙম্বা মহৌশাগী থম্মোইদা ইচাদা নত্তনা মীপুম খুদিং চপ মান্ননা নুংশিজবা লেংদনা লৈ। তাও জিৎ। মপানা মচাদা হায়রি। নশাগী অফবা ওইননবা নত্তনা নংগী পোক্লফম লমদমবু য়েংদুনা নহা অহল ফমফম পরেং শীনঙমদনা পাল্লগদবা পুং নহাকথকশিদা থোক্তনবা নশামকনা শিনজহৌ। নখ্বাংদা য়াল্লিবা মীরোল খংলকভৈদগী তমলকপা নহৈ পোকমিন্নবা নচিন ননাও নপা নচাগী মফমদা শিজিন্নদুনা পোকনফম লমদম্বু অঙাংবা ঈগী ফিজোন্না লৈতেংহনগনু। অরোইবা ইপাগী পুন্সিদা ইচাগী নিংবা থুংবা নৱাহৈনা ইপাবু অমুক্তা পেলহল্লু।

গোমতী (চংলক্তুনা) লাইনিংথৌ। মচা ওইববু মপা ওইবগী থদৎপা ঙমলরোইদবা উইরবা য়াথং থৌরিনা পুন্দুনা লৈখা তানা চিংনিংবা মায়কৈদা পুবিরনু। ইচাদা নত্তনা মপা মমা মীমাংদা মাই উৎঙমদা, অরানবা পুন্সিনা মতোল লোমলনি।

নিংথৌ শ্যাম। ইপাবু ইংনা ব্রাই শংনা লৈননবা শীনবা ঙমলরোইদ্রা ?

(ফমুংদা ফমথখ্রে)

শ্যাম ইমাসি। নচা থৌগল ফংজগে। ঙহাক লেংথোকপীগদ্রা ?

গোমতী হা-হা-হা। মতিক চাবা মচানি। জিৎ। ইমাবু নিংবা থুংনা লৈননবা শীনবা ঙমলবোইদ্রা ইবুংঙো।

(চিৎ-মরু লুকনা খাংখি)

অয়ম্বা। মমা মশক খংদবা। নংগী ব্রাশক কাউব্রা ? ঐগী ইমাংদা হৌজিকমক নথৌ পাংথোকউ।

শ্যাম ইমা নচাদা মতম পীবিয়ু।

গোমতী মতম। চোম্ববা মতম। গোমতীনা শাংথ মতমদা তাউদুনা নুংঙাই ইপাল লাংদুনা লৈনিংঙি খঞ্জবা শাব্রা ?

শ্যাম ইমাসি নচাদা তাকপিয়ু, নচানা পাংথোকচবা ঙমজগদবা ওইরবদি হৌজিকমক পাংথোকচগে।

গোমতী শ্যাম। ইমাবু ব্রা য়ামনা ঙাংননবা থৌরাংলককনু।

শ্যাম ইমাসি। ইচিল ইনাওগী নুংশিনবা থৌরি থদৎনবা থৌরাংবিগনু।

গোমতী নুপী ওইবি ঐসু ব্রা ঙাংজনিংদ্রে। নিপা মতিক চারবা ইচানা ব্রা ঙাংবা য়ামনা পামখ্রেদা।

নিংথৌ ইপাগী ইবুংঙো। অতোপ্পা কাদা চৎসি লাউ। (চৎপদা স্নাতোম্বনা থৎলি)

তোলেন পাবুং। লেংশিনবিদুনা নুংঙাইনা পোৎথাবিয়ু।

নিংথৌ চৎথোকউ তোম্বা। ঐ চৎকে।

তোলেন নচাগী থক্তা নেত্তুনা লেংবিবা য়াগনি।

নিংথৌ জিৎ নংনা পাম্বা করি ? ইপাগী ঙক পামব্রা হায় ?

জিৎ (শ্যামগী মখোংদা তুদুনা) য়াম্বুং পেনবিরো করি ব্রাৎপিরি ? সিদগী হেনবা ননাউদগী করি পাম্বিরি।

শ্যাম ইমাসি সিব্রাইদা সুম পেনবিরো। মখা তানা য়েংথবিরনু লেংবিরো।

গোমতী চত্ত্রবদ্দি কমদৌবা শ্যাম।

(নিংথৌ হনজন্দুনা ফমুংদা ফমখি, তোলেন হনজন্দুনা লেপখি)

শ্যাম (জিৎ কোনখত্তুনা) ইয়াম্বগী ইবুংঙো ইমাসিনা পাম্বা করিনো ইনাওগী ব্রাশক পাংথোকউ।

গোমতী তাউ শ্যাম ননাউগী ব্রাশক লাইনিংথৌনা মণিপুর স্না লৈবাক ব্রাংমা লান্না স্না খোংলেংবা। স্না থৌগলনা শ্যামশাই। ব্রাশকপদা নত্তে লৈবাক অমগী নিংথৌগী স্না য়াথং লৈবাক তাবা য়াদ্রবা।

শ্যাম	হাঃ হাঃ হাঃ চন্নিং তানা ব্লাখন্নবিয়ু হায়দোকখ্রবা বা হনঞ্জনবা য়াদে। লৈবাক হৌরক্লনা ইনাউগী ফিভম চেত্রিঙে।

গোমতী	হাঁ লৈবাক। মীয়াম। হৌজিক ফাওবা হৌদা করিগী তুমিন লৈরি হায়বগে ? থীনবু থীল্লে। য়াথং ইনবতনা মথৌ ওইরবশিং নিপা মিংফমতা ঙাইরবশিং থওইনা পাউ চেন্দুনা তাকপিরু। শ্যাম। ইচানা ঙসি মতু শোল্লবি মমাদা লৈবাক্তা তোংদুনা কিহনবা ফজে। য়াইফনিঙাইনি। অদুবু ইচানা মরৈবাককী অমদি মীতৈশিংগীদমক্তা হিংলম্বা থোকলবদি ময়াং গুরুনা মনিংতম মীতৈ পুম্বা মখুয়াগী উফুলগুম খন্দুনা মীতৈগী ধর্ম্ম মাংহনবা নমদুনা নুংজেং নোংগ্রক ব্লাশকহনবা পুরান মৈ থাবা লান্নফম ওইরবা লাই ফাওবা লৈনুং চন্দুনা মীতৈগী অশেংবা ঈ চুপথোকখিবা। সিগী মথক্তা মরৈবাক্তা নপতুনা হিংজরিবা মতু শোল্লবিবু মপুরোইবা হাত্তুনা লাকনখিবা। মতম অদুদা লৈবাক্লা মমিৎ তাংলবসু পাঙ্গল লৌশিং চাউরবা ইচাগী খুত্তা চেৎনা পায়বা থাংলেন উরমলবদি লৈবাক পুম্বা নতুং ইন মীতৈ ঙসি ফাওবা মীতৈ ওইরমগদবনিদো। অদুবু হৌনশা লিচৎ হোংঙমদা ফংফম থোকপা মীতৈ সনা তাংবল ফংঙমদা মাংখিগদ্রা চিংনবোই। হৌজিক্তি ইচাগী খোল্লাউ তাবদা মীতৈ খোংতেক মিৎতাং হৌদুনা মতু শোল্লবী গোমতীবু মাংহল্লবদা ঐগী অমাং অতোং করিসু লৈতে। পন্থরনু শ্যাম লৈবাক খোমলুরো— তুংগী মিরোন্না লৌশিং ওইহৌনবা ইচা তরুক কা লোইননা মতু শোল্লবী গোমতী ঈনা মমিৎ উইশিল্লবা লৈবাককী মমাই চামথোককে।

শ্যাম	(মপাগী মখোং কোন্না) পাবুং নচাগী শিন্থা তাকপিরো।

নিংথৌ	ইবুংঙো। ননাউশিংনা নিংবা থুংজহৌরসনু। ইপাগা লোইননা মণিপুর ব্লাংমা লান্না চৎখ্রসি।

শ্যাম	হাঁ নচানা সনায়াথং ফিগাও শানা য়াজরি।

(তোম্বা মমাদা য়েংই, গোমতী ইঙ্গিৎ পি, নিংথৌ চৎলী ময়াম খুরুমই। শ্যাম মমা খুরুমদুনা চৎলি।)

গোমতী	ইমাগী তোম্বা।

তোলেন	সনা য়াথং তাকপিসি।

গোমতী	ননাইশিংগা লোইননা নপাবুং নয়াম্বুং থৌগল মিকুপ অমা পন্থহনবা য়াদে।

তোলেন	সনায়াথং। (মমাগী মখোং কোন্না খুরুমলগা চৎখ্রে)

জিৎ	ইমা ইবেম্মা নচাবুসু তমথীরবা ইথৌ অসিদগী লাপনা থম্বীরো।

গোমতী	করি। নমা ঐগী লমন শিংগে নিংলবদি নথব্লাই পাম্মুদনা লমন খুম্বা নিংহন্নগদবা লৈরবদি থাং অসি পায়য়ু জিৎ। অপোকপী নমাগী ঙক অসি হৌজিকমক মালেম থক্তা তাহল্লু।

জিৎ	(মমাগী মখোং কোন্না) ইমা।

লৌইরবা

# লীলাগী মী

তোম্বা
হোঙবা
মপা
খুরাঙাং
কৈ
থৌরম পাবা
ৱারী ইবা
ৱারী হুমাই
অথৌবা
মাকোক-১

# শ্রী তোম্বা অমসুং কৈ

**অহানবা শরুক**

তোম্বা — হাৎকে হাৎকে, মী হাৎকে, ঐ হাৎকে, ঐনা ঐ হাৎকে। ঐ শ্রী শাইখোম তাতোম্বা, মশক ফজবা তাতোম্বা, হাৎকে লাইরিক হৈবা তাতোম্বা হাৎকে। শিনি শিনি ঐ শিনি সুইসাইদ, সুইসাইদ মী নত্ত্রগা লাইনা নত্ত্রগা শা ঙানা নত্ত্রগা উনা ননগেবা? কনানো করিনো অ অমনা হাৎত্রিঙৈদা ঐ শিনি। ঐ হীংবগী করি কান্নে নত্ত্রগা ঐ শিবগী করি কান্নে (কপ্পগা) কপ্পী... কপকনু করিগী পী। ঐ তাতোম্বনি শ্রী শাইখোম তাতোম্বা। ঐ কৈসু কিদে, কৈসু উশিত্তে চেলেঞ্জ, চেলেঞ্জ হে শকথি, নঙ কয়াম চাওবনো? কয়াম চাওবা ফমনো? কয়াম ৱাংবা থাক্লো? হেন্না ৱাংনা কাবিগে। ৱাংলিবদো তারকপা য়াই। তারকপা য়াইকো নত্ত্রে শোইদনা তারককনি। তাবিরোই ঐদি সুকতা তাবীরোই সত্য, ঐ কাগে য়াম্না ৱাংনা কাগে। অমুক তারক্করোইদবা অৱাংবদুদা কাবীগে। (য়ু থক-থত্তু না কাখৎলি থৌরি য়ানফমদা) ঐ শিদৌরে (শাওই) লৈকাইসিগী লময়ানবা পাখংদু শিদৌরে। লৈকাইশিগী লময়ানবা পাখঙশ্রী শাইখোম তাতোম্বা শিদৌরে ফাও কনামত্তা লাক্কবা। তৌনু তৌহৈদে, শিখিনু পাম্মুই, কনামত্তনা খামদবা। লৈকাই লৈকাই হীমালয় নিংখাইদৌরে সমুদ্র কংদৌরে, কংলা মৈহৌরে। লৈকাইসিগীদমক পাম্বোমতিংলিবা, অচুম্বতনা মশরুক ওইরবা লাইরিক হৈবা লাইসু খংবা, লীংজেন খাবা, হায়খিবা ৱা ঙাকপা শ্রী শাইখোম তা-তাম্বো শিদৌরে। ঙসি নুমিদাং পুং ৭½ গা মিনিট অনি চৎপা মতমদা লৈকাইসিগী ফিদম্নীংঙাই ওইরবা লময়ানবা পাখংদু শিদৌরে। কংলা মৈহৌরে, কংলা মৈহৌরে।

হোঙবা — এ ঙল্লিনে, অয়ুককী অইংবা নুংশিৎসিদি তুমান ইতেক তেকখৎলিদা। নিতিগী ঙন্তা হৌগৎকে হকচাং ফবা লন্নি। হকচাং শাজেল তৌগে।... (হকচাং শাজেন তৌই) অস, ঙল্লিদা। অইংবসিদা লোক থুংনবা। হুম ঐ ভুম্বা য়াদে। ঐ লৈকাইসিগী লমজেল চেল্লিবা পাখংনি। ঐ ৱাংনা কাগদবনি ওন মাই মারক, গেট সেট লমজেল থারে শ্বা। কারে কারে ৱাংনা কাবে।

মপা — কাও কাও ৱাংনা কাও। নাম্থফমদো য়ৌনবা কাও। চেল্লু চেল্লু চেনখৎলু পারি ইবুংঙো চেনখৎলুদা চেনখৎলু ইপানা হোয়বু লাওগে, চেনখৎলুদা চেনখৎলুদে।

হোঙবা — হে লমজেল থৎকনু।

মপা — হৈ গধা, নঙনা কদায় য়ৌনা চেন্দৌরিবা কয়াম ৱাংনা কাদৌরিবা? করি খল্লিবা?

হোঙবা — খল্লিবনি ইশা খপতনা করম পায়সিগে? করম হায়না ৱাংসিগে। ইশা হাপচিল্লগা করম তারকসিগে। খল্লিবনি নৈনরিবনি শুংগৎলিবনি।

মপা — গধা নঙনা করি শুংগৎলিবনো ? য়েংঙু মখা লৈকাইগী তা-তোম্বসে য়েংঙু। নমান্নবনি, য়েংঙুনে করি ওইরিগে ? মসি নঙসু ঙম্বা য়াই। ঙমদবসু য়াই। য়েংঙুনে তা-তোম্বসি য়েংঙুনে। ইশ মশা খপ্তুনা ব্লাংনা পাইনি। ব্লাংনা কানি। য়েংঙুনহে নঙবো তাতোম্বসে অসিবু ব্লাংঙিব্রা নেম্মব্রা কাবা তারগা কয়াম য়াম্না কাদৌরি।

তোম্বা — কাগে ব্লাংনা কাগে, সত্য, ঐ ব্লাংনা কাগে। লৈকাইসিগী লময়ানবা পাখং, মরিংজেল লৈবা, মপাঙ্গল কনবা মশক ফজবা, লৌশিং লৈবা, শ্রীতাতোম্বা শিদৌরে। অস, কনামত্তা লাক্কেনে। ঐবু কনানোমনা খাম্বদি ফবজাৎনি। ফরে খাম্মনুনে। কনামত্তনা ঐবু খাম্মনুনে। অদো মী অমা চুম্নগী মী নত্তবা, শাইখোম তাতোম্বা ওইরবা ঐ, মী অমা মথন্তা শিজগদৌরিবসি খাম্বগী মথৌ তাদ্রো ? শিগদৌরিবসে মরম খংবগী মথৌ তাদ্রো ? মীনাইমচাশা হায়বীগেনে নখোয়না খল্লিববু লৈকাইগী লূরবা তনজা অসিদা হৌজিক হৌজিক ওইরিবা লৈকাইগী ফিভম অসিদা ঐ শিরবসু য়ারে শিনিনে। ঐখোয় লৈকাইনা ইরোননুংদগী ফাওগৎলকখিবা, কংলা মৈ হৌখিবা, চাওরবা লৈপাক কয়ানা ইথক্তা তাও তাওদুনা ময়ুক মকৈ লিত্রবদৌনা পন্থুংফম কোইথি থিখিবা-অসুক লুর-লুরবা নমিৎনসু উহৌদবা থৌদোকশিংদুনা থৌদোক অমমম ওইরবা। নমাংমক্তন্দা থৌরিয়ান শিগদৌরিবশিগীনা মী অমত্তা ফাও লাক্তবা। হে পেমচানা থৌরি য়ানবা উহৌদবা শা। ঐনা শিবসে থৌদোক অমা ওইদ্রবনিনে হা ? হীমালয় নীংখাইবদা করিসু নাচুংদ্রবা। ফৈ- ফৈ ফৈকো' নখোয় নোংমদি খংনিদনা। নোংমা লৈকাই অসিনা "শাইখোম তাতোম্বদো" হায়দুনা পাপ চেল্লবা নচিন নচিন্দুনা পন্দ-পল্লুদনা সত্য মদুদা ঐনা আ মথক্তগী তৌরকপদু য়েংঙুকো। মসিগী খল্লুরবদি হেক তোকথোকপা সুংশি হেক শিবিদবা। (কপ্পী) নুংদিনুংঙাইতেদকো। হিংদি হিংনিংইদকো। ফরে ঐ শিরগা মাংজগদৌরিবসে নখোয়নি। ঐ চৎলে ঐ চৎলে (থৌবি পায়) কয়াম কনবা থৌরিনো সিবো ? য়াঙ্গংলবা তাতোম্বগী লুম্নবা থম্মোয়সে য়ানখৎপা ঙমগদ্রো ? অস, য়ুবী থৌরি লৈকায়দা হৌদবা, লৈকায়দা ফংদবা য়ুবীদগী তাব থৌরিদা শাইখোম তাতোম্বা লানদৌরবা। লৈকাইগী হে লিহিংথৌরী শৌগ্রী মকুগী থৌরি অনানবা মকুগী থৌরী-ইজিং থৌরি, কোনথৌরী, নখোয়বু মোন ওন্দুনা গাড়ী তোংদুনা লম কোয়দে হায়বগী ব্লারৌদে অদুবু ঐমক শিব-ফাওবদি লৈকাইসিদা ফংবা শৌগ্রী মকু থৌরী অমত্তা ওইরবসু ফৈদনা। মসিগী খল্লুরবদি হেক তোকথোকপা, হেক শিবিদবা হুম কান্নদে থেংলগা কান্নদে পরপ পরপ লাককদবনি খুদক্তা চৎপা তাই, রেদি ব্লান টু, টু,

খুরাঙাং — ইবুংঙো তাতোম্বা কৈদৌরিনো ?

তোম্বা খুরাবু ঐনা তৌজগদৌরিবসে হায়বদি ঐনা উৎচগদৌরিবসি ঐখোয়গী মসিদা য়াম্বুরক্লিবা থৌরী অসিগী কোঙ্গোয় অসিনা থৌরি উতোংসি লাকশিন্দুনা কায়বা, শ্বর-হোনবা য়াদ্রবা ফ্রীং-ফ্রীং কাওবা অদুগা লোয়ননা ঐ শিরবা।

খুরাঙাং (নোকই) ... য়াম্না লুপ্রবজাৎনিদনা শোয়প্রবদি শিরোইদৌরিবনিনে।

তোম্বা অহোয় অরুম্বা ঙাক্তনি ঐনা তৌজরীবসে, পেমচা হায়বীদো হৈব্রেদা?

খুরাঙাং অদুবুদি লৈকাই চনুনিদনা।

তোম্বা খুরাগী মাং মক্তদা ঐ শিদৌরি। ঐনা তাতোম্বা হাৎতৌরি। খুরা নঙ তাতোম্বা শিবা খাম্মোয়দ্রা?

খুরাঙাং নঙগীসিবু অশেংব্রা? নঙগী ফাগীসিবু চৎনবজাৎলা?

তোম্বা ফাগীনে তৌশিন্নবনে, অশেংবা তৌশিন্নবনি ঐ অমুক থোকচরখিনি মথংগী শিন্দা, ঐ লাকখিনি লৈকায়শিবু কল্লখিনি, লৈরক মচীনগী বলব অচাকপসে শিল্লখিনি, হন্দ্রেৎকী পানগে নুমিদাংদা কতলা মচারা ফাবৌঙা মপীরা মশক খংনবা। কেগেগী য়ুম্বীসি শিন্দোককে। য়ুমদুসু তেকতৌরে।

খুরাঙাং নঙ খুরাগীদুসু কিন্থদৌরে। হন্দক্তি মখোয়শিংদুসু শিন্দোককে খল্লি। খুরাগী লিশিং ৪ দো পিরোনে ইবুংঙো নঙগী হয়েং হায়বদো ঙসিনিনে। নয়ুম চৎলুই লিলা চৎখি হায় লিলাদা চৎলুই নয়ুমদা হনখ্রে হায়। লিলা হৌদ্রিঙৈদা খুরাগী ৪ দু পীরম্মু। কুমথরকউ কুমথরকউ।

তোম্বা ঐ খুদক্তা হনজরককদবনি।

খুরাঙাং হল্লককদবনি মাল্লি অদুবু তাতোম্বা ব্রাংদি ব্রাংখ্রেদা

তোম্বা অহোয় খুরা তাতোম্বগীদি অব্রাংবা ঙাক্তনি।

খুরা থৌরিসীবু লিংনা উই পাক তৎলোই, ব্রাংখৎত্রিঙৈদা নঙ খুরাগী ৪ দো অমুক্তা পীথোকলম্মু।

তোম্বা হায় গধা, নঙবু করম্বা অহলনো। চাম্মা চৎপী বোরা কয়া পাম্মী নঙ। চাম্মা চৎপীনা লোক্তাক ফুনবদা চাম চৎপী অদো মপোৎ কয়া চংনি। লৈকায়গী লময়ানবা শ্রী তাতোম্বা ঐনা থৌরী য়ানবসিদা থাগৎতবা খামসু খামদবা পাম্মু খংদবা অপঙবা ভুত, পৈশা পৈশা পৈশা, শেল হায়বসে লক্ষিমিনিনে, লাইনিনে তাইবঙ মীনা লাই নুপী লৌবা য়াব্রা? অহল অমা ওইবগী অয়ুক ঙন্তা হৌগৎলু, ইরুঞ্জৌ, কোনুং কাও গোবীন্দা খোরম্মু লাই নিংদবা ধর্ম্ম লৈতবা। তাতোম্বা চৎখিদৌবসিদা নপী তাদবো।

খুরাঙাং য়ে, য়ে, ইবুংঙো খুরা কল্লী। খুরা তশেংনা ও খোংনা কল্লি। লিশিং ৪ দো ওম্বোক্লা ব্রানা শুংজপ্রবা। খুনু তুনফমদা য়েন-কাওনফমদা অনা শিকি তেক তেক। নঙ চৎখিদৌবসে নঙ খুরা থব্রাই ব্রাবা অমা য়াওনা কল্লীবনি।

তোম্বা চাম্মা চৎপী বোরা কয়া পাম্মী নঙ?

খুরাঙাং এ: এ: বোরাকা নত্তে সুপ্পগী ৪০ খক্তা পীয়ু।

তোম্বা হে লমজেল চেল্লিবা পাখং, সনাগী থম্বাল হেককে চৎলিবা অহল লোক্তাক ইয়াইদা হৈকক হেকপী। নমানা পোকপদগী উররোইদবা কুম্মৈ য়েংলো লাও। লিলাদা তশেংনমককী থৌরী য়ান্দুনা শিবা য়েংঙুরাও।

হোঙবা টিকেৎ থাজরে থাজরে থৌরী য়ান্দুনা শিবা মীয়ামগী মাংদা লাম্নোকচরি। হৌজিক টিকেৎ থাজরে। অঙকপা নুংঙাইবা কুম্মৈনি।

মীকোক-১ অসঃঅসঃ ঈতৈমা খুজিদো তপ্পা থিনবা য়াদ্রো? ইতৈমা য়াউরবদি কিউ থুগাইরসিনা

হোঙবা শিনজা লাংজরিবা ঐখোয়না কৌব্রুগী চীংদোলদগী কৈনোমা থেংনরে। অদুগা কংলা অমসুং অন্দ্রোদা চৎখিবা অনিদুসু হল্লকলে। মরম অসিনা হাউসিগী টিকেট থাজরে। ইয়োর নেকস লককী নম্বর ইজ ২ ৫, ২৫।

তোম্বা কৈদৌরগে? ঐ য়েংবা য়াদে হায়রগা, মথোং মরম খংদবসি ঐ ঙাইদুনা লৈজগে ঐ থেংবা য়াদে রেদি ৱান টু টু।

হোঙবা থ্রি।

তোম্বা গধা নঙবু করম্বা গধানো? য়েংঙু নমান্নবা গধা অতৈদা য়েংঙু মতৌ তম্মু চে কলম পায়য়ু, ইয়ু নৈনৌ থিগৎলু শিবগী মরম করিনো? হীংনিংদবগী মরম করিনো? লৈকাইসিদা হীংনিংবা মীনা কয়ানো? হীংনিংদবা মীনা কয়ানো? অনিদুপুরিনৌ। তারকপা ফোলদুনা পানখিবা নিংথৌ মশিংনা য়েনথোকউ। ফলদু খংদোকউ। মীনা য়েন চায়। য়েন লাক্ষ ৫ না মী অমা চাবা ঙমব্রা? য়েন কিদুনা খুল হোংখিবা চুমব্রা লানব্রা? লুর-লুরবা ৱাখল খল্লু-খল্লু লৈকায়সি নিংথৌনা ঙাক্লিব্রা মীনাইনা ঙাক্লিব্রা? শ্রী তাতোম্বা করি তৌগে খনখি। করি তৌখি? নৈনৌ ইয়ু লমাই ৯৭০ পানবা লাইরিক ফোংঙু নিংথৌদগী মনা লৌ। অহোংবা মমলগী চে দরকারদগী হেন্না লৌ। অতাবা মমলদা নম্বা য়ারে ব্লোক শাও, চেখুম য়েকউ, ঐ ফোটো হাপ্পু।

(কৈ চংলকই মহৈ মহৈ কায়নখি)

অসুক য়াম্না তাকপিরে তম্বীরে গ্যান তাদে, করিনো নখোয়না তৌদৌরিসিবো? কান্নদে ঐ য়েংবা য়াদে, ঐ য়েংবা য়াদে। রেদি ৱান টু টু।

কৈ হনদ্রেট।

তোম্বা কৈ (কপ্পী) ঐ ঐনা হাৎকনি নঙনা হাৎপা য়াবা ঐ নত্তে।

কৈ নঙ ঙাংই ঐ তায়, নঙ ৱাই ঐ নুংঙাই নংগীসিনা অশেংবা ফাগী ওইরবদি ঐ ৱা অমা হংগে। করিগীনো নঙনা শিগদৌরিবসি?

তোম্বা ঐনা শিবগী মবম খংলগা ইগে ফোংগে মনা লৌগে সিনেনে। নঙবু ক্লাস কয়ানো?

কৈ ঐ লান মমাংগী ক্লাস আইট নি। নংদি করিনো?

তোম্বা ঐ মীনি

কৈ নং মী ওহ, আই সি

তোম্বা ঐ শ্রী শাইখোম তাতোম্বনি তাদ হায়বা ৱাহৈসি মীনা মীদা কৌবা ৱাহৈনি। ঐবু ঈপাদগী হল্লি হায়দুনা কনাগুম্বনা তাদ কৌবসু য়াওই। খুরা চাওথৌইগী হুইনাওদুনা খোংবদু তাদ হায়বা হায়ফেৎ মাল্লি। মপীদুনা মখোয় অনিতনি পোকপা, ময়াম্বদু শিগ্রবা, কৈসু কায়দে হুইনা মথককী অহলদা তাদ কৌবা কৈসু কায়দে।

কৈ তাতোম্বনা থৌরী য়ানগদৌরিবসি করিগীনো?

তোম্বা শিনবা

কৈ কৈদৌরগদি নং হিংনি? করি হেনজাং চানিংই থৌরি য়াল্লমদাইসিদা?

তোম্বা উত্তি। চাম চৎপীগী উৎনা থোঙবা উৎতি।

কৈ ওহ, নঙ শেল পাম্মী। নঙনা ঐ মীনি হায়না লাওখিবদু ঐ চীংথক্তা লেপ্তুনা য়েংলি। ঐ তাই নঙ মীনি হায়না লাওখিবদু ঐ তাই। ঐগী ইপাগী ইপাদু হাৎখি হায় মীনা, নঙ মীনি ঐ নঙবু হাৎতুনা ঈপুগী লমন শীংগনি। অদুবু নঙনা পেন্না হীংদ্রিঙৈদা ঐ হাৎনিংদে, রেলগাড়ীতোংদুনা প্লেন তোংদুনা কয়া চৎলুরে নং থেংনরে নখোয় লৈকায়সিদা। ঐগী ইপাগী ইপাদো গধানি। মানা ঐ চাওথোইনা হাৎপনি নত্রগা বীধুনা হাৎপনিদা হায়রম্মুদনা সুক ৱানা থিগদ্রা? ফরে ফরে পুন্নমক তোক্লো। নঙ মীনি হায়রে, নঙবু হাত্তুনা চাগনি ঐ হংগনি লমন খুমগনি ঈপু হাৎপগী।

তোম্বা ঐ ঐনা হাৎকনি। ঐগী অশিবা হকচাং মৈ থাগনি। উৎ ওনগনি। উৎ মরিক অমা ফংবা মহাক ইনাক খুনগনি ফমথোন কানি। ঐগী উৎ চফু ৭ তা হাপকনি লৌবুক ৭ তা চায়গনি। পরিদা ৭৭ থোককনি। মৈনা হঙ্গোইরবা ঐগী হকচাংগী শরুক নিংথৌকাবা নুমিত্তা নোংমাইজিং চীংদা পুখৎকনি মপুগী অৱাংবা লৈকোলদা তিনগনি।

কৈ নংগীসি শোইদি শোইদ্রেকো? নঙগীসিবু হৌজিকমক শিদবা ইয়ামক য়াদবজাৎলো?

তোম্বা ঐবু হৌজিক হিংখিদ্রো?

কৈ নঙনা পাল্লিবসে করিনো?

তোম্বা পৈশা পৈশা। লুপা ১ চৎপী, ২ চৎপী, ৫ চৎপী, ১০ চৎপী, ২০ চৎপী, ৫০ চৎপী, ১০০ চৎপী—

কৈ য়ারে য়ারে ফিরোই লোইখ্রবা অমা চৎপীদুদি হায়নু ইনাও।

তোম্বা পৈশানা গুমদবা করি লৈ? ১০০ চৎপী ১ চৎপী পীখি ১০০ চৎখি, লাঙ্গোন পায় ফৌবোৎ ১০০ কারকই। ফৌবোৎতা ১০০। শেন্দা পীয়ু। মোইরাং লমজা কৈদা, কেগে লমজা কৈদা সত্যা ঐ তৌগে। লায়রবা লুহুপ উপনহগে,

লমজা লমজেল চেলহল্লোই লৈরক মচীনগী বলব অচাকপদু শীনদোককে পুমঙান ঙালহনগে।

কৈ (পৈশা মপুন ১ পুথোকই) চিঠি খেলা য়াওনিংব্রা? অসিগুম্বা মপুন্সি ৫০০ নি সিদা য়াওরিবসি। য়েংঙু কয়া চৎপীনো য়েংঙু।

তোম্বা অশেংবরা অশেংবরা ময়াইদা লৈই অমা চিংগুম তৌবনি। হে নঙ থানা তাকউরা, য়াইঙং অমুবা কদায়দা লৌরুই।

কৈ নপুন্সিদা চামা চৎপী কয়ারক উরে?

তোম্বা থাইনা ক্লাস আইট মিং চনবদা পাজিনা ১ খক পীখি।

কৈ পৈশাদুনা নং মীং চনবা য়াখিবরা?

তোম্বা ক্লাস আইট তা ঐ ফার্স্ট নিনে গধা।

কৈ চাম চৎপীদু নপাদা ঐনা পীখিবনি। থায়না উখিবদুগা মান্নব্রা য়েংঙু।

তোম্বা মসিনা মরাক খরা চপ্পরা করিনো? ফরে ওইজরসনু। অদু... নঙ মসিনা ঐগী সার্টিফিকেট ময়ামসি লৈগে সিরো।

কৈ সুম্বা মপুন্সি নঙ কয়াম পাম্মী য়েংঙু য়েংঙু হোৎলু তিনশিল্লু পুরিয়ু খাইদোকউ।

তোম্বা চামদা ২০।২০ শেংন্দোয়, লিশিং ২ গী চহি লিশিং ২ গী ২০ দা ১২ না পুরিরবা মদুদা লিশিং ১ না পুরীরবা মদুগী মথক্তা অমুক লিশিং ১ না পুরিরবা। অস মসিদি য়াম জাৎনিনা। গ্রাম ১০০ না কিলো ১ ওইরবা অদুদি পুন্না চাম চৎপী কিলো ৩২ জিঙখ বান ৩, মখোং ৪ অমা শিন্দোক্লবা লৈরক মচিনগী বলবতুমা শিন্দোক্লবা, নাউরি রবর জুরা ৫০০ লৈরবা। অদুদী পুন্না ১০০ চৎপী কিলো ৫০৮২

কৈ ফরে। ঙসিদি তাং ২ নিদনা। মথং থাগী তাং ২ দা ঐখোয় অনি অমুক থেংনসি। দলিল মরোলসি পাগে তাও।

"ইয়াদি ক্রিতং শ্রী য়ুক্তা শাইখোম তাতোম্বা পীং শ্রী শাইখোম লানজাওঙম্বী সাং চীংয়া লোয়ারম অকং লৈকাই। মখাদা ফাস্ট পার্টি হায়না খঙনবা অমসুং শ্রী খন্ননৈন কোকলেনবম কৈরেন পীং লাল্লোয় কৈজাও সাং নোংপোক লোকপুং ময়াই, সেকেন্দ পারর্টি হায়না খঙনবা অনিনা মখাগী ব্লারোলশিং অসি য়ানরে:

১ বা সেকেন্দ পারর্টি না শ্রী শাইখোম তাতোম্বা দা ১০০ চৎপী কিলো ৫০৮২ পীগদবনি।

২ বা হায়রিবা শেনফম অসিগী মহুৎতা, শ্রী শাইখোম তাতোম্বা না মহাককী অহিংবা শদোং খুদিংমক ২ শুবা পারর্টি দা শিন্নবা।

৩ শুবা মথক্তা পল্লিবা শাদোং অসি সেকেন্দ পারটি না লৌথোকনিংবা মওংদা ফার্স্ট পার্টি দগী লৌথোককদবনি অমসুং মদুদা থোরকপা ঈ নাই অসিনচিংবা পুয়্মককী দায়ী ফ্রাস্ট পার্টি মশামক্লা পুগদবনি।

৪ শুবা ফার্স্ট পার্টি না মথক্তা পল্লিবা শেল্লেপ অসিগী শেন্দোয় ওইনা ৱাহে ২ খক পীগনি মদুদি "ঐ মীনি" করিগুম্বা শেন্দোয় অসি পীবা তারবা সেকেন্দ পার্টি না মশানা য়াজরবদি অহিংবা শাদোংশিং অদু মাগী চাকখাওদা হাপচিনজবা য়াগনি।

মথক্তা ইরিবশিংসি পার্টি অনিমক্তা পাদুনা তানরে মখোয় মখোয়না খংবা লোন্দসু শুগাইনা খংলে অদুগা মতুংদা মশা মশানা ফরে হায়দুনা শাক্ষিশিং হায়বদি (১) নুংজাও ফম্বাক অহুম (২) ইলেকত্রিক পোষ্ট অমা মখোয়গী মমাংদা সহি তৌনরে,

(সাইন তৌনরে অনিমক্তা, শেন পী তোম্বানা লৌই)

কৈ থা অমা চুপ্পা চেনগদবা লমজেল থারে শ্বা, চেল্লো, চেল্লো।

(ফার্স্ট একট ওফ)

## সেকেন্দ একট

### অনিশুবা উৎপা

তোম্বা থৌরম পাবা ঙসিগী থৌরম পাথোকউ।

থৌরম পাবা হৌজিক পুং লোইনা তাখিবগা লোইননা ঙসিগী থৌরম পাথোকচরি, থৌরমগী অহৌবদা ওঝা ৱারী ইবনা শ্রী তাতোম্বগী ৱারী ইগনি। মথংদা অয়ুককী অহানবা য়ুথক্তা লাম্থোকচগনি খুরাঙাং অমদি শ্রী হোব ঙাকপীগনি হোংবগা লোয়ননা শ্রী তাতোম্বগা পুন্না য়ু থকমিন্নবা। অয়ুককী অনিশুবা য়ুথক চীংশিল্লকপগা লোইন-লোইননা শ্রী তাতোম্বনা খুৎহৈবম কুরুবীগী খুৎশেম শঙলেন্দদা সনা মোহর ৪২০ গী পাফর হাপ্পবা পুখম হৈবা চৎপা অয়ুককী পুং ৭ হেক তাবা মক্তদা শ্রী তাতোম্বনা লৈকায়গী হনুবা ময়ামগী হকচাং শাজেল তৌফম শঙ শংগাবা চৎপা। (তাতোম্বা খুবাক খুই, হরাওই, নোকই)

ৱারী ইবা (চংলকই) ইবুংঙো ননাই নপুনা পুনেমজরি। ৱারৌবিবা য়াদেদো, ইবুংঙোনা ৰেঙ্গোলি ময়েক্তা ইবিরকপা চিঠিদুদা এ: এম: হায়না থারকপদো অয়ুক পুং ৪ হায়রিব্রা ৮ হায়রীব্রা ননাই নপুনা ভাব মচা অমত্তং তাদ্রবা হৌজিক ঐ য়ৌরক্লে।

তোম্বা কৈসু কায়দে ইপু। মথক মখা ওস্থোক ওন্সিন মানবা ময়েক য়াম্না লৈ ঐ লৈকায়সিদা। মদুসু কৈসু কায়দে চৎনদুনা চৎনরে লোয়রে।

ৱারী ইবা নিংথেম ননাই নপু থৌরাং লোইজরে ইবা হৌবা য়ারদ্রা?

তোম্বা য়ারে ইপু হৌবিরো? ইপুগী চেসিদি।

ৱারী ইবা অখোৎপীনা ৫ রক থোৎপদা মফোন থোক্তবা চেনে, চহি লিশিং লিশিংগী মমাংদা লাইব্রিক ইনবা চেনে।

তোম্বা (শেলথাবা) কনপ্তবা চেনিদা ইপু। ফপ্তবা চেনিদা ইপু।

| | |
|---|---|
| ৱারী ইবা | (শেল লৌরগা) কনখ্রবা চেনিদা নিংথেম। থায়না ইনব চেদুমক্লিনে। |
| হুমাই | (ডিঃ লেফতা) শ্রী শাইখোম তাতোম্বা শোক কয়াদা পোকই। |
| তোম্বা | শকাবদ ১৪৯৮ দা শ্রী সাইখোম তাতোম্বা পোকই |
| ৱারী হুমাই | ইস, |
| তোম্বা | ৯৮ হেক মমাং হায়বদি ৯৭, ৯৭ অদুৱাইদা হেক্তা খোৎচিনবিরো ইপু |
| ৱারী ইবা | এ : করি ৱানোনে ইবুংঙো তাতোম্বানা মৈদিংঙু চরাইরোংবদগী হুন্বা তারবা ? |
| তোম্বা | মদুদা করি কায় ? মদুদা করি কায় ইপু ? তাতোম্বনা মৈদিংঙু চরাইরোংবদগী হুন্বদা করি কায়। |
| ৱারী | হায়হৈদে নিংথেম হায়হৈদে |
| তোম্বা | ইপু কায়ব্রনে (শেল পীরগা) |
| ৱারী | কায়দে, কায়দে, |
| হুমাই | শ্রী সাইখোম তাতোম্বা ফুট কয়া ৱাংই। |
| তোম্বা | শ্রী সাইখোম তাতোম্বা ফুট ১৮ গা ইনচি ৮ ৱাংই। |
| ৱারী হুমাই | ইস, কোয়েৎ তাই হে। |
| ৱারী | করিনোনে নিংথেম লান তারককদবা ৱা ঙাক্তা পংতাক তাকপীরে। |
| তোম্বা | ইপুনা নুংঙাইত্রগনা খরা সাহিতিক ওইনা শ্রী সাইখোম তাতোম্বনা খুমন লমজা খম্বগুম্বা শরুক অনি ৱাংই হেক্তা হায়বীয়ু। |
| ৱারী | নিংথেম হুন্দককী মতাং অসিদি ননাই নপুনা খুৎ থাবদা খরা খজিক লুদৌবিবো। |
| তোম্বা | ইপু শ্রী তোম্বনা খুমন লমজা খম্বগুম্বা শরুক অনি ৱাংবদা করি কায় হা করি কায় ইপু (শেল পী) |
| ৱারী | তুংলমচৎকী মীওইনা পংয়েৎ য়েৎনজহৌনবা পংখোৎ খোৎচিল্লগা লোয়রে থোকঅ-থোকঅব হায়বদুনি। |
| তোম্বা | অদুদি ইপু (ক্লিক মোসন দা হায়বা, ইবা,) অদুদি ইপু পাথবীরকউ অমুকতা। |
| ৱারী ইবা | ফগনি, (পাথোকপা) শ্রী শ্রী সাইখোম তাতোম্বনা ফম্বাল কাগদবা নোংমা ৱাংলিঙৈদা অহিংদা অহিংবা কৈজাও ৪০ ফাইএ, (ফাই ফাই) ফম্বাল কাবা হেক নোংঙানবগা মমাং নৈকাইদা লোক্তাক তৌএ (তৌই তোই) মদুগী লৈপাক্তুনা কৌব্রু থোল্লি। কৌব্রু থকতা লৈরাং থাই শামুসু য়োকএ। লোয়ন লোয়ননা শ্রী সাইখোম তাতোম্বা সমাজ সেবাদা মপুন্সি কথোক্লবা মী ওনখি। অচুম্বা ঙাংবা চুমদ্রিং চৎপা থম্মোয়না পীনিং পীনিং পীথোকপা হায়খিবা ৱা ঙাল্লা চৎপা, তৌনি হায়রগা তৌবা, তৌনি তোরোই খাক্তবা লোয়নমক তৌবা তোম্বনি (পুন্নানোকপা) |
| তোম্বা | আইস। নুংঙাইহে অচুম্বা হায়বসিদি তাবা য়াম্না নুংঙাইহে, য়ারে ইপু, নিংথৌরোনগী লাইরিক মরক্তা হেক্তা হাল্লীয়ু। ঙসিগীদি য়ারে। অদুগা তোম্বা শিবগী মতাংদুদি হায়ফেৎ লুদৌরি। ইপু ফুট ১৮ গা ইনচি ৮ ৱাংবা মীসে করি করম তৌরগকা শিনৈ। |

| | |
|---|---|
| ব্রারী ইবা | নিংথেম থেংনরক্কেনে নপুসু। |
| তোম্বা | ইপু শ্রী সাইখোম তাতোম্বা শিবগী মতাংসি, খরা খজিক লুদৌরি, ঐ অমুক্তা খল্লকখিগে। ব্রাখলবু ইথোক খোক্তে ঙসি ঙরাংসে। ফরে পোখারগে ইপু লেংঙো। |
| ব্রারী ইবা | অদুদি ননাই ঐ ভক্তি কৎচরি। ইবুংঙো ইনাওতোন। |
| হুমাই | তা তোনবু |
| ব্রারী | ঙসিদি য়ৌরগে জয় জয় জয় (২মক) (অনিমক চংখি) |
| তোম্বা | ঙসিসি তাং ২৭, ওন্থোক্লবদি করি কায়। ঙসিসু, হয়েংসু হংচিংসি তাং ২৭ ঙাক্তা ওইহল্লবদি করি কায় কায়দে, কৈসু কায়দে।<br>(অথৌবা চংলকই) |
| অথৌবা | তাতোম্বা ননাও অমুক্তা চংলককে কায়ব্রো ? |
| তোম্বা | কৈসু কায়দে, লাও চংলকউ। অদো ঐগী মীংদো খরা খরা তপ্না হায়য়ু। মীং ১ ওন্থোকপগী মতাং ওজা ব্রারী ইবগা হায়ফেৎ তান্নরম্লিবনি। ব্রাখল থোক্তে, অহিং তুমদে খল্লি লৈগদবা করি করি ব্রাৎলি। |
| অথৌবা | করিনোমত্তা লৈবীয়ু হায়গে লাকচরিবসিদি শোইরেদনা। |
| তোম্বা | ইহায় হায়দে হায়রিবনি। নিতিগী কোয়থোরকউ। শেল খুৎপায় লাকপায়সিদা মীয়াম্না য়ৌ য়ৌ তিনবা ফৈ। নত্তে ইনাওগীবু করি লৈয়ু হায়রীবনো ? |
| অথৌবা | ননাওসু হন্দক্তি তান চারে খনজবনি। নহান নোংমা ব্রারী হায়ফেৎ হৌজরম্বা ফিলমদুসু লোইশিনগে খল্লে। ননাওনা অসুম খন্ন-খন্না "উত্তর দিগে" অব্রাং পাংনা লাকপনিমা, কনানা উই। ঐ ইবুংঙো শ্রী দব্রারীকনাথ গোবীন্দনা উবনিমা তাতোম্বা, ইনাই ভক্তা প্রদ্যুসব অসিগী অনিংবসে থুংহল্লগে খনবীদুনা, মশক ফজবা হায়খিবা ব্রা ঙাকপা শ্রী তা-তাতোম্বগী নাক্তা থাজিল্লক্লিবসিনি। তাতোম্বদবুদি কৈসু লৈবা শেনফম নত্তে লুপা লাক্ষ ৩০।৪০ দনিদা। |
| তোম্বা | নংগী ফিলম হায়রিবসিবু, ও,ও, হিংচাবনা নুপী হুরানবগী ব্রারীদুরা, |
| অথৌবা | আ, আ তাতোম্বা মপুরোইববু লাইমক্কী খনজবীদুনা হেলিকোপটর থৌগাইবা। অদুদগীদি হেরোদুনা চীংথক্তগী ওন্থরগা লোকখাদা জবং তাবা, লিক্লি খুজী ময়াম জর জর থাদরকপা অস মসিমদি অস, মসিমদি সনাগীনি খন্না হেক খাকচিলহৌবা, নিংশিং খুদম সনা খুদোপতুবু উবদা হীক হীক কপচবা, মদুগী হেলিকোপতর দা ফারিবা পুল্লিবা ময়ামদু বৎ বৎ বৎ থদৎতুনা মখাদা হেক লংথবা মদু উরগা লক্ষী ঙাক্তা য়েকপা মেপতু উৎলগা লক্ষী খংলে হায়রমক্তুদা সুম হেনজিল্লকইনে হায়দুনা মখোং দ্রং দ্রং থিনবদা পৃথী মাতা অসি শেগাক চেখাইবা মদুদা ইন্টরভেল থাবা। |
| তোম্বা | ইনাওগীসিদি টিকেট য়াম্না ইন্নবা য়াই। ইন্নমন্দুনা মীগা শীনররনি অদো ইপানাৎ ইপুনাৎকী ওইবা থাং তা শৎজালচিংব য়াওবা ফিলম খরা নম্বসু ফৈ। |

অথৌবা — তাতোম্বা শেলবু ফংনি হায়রবদি ফিলম নত্ত্রসু করিনোমা হেক্তা তৌবা য়াই।

তোম্বা — থবক তৌদ্রবসু শেল অদুম মাগুহল্লু কৈদৌগে ইনাওসিদি নত্তে কয়ানো ইনাওনা পাম্মীদুবো ?

অথৌবা — ননাই ঐ থবক তৌদনা শেল লৌখিদবা লোইয়া পুরেন সুপলেন সুপ্পগী মশুনুপানি। ইপা ইপু চেনথবা থবক্তি তৌজরোই। তোতোম্বা স্কুল শেগাইবসি ফোংলবদি কমদৌই ?

তোম্বা — নপুক্লিংনবু লেপ্পবদি শ্রী সাইখোম তাতোম্বা ঐহাককী থৌদাং থৌয়াদুনা মনা ফংনিংঙাইদি লৈহে অথৌবা। অথৌবা ঙসি তাং কয়ানো ?

অথৌবা — ঙসি তাং ১ নি তাতোম্বা।

তাতোম্বা — ঙসি তাং ১ দলিন, দলিন মৱা লৌদে লাল্লোয় হন্‌জবা কৈনোম হাৎসি লাল্লোয় হন্‌জবা।

অথৌবা — সুপলেন সুপ্পগী মশুনি ননাই ঐ তাকপীয়ু নয়াথং। (তুবা তোম্বগী মমাংদা)

তোম্বা — য়াৱা তাবদা নুংঙাইহে লাল্লোয় হন্‌জবা। থাংজ ৭ চংনা শাগ্রবা উতোংসি পাইরোসে। উতোংদুদা মিলিলিটর ৭৫০ গী হুনি। ঙসি অহিং মকুনা থৱায় পীরো লাক্লা খোংবা ৱাংলেন কৈজাও মীগী ময়ুম চং লোন্না নাথৈদুনা তুমফম কাদা য়ৌকো অদুগা কৈ দো অয়ুক অয়ুক ঈশিং থকই হায়। খিল্লমগনি ঈশিং পুন ১ মাগী তুমফম কা-দা। হৈয়ু হুসি পুন্দুদা। (অথৌবা নীকই)

অথৌবা — (কপ্প) য়েক্লবা লিশিং লিশিং হাৎগ্রবা ইপা ইপু ঙাক্তনি নিংহন্নজরোই ইথৌ পাংথোকপদা, লানঙমদুনা হল্লকপা মিকুপতা খামেন চৎপা ফংজগে।

লাল্লোয় হন্‌জবা ইতিক খংলোইদ্রদো কৈনাও। লান্দা থৌবা অথৌবা ঐগী হুসিনা কৈনাও নথায় লৌগেদো। বিলাতমাতি খিত্তং হাপ্পগা চেকপন ৱাংনা খাগৎকে কৈবন নুংদা কৈনাউ নংবু থমগেদো। মদুগী মখা তাবদি খঙলোইদ্রদো কৈনাও।

(ঈশৈ : লাও লাও চৎসি লাও
পাম্বা কৈরেন হাৎলুসি)

তোম্বা — ঙসি মার্চ্চ কী তাং ২, নত্তে তাং ১ মতম লৈগে, ঙসিবু মার্চ্চ কী তাং ১ ওইহনবা ঙমদ্রবা তোম্বা ইমিং হোংগ্রগে। হল্লকতে হল্লকতে অমা চৎখি হল্লকতে, ২ চৎখি হল্লকতে, ১০০ চৎখি হল্লকতে। ঐ চৎকে কৈনাও হাৎকে। (হন্‌জবনা কৈ পোদুনা হল্লকই, তোম্বা হয়াওই, হন্‌জবা তুখি কৈ লেপ্পুনা লৈহৌই।)

কৈ — ঙসি মার্চ্চ কী তাং ২ ইনখিবা দলিনগী মরোল

(কৈ জগোয়, মঙক্তা থৌরী হক্লগা ঈশৈ :-)

ইঙেল্লে, ইঙেল্লে লুহোংবা নুমিত্তা শোরাৎ শোল্লে
চুরুপ থকলি, মৈখু কারী। উচি ফারি কিশি কিরি

লিংজেল খাবা থৌনা ফবা
ককচেং শঙ্গু শঙ্গু অশিবা তিনখ্রোক্লা ননবদা
পুমপাক পাকলি, থব্রায় থারী
লীংজেল পান্না পান্না থব্রায় থারী।

কৈ — চহি কয়া লাম্লবা চখাওশিদা করিমত্তা তারকত্রে ঐবু ক্লাস আইট তা ইতিহাস তম্বীবা ওঝানা হায় কৈদি মী চায়। লাম্লবা চখাওশিগীদমক মী কোইথী থী, চহি লিশিং কয়া থীরকলে লৈজবা শেল পুম্বা লোয়খ্রে। নংনা নংবু মীনি হায়বগীদমক লৈজবা শেলপুম্বা নঙোন্দা শীন্নরে সুপ্নগী চরা অমগীদমক মীদি খোং অনি খুৎ অনি, মীৎ অনি, না অনি লৈগনি। (কৈনা তোম্বগীমথবাক্তা তাই চোংথোরকই) চাকই য়াম্মা কন্না চাকই, নংগীদুবু থম্মোয়রা মৈবুল্লা। (তোম্বনা পী কৈনা লৌই) করিগীনো অসিনা মুশিন মুরীবসিনা, (উমই) অসুক খারিবসিনা করিগী। ঐ থাজরক্রে, ঐগী শেল মাংলদ্রা, হায়যু নং কনানো ?

তোম্বা — ঐ শ্রী সাইখোম তাতোম্বনি।

কৈ — মমাং থাগী তাং ২ দা হায়খি করি করিনো য়াম্মা তৌনি করি করি তৌখ্রে।

তোম্বা — মমাং থাগী তাং ২ দগী ঐনা লোক্তাক তৌখি কৌব্রু থোনখি, চাথোক লৈবা ঙা য়োকখি অদুসু তৌখি অদাসু তৌখি।

কৈ — লৈরক মচীনগী অচাকপা বলবতুদি নং শিন্দোকলব্রা

তোম্বা — ঐ ঐ মদুমদি কাও—

কৈ — কাওরে, ওস, ঐ অমুক চরা হেনবা তারবা ঐগী শেল মাংবা তারবা। নংগী নমিং নমথাক লৌনম ওইদবা তৌশিন্নবনি।

তোম্বা — নং ঐ উনদ্রিঙৈ ঐনা অচৌ অচৌবা থবক কয়া পায়খৎখি হেন্না চাওবা থবক কয়া, করিগীনো নংনা কৈসু লৈতবা বলব মচা অসি শিনদোক্তবগীদমক ঐবু অসুক থিনা চৈরিবা, হৌজিকসু মতম লৈরী ঐবু থাদোকউ, মীকুপ অমত্তং থাদোকউ অচাকপা বলব অসি শিনদোককে।

কৈ — ঐ অমুক হন্না চরা হেনবা তারবা, ঐগী শেল মাংলবা, ঐ অমুক শাংথনা চরা হেনবা তারবা!

তোম্বা — হে কৈ ঐবু চাও, ঐবু থাজৌ, ঐ, মীনে ঐ মী ঐবু চাও।

কৈ — ঐ অমুক শাংথনা চরা হেনবা তারবা কদায়দনো কৈদনো ঙায়বসিনা লেপত্রবদি থেংনরবা য়াই ঐ অমুক চরা হেনবা তারবা।

তোম্বা — হে কৈ, ঐ মীনে ঐবু চাও হে কৈ। ঐ মীনে, ঐ মী-
(লাইট ওফ)

# অচঙবা মী

যুথকপা
ইবেনী
চাওবা
শ্রীগোপাল
নুপী
নুপা
তাধন
নহা - ১
নহা - ২
প্রধান

(ইবেনীগী য়ুম কাখু অমদা)

যুথকপা : ওনথোক্লা খাখ্রে থুম খরদি পীয়ুদনা। ঐনা অখাবা মহি অসি থকচিনখিবদা অহোবা পুন্সি অসি মেনশিনবা ঙম্মী। অরাৎপা ময়াম অমা কাওথোক্তুনা নুঙাইবা পোৎথাবা ফংই। নংদি ঙসিসু অমুক কপ্লবরা? নপোৎ শিৎতববু কপ্লগা শিৎলককদ্রা? য়ু য়োনফম ফমগে হায়রবদি নশম ননাদু কাংমুক নাম্না হাৎতোককদবনি। নখজাইদা ফজরবা খুৎশেমগী শমব্রু অমা নমউ। মাইথোংদু ফজবা হেনগৎহনগদবনি। নাকন অনিমক্তদি নমগনু। মীনা নোক্লগনি। কা হেন্না ওইজবা পাম্বীনি হায়খিগনি। কংলবা চিনবানদুদা অঙাংবা লীপস্তীককী ইপোম কাহললু। অদু ওইরগদি কারবার অসিদা নংগী ফমফম চাওনা ফজনি। নংনা লৈরমবা খুঙ্গংগী মীশিং অদুনদি নংবু ওক্তবীনি হায়না ইনথোকলিদনা মদু মফমসিদদি লৈতে সহুরসিদদি লমচৎকীদমক খন্নদে শককীদমক্তনি রানরিবা নশকসু ফজে নংবু থিহনগদবগী হোৎনরিবা ময়াম অদু মাংহনখো। অদু ওইরগদি নংগী কাখু অসি মীনা পিক থনগদবনি। (য়ু থকনা)

ইবেনী : ওক্লবরা?

যুথকপা : ওকত্রি অমুকসু থকখিগনি। ঐগী অহোবা পুন্সি অসি য়াওনা মেনশিনবা ঙম্মী। কোক ঙাওবমখৈ থকচিল্লগা ঐনা হৌনা হৌনা নোককনি। পেল্লদুনা নংগী কাখু অসিদগী তুরোই ঙারোই থোকখিগনি। অহাংবা লমহাংদু লানথোক্তুনা চৎখিগনি। য়ু পেন্না থকচিল্লগা হনখিবদা ঐ করিসু মিপাইদে। মিপাইখিবদি ঐনা নংগী কাখু অসি য়ৌনবা লাকখিবদুনি। লৈতজাই লৈক্রক অরাওবা ময়াম লানথোক্তুনা নংগী কাখুসি য়ৌনবা চেন্নরিবা ময়াম মরক্তুদা য়াওদুনা তুং-মাং নাক-য়েৎ য়েংনা য়েংনা লাকপদু ওনথোক্লা ব্রাখি। ঙসাই ঐনা নংগী কাখুসিদা খোঙ থাংজিনলকপদা অশাংবা নিংশা শ্বর অমা হোনখিবদু নহাক তাহৌবা নৎত্রা? মদু অরাবগী খুদমনি। হৌজিক্তি অরাবদু কোকখ্রে লম্বীদুগী নিংথৌ লমহাংদুগী সমরাট ওইরবনি। (নোকপা)

লমহাংদুগী অশোম রাংমদা লৈরিবা ইংখোলদুগী অপিকপা য়ুম মচাদুগী মনুংদা মা তুমলমগনি ইচাদু মথাদা চেংনা কোল্লদুনা। মফমসিদগী নিশানা উংলদুনা চৎখ্রগা মাবু লক্লগনি ইচাদুবুসু ফুবীগনি। উতোং অহোবগুম্নবা পুন্সিদুবু তপ তাবমখৈ ফুবীগনি। মানা রাকৎকনি। ঐনা তাশিন্নরোই ঐনা হায়গনি, ঐ নিশাদা তাওরি ঐ ঙাওরি। (নোকপা)

ইবেনী : নং কয়াম কুইনা নোকখিগনি। চৎখ্রোবা।

যুথকপা : কপ্পা মদুসু নিশা মখল অমনি হোয় কপ্লম্মী কপ্পদুতনা পোৎথাফম ওইরম্মী। মীৎলুদগী শিনথরকপা পিরাংনা খুইথরবা খজাইদুদা ঈথক অমা পিখিবদুনা পুন্সিদা ময়াই অমদি কাহনখি। ঙসিদি শিনথনবা পিরাংদু কংখ্রে লৈকংলা ওইখ্রে, লৈজরম্বা পুন্নমক মাংখ্রে। নংগী শিনথনবা পিরাং লৈজরিবদু চাম্মরক হন্না নরাইবক ফরবনি। (য়ু থকচিনবা)

কান্নদে নংনা কপ্পগা মনিং মেনদ্রবা নংগী পুন্সিদু ফুনলককদ্রা? অদুগী শরুক নকে শেমউ। মনিং থুংদ্রবা পুন্সি ময়াম অমা নংগী কাখু অসিদা পাইশিল্লকলিবদু ফাজিনদুনা পেনহললু। মদু নৎত্রা নংগী কারবার য়ু-য়োনবী ওক্তবী নংগী শেনদান লম্বী।

ইবেনী : নংসু ঐঙোন্দা অমুক ইনশিনলিবরা? নোংমসু খুঙ্গংদুদা মানা ঐঙোন্দা ইনশিনখি। নখাজাইদা শমব্রু নমউ, নকে শেমউ, জীপ কার তোংউ।

য়ুথকপা : নং তোংনিংদ্রা? তোংনিংদ্রনে? তনদ্রা নপুন্সি অদুদা অব্রাৎপা ময়াম অমা ফাজিল্লগা হিংনবা হোৎনরিবদো।

ইবেনী : নংগী পুন্সিদুদি নুঙাইরিবরা?

য়ুথকপা : মিকুপ অসিদদি ঐ নুংঙাইনা পোৎথাই। নংগী অখাবা মহি অসিনা ঐবু পুমশুম শুমই। নিংথিনা তুমহনলি। মীকপ থোরকপদদি ঐনা ককচেংদু ফাওবা কিবা পোকই। ব্রাচেৎকী ফমুং অদুদগী য়ুমথকলোমদা য়েংখৎখিবদা অব্রাৎপগী অব্রাৎপা ঙাক্তা। ঐসু পামই জীপ কার, চেককী য়ুম অদুবু (নোকই) লৈকাং চারবা হুমদাং, শুম চারবা হুমদাং।

ইবেনী : ঐসু মিহৌরম্মী। য়াম্না মিহৌখি। খোংনেৎফম য়াওদবা কৈরাক অদুদা ঐনা কাখৎলুই। পুন্সিনা অসুম কাওনবা হোৎনরকই তেরা মফোনগুম য়াংলদুনা। ঙসিদি ব্রারে। নুংশিৎকী ইপোমদা তাংথক নাইদনা পনথুংফম খঙদনা ককঙাওননা পাইরুবা পুন্সিসে চোকথরে কপনিংলক্কে নিংবসু থুং খিদে। (কপই)

য়ুথকপা : পেক অমা থকচিনলু, অমগসু য়োৎশিনলু নহাক পোৎথাবা ফঙ্গনি। ঐগীসু মসিনা পোৎথাফম ওইরিবনি। ইমাদুনা ঐবু পোকপীরম্মী। পুন্সিগী কাংজৈবুংদা কাংজৈ পায়দুনা থোরকই অদুবু ওনথোকই হুনত্রে হুনলিবা কাংদ্রুমদু অমুক্তসু পান্নবা য়ৈবা ঙমখিদে ঙসিদি কাংজৈবুংদুগী শান্নরোই ঐহাক ওইদ্রে য়েংউ হৌজিক্তি ঐ করিসু ব্রাদ্রে।

অদুবু নিশাশিগা পুন্সিসিগা তাইনফম অদুদদি ঐ য়াম্না ব্রাখি। থক্লিংবগী লায়না মেনশিনবা ঙমদ্রবা অব্রাৎপা ময়ামদুগী লায়না মশা শোল্লবী ইমাদুবু ওৎ নৈবীরুবগী নিঙমদবা পুন্নমক অদুনা ঐবু অনাবা জীবা অমগুম ইতুক তুকথহনখি।

ইবেনী : ঐনসু নোংমা ঐগী নুপাদুবু নুংশিখিদে মশক্তু উবদা খোয়শাওনবা পোকখি। চৈবিখি মোমোন নোকপা, মাইথোং অদুবু তাথিখি। মানদি ব্রারৌখিদে ঐনা লানখি। ঙসিদি ইঙাও ঙাওবা ব্রাদ্রবা পুন্সি অদুগা মাইথিরবা পুন্সি অসিগা অনিগী তাইনফম অসিদনি ঐনা কপলিবসে। নং ঐগী ব্রারীসে তাগেরা?

য়ু-ঙাওবা : লীয়ু।

ইবে· : উফুল হৌরবা খুলগী লম্বীদুগী নাপী হৌবা চিদাই অমদা ঐ পোৎফম ফম্লম্মী। ঐগী নুপাদু খুলগী শন শেনবনি। অয়ুককী চাক ঈশিং চাবা লোইরগা মানা শন শেনবা অদুগা ঐনা পোৎফম ফমবা হেক হেক থোকমিন্নরকই। ইবানীগী কনাসু লৈতে। মানা ঐবু লুনা তৌবী। পোৎফম থোরকপা খুদিংগী ঐ ব্রাগনি হায়দুনা মানা ঐগী লুকমায়দু হেক হেক পুবী—।

চাওবা : পোৎশি থারোদনা। ঐ খুৎলামখাম কৌগেকো। জয় খুৎলামখাম লাইরেম্বী ইমা ইবেম্মা, ইবেনীগী পোৎশিৎ চাকশিৎ ফহনবিয়ু। নংগীনা তুঙ্গা ফনেক থোনবীগনি, ঐখোয়গীনা তুমনৌ নাকুপ্পীনা কুপ্পা লাইখন তাবা মৈতে য়ুম অমা শাগদৌরিবনি।

ইবেনী : অঙাওবাও, পোৎফম্না ঐনা ফম্লগা নংনা লাইরেম্বী কৌরিবা?

চাওবা : মাদি মবুক ফবনি। ঐনা কৌরবসু লাককনিদা খুৎলামখাম কৌরবনিনা ঐগী বেরী লৌরগে।

ইবেনী : পৈশা থাদদনা খুৎলামখাম কৌরগা পোৎ লৌবা য়ারোই।

চাওবা : ইশে কাওইদো। শে করামগী শন অশেনমন্নি।

ইবেনী : লুপা কয়ানো?

চাওবা : লুপা মঙানি।

ইবেনী : মখোয়গী শন্নাও মচা অমা য়াওরবা নৎত্রনে অদুগীদি হাপ্পকতরা?

চাওবা : শক্তিকসু চাবা হৈতবদুবু পৈশা লৌগদ্রনে?

ইবেনী : অঙওবসিদি। মীগীদি লাক্লবা ব্রাই হায়দুনা শান্নাওনা হেন্না পৈশা লৌনরিবনি।

চাওবা : নংনা লৌ হায়রগা হেক্তা লৌগনি। তু-তু আদা চোংদুনা শান্নরিবসি নুং-শিদ্রা? ঐ কৌগেকো ইংঙো মচা হা-হা-হা ইবেনী নং হৌজিক মানা মামা হায়না খুমখিবদু তাহৌদ্রা? মাদি ঐঙোদা মামা কৌই, মমাগী মনাক্তা লৈয়ু হায়বসু য়াদে ঐগী ইনাক্তদা লৈ।

ইবেনী : অঙাওবসিদি শন্নবু মীরোল ঙাংবরনে।

চাওবা : ঙাংই মানা মমে হায়রিবসি মামা কৌরিবনি অদু ফাওবা খঙদবা।

ইবেনী : হোয়, হোয়, নংগী বেরী হায়বদু লৌরোসে।

চাওবা : ক্লাদি চাররোই, য়া শোকই হায়নৈ। খাও অমা পিরকউ, হোরেলদি চম্মু হেকলকত্রা লেমফু পুরকত্রা হংলককনি। খুদৈদা য়োমদুনা পুরকপদু মীনা য়াম্না নোকনৈ।

ইবেনী : শে শে অরুবদদি কুমলুনুকো।

চাওবা : তিনফা কিবগী ব্রা ওইরিনি। নংনা কিজবগী ব্রানি ঐদি কিবীদে, হোরেলদি অমা অনিদুম ফাবীরককে।

ইবেনী : কৈদৌনবা?

চাওবা : মৈ থারগা তানথিদু থাও অহিংবগা তৈবদা শম য়াম্না ফৈ হায়নবনি।

| | | |
|---|---|---|
| ইবেনী | : | নং ঐবু শম য়াম্না শাংহন্ননিংবরনে ? |
| চাওবা | : | য়াম্না শাংহন্নিংই। নশকসু য়াম্না ফজহন্নিংই। নংনা ক্কা চাবা ফৎতে হায়বদু ঐদি য়ানিংদবনি। নংদি ক্কা চারগা য়াম্না ফজৈ নচিনবানগদু ঙাংলদুনা। |
| ইবেনী | : | চিনবান ঙাংদ্রবদি ফজদ্রে নুংশিদ্রে অসিরা ? |
| চাওবা | : | নুংশিদেসু হায়দনা। ইবেনী ঙসিদি শনশি আ চিংয়াগী লমহাংসিদা পুরগে। তুমনৌদু ফজব্রা য়েংলককে। |
| ইবেনী | : | মৈতৈ য়ুম লাইখন তাবা অমা শানবা। |
| চাওবা | : | হোয়। হনদককী নোংজু অমা লাকত্রিঙৈদা তুমনৌনা কুপ্না ফজরবা মৈতৈ য়ুম অমা শাদবা য়াদে। |
| ইবেনী | : | ঐদী ইনা কুপ্না য়ুমদদি লৈনিংদেবো। ইহে নংগী শনশিং অসি মীগী লৌদা লোইনমক হায়জিনখ্রেনহে। |
| চাওবা | : | হায়-রোনহে রোনহে রো হায়রগা রো-রো। |

*　　*　　*

| | | |
|---|---|---|
| ইবেনী | : | ঐখোয় অনি পোৎফম মনাক্তগী অসুম্না হেক হেক কায়নৈ। চহি কয়া অসুম্না পুন্সি লেনমিন্নরকই অসুক নুংশিনা তিন্নরগসু ইবানীগী মরক্তা চাওনা খেন্নবা অমদি লৈরম্মী। মানা পামখি তুমনৌ নাকুপ্পীনা কুপ্পা লৈমু হায়বা তনান তনানবা মৈতৈ য়ুম। লৈশারিঙৈ মতমদগী হৌনা পামখিবনা চেককী অচৌবা দলান জীপ কার। মঙোনদা য়ুম পাললবা মতুংদগীদি ব্রাখল অদু মমি শামি লোয়নদুনা লৈরগসু অচম্বা পুন্সি অদুদা অসুম অসুম চংশিল্লকখি। নোংমদি ইম্ফালদগী লাকপা শ্রীগোপালনা কায়হৌরবদগী মতম কুইনা খুইথরুরবা ব্রাখল অদু নৌহৌননা ময়োল চোংলকখি— |
| গোপাল | : | তিং তিং। |
| ইবেনী | : | হায় হিংচাবা, ঐদী খংলুরেদা, ইপা হেক পাখৎহললি। অদুম্না তৌজ-লাকচনু খুৎলামখামককা অমত্তা কৌদ্রি পোৎ শোৎপা য়ারোইকো। |
| শ্রীগোপাল | : | ঐবু পোৎ শোৎকে হায়থ্রবরনে ? লম্বী অসুম চৎচবনি। নংগী পোৎফম মপা য়ৌরকপসিদা ঙাইহাক লেপ্পনি। করি মন্ত্র হৈবনো নঙদে ইবেনী নংশে নংগী পোৎফম মপাশি লানথোক্তনা চৎপা শুকঙম হেক ঙমদে। |
| ইবেনী | : | হৈদকো উৎ পাৎ। পোৎ শোৎতুনা চাগদবগী অমুক মোইথেম তৌররিবনিনে। লেঙো লেঙো খঙজরে। নংনা নুংশিবীবদুনি ঐনা য়াম্না কিজরিবসে। |
| শ্রীগোপাল | : | তৌনুদা নঙোন্দগী মঙ্গল মরু অমা অনিখক নিদুনা চায় হায়দুনা পংথি-থিনসু হায়গনুদা। পৈশা পায়দদুনা তৌবনি, পায়রবা মতমদদি ইম্ফাল মচানি জম জম। |

ইবেনী : হা, হায়ো কদায়দগী কোৎতুনা পায়গদৌরিবা কতন হৈবোং মখা হিপ্লা নং-নবো। নোং ফুঙ ঙানবদগী নুমিৎ খম তাবা ফাওবা থবক মনা অমত্তা শুদবা মখৈ লমহাংদা লমুক্তা কোয়চং চংপা, হল্লক্লগা ঐগী পোৎফমদগী নিদুনা চারবা, অদুনিনে নংগী থবক হায়বদু। কোয়চং চংপশিবু পৈশা ফংব্রনে জম-জম খরচ তৌবা ইবুংঙো।

শ্রীগোপাল : মত্তাং চাদদুনা তৌবনিদা। ইন্দোন কোনুগী মরাইবক করম তৌখি নংবনা পৎ তৎতুনা লৈরম্বনি ইম্ফালদা কারবার অমা তৌখিবদগী য়ুমথক জীওঘ হায়গৎখ্রে, জীব, কার লৈখিগদৌরে মাগী মরাইবক অসিবু ঐঙোন্দা থোকলোই হায়নিঙাই লৈব্রা ?

ইবেনী : থোক্লরোই ইবুঙো থোক্লরোই, ব্রাঙাং শঙাং অদুক রাশী য়াওদবা নঙোন্দবু ইন্দোন কোনুগুম তমলকপা হৌনদে ব্রাঙাং খুদিংগী ঐখোয়দি ইম্ফাল মচানি খরশা জম জম তৌবনি। নংগী খ্বায়দগী পকচবা অমা হায়য়ুরা।

শ্রীগোপাল : হায়য়ুনে।

ইবেনী : নিদুনা খরা চাবা লাক্কুনা খরা চাবা মদুনা মপকচরে।

শ্রীগোপাল : ওনথোক্লা হনথনা হায়রেদা। ইন্দোন কোনুনা ব্রাখঙদবগী ব্রানীনে। মানা ব্রাখঙলবদি ঐবু কাওথোকপা চুমদবনি। ঙসি মানা ফংজরিবা ময়ামসি ঐ লৈরমদ্রবা, ঐ ইম্ফালদগী খুল অসিদা হোংলকলমদ্রবা পায়বগী ব্রা লৈতে।

ইবেনী : নংনা পোৎ লাকপা তম্বীরুবরা ? চিনথিবসিদি ঙাংনিংবতা হেক ঙাংলদুনা।

শ্রীগোপাল : অশেংবনিনে ঐনা হায়রিবশে নঙোন্দা করি তৌনবা ফাগী তৌদুনা শান্নগদৌরিবনো ?

ইবেনী : ঐখোয়দগী থোকলরোই ইবুঙো। চহি ফন৷ য়ামশিল্লকলেদনা ঐনা পোৎফম ফমলিবশে। করিসু হেনগৎপা ঙমদে হান্নগী অদুম্মক মরৈ। নংগী ইম্ফাল হায়বদো য়াম্না ফজৈ লৈবদা নুংঙাই হায়নৈ। অদুবু নোংমতা ফাওবা চংপা ফংদেদনা।

শ্রীগোপাল : ইন্দোন কোনুহোয়দি মদুদা দুকান ফমলিবনিদো নুঙাইখ্রবা মমায়দা শমব্রুককা নমলদুনা শেলেপকা ইয়াও হেক য়াওদবমখৈ।

ইবেনী : মীগীদি মরাইবক লৈবনিনা হেকমক চাওখৎখি। সহরগী থিকাদার থেঙনরুবদগী।

শ্রীগোপাল : ঐখোয়গী মামনিনে থিকাদারদো।

ইবেনী : নখোয়গী মামনি হায়দূনা করি তৌজরুনি। নংনা ঐঙোন্দা করি কান্নবা তৌবীরককনি, চাথোককদবগী থকতোককদবগী নত্তনা।

শ্রীগোপাল : খোনদাদু নুংশিদে পাংবিনিংদে।

ইবেনী : পাংবীনু পামজদে।

শ্রীগোপাল : পামলোই নংদি অশ্বায়দা অসুম নোং ফুঙ ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা ফন্নগা ৩।৪ থক শিৎপদুদা নুঙাইদুনা লৈয়ু।

ইবেনী : নুঙাইতে হায়দুনা চেনবা য়ারিবরা শিবো ঐখোয়সু চেককী য়ুম ককাসু পামলিবনিনে ইরাইবক্তা তমলমদবগী ৱানী।

শ্রীগোপাল : অশেংবনি ইবেনী। ইম্ফালদকা নংনা পোৎ য়োনফম ফমলবদি য়াম্না শিংকনিকো ইন্দোন কোনুগী কারবারশি নংনা তৌরবদি খঙহৌরোই শেল খঙপায় পায়গনিকো।

ইবেনী : করি কারবারনো মানা তৌরিববো ?

শ্রীগোপাল : হায়বীগে মঙ্গল মরুদু ৫।৬ তা পীরকউ।

ইবেনী : চাগদবগী উৎ-পাৎ হৌরকলিবনিনে।

শ্রীগোপাল : উৎ পাৎকী ৱা নত্তেনে অপঙবী ইচু তাদবী। অফবা ৱা হায়বীগে হায়বনিনে য়াদ্রগা তোকলেদনা। চৎলগে।

ইবেনী : পোঙলিবা হায়ববু ওইরমাল্লেনে। শে।

শ্রীগোপাল : শিখক্তা হায়রোই চৎলগে

ইবেনী : শ্রীগোপাল কক-কক লাওনুকো। ফমমুশে, শে হায়রো, ইন্দোন কোনুগী কারবারদু করি কারবারনো ?

শ্রীগোপাল : য়ু য়োনফম ফম্বা। ইম্ফালদদি নংমগুম্বা মৌনহা য়ু য়োনফম ফম্বশি কান্নখ্রপোৎনি। নশকসু থিবা নত্তে ইন্দোন কোনুদগীসু নংনা নহা ওইরিবনি নংনবু চৎকে হায়রবদি ঐখোয় মামগী কা অমা ভারাদা শানলি মদু ৱায়বীগেনে।

ইবেনী : ঐবু কারবারদু হৈনগদ্রনে ?

শ্রীগোপাল : করিগী হৈরোইদৌরিবনো ? ইবেনীনা হৌজিক তৌরিবা কারবার অসিদগী য়োনলিবা পোৎ খেন্নবগী ৱাতনি।

ইবেনী : কানবু কান্নগদ্রনে ?

শ্রীগোপাল : মী পুম্নমক কান্নখ্রবনি। নখোয়তবু চমমনদুনা পংলৈ লৈবগী ৱানী। নংদৌনা মশক ফজবা কয়াদি শেলশি উনা খোম্বদৌনা খোমনখ্রবনি।

ইবেনী : নবাইনবু য়াগনি নিংদে। তোকসিদা শ্রীগোপাল ঐ চৎখ্রগা মাগী য়েংবীনিঙাই কনামতা লৈরোই।

শ্রীগোপাল : মাবু অঙাং মচারাও ? মানা থোকপা তৌরম্মু শেল তানলুগে হায়রগা লোইরে মদু ফাওবা নংনা উশিনদুনা লৈরবদি নংদি কদাইদগী মী ওইরগনি। নংনা চৎনিংদবগী ৱাদি খঙদে চৎনিংলবদি ঐ লম্বীদু তাকপীগে।

ঐসু চৎলগে। নপুন্সি চুপ্পা য়ুম অমনবদুদা লৈশিনদুনা লৈগদগী শরুক নহা ওইরিঙৈদা করি করিনো খরদি য়েংশিলহৌ, খঙহৌদবনিহে মীনা নুঙায়খিবশে।

* * *

ইবেনী : মানা হায়রম্বদুমক পামলকখি। পিকলবা ইপোম অদুনা অচৌবা ঈথক ওইরকখি। ইথক্তুনা ঐবু ইয়াইদা পুশিনবা হৌরে হায়বা খঙলগসু মদুদা ইবাক্লবা

য়াই হায়বদি খনবা ওমখিদে। লৈশারিঙৈ পুন্সিদা শাগৎখিবা নুঙাইবা মঙলান কয়াদু ওসিদি মাঙদা মথং মথং লেপলে। নোংখাঙ চায়বা ইনা কুপ্লা য়ুমথক অদুগী মহুৎতা অরংবা জীঙখনা কুপ্লা য়ুম পামলকই। ব্রানা তানলিবা পৈশাগী মহাও ব্রাৎপগুম তৌরকই। নুমিৎ কয়ানিমুক অসুম্না খললবা তুংদা ঐগী থম্মোইদা অওনবা অমা লাকলে। অওনবগী ঈরৈদুদা ইরোইনখিবনা ঐগী নুপাদু নুংশিরকত্রে। নোংমদি ইবানী খৎনরকখি —

ইবেনী : নঙোন্দা ঐনা য়ুম পানলকপসি কয়া কুইরবনো? ইনাদা লৈ অমা চিনবা ওমদে। হকচাং শিদা সনা মচেৎ অমা ফাওবা পকপা ওমদে। নং নুপা থোক্তে ঐ নংবু য়ানিংলকত্রে। ঐ য়ুমদা চৎলগদবনি।

চাওবা : হন্দক্তি য়াইমসু শন শেনবা তোকলনি হায়, মাগী শনলুপ্তু ঐনা লোইনা শেনলগদবনি। নিঙোল চাককৌবগী অমু মপাগী পাৎকী ঙা ফাবসু য়াও হায়রম্মী নংসু তাহৌবা নত্রনে? ঙা ফাবগী পৈশাসু ফঙ্গনি। ঙাসু চাবা ফঙ্গনি। পৈশাদু নঙোন্দা লোইনমক পীরগা লোইরেদনা। ঐনা নুমিৎ খুদিংগী নংগী চম্মুসু হেকপিরকক্নি।

ইবেনী : মদুনদি ওইবা য়ারোই। নংগী য়ুম অমনবসিদা ঐ লৈজনিংদ্রে। চৎলগে।

চাওবা : য়ুমগী ব্রা ওইরে। ইরাই লাইবা থবক্তুবো। সনজাবুংগা তাইনবা চীংয়াগী লমহাংদুদা তুমনৌ নাকুপ্পী ফজ-ফজবা য়াম্না হৌরি। শন শেনবা চৎপদা ফানলককে। লোকচাওগী লোকনুং খোংবানদুদা মৈরবোব ব্রা-অচৌ অচৌবা য়াম্না হৌরি ঐ য়ানলুগে। মথংগী নোংজু লাকত্রিঙৈদা ফজবা মৈতৈ য়ুম লাইখন তাবা, ফক্লাং লৈমু হাইবা অমা শাগনি। ইবেনী ঐদী মৈতৈ য়ুম লাইখন তাবসি ওনথোক্না পামজখরে। ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা পাজীনা য়ুম অসি শাবীরম্বনি। শঙ্গাবা নুমিৎতা মৈ ঙান্না থানখি। য়ুমথককী তুমনৌগী স্বায় স্বায় লাওবা মাগোল ফকলাংগী লৈমুগী মনমদুনা ঐবু পুমসুম শুমখি।

ইবেনী : শারবদি জীঙঘনা কুপ্লা শাগদবনি। করিগী ইগী য়ুমদা লৈজরুগনি।

চাওবা : জীঙঘনা কুপ্লদি কদায়দগী ওমগনি পৈশা য়াম্না চঙগনিনে।

ইবেনী : অদুনবু শ্রীগোপালগা ইম্ফালদা দুকান ফমলুগে লাকনিংলগা নংসু লাকউ হায়রিবসিনি।

চাওবা : ঐদি ইম্ফালদি চৎনিংদে। ঐনা চৎখ্রবদি শন ময়ামসি কনানা শেনবীহৌগনি, মপী ময়াম শিখিগনি মখোয়না মচা ময়াম থনমগনি মচাশিং অদুনা মপী ফারক্তুনা মচা পোকলককনি। মচাশিং অদুনা ঐঙোন্দা মামা মামা কৌগনি।

ইবেনী : মদুদনি মীনা নংবু অঙাওবনি হায়নরিবদো ময়ামদু নংগী শন অমত্তা নত্রেনে, মীগী ঙাক্তনি, নংনা শেনবীবনি।

চাওবা : অদুনবু শেনবীনিঙাই লৈতে হায়রিবনি। নংসু ইম্ফালদা চৎচরুনু য়াম্না ফত্তবনি। ঐ অনিরক চৎলুরবনি, নুপীনা নুমিদাং ফাওবা কোয়বনি। অকনবা শাদুনা মীঙোন্দগী পৈশাককা পংমুনতা মুনবীবনি।

ইবেনী : ইম্ফালদি শেলগী কোম্নী। কারবার অমা হেক্তা তৌবদা শেল য়াম্না তোংলককনি। ইন্দোন কোনু হোয় ময়ুম মকে জীওঘনা পুমলং লংখ্রিবসি উদ্রা ?

চাওবা : ঐগীসু তুমনৌ নাকুপ্পীনা কুপ্পা ফজরবা মৈতৈ য়ুম অমা শাগদৌরিবসিদি।

ইবেনী : নংনা য়ারবসু য়াদ্রবসু ঐদী চৎলগদবনি। নংগী ননাক্তা চাক থোঙনবা পুজারী ওইদুনা লৈবসি ঐ পামদ্রে।

চাওবা : ঐদী চাক থোংবা হৈতদুনা তৌবনি। হৈরগদি থোঙ্গনিনা। নহানসু নংনা চেং চংই হায়দুনা ঙাংলিবদুনি। চাক থোংবগীদমকপু অদুক কন্না শাওবরা ?

ইবেনী : ঐ শুকতা তাজনিংদ্রে ঐগীদি হায়রিবসিনি, হয়েংদগী ঐ ইম্ফালদা চৎখ্রগদবনি নত্ত্রগা য়ুমদা চৎখ্রগদবনি।

চাওবা : চৎনিংঙগা হেক চৎচখো ঐদি য়ুম লাইখন তাবা অমা শারগা নুংঙায়না লৈহৌগদবনি।

ইবেনী : লৈজহৌ নুঙাইজহৌ নতোমতা।

চাওবা : ঐনা হায়বা য়াদ্রবদি নং য়ুমসিদা লৈহনলোইদবনি খঙলবরা ? নংনা চৎখ্রবসু কৌবা লাকলোইদবনি খঙজৌ।

* * *

ইবেনী : ইম্ফাল য়ৌরে ঐগী কারবার হৌরে। শেল য়াম্না ফংলে। হকচাংদসু ইম্ফালগী ইরাং চুবা হৌরে শ্রীগোপালগী মামগী য়ুমদা ভারাদা লৈদুনা মাগা লোনদিন্নবসু নোংম নোংমগী হেনগৎলকলে। ঐগী চন্নবা খুলগী পুন্সিদু কাওথোকখ্রে, পোৎয়োনবী ইবেনীদগী ইচেতোম্বী য়ুয়োনবী অফাওবী হায়বদু ওইরকলে। উফুল হৌরবা খুলগী লম্বীগা সহরগী তনান তনানবা লম্বীগা চাংদমনদুনা য়েংবদা সহরনা মফজবোইতা নিংখি। চিংয়াগী নিংথিরবা লৌবুক লসহাংগা সহরগী ফুরা দলালশিংগী মরক্তা লৈরিবা লৈকোনশিংগা চাংদম্নদুনা য়েংবদা সহরনা মফজবোইতা নিংখি। হরাওজখি পোকপগী মহৈ য়ানলে নিংজখি। নোংম নোংমগী মথংদা অমা অমুক অসুম্না চহি খরা চহি খরগা অমুকসু হৌখি। পুন্সিগী ফজরম্বা শকফম কয়াদা অওনবা লাক্লে। ঙাংলমবা খজায়গী অথোৎপগী মহুত্তা ব্রাওথাংনরবা উনশানা শিনলকলে। মায়গী মফম কয়াদা মশুপ-মশুপ্পা উনশানা লৈতেংলক্লে হকচাংগী অওনবা শকফম অসি লাকখিবগা ঐগী পুন্সিদসু অওনবা অমা লাকলে মতম অমদা মীনা চিক্লা চাইনবা ঙমদনা কৃক কৃক ইন্নরম্বা ঐগী কাখুসিদা কনাসু লাকতে হায়বা য়ারক্তে। ফুরিৎখাওদা পৈশা থন্না য়াওবা য়ুগী নিশা পুবদা মখজাই তঙাং তঙাংলদুনা হুমাং মরিক মরিক কাজবা নহাশিংগী মহুত্তা অমনবা লুপা চৎপী

পায় চেৎনা পায়দুনা য়ুগীদমক লাকপা মী অমা অনি নত্তনা কনাসু লাকত্রে। শককী কৈথেলদা মমল য়াওদ্রবী লাইফদিবী অমা হায়বদু ঐ ওইরে। তানজা অসি য়ৌরকপদদি ঐনা ঐগী তামহৌরবা উফুল হৌবা খুলগী লম্বী, অশংবা নাপীথক্তা পোৎফম ফমলম্বা ঐগী পুন্সি ?

য়ু-ঙাওবা : (নোকপা) অদুগা নংগী চমজরবা খুলগী শনজেনবদুসু নিংশিংলকই নৎত্রা ? (নোকই)

ইবেনী : (হিক্না) নিংশিংবতনি চৎপদি ঙমখিদে, ঐগী মিংচৎনা ঐগী য়েক্লবা ওইরদুনা ঐগী খুল অদুদা অমুক হনবা ঙমদরে।

য়ু-ঙাওবা : পুন্সি লমশাংদুগী লমখায়দুদা লেপ্পুনা নংনা নিংশিংই। হনলকলরোইদবা মতমদুবু কৌদুনা নংনা পেন্না কপখি হা-হা-হা মঙফাওনদবা মঙলান অমগী ব্লারী। মখা লিথরকউ।

ইবেনী : নোংমা ঐনা তাখি।

* * *

নুপী : হায়মা। তাচাওবা, নং পোৎফম ফমলবরা ?

চাওবা : অং।

নুপী : শনদি কনানা শেনলি ?

চাওবা : ঐনা শেনলি। তু আদা চারিবা ময়ামসিনি নখোয়দি কদায় চৎলিবনো ?

নুপী : ইম্ফালদা মেলা অচৌবা অমা তৌরি হায়, য়েংলুগে তৌবনি।

চাওবা : নখোয় ইবেনী থেংনরককদ্রা ?

নুপী : খঙদে, মাবু কদাব্রায়দা লৈরমগদগে ?

চাওবা : দুকান ফমলমগনি। য়াম্না চাওবা দুকান। পৈশা য়াম্না পায়রম্লগনি।

নুপী : ঐখোয় চংলকউ হায়রগা মফমদু তাকউদনা - চংলককে।

চাওবা : ঐদি মফমদি খঙদে নখোয় খঙদ্রনে ?

নুপী : নংবু খঙবরনে।

নুপা : খঙদে, হেক থিরগা লোইরে। ইবাই চাওবা ঐ থিরগা হায়রমগে করি হায়য়ুগে ?

চাওবা : করি হায়গনি। হায়রুনুদা চুম্না অসুম হংবনি।

নুপা : ইবাই চাওবা হায়য়ু কৈদৌবগে ঐনা থিরবদি মাবু থেঙনগনি।

চাওবা : করিসু হায়নিঙাই লৈতেদো। ঐসু নোংমতংদি ইম্ফালদু চৎনিংবনি। ঐগী শন ময়ামশি শেনবীনিঙাই লৈরবদি চৎপা য়াবনি।

নুপা : নোংমা হৌরকউ চৎমীন্নসি। নংনা হায়য়ুসু য়াদবনিনা ঐখোয় য়ৌরুখিগে। চৎশি হব্রা লাকলে।

শ্রীগোপাল : ইবাই চাওবা।

চাওবা : শ্রীগোপাল নং ইম্ফলদা চৎলুবরা?
গোপাল : চৎলুরে করিগীনো?
চাওবা : করিসু তৌদেদা।
গোপাল : ইবেনীগী ৱারা?
চাওবা : নত্তেদা। মাদি লাকসু লাক্লরোই। ঐনা জীওঘনা কুপ্পা যুম শাবীদবদুদা শাওদুনা চৎখিবনি। মাসু লৈত্রে ঐগীসু ইনা কুপ্পা মৈতে যুমজাও অমা শাগদৌরিবনি। শ্রীগোপাল শঙ্গাবদা নংসু লাকউকো। চাকসু থোংবীনিঙাই লৈতবনিনা ঐনা থোংলগা নখোয়বু পীজগদৌরিবনি। চেং চংহনলোইদা, ঐসু চাক থোঙবা হৈরে। মাদরনে চাক থোংবা হৈবসিবো। মাদি ইম্ফালদা লৈরবনিনা নুঙাইরমগনি চমু ফাওবা চাবা ফংলমলোইদবনি।
শ্রীগোপাল : ইবাই চাওবা।
চাওবা : (কপনোক নোকপা) নংদি তৌওস্বীদু নুংশিরমগনি মা চৎখ্রবসু ঐদি করিসু ৱাবীদে। মীনা ঐঙোন্দা অধামোরা হায়বদুদা শাওনিংবগী ৱানী। অদুবু মাতং লৈরম্লবদি ঐগী যুমদু ইহাং হাংলমলোইদবনি।
শ্রীগোপাল : অদুম্না কয়াম কুইনা লৈখিনি। পোৎফম অসি ফমলুরনু।
চাওবা : করিগী ফমলোইদৌরিবা? মানা য়াম্না পামজরম্বনি।
শ্রীগোপাল : নংনা পোৎফম ফমলিঙৈদা লৈকায়গী শন ময়াম নিংথিনা শেনবীদবদগী লৌ চাবা য়াওরে ফুনরে। শন মাংখিবা য়াওনদুনা কোয়থি থিনরে। করিনো নংনা তৌরিবসিবো? লাকও যুমদা চৎশি।
চাওবা : শ্রীগোপাল ঐ যুমদা চৎলরোই।
শ্রীগোপাল : করিনো হায়রিবদুবো? যুমদা চৎশি তাধনদুগা অমুক্তা উন্নরুসি। তাধনগী শনদু ঙরাং নহানদগী ময়ুমদা হনলক্তে হায়দুনা ৱা থোক্লরে।
চাওবা : চৎখিরোই ঐগী যুম লাইখন তাবা ফজবা অমা শাবা ঙমদ্রী ফাওবা ঐ যুমদা চৎলরোই ঙরাংসু চীংয়াগী লামপাক তুমনৌ মরক্তদা অহিং লেকই।
শ্রীগোপাল : নংগী যুমদু শাদ্রিঙৈদা থোকলিবা ইরাং ময়াম অসি অমুক্তা ইংথহনখিসি। মীগী শন মাংখিবা অসিদি থিদবা য়ারোইনে।
চাওবা : হনজরককনি ময়ুম খঙদবসু নত্তবদুবো। করিগী থিগদৌরিবনো?
শ্রীগোপাল : করিগুম্বা মাংখি তাখিবা থোক্লবদি নংনা শেনবনিনা নঙোন্দা তাইনরককনি। নংনা শিংবা তাবনি।
চাওবা : করিগী তাইনগনি। ঐনা চৎলু হায়না ইনশিনবরা?
শ্রীগোপাল : নংনদি মদু হায়রিবা, মীগীদি মপোৎ মাংখ্রবনিনা শাওদুনা পনচায়েৎ তাকখ্রেদো।
চাওবা : তাকসনু। ইবেনীনা ঐবু থাদোক্তুনা চৎখ্রগা যুমদা হল্লকতবসি ঐনা পনচায়েৎ তাকলুবরা হা ঐনা পনচায়েৎ তাকলুবরা?

তাধন : লৈরে হুরানবসি শিদা লৈরে। হায় চাওবা ঐগী শনদু কদায়দা চৎখ্রে।
চাওবা : লমপাক্তা শজিক চারমগনি।
তাধন : শননবু লমপাক্তা নুমিৎ নিনি হুমনি শজিক চাবরা হা?
চাওবা : চাদ্রবদি মা কদায়দা চৎলমগনি।
তাধন : নং ঐঙোন্দা অমুক করেম্নরিবরা? শনদু নংনা কনাদা য়োনথোকখ্রবগে?
চাওবা : ঐদি য়োনফমসু খঙদনা করিগী য়োনগদৌরিবা?
তাধন : পংশিন্নদুনা কান্নরোই শনদু পীদ্রবদি নং ঙসি ব্রায়োং চারোইদৌবনি।
চাওবা : নংগী শঙ্গোন্দু জীঙঘনা কুপ্পু মরাইনা হনজরক্কনি?
তাধন : কয়া উশিৎত্রিবনোসে। নংবু ঐখোয়না পংই হায়দুনা শন ময়ামসি শেনহনলগা নথিবোং থাকলি। নংদি পংশিন ঙাওশিন্নবা ওইরমলেদনা, হায় শনবু নংগী নুপী ওক্তবীদুদা উনখ্রবরা হায়বনি।
চাওবা : তাধন নঙ ইবেনীদা ওক্তবী হায়নু।
তাধন : শাওনিংবরা? নংবু পামদদুনা নুংশিদদুনা হুন্দোক্তুনা চৎখ্রবদুবু নংনা নুং-শিরিবনিদো।
চাওবা : ঐনা সনা শবীদবা জীঙঘনা কুপ্পা য়ুম শাবীদবদুদা শাওদুনা চৎখিবনি। হনদকমুককা হায়রবদি নং ফুগদবনি।
তাধন : ইয়া মসি মরিল লৈনেহে। হে নহাশা ফু মসি ফু। (ফুবা)
শ্রীগোপাল : তাধন তাধন করিনো তৌবিরিবদুবো?
তাধন : চিংদুনা পুবকউ বদমাস অসি। মাগুস্বনসু ফুগদবনি ককাইনা।
শ্রীগোপাল : ইবাই ইবাই। তাধন পনচায়েৎশু তাকলে। মীবু অসুক থীনা ফুবীবা হৌনবরা?
তাধন : শ্রীগোপাল নংসু পংহেন হেনজিনলককনু।
শ্রীগোপাল : করিনো হেনজিনলককনু হায়বদি। মীবু অসুম্না ফুবীবা হৌনবরা। চৎলো ঐ অহনদা ব্যবহার কায়নিংদে।
তাধন : খঙ্গনিদনা অদুবুদি। পনচায়েৎ য়ৌবগা মতিক থোকপা লাক্লহনগে লাও নহাশা চৎশি।
শ্রীগোপাল : ইবাই হৌগৎলো লাও য়ুমদা চৎশি।
চাওবা : নখোয় ইবেনীদা ওক্তবী হায়রিবমখৈ ফুগদবনি। খঙবরা। শ্রীগোপাল পোৎশি খরা থোঙ্গৎপীয়ু। ঐ শন হোইরুখিগে নং চৎলম্মো।
শ্রীগোপাল : ঐ হোয়রককে চৎলো।
চাওবা : মখোয়গী শন হনলকত্রগা ঐঙোন্দা তাইনরিয়ে নখোয় ইবেনী লাক্লগা খঙগনিদনা।
(নোং ঙানবগী উচেক ব্রায়াগী খোনজেন)
শ্রীগোপাল : ইবাই ইবাই থোং হাংঙো। লোইরো শন শেনবা থেঙথ্রগনি। ঙসিদি খরা ঙন্না চৎশি। ঙরাং নুমিদাং চাক চাদ্রবরা?

চাওবা : চাদ্রে।

শ্রীগোপাল : করিগীনো ?

চাওবা : চানিংদে। শ্রীগোপাল নং ইম্ফালদা চৎলগা ঐগী থুমুকশি খরা য়োনবীরুচো।

শ্রীগোপাল : করিগীনো হনদক মরক চাদ-থক্তবমখৈ পৈশা অসুক কন্না তানলিবসিবো।

চাওবা : নোংজু থা নকশিনলকলে। নং খংদ্রা ?

শ্রীগোপাল : মথংগী ইকং থাদা শারবসু য়াবদুবু। ইবাই ঙসিদি ঐ ব্রা অমা হায়গে নং য়াগদ্রা ?

চাওবা : করিনো ?

শ্রীগোপাল : ঐদি নংগী খুলসিদা শইদাংলবনি। নখোয়গসু ইহান হান্না খঙনজবনি। নং ঐনা হায়বসিদি য়াওকো।

চাওবা : করিনো হায়য়ু।

শ্রীগোপাল : নং পোৎফম ফম্বসি তোকতুনা শন নিংথিজনা শেনলো। নংনা শেনবীদঔদগী খুলগী শনশিং অসি কাংজাই খুজাইরে। নংবু ইবুঙো মচাদু য়াম্না নুংশি হায়বদায়নে।

চাওবা : নুংশি য়াম্না নুংশি।

শ্রীগোপাল : নং মানা মামা হায়না কৌবা তাদবা কয়া কুইরে ?

চাওবা : কুইরে। কনাসু ঐসু কৌখিদরে। ঐনা লুকমায় থোঙ্গতুনা চৎপদু ইতুং ইন্নরগা লমপাক্তা তুমীন তুমীন কুমনখি।

শ্রীগোপাল : নংনা ব্রাবা উরগা মখোয় পুন্নমক ব্রারে। হান্নগুম মোমোন নোক্তুনা মখোয়বু শেনবীয়ু নম্রগদি খুনজাশিংনা অনৌবা শন শেনবীনবা থিখিদুনা নং শেনবা ফংলরোই।

চাওবা : থিব্রগা শেনলোই।

শ্রীগোপাল : নং ইবুঙো মচাদু কায়নবা ঙমগদ্রনে। ইবুঙো মচানা চাওরককনি ইবুঙো মচা অমা অতোপ্পা অমসু পোকলককনি। ময়ামদুগী মরক্তা লেনলকপনি নংগী পুন্সিদি মখোয়বু নং করম্না থাদোককনি।

মপানদগী : শন থারো। ইবুঙো মচা শন থারো শন থারো।

* * *

তাধন : শেরা কয়া উশিংখিদ্রবনো। ইশনসু মাংহনবা অদুগা করেম কথাইনদুনা উশিংখিদবা। লেমনা তোকপা য়াদে নহাশা। আধা মোরা অদুগা সহরদগী লাকপা লমজা শরা মচা অদুগা খুলদগী তানথোককদবনি।

নহা (১) তানথোককদবনি। ঐখোয়গী খুল অসিদা হুরানবা থম্বা য়াদে আধা মোরা লৈহনবসু য়াদে।

নহা (২) : প্রধান্নদি লুনা তৌজবনি চাওবসে। মানা ব্রাতেম্নবা হোৎনরকপদা ঐখোয়না য়াফম থোক্তে।

তাধন : য়াফম থোক্তে। অচুম অরান য়েংশিন্নবা খুনজা ঐখোয়না মাবু প্রধান হাপ্লনি। নৎত্রা ? করিগুম্বা প্রধান্না মীচং মীখায় নাইরক্লবদি ঐখোয়না য়াফম থোক্তে। ঐগীসু ইতিক খঙহনগনি, ঐসু তাধন্নী ইমিং মচা অমা লৈজরিবনি। খুনজা ময়াম খোমদুনা প্রধানগী মথক্তা ব্রাকৎকনি।

নহা (১) : ব্রাকৎকদবনি। খুনজাশিংনসু য়াবীগনিনা। চাওবা তাধনগা য়েক্লগে হায়বা নত্তেনে তাধনগী শন মাংহনখিবা অদুখক্তনি ব্রাকৎলিবা মদুদবু প্রধান্না করিগী মীচং চংগনি।

নহা (২) : তাধন প্রধান লাকলে।

তাধন : তুমীন্না লৈসি হুরানবা অদুদি য়াওরকপরা ?

নহা (১) : য়াওরকই ঙসি অয়ুক প্রধান্না মী থারক্তুনা কৌহনখ্রবনি।

তাধন : ফৈ তৌজসনু, খোংলগা খঙনবা হায়বদুনি।

প্রধান : মীয়ামসু তিনবীরমলেদনা। চাওবগী মথক্তা ব্রাকৎচে লাকপদুদা চাওববু ফাদুনা পুজরক্লবনি। ময়ামসু তাবিয়ু ঙসিগী ব্রাফম অসি খন্নদ্রিবৈদো তাধনদা হঙ্গৎচনিংবনা চাওবা খুলসিদা চাওজরকপনি কনাসু লৈজদ্রবনি। মাবু খরগী মখৈ য়েংবীবা ফত্রা ?

নহা (২) : খুলসিদা চাওরকপনি ঐখোয়সু খঙজে। প্রধানসু খনদুনা য়েংবীয়ু মমাংঙৈদগী চৎনরকপা খুল অসিদা হুরানবা থম্বা য়াদে। তাধন্না চাওববু নুংশিবদগী য়াবীরবসু খুনজা ঐখোয়না য়াবা ঙমলোই। অদুগীসু মথক্তা চাওবগী নুপী ইবেনী য়ু যোনবীনি। খুল অসিগী মীংচৎ থিহনদুনা সহরদা য়ু য়োনফম ফমলিবীনি।

প্রধান : মদুমক্তি ঐখোয়না উরুবা য়াদে ব্রাকৎচেদদি শন মাংখিবগী ব্রাফমতমক পনবনিনা ঙসিগী সঙানা শন মাংখিবগী ব্রাফমতমক খন্নবা তাই।

তাধন : অচুম্বনি প্রধান ঐনা লুনা তৌজবা শন অমা চাওবগী শনলুপতা য়াওহনলি শনদু শেনবীগনি পুথ্রগা মাংহনবীখ্রে। ঐগী শনদু পীবীয়ু ব্রাকৎচবনি।

নহা (১) : মবুক শেংদবা চাওববু খুল অসিদগী তানথোকপা ঐখোয়গী অপাম্বনি। মহাকপু খুলসিদা লৈহনদনবা ব্রারেপ তাগদবনি।

প্রধান : সভাদি লাইনি। মীয়াম্না লেপ্লা ব্রারেপতী লাইমককী ব্রায়েলগা মান্নরিবনি। মদুমক ওইদুনসু চাওবগী মব্রা অমত্তং তাদনা হেক ব্রারেপ লৌরবদি অচুম অরান থিদবা তারককনি। মাগী মব্রা অমত্তং লৌখিসি।

চাওবা সভা চোন্না তিনলেদো। নহাক খুল অসিদা লৈবদা মতিক চাদ্রে হায়দুনা মীয়াম্না লাওনরকলি। ময়ামগী ব্রাকৎ মতুংইন্না ঐ নঙোন্দা ব্রাফম খরা হংগে শেংনা খুমউ। তাধনগী শন হায়রিবসি কদায়দা চৎখ্রে।

চাওবা : শাবনদা শজিক চারমগনি নৎত্রগা চীংদা হানৌ থিরমগনি।

প্রধান : শনদু নংনা পুখিবনি, হনলকত্রে, শনবুনদি শন পীযু হায়না ব্রাকৎলি। নং শনদু থিরুরগা তাধনদা পীবা ঙমগদ্রা?

চাওবা : মবুক থল্লগা হনজরককনি ঐ থিফম খঙদ্রে ঙসি অয়ুক চুপ্পা থিরুরবনি।

প্রধান : নহাক্লা থিদুনা পীবা ঙমদ্রবদি মীগী মরলনিনা নহাক্লা শিংবা তাবনি, নহাক্লা শনগী মমল পীবা তারে নহাক ঙমগদ্রা ঙমদ্রগদি সভানা পীবা অৱাফম অদু নহাক লৌবা তাবনি।

চাওবা : ঐসু ৱা অমা হায়জগে য়াগদ্রা?

প্রধান : য়াগনি। নহাককীসু হায়নিংবা হায়বদা সভানা য়াই।

চাওবা : ইবেনীনা য়ুমদা হনলকতবা অসি প্রধান্নরা সভানরা খরা পুবীরকউ নৎত্রগদি সভাসু প্রধানসু অৱাফম তাবা তারে।

শ্রীগোপাল : ইবাই চাওবা তুমীন্না লৈখো।

তাধন : ইয়া-য়া-হায় নংগী নুপীদুবু ঐখোয়না চৎলু হায়না ইনশিললুবরা নংনা মতিক চাদবদগী পামদদুনা হনদোক্তুনা চেনখিবা নৎত্রা?

চাওবা : তাধনগী শনদুদি ঐনা চেনলু হায়না ইনশিনলুবরা নংনা মতিক চাদবদগী চেনখিবা নৎত্রা অদুগা করিগী শন শিংগনি।

নহা (১) : তা-চাওবা মীগী মরল মাংহল্লগা ৱাকায় ঙাংগনু। তাধন মথন্তগী ৱাকৎ নত্তে ঐখোয় খুনজা পুম্নমককী ৱাকৎনি।

চাওবা : ঐনা নংগী করি মাংহন্নলি।

প্রধান : চাওবা ঐ পুম্নমক খঙই। খুনজানা শিরিবা মরাল অশিবুদি নহাক য়াফম থোকই নহাক শনগী মমল পীদ্রবদি খুল অসি থাদোক্তুনা চৎপা তাই।

নহা (১) : চুম্মী। হুরানবা মীদি খুল অসিদা লৈবা য়াদে।

চাওবা : ঐ লৈত্রবদি নখোয়গী শন ময়ামসি কনানা শেনবীহৌগনি?

প্রধান : ময়াম্না অপাম্বা থিজসনু।

শ্রীগোপাল : তাধন শনদু ঙসি নোংমা নিনীসিদা থিদুনা হুমদুনা হোৎনজগে, মশানা হনজরকপসু ময়াই ইবাই চাওববু খুলদগী তানথোকপা তৌবীগনু।

নহা (২) : শ্রীগোপালগী ৱা সভানা লৌফম থোক্তে। য়েংবা তাবগীদি ময়াই। শ্রীগোপাল খুল অসিগী খুনজা নত্তে।

শ্রীগোপাল : ঐগী ইৱা লৌবীয়ু ৱাকৎচবা নত্তে। মীওইবা অমদা নুংশিবীফম থোকপা নুংশিবীয়ু হায়না হঙৎচবনি।

তাধন : শ্রীগোপাল নং অওৎ-অপা শাদুনা ঐখোয়বু তাকপীগদবা নত্তে। ঐখোয়সু মীনুংশি হায়বদু খঙই। অদুবু খুল অসিগী চৎনবীগী ৱাংমদদি থবক তৌদে। মতিক মগুন লৈবা মী ওইরবসু হুরানববু কন্নবা হোৎনবা য়াদে। নংনা সভাসিদা ৱা ঙাংলিবা অসিমক লানলবনি।

নহা (১) : অচুম্বনি শ্রীগোপালনা রা ঙাংফম থোক্তে য়েংবা তাবগীদি য়াই।

প্রধান : চাওবা ঙসিগী সভাগী রারেপ মতুংইন্না নহাক ঙসিদগী খুল অসি থাদোক্তুনা চৎলগদবনি।

নহা (২) : হুরানবগী ফংফম থোকপা চৈরাক্তু ফংলে মাংখিবা পোৎকী মমল মাগী লৈজবা মাল-চাং য়োনলগা লৌহৌবা তাবনি।

প্রধান : শনগী মমলদি ঐনা পীরগনি। চাওবা সভাগী রারেপনী ঐবু রারৌগনু।

নহা (১) : লেংলসি তাধন।

তাধন : খুল অসিদা মীরম মচা লৈহনদবা খুনজা ঐখোয়না হোৎনবা ফবনি। লাও চৎশি।

শ্রীগোপাল : ইবাই চৎশিদনা।

চাওবা : শ্রীগোপাল ঐ কদায়দা চৎকনি? করিগীনো মখোয়না ঐবু তানথোকপিবিবসীবো?

শ্রীগোপাল : নহাককী লাইবক্তা তমলম্বননি।

চাওবা : মখোয়না ঐঙোন্দা হুরানবা হায়রিবসে ইবেনী তারবদি য়াম্না শাওগদবনি।

শ্রীগোপাল : খঙলে, চৎশি লাকও মহাজনদা নংগী য়ুম ইংখোলদু য়োনথোক্লবা হায়নরুশি।

চাওবা : তুমনৌ নাকুপ্পীনা মথক কুপ্পা মৈতে য়ুমজাও অমা শাদ্রিঙৈদা ঐগী য়ুমফম য়োনথোকখিবা তারবা।

শ্রীগোপাল : হোয় য়োনথোকপা তাবনি।

চাওবা : ঐ চৎফমসু খঙদে নং ঐবু ইবেনীগী মনাক্তা থিনবীগেরা।

শ্রীগোপাল : থিনলোই, মাগী মনাক্তা চৎকে খনলুরনু।

চাওবা : করিগীনো? মা ঐবু য়াম্না শাওবরা?

শ্রীগোপাল : শাওবনি য়াম্না শাওবনি।

চাওবা : শাওরমগনি। ঐদি নুপা থোক্তে হায়রম্বনি মানা। শাওরবসু মা চমুগা লেমফুগদি য়াম্না পামজবনি। মহাক্না চৎখিবা নুমিৎতগী তত্তনা হেকই, মহাক লাক্তবদা হেক্তা হুন্দোকখি। ঐ হেককে নহাক খরা পুবিখিগেরা? ঐনা খুল অসি থাদোকতুনা চৎখ্রবদি অমুক হেকপিবা ঙমলরোই।

নহা (১) : হৌজিক ফাওবা চৎলমদ্রিবসি ময়াম য়েংবিয়ু। তা-চাওবা নহাক চৈ ঙাইরিবরা ফদুনা তানলু হায়রিবরা?

নহা (২) : সহর মচারা সহর মচা নত্তা, খুঙ্গং মচারা খুঙ্গং মচা নত্তা, শ্রীগোপাল নংসু খুল অসি থাদোকতুনা চৎখ্রো চৎখ্রো।

চাওবা : শ্রীগোপাল ঐ চৎলগে?

* * *

শ্রীগোপাল : অসুম্না ইবানী শমজী খায়নরকখি।

ইবেনী : শ্রীগোপাল মাবু খুনজাশিং অদুনা হুই হৌদোং তানবগুম তানবিখিবরা?

শ্রীগোপাল : মদুদগী হেন্না তমথিনা তৌবিখি।

ইবেনী : ময়ামদু নংনা খামখিদবরা নহাককী হৈ শিংলবা ব্রাঙাংনা মখোয়গী থম্মোয় পেৎথহনবা ঙমখিদবরা ?

শ্রীগোপাল : ময়াই পুন্নমক চমখি ঐগী খান্নবগী পাঙ্গল লৈখিদে। খুনজা সভাগী ব্রারেপনি। তুমিন্না লেপহৌবা নত্তনা ঐগী উপাই লৈখিদে।

ইবেনী : শুবীনিঙাই লৈত্রবা মফি মরোলদু মোৎখিদ্রা ?

শ্রীগোপাল : মোৎখি য়ান্না মোৎখি।

ইবেনী : লংবৌগী ফুরিৎতু কুদাম তৎখিদবরা ?

শ্রীগোপাল : তৎখি ফারবা শমলাং, ককঙাওনরবা পুন্সি, পংজনা লেনজবা চমলবা পুন্সি অদু থেঙনবদা ব্রারবা থৌদোক কয়াদু খাঙজবা, পুন্নমকতু মাইথোংদুদা মমি তাখি।

ইবেনী : (কপই) পুন্নমক অদো ঐগী ইরাল ঙাক্তনি। নখোয় পুন্নমক্না ইনশিনবদগী ঙসি ঐগী পুন্সিসিদা মায়োক্নরিবনি ঈথকসে হাইয়ু নখোয় য়াওখিদবরা ? ঐগী নৌজরমবা হকচাং কয়াদু মিতাদুনা ফত্তবা লম্বীদা লমজিংখিবা নখোয় য়াওদ্রা ? অদুগা করিগী মাবু তানথোকপিরি, হায়য়ু হায়য়ুনে মীতম্বাল নখোয়বো।

শ্রীগোপাল : য়াওখি, খনলুই ঐনসু পুন্নমক্তু ফাগীনি। অদুবু ঙসিদি ফাগীদুনা পুন্সিগী অমুবা দাক অমগী মশক ওইনা থোরকলে।

ইবেনী : মাবু কনানা চংজফম পীরমগবা, কদায় তান্না চৎলমগবা। কদায়দনো ঐনা মাবু থিরুগদবসিবো।

শ্রীগোপাল : করিগী থিগনি ? থিরুগনু। য়েংলবরা নংগী পুন্সিদু অমুক্তং হনদুনা। নংগী খুইজিল্লবা মাইথোংদুদা করি মমি তারি। কাখুসিদা নহাক অহিং কয়া কনাগা য়াইরেকমীন্নখি।

ইবেনী : য়াইরেকমীন্নখিবা। ইচেতোম্বী য়ুয়োনবী ঐগী মরুপ ঙাক্তা ওইখিবা।

শ্রীগোপাল : চৎখ্রসনু খনলুরনু পুন্সিদা। ঙৌরবা পুন্সিদুদা করিগী অমুবা দাগ লৈহনলুগনি, খনলু হনদক মপোকসিগীদি মহাক লৈত্রে।

ইবেনী : উম অরোইবা ওইনা ঙসিসু নংগী পাওতাকতু লৌবা তাবকই। ঐ ইবেনী নত্তে য়ু য়োনবী ইচেতোম্বীনি, ঐ ইবেনী নত্তে।

শ্রীগোপাল : শে মানা পীরম্বনি।

ইবেনী : চমুগা লেমফুগা, পায়বা য়াদে খুঙ্গংগী লম্বী চিদাইদা ঐনা চাগদবা পোৎনি। অদুবু মানা হেকপিরম্বনি, ঐগীদমক মানা হেকপিরম্বনি। শ্রীগোপাল মানা ঐবু শোনলকতরা ? চমু অসি পীরকপা কানদা কদাইদা থেংনরকই।

শ্রীগোপাল : খুলগী চিদায় অমদা নোংমা অরোইবা ওইনা মাবু থেঙনখি।

* * *

চাওবা : ঙাইখোও ঐ খরা তোংখিগে।
খোনজেল : কদায় য়ৌগদবনো ?
চাওবা : খুল অসি লানথোকপা ফাওবদং থিনবীরম্মো।
খোনজেল : অনকপদি নুঙাইরোই মথংগী গাড়ীদা লাকউ।
খোনজেল : শন থারো শন থারো।
রোনে হৈ রো হায়রগা রোনে।
শন থারো শন থারো।
শ্রীগোপাল : ইবাই বস ফংদ্রবরা ?
চাওবা : শ্রীগোপাল, য়েংউনেহে শন ময়ামসে চীংয়াগী লমপাক অদুদনি মখোয়না চৎলিবসে নুংশিদ্রা ? ইবুঙো মচা য়াওরিবরা য়েংলীবনি য়াওরি-তু আদা মরু লুকথদুনা চৎলিবসে, মপা ইবুঙো মচাদু শিগ্রবনি হাকুম চিংজিনদা, অসিনা মচানি। ইবুঙো মচা—কাকা হায়বা।
শ্রীগোপাল : চৎনবা তৌরো ইবাই নহাক লৈবা উরগা খুনজানা অমুক তানলক্লগনি। ময়াম অসে নংগী শনলুপ নৎত্রে মীনা শেনখ্রবনি।
চাওবা : ঐগী শনলুপ নৎত্রে, ঙরাংতা ঐগী ওইজরম্বা শনলুপ ঙসি মীগী ওইখ্রে। চীংয়াগী তুমনৌ হৌবা লমহাংগী তুমনৌ ময়াম, লোকচাও মৈরবোব ঐগী অমত্তসু নত্রবা।
শ্রীগোপাল : নৎত্রে, নহাকপুদি খুল অসিদগী তানথোক্লবনিনা পুম্নমক নংগীনি হায়না শুকখন খনলুরনু। নংগী ইংখোল অয়োনমন অদুনা খুনজা কনাসু উদবা মফমদা নংনা পামজবা য়ুমদু শাদুনা নুঙাইনা লেনলুরো। পৈশাদি কদায়দা য়াওরি ?
চাওবা : শিদা য়াওরি। শ্রীগোপাল মরক মরক্তা ঐ খুলসিদা শন শেনবা লাকপা য়ারোইদ্রা ?
শ্রীগোপাল : য়াদে, শুকচং চংলককনু। কনাসু উদবা মফম অদুদা নুঙাইনা লেন্নবা হোৎনরুরো। অচাওরম কাবা পাম্নবা পুন্সিসিদা নহাক্না ৱারীবসে ঐগী চাওরবা ইরাল অমসু য়াওরিবনি। নখোয়গী ফননবা শিনলুবনি অদুবু হেন্না ফত্তনবা ওইরমলে।
চাওবা : ইবেনীসু পুন্সিসিদা অমুক্তসু থেঙনররোইদ্রা।
শ্রীগোপাল : থেংররোই। ঐগদি নোংমা থেঙনরবা য়াই করি হায়ুগে।
চাওবা : শে-শি খরা পিবীয়ু। মাগীদমক ঐনা হেকললকপনি অদুগনে শ্রীগোপাল ঐ মৈতৈ য়ুম ফজবা অমা শাবা ঙমদবদগী লাক্তবনি হায়না তম্বীয়ু।
শ্রীগোপাল : হোয় তমগে।
চাওবা : ঐ ক্না চাদ্রে, মানা শাওবদুদা। চাক থোংবা হৈরে হায়নসু খরা তম্বীয়ুকো।
শ্রীগোপাল : লোয়নমক তমগনি। নংগী অপামবা পুম্নমক, ঐনা লোইনমক পাওথোককনি।

চাওবা : ঐনা চৎখ্রগা নং ঐগী শনলুপসে মীনা থিনা থিনা ফুহনগনুকো। ইবুঙো মচানা ঐবু কৌরকপা মতমদা খুম্বীয়ুকো।

শ্রীগোপাল : চৎলো হব্রা লাকলে।

খোনজেল (বস) : তোঙ্গদবা লৈব্রা ?

শ্রীগোপাল : লৈরে লৈরে অমুক্তা খাম্বীখোও।

খোনজেল (বস) : কদায় য়ৌগদবনো ?

শ্রীগোপাল : খুল অসিদগী থাপনা পুথোক্লগা থাবীরমমু। লমথুংফম হায়বা অমুক লৈতে।

খোনজেল (বস) : লাকও লাকও।

চাওবা : নং ঐগী ব্রা পুন্নমকশে কাওগনুকো শ্রীগোপাল। শ্রীগোপাল ঐ চৎলেকো। (অকনবা নোংলৈ)

* * *

ইবেনী : শ্রীগোপাল মফম অসিদা অমুক লাকখিদরে। কনাসু ঐগী ইনাক্তা পাও তম্বীরনবা লাকখিদ্রে।

য়ু-থকপা : অদুদি ঐসু চৎলগেদনা।

ইবেনী : ঐগী ব্রারীসে তারগা নংসু চৎনিংলকলবরা ?

য়ু-থকপা : ব্রারীদুগীদি থোইদোক্তে, চৎলমদাইসিদা রাওন অমত্তংগা চিংখিগে।

## অচঙবা মী

কেবল
রানীমমতা
যাদব
রাজমোহন
চিত্রগুপ্ত
বাবু এস আই
পুলিস দোগ

## তাজমহল

### মতাং অমগী লীলা

অয়ুক্নি ঙল্লিবা, নরককী শকফম উৎলবা লাইর চুদৎনবা খুন্নৌগি শার্থীন তুককচরবা ওককোনগুম্ব অমদ। ভিক্ষা চৎকদবগি কেবলসিং মীৎতাংব চৈশু পায়বে, মফি অমোৎপ ফদি ফরা শেৎপ লোয়রে, নাম শোন্দুন মচানুপী ঙায়রি।

কেবল : হরে কৃষ্ণ, শিদব মপু ইবুংঙো। না পাল্লবদি ননাই ঐখোয় পুক থন্দব ফিথুংদব ময়াম্ন নোংম নোংমগি কৌরিবসি তাবিব ময়ারেকো ভগবান। ইবুংঙো নংবু জগবনধু হায়ব নফমদু তারব্রাও? নংবু না তাদব নমিৎ উদব উকং, নুংদুম ওল্লব্রাও? চাকনিব ময়াম্ন কোইশল্লগ ফি শেগাইনি হায়ব কিদুন নশকসু উহন্দ্রেদ্রো, ফত্তেদা ইবংঙো নংসে, ইপা ইপু পূম্নমক নোরোত্তানি। লোইদ্রিব্রা নুপীমচা নংবো? চাকনিবীন কেব হৌনব্রা? লাকও থেংখ্রেনে?

(রানীমমতা মোৎলব শেগাইরব ফনেক ইন্নফি শেৎ ইল্লগ মকোক্তু মখুৎন নান্দুন শেমদুন থোরকই। মচিন্দি পোম্মি শাওবনা)।

রানী : লৈশাবী ফারবী চহি ১৩।১৪ শুরবী ঐবু ভিক্ষানিব শুম চৎখিদ্রাও?

কেবল : নুপীমচা, ইপাগি রানী মমতা। শেৎনিংঙাই চানিংঙাই লৈতবা নুপীমচান চহি ৩০ শুদুনসু লৈশাবী ফাব হৌনব্রাও? মঙলান্দ তাওগনু লাও চৎসি, চা খৌরাংলে ইপা হোটেল অমত্তং পরপ পরপ—।

রানী : তনখ্রেদা সত্য, লম্বীদ ইশুং ইমান্নব ময়াম উন্নরুদৌবসে।

(মখুৎ শন্মি)

কেবল : খর নুংঙাইন পানব যুম অমদ ঙসিদি খর লৈজগে লৈশাবী ফারে হায়যু, য়ারকপ্রা য়েংসি।

রানী : তাইবংপান শেম্ব ঈশ্বর হায়বসু মীচং মীখায় নায়ব ফত্তব মীগুম্ব শোইদন ওইরমগনি।

(ঈশৈ শক্লগ থোঙান্দ মপা মচা থোকখি।)

নখোয়নি খোদা, নখোয়নি অল্লা,
নখোয়নি ভগবান, নখোয়নি মহীরেন মীৎনা উবা
অঙম্ব অথৌবা, নিংথৌ মন্ত্রী
হেন্না শেৎপ, হেন্ন চাব ঙম্মিবশিং।
মুথৎলুখোয়বু নমীৎকি ঊৌদোংনি;
নত্ত্রে পীনৌদা, চরা, মত্তং নোংম নোংমগী

(হৌন কৌখি)

হরে বাবু, হরে কৃষ্ণ হা অঙম্ব, হো অল্লা।

(মপা মচা চৎখ্রে)

(মফি শেগাইব ফুরিৎ ফৈজোম অমনব শেৎ-লিৎ হোটেলদ থবক তৌব যাদব গেটতা লাকই রানী থিরৈ। যুম চংদুন য়েংই— হায়রপ .

যাদব : নুপীমচা রানী, মমতা।
ঙসিদি ঙনতানা মপা মচাদু চৎখ্রবোইরে।
(রাজমোহন খাকি খোংগ্রাও অমনব, থাও চুব শেৎ ফুরিৎসু অফোৎপ অচুব হাপ-সার্ট অম লিৎ মকোক্ত কম্ফোর্টর অৰাউব অম য়েৎ, পরপ পরপ লাকই। হুই খোংদুন। যাদব উবদ)

রাজমোহন : হায়, হোটেল বোই, নং কৈদৌবি অদুদ ?

যাদব : হেন্দিমেন সাহেব, (সালাম) খুড়া কেবলসিং উন্ননীংদুন লাকপনি ঐ। মপা মচা লৈরমদ্রে।

রাজ : মপা উন্নব লাকপদ মচানুপীসু দর্শন ফংনি, অদু নত্রাও মীচোপ ?

যাদব : মদুন সাহেবকি ওইরিনি।

রাজ : ঐগীদি মানি, রানীবুদি রাজমোহন ঐন লৌগদৌরিবনি।
না লাকইবু কান্নরিব্রা ?

যাদব : সাহেবন রানী মমতা লৌবিখ্রবদি যাদব ঐগিন মপা মীৎতাংবদু তারেদনা।

রাজ : করেম্নরিব্রা হোটেলগি কপ প্লেট ? (শাওই)

যাদব : মপাগি গনজা শেম্বিরগ থকমিন্ননি হায়বনি। সাহেবপু গাড়ী থৌনব লাইসেন্স ফংবিরব্রাও।

রাজ : ঐদি পুক্ত থন্নব হিংব মী নত্তে, যাদব, টাটা গাড়ী নত্ত্রগ টেকসি কার অম হান্ন লৈরগ কোন্ন ড্রাইভিং লাইসেন্স লৌগদব রাজমোহন্নি। গাড়ীন তকখায়বদ শিনিংদ্রবদি নং ঐগি লম্বীদ লেপচনু ভায়া। (হনখি) খঙঙব্রা ?
[যাদবন ফুরিৎখাওদৈ শৎ (পিস্তোলগুম) ঙানথক অম, গনজা য়োম্ব চে পুথোকই, ইমুংদৈ হৈজ্রাং, হিদাকমনা ককনব ফাল লৌথোকউই, শেম্মি.... (তায় ইশৈ তৃনাথ)
চান থক্লব য়েনশাং নাপী, চেং চাক....... খাও পায়দুন মপা মচা হল্লকই হরাও হরাও (অরাপ্পদ ইশৈ).......]

কেবল : ঙসিদৌন দাও য়ারবদি থা ৫।৬ তা নংগি সনরিক অউনপোৎ হেক্ত লৈব কোন্ননি, তনব য়াদে নুপীমচা।

রানী : ঙা চরা অম, রৌরা কাটলারা অম লৈসি য়াদব হনুব নংন শনরিক অউনপোৎকি তাৎ তৌরিবদু ঐন থাজবিগদ্রাও ?

কেবল : অয়ুক নুংথিলদ চাক নিব হল্লকপদ ইপা ইচান বৌ অচৌব অম লৈবগ পুব উখ্রবদি মীন করি হায়খিনি অপঙবী ? নুংদাং লৈরগ থাও ঙৌদুন হাওন চাসে, সুক ব্রান চৎতুন তাল্লিববু অহাওব চাদবদি করিনো ?

রানী : হৈমা, তা যাদব নংদি হোটেলদাদি নথৌ চৎতনা গনজা শেমদুন লৈবব্রাও ?

যাদব : মসি য়াওদ্রবদি ইবেম্মা তাইবং নাপল মরক্ত ইবুং খাঙবা ঙমদে, হুজিক টাটা গাড়ী অচৌব অমন তক্লমদৌরে ইবুংবু (মপি তৈথোকই)।

কেবল : ইবো যাদব, মৈ লৈরব্রা দমদুবো ?

যাদব : নুপীমচা নং মৈতাল্লা তিকিরা মচেৎ অমত্তং ? (রানী চংখি পোৎচৈ পুরগ)।

কেবল : তাইবং নাপল মরক্ত খাঙব ঙমদে হায়ববু করিদৌরবগে ? শিদবু কনাগি তপ্পা লাক্লমলবগে ?

যাদব : তপ্পা নত্তে, লাইসেন্স পায়দ্রিব হেন্দিমেন রাজমোহন্ন মাগি টাটা গাড়ীদু—

কেবল : কদাইদগি টাটা গাড়ী ?

যাদব : মাগী ভাবন থৌরকইবা ঐবু তক্লীংবন।

রানী : (তিকি অচাকপা পুরক্লগ) করিনো তকপ হায়ববো ? হা তাদ যাদব ?

যাদব : অশাই ড্রাইভর রাজমোহন লাক্লম্মে, ঐবু মান সুৱাইদ চারগনু, রানী লৌগদৌরিব নিপাদি মানি, মাগি লম্বীদ লেপ্পবদি টেকসি নত্ত্রগ টাটা গাড়ীন ঐবু তককনি হায়য়ে।

কেবল : নং ন করি খুমখি ?

যাদব : ঐন— "নংন মচানুপী লৌথ্রবদি ঐন মপাদু লৌনি" হায়খি

কেবল : ডাকু রাজমোহন, মাগুম্বন কদায়দগি গাড়ী থৌদৌরিবনো ?

(গনজা থকমিয়ে) ·

যাদব : হায়বিগে মমতা মঙোন্দ লৈজরুনুকো। য়াম্ন তৌব ঙম্ব মীতানি মহাক। মরিংজেল অমনি।

রানী : শাওরুনু তা যাদব, মহাক্ন ফাগি তৌব ওইরম্নিদ।

যাদব : ঐ হোটেলন চাক পুক যন্ন থাকপিরগা থাদ তলব লুপা ৩৫।৩৫ ফংলিব নিপানি।

ঐন তুংখৎকে হায়রবদি, লুপা ৫ না থাগি খরচ, মৈখু— মরক মরক্ত মহীগী কোয়খ্রগ, থা খুদিংগি লুপা ৩০।৩০ খুনব নিপানে, চহি ৭০ থবক অসি তৌরবদি ইফি মোৎচরবসু কার অমদি তোংব ঙমদৌরিবনি। লাইসেন্সসু লৌদ্রিব, তলবসু চাদব হেন্দিমেন মান কার নত্ত্রগ টাটা অম লৈরগ ঐবু তককনি হায়নেসে।

কেবল : ৱা ওইন তারুনু ইচাসিদি। নংন হান্ন কার লৈরগা তকউ—

রানী : মহারুবু কার লৈব ঙম্মবদি নথন্দবু নত্তন ঐবুসু য়াওন তকহনগে। বাজি চংলসি গঞ্জান পুক থনব য়ারোই,— করি করিনো খর চারুরসি।

(মপা পুশিনখি যাদব চৎখি)

(কলা মন্দিরদ স্পোট লাইট কাপ্পি)

(চিত্রগুপ্তন তাজমহলগি শরুক খর ফিগি পাংদ য়েক্লে, তংখাই চন্ন কিনথরব মিনারেট অমগি নুংশিংদুন মানক্ত— ময়ুম লৈজদব মীয়াম্ন লৈনব

পিক্লব য়ুম মচা কয়া মশিং থিব ব্রান শাগৎলি। লাইয়েক্নব হিদাক মচু হাপ্প পাত্র, তুরী কয়া শিজিন্নরি। রাজমোহন লাক্কুন য়েংলে মানক্ত, হান্নগী অমোৎপ, অচুব ফিজোন্দু অদুম শেৎলি।)

রাজ : করিনো য়েকপিরিবদুবো ? ওঝা লাইয়েকপা ?

চিত্রগুপ্ত : নংবু কনানো ? নফিনরোলদুন নংবু নোরোক্তগি মী মালহল্লি। লাইরৈবাকসিদ নংদি কেদৌব লাকইবা ?

রাজ : নোরক্ত লৈব ব্রারদুন, স্বর্গসিদ লৈব য়ানব লম মচেৎ অমত্ত থিজরকইবনি।

চিত্রগুপ্ত : স্বর্গসিগি নাগরিক অম ওইগে হায়রবদি, অব্রা অনা লৈত-লাইর পূম্ব থোঙ্গালগি ব্রাংমদ থনমগদৌবনি। নংন পামজদ মগুলান অমদ তাওদুন শান্নগদবনি।

রাজ : য়েকপিরিব লাইশিন করিনো ?

চিত্রগুপ্ত : শাহজাহান্ন শগৎলম্ব তাজমহল, মাগি নুংশিজরবী বেগম মমতাজগি মংভমদু ঐন শীথরগ ময়ুম লৈজদব ওককোন্দ লৈবা মী ময়ামদ য়েনথোককদৌরিবনি। চাকনিবশিংসু চেক য়ুমদ।

রাজ : পৃথ্বী ফাওন মমিং চৎলব তাজমহল শীদোকপ থুগায়বা ?

চিত্রগুপ্ত : থুগাইদদি করিনো ? তাইবং মী অসুক য়াম্বন শেৎন চানব, নোং নুংশা থুপ্পব লৈত্রব কালসিদ নুংঙাইব মচা মখোয় ১০।২০গি মমীৎ পেন্নব খিনখিদ্রাও ? ঐগীন মঙাও অমনি ভায়, তাজমহলদৈ হেন্না ফজবা।

রাজ : গনজাদ, কানীদ, য়ুদ ঙাওনবগুম ঙাওভম অতৈন করি করি ?

চিত্রগুপ্ত : ইশৈদ খোনথোকত, থেকপ নৌব জগোইদ, মীতৌতম শান্নব লীলাদা ঙাওবসু য়াওরি ? করিগীনো নংবু ঙাওনিংলব্রাও ? শেৎন চানব নরলবু হান্ন য়াম্ন তানখো। নত্তগা ঈশিংগ নুংশিৎ নুংশাগন হিংব তম্মু ঐদৌন।

রাজ : ঐবু শাহজাহান শাব য়াগদ্রাও ?

চিত্রগুপ্ত : নংবো ? (শংত্রিক য়েংই) করি য়াদনি, নতিক নহে লৈরবদি— মীৎকুপ খর পুং খরদি শাব য়াগনি। নংগীবু মমতাজ শাবিনব বেগম লৈজরব্রাও ?

রাজ : পুং মুক ব্রাইব য়াগদব বেগমদি লৈনি, পুংখাই অমত্ত ওইরবসু বাদশাহ শারম্মগ শিব তায়। ব্রান কুইন হিংবন করি কান্ননি।

(লিক-কোন ফিজেৎ লৈতেং কয়া তৌরবী সনারৈ মীতৈ ফিজেৎ চাকচাদ লাকই, রাজমোহন্ন মশক লোৎনব হোৎনৈ)।

শনারৈ : ওঝা লাইয়েকপা ঐগি ফোটো অমত্ত খোংনাং পান্থীমুক ব্রাংনা চাওথোকহনবীয়ু হায়ববু ঙম্বিগদ্রা ?

চিত্রগুপ্ত : ঐদি ফোটো শিন্দোকপগি থবক্তুগুম্বদি থাদোকখিব কুইরে।

শানরৈ : অপাম্ব শেল হায়বিয়ো ?

চিত্রগুপ্ত : ঐদি শেল ফংদব জাৎ তাজমহলদৈ হেন্ন ফজব য়েকপদ ঙাওজরে— লানিংবশিংন তৌবগুম কলাদ কৎচরে ইপুন্সি।

শনারৈ : অদুগ লীলা উৎপ কাংবুদি কদোম কদোমদ ?
চিত্র : মখোয় লংফৈদ চৎখি হয়েং থুংলনি।
শনারৈ : ঐন পামজব থৱাই চাকখ্রব ৱারী অমত্ত লীলা ওইন শান্নবিয়ু য়াগদ্রা মখোয়দুবো ?
চিত্র : অদুম্ন নেকপদু য়ানী থাজদে, অদুবু ৱারীদু মখোয়ন য়ানিংবজাৎ— মীয়ামগি নুংঙাইগদব ওইরবদি য়ারকপ য়াই। হয়েং উন্নবিরো।
শনা : ঙাইখো, ইবুংঙো নংবু রাজমোহন হায়ব গাড়ী চৎপ য়াওব হেন্দিমেন্দু নত্রাও ? মানখ্রেদা।
রাজ : লোৎতুন য়েংবনি কান্নদ্রে, মানি রাজমোহন্নি ইতৈমা ঐ।
মমাংঙৈদ ঐখোয়গি গাড়ী মথক্ত চিৎথবিরম্ব শাল ইন্নফিদু ঐন খণ্ডদে উদে হায়জিন্নরগ মীঙোন্দ লুপা ৫০ দ বনধক থমখি। শেল অদুন লৈনখ্রে ঐগি রানীদ পীনব খুদোনপোৎ কয়া।
শনা : শালদু বনধক থমফম তাকউ, লুপা ৫০ দু পুথোক্লগ ইতৈমা হন্দোকচগে, মদু মাংব যাব ফি নত্তে— নং তামোন দিল্লীদগি ঐন ইনবদ পককনি হায়দুন মাগি থম্মোইদু য়োম্মগ পীরকখিবনে অদুঙৈ।
রাজ : ফিদু খব লাপ্ন লৈখ্রে, খরসু মল্লবন শুবদৈ তামোগি থম্মোয়দু য়াওরমখিদ্রা খণ্ডদে।
শনা : লাপসনু ইচিন্নাও চৎলগ খোঙ্গুল লীরুদব য়াদে মদুগি ফিদুন নং তামো লংফৈদ লৈখিবদুগি থৱাই-মী-কৌদৌরিবনি।
রাজ : হয়েং হংচিৎকা লেংউসিনে ইতৈমা ?
শনা : ইবুংঙোনদি উচেককুম্ন কোপাই পাইবনিন নহুম শাদ্রিব মতমসিদদি থিব ফংপোৎ নত্তে, উন্নরিঙৈদ চৎলুদব য়াদে।
রাজ : করক কবক হেক্ত তকইনা ইতৈমা— ?
শনা : শাওনু ইবংঙো পামমুব পোৎ ওইদুন তৌবনি।
রাজ : ফরে অদুদি—, লাকও লেংলসি।

(গেটতা থোকমিন্নরকই, খর হন্দোক্লগ ঙায়হল্লি—
রাজমোহন রানী কোই, হৈজ্রাং ৱাইখি.......।)

রাজ : ইতৈমা ঐ সিদ পাউ অমত্ত হায়জরমগে, অসুৱাইদ ঙহাক্ত ঙায়বিয়ু।
শনা : মাঙদি মাঙখিনুকো শনা ইবুংঙো।
রাজ : ঐ মাঙজরোই, ইতৈমসু তনবিনু, ঙসিদৈ হেল্লবদি পোৎতু ফংবিররোই।
শনা : ঐসু লীন্দা অমনি, ঙায়নি ইবুংঙো।

(লাপ্লপ্ন ঙায়খি)

রাজ : রানী, (হুইশেল হুইৎ খোংঙি)
রানী : (চেনথোরব্লগ) : কবিনো ? কৈদৌরবগে ?

রাজ : থাং অমত্ত ব্রাইগে কদায় ?
রানী : করি থাংনো হৈজ্রাংন য়াগদ্রাও ?
রাজ : য়ানি— পুরকও। (চেঙ্গিনখি)
রানী : (পিররগ) : কৈদৌনবনো ?
রাজ : ঙসি নুমিদাং বাদশাহ শাহজাহানগ বেগম মমতাজগ লুহোংব নুমিৎনি। (মোমোন নোকই)
রানী : কনানো বাদশাহ হায়ববো ?
রাজ : রাজমোহন ঐ বেগম্ন নং— (মখদাং ইনখৎলি)
রানী : হৈজ্রাংন কৈদৌদৌরিবা ? (নোকই)
রাজ : শাহজাহানগি ব্রাহোংগি সিংহাসন শানব খুৎলাই।
শেম শাদুন লৈরম্মু, শোইররোই ঙসি নুংদাং হিংবগি
মহৈ য়ানব। (চৎখি—অমন য়েংদুন লৈহৌই)।
(খিৎতৎ চৎলগ যাদব লাকপ থেংনৈ।)
রাজ : লাও ভায়— থৌনা থৌরম অম পাংলুসি, নঙ্গোনদসু কান্ননি।
যাদব : কবি থবক্লো ? ঐদি পাংদব মীচোপ্নি।
রাজ : কার অমত্ত লৈরুসি। নং হেন্দল খর লৈয়ু।
যাদব : ঐ কি, নংন তককে হায়রকপ য়াই—।
রাজ : কদায়দনো নং অদুদি ? (মশম পায়)
যাদব : (মখুৎন গনজা থকপ তম্মি) রানীখোয়দ
রাজ : গাড়ীন তকপ কিরবদি ঐন হল্লকপদ নং লৈজরমগনুকো ?
(চৎখি)
(যাদবন চিংনন য়েংহৌই। ঙাহাক লৈরগ— "অয়ো ইমা। মী হাৎলে।"— হায়ব খোনজেল যাদবন তাবগুম তোই, কিদুন চেনশিল্লি রানীখোয়দ।)
রানী : কৈনো কৈদৌরে তাযাদব ?
যাদব : "অয়ো ইমা মী—হাৎলে।" হায়ব নুপীগি খোনজেল অম তাখি। নংসু তাবরো।
রানী : ভাবন ওইরিনি—তাদেদা
যাদব : নুপী অমগ ডাকু রাজমোহনগ চৎমিন্নখিব উই। লাপ্পপ্ন তাহৌবনি। নংন রাজমোহনবু লুন তৌরিবদু ঐদি কি হায় রানী।
রানী : হুইনাও মচাগুম্ন মমৈ ফেৎ ফেৎ হায়ব রাজমোহনবু করিগি কিরিবা ?
যাদব : রাজমোহন কিদব নংবুন হেন্ন কিরেদো ঐদি।
রানী : কিরুনু দাইমন্দ শার্কসতা কৈ শান্নবীদু ঐনি।
(কেবলসিং রানী কৌদুন চৈশুন কক কক শৌরগ থোরকই।)

কেবল : রানী, নংবু কদায়দ লৈবগে ?

রানী : সিদ লৈয়ে বাজি—।

কেবল : কৈদৌরিবগে ?

রানী : কৈশালন লাকলম্ব য়াওমচা অম লাইয়েংলিয়ে মে—এ———এ।

(যাদবন কিন্ন থিনগে তৌশিন্নে)

কৈশালন উখ্রবদি—? (যাদবন মতুংদ য়েংই)

কেবল : কদায়দগী কৈশালনোনে নুপীমচা ?

যাদব : ফাগি তৌরিবনি কাকা।

কেবল : ইবুংঙো যাদবলা ?

কেবল : মানি কাকা। ইবেম্মা কৈরোইবী, তিকি মচেৎ অমত্ত পীয়ু, কৈশাল তানথোক্লব কাংমৈ খুগে।

কেবল : য়াওরকপ্রনে ইবুংঙো ?

যাদব : য়াওরকই কাকা, নমাক লৈরিবমখৈ মৈখুদদি ব্রাৎলরোই। চৎলোনে কৈবোইবী ?

বানী : মৈখু ব্রাৎতনব য়াওমচা অম লোইবন চুমব্রা খঙদ্রে।

(চংখি)

যাদব : (বানীদ শংত্রিক যেংহৌই)

কেবল : নুপীমচা মী খৎননু, তিকি হায়বদু কদায়— নখোয় নহা নপাঙ্গল ইনখৎলকপসিদি খর হোংব নেশা গনজাগুম্ব থকপ ফৈ। নত্ত্রবদি পাঙ্গল অহেনবদুন মীগি মপোৎ লকনীংঙকই, খৎন চৈননীংঙকই।

যাদব : অশেংবনি কাকা, গনজান ঙাওহনব কোক্তু খাংব হৈনবদ তাইবংপানগি নুংঙাইতব অতৈ— মীন ওৎপ নৈব, লৈতব লায়রব পুম্বগি ব্রাখলদুসু চংলকপোৎ নত্তে।

কেবল : থব্রাইসু পিকপনে, মীগ খৎন চৈনব, হাৎন শুনবসু তৌনিংদবনে। গনজাগি ফত্তব হাযববু কা হেন্ন থক্লগ চানন ঙাওগল্লি।

যাদব : কাকা ঐদি গনজান ঙাওবগ চানন ঙাওবগ অনীসি চানন ঙাওবনবু হেন্না নুংঙাইরমদ্রা খল্লিয়ে। নত্তে, চানন ঙাওরবদি গনজা য়ু, চাক য়েনশাং, শেৎনব ফি, লৈনব য়ুম লৈতবগি অৱাবদুন ওৎপ ঙম্লম্মোই।

কেবল : কদায়দৈনো যাদব অঙাওব মীসু অরাম্ব খৌরাংব খঙডি (দম তৌনৈ) চানন ঙাওব ফত্তে, অচা অথক থিনব নোংমগি মনুংদ পুং ৭।৮ দি জ্ঞান তাব ফৈ, লম্বোইববু শারবসু।

যাদব : ঙানথক অমন কাকাবু পুং কয়া ঙাওবিবগে ?

কেবল : ঐন ব্রাবিবসি ইবো, ঙানথক ২।৩ না ঙাওবিদব অসিনে। অহানব তমখৎলকপদদি ঙানথক অমন পুং ১০ মুককা ঙাওরম্মি।

যাদব : কাকা, ইথক থক্তুন ঙাওব রাজমোহন খোয়গুম্ব— মী হাৎকে তুপকে, লাককে মুনগে, শিরবসু শিদোককে হিংবদগি শিবন হেন্ন নুংঙাইরম্নিকা খনবজাৎসিন কমদৌরিব জাৎনো? ঐন ঙকপসি তাইবংপান্দ মহাককুম্ব মীজাৎসিনি।

কেবল : মখোয়গুম্ব ডাকু য়াওবদগি নখোয় ঐখোয় য়ুমলৈ কৈরৈ জুগোৎ চাদব, নিদুন চাব, মীনাইদৌন শুজব নোমজবশিংদ অঙম্বশিংন মমীৎ খান য়েংলিব, দারোগান তোয়ন লাকইব।

যাদব : কাকা, রাজমোহনবুদি দারোগানসু কিবা মাল্লি।

কেবল : শিব কিদব মীবু কিদব মী লৈব হৌনব্রাও?

যাদব : ঐখোয়দি শিবসি কিজখ্রে। মান কিদ্রিবদু ফন ঙকই।

(গনজা খর খর ঙাওনরদুন মমীৎ উইরুম উইরুম তৌনরে। নুমিৎসু তাশিল্লক্লে—)

রানী : চংলসি বাজি চাক চারুরসিব। তা যাদব নংবু নমীৎ ফন নুংশিরক্লে, নয়ুম হনবা উগদ্রাও?

যাদব : নুমিৎ তাখ্রবা? কাকা ঐ নুমিৎ অমুক্ত থিজরুখিগে।
(চৎখি ঙাওরি ঙাওরি)

কেবল : থিরুনু, হয়েং অয়ুক মথন্দ থোকচরককনি।
(রানীন নোকই। মপাবু ইমুংদ—পুশিনখি।)

যাদব : নোমগনু নুংঙাইতে হায়মি রানী। (চৎখি ঙাওরপ)
(যন্ত্র খোনজেল ঙাওন খোংই)

(মল্লিব মঙাল)

মাইখুম অমুব হাপ্প তুপী উপ্প ডাকু রাজমোহন, খোংগ্রাও অফব শেৎলকই। খোঙঙুপ তোংলকই ফুরিৎতি ফত্তব লিৎলি মী য়েংই সুটকেশ মচা অমদ রানীগি ফনেক, ইন্নফি, ফুরিৎ ঘড়ী—লিক কোল হাপ্লগ পুবকই—ফিয়োম অমদ মশাগি ফুরিৎ সার্ট, কোট, টাই, রুমাল....... রানীগি খাংপোক মনাক্ত পোৎশিংদু ফিংলপ শুরব্রা য়েংই—রানীন ঈশিং পুল পায়রগ শোকপ থোরকপদ উরে। লোৎলগ লোন্ন মতৌ য়েংই রাজমোহন্ন হুইসেল নেম্ন খিৎতং খোংবদ রানী নোকফেৎ তৌরগ থোরকই—রাজমোহন্ন পোৎ ময়ামদু পী মাবু য়েংহল্লি।— রানী হরাওই, চোংই— অম নুকলিৎ- শেৎ ইঙাও ঙাওই-শেৎলুচো পীখ্রে। মশাসু লিৎলে টাই পুল্লে.... রানীন সুটকেশ পুশিন্দুন চংখ্রে..... মফি মরোল শেৎলুরে কেরুরে রাজমোহনসু শেৎল কেব লোয়রে— মকোইদি অদুম য়াওরি..... ফিয়োমদ শনারৈগি ইন্নফি, ঈ খিৎতং তৈব হৈজ্রাং অমদি লুপা নোট লিশিং অনী অহুম য়াওরিবদু রানীন থোরকপদ পীরে। থমহললুরে। মাগি রুমালন ঈ খিৎতং তৈব হৈজ্রাংদু তৈথোক্লগ পীখ্রে।

রুমালন ফুরিংখাওদ হাপখ্রে—,........ (যন্ত্র ইশৈ) তান চান ঙংগদব— রাজমোহন চপ লেপ্পুনা রানীন মফি মরোলদুয়েংবদ হরাওবদু মপি তান য়েংই, মচিনবান্দন মোমোন—)

রানী : অসুক ফজব অসুক য়াম্ব ফিজোন কদায়দৈনো মহারাজ ?

(মখোঙদ কোন)

রাজ : (চিংখৎলগ) মহারানী, ইমানীগি প্রজা ময়াম্ন থীরকপ খাজনানি। ইখা পোনব নিংথৌ মচাশিংন কারকপ লোয়পোৎনি। অপাম্ব খন্দুন শেৎলুরো— লিকশিং সিসু শিরুরো— নংগি ঙাক্তনি— (লিক-কোল হাপ্ল কৌটা মচা অমসু পী)— —।

রানী : অহিংসিদবু— কদায়দ লেংদৌরিব মহারাজ ?

রাজ : লুহোংব—। ঙসি অহিং, বাদশাহ শাহজাহান অমদি বেগম মমতাজগি লুহোংবা নুমিৎনি। — চৎসি থেংব য়াদে—। (হরাওন চংখি)— — (ইংন) — মীৎকুপ খরসিন চহি ৫০।৬০ দং ওইবা য়ারবদিকো।— (হৌন) কনা কনানো ঐবু "ডাকু রাজমোহন, হেন্দিমেন রাজমোহন"...। ঐবু খঙদবশিং ঙাক্তনি, ... ঐবু মুন্না শকঙবী রানী মমতান— ঐবু— "মহারাজ" মহাক্কি— শা-জাহান ঐগি মতিক চাবী মমতাজ।— কনান খঙনি হয়েংগি নুমিৎন খানাদ তাকউদ্রিবঙৈ, তাইবংপান্সিদ প্রলয় থুংলব য়াই... রাজমোহন বাদশাহ গুম্ন শিখিব য়াই। মতমদ খিৎতং খেন্নব নত্তন শাহ-জাহানগ রাজমোহন ঐগ অমত্তনি।

(ফুবিৎ লিৎলি, টাই হাপ্লি— টুপী— অপাব ১ উপ্লি— লোয়রগ চপ লেপ্পুন ব্রাখল অমুক ...)

— দিল্লীগি লাল কিলা, ইস্ফালগি জেলখানা,— যমুনাগি তোর্ব্বান্দ তাজমহল, যমুনাগি মহুৎতি ? নমবুল তুরেল, খরদং পিকচরবসু তুরেলনি। মতম খর তেনব শাংব, তুরেল খর পিকপ চাউব। অতৈদি চপ মান্নে।

রানী : (কেন থোরক্লগ:) অতৈদি চপ মান্নে হায়ববু করিনো, মহারাজ ইবুংঙো ?

রাজ : রাজমোহনগি মহারানী নংগ, বাদশাহ শাহ-জাহানগি বেগম মমতাজগ।

রানী : কদায়দৈনো মহারাজ, তোল্লবী শকথীবি ঐগ বেগম মমতাজগ চাংদম্নবদি ?

রাজ : অশেংবনি রানী, ঐগি মীৎত নংন হুজিক ফজরিবসি, অদুঙৈ বাদশাহগি মমীৎত মমতাজন ফজখিবদুন করিমত হেল্লোই—। মদু অচুম্বনি হায়ব ঐগি মীৎতন খঙিঙ। হা হা হা...

রানী : মদুন অচুম্ব ওইরবদি মমতাজ ১০০ না বাদশাহবু নুংশিখিবদু পুনশিল্লগ ঙসি চাকনিবী ঐন— মহাবাজবু নুংশিজরিবসি ফংলোই—।

(রাজমোহনগি মখুৎতু মখুৎ অনীন নুংশিন কোল্লগ চুপ্লি।)

খুৎ অসিননি—·পুন্য চেল্লব খুৎ অসিন মীৎতাংবৈ মচা ঐবু বেগম মমতাজগ মান্নহনবিব। (কপ্পি) (ঘড়িনা তেক তেক চৎলি)

রাজ : নুংশিব খঙদব মতম। ওক্রে থাদোকও বেগম মমতাজ। সে— নংগি হৈজ্রাংদু থমজিনখ্রো। (রুমালন ঈ খর তৈবদু তৈথোক্লগ পী)

রানী : কদায়দৈ ঈনো ?

রাজ : মখোয়গী পুন্যন ঐখোয়গী পাপ ওইব, মখোয়গী পাপ্ন ঐখোয়গী পুন্য ওইবা মতিক লৈব মীওৎপ য়েক্লবশিংগি ঈখেংনি, ঐখোয়গি লুহোংব খুদিংদা অশেংব সিন্দুর ওইন লাইবক্ত নম্লগদব ঈখেং। (রুমালদৈ মরাইবক্ত নম্বি) (ফুরিৎখাওদৈ নোট মপুন লিশীং ৩।৪ লৌথোক্লপ পী) মসিন মাইথীরব য়েক্লবশিং লান লেপ্পব পীজরকপ খোঙঙা। (পোৎ অতৈসু পীখি। রানীন লোয়ন থমজিনখি।— ঘড়িন তেক তেক চৎলি।) খাম্ব য়াদব মতম। ইতিক চাব লান্মী পীয়ু, অথৌব ঐগী ইতিক চাব থৌদাং পাংলমগে। মী অম ওইন রাজমোহন্দগী শাহজাহান্ন করি হেনবগে ? নং হাযযু— নংদি খঙগনি মতম। (মীতৈ ফনেক মপান নায়ব, ফুরিৎ খুদাং চোনব নাইলোন ইন্নকি ... অরাংব অপাব ... লিককোলন ইরং লং ... রানী থোরক্লগা)

রানী : লেংলসি ইনিংথৌ, ননাইবু লোইবা লৈমাবা। (রাজমোহন্ন ওক্লগ মখুৎ শমদুন পুখি— নিংথৌ রানীগুম পোংদুন চৎখি— বেন্দ পার্টিন নেম্ন শালাম্নী খোংই। কালা মন্দিরদ স্পোট লাইট— চিত্রগুপ্তন লৈ কবোক ভাবন চায়দুন দিউটি থাংমৈগ ভাবন ওক্লম্মি লুহোংব থিল্লকপগুম।)

চিত্র : মহারাজগ মহারানীগদ থোঙশংব ঐন হংজগদব ৱাদি: নরককি নীংব কাযব নীংব থুংদব লীচিং পূম্ব থম্বিরম্মেকো ?

রাজ : থমজরম্মে কলা মন্দিরগি পূজারী।

চিত্র : স্বর্গসিদ কাবিরক্লবনিন নীংজবখিবিক থুংবিনি, অপান্দদ হায়বিয়ু— উবিনীংব, তাবিনীংব করি করিনো ?

রাজ : পূজারী, ঙসি অহিং ইমানীগি লুহোংব নুমিৎনি, পোকপদগি অৱা অনা লৈত লায়রদ খাংদুন লাকচরব অনীগি খ্বাইদৈ নুংঙাইব পূং খর, পুন্সি মহৈ য়ানব মীৎকুপ খর— হয়েং নোং ঙানখ্রবদি, কনান খঙনি থুংনদব য়াই, কায়খিব য়াই, লাইবক থীবগি পুন্সিদি য়ৈখায়বন শৌ শাদুন লৈবনি। (কপই)

চিত্র : করিমত ৱাগনু মরুপ, স্বর্গসিদ মমা মপা, মচাবু মশক খঙদব, থানা কোর্ট শেল পীজরগ নেকপ য়াৱ পাঙ্গল অমদি য়েক্লব পূম্ব নহাককি, চংলকপগি মতিক লৈতে লমজিংলিব ঐগি য়াথং য়াওদনা। মরুপ্ন পামদব পূম্ব ঐন চংহল্লোই।

রাজ : লমজিংবিরিব কলাগি পূজারী ঙসি ঐখোয়ন বাদশাহ শাহজাহান অমদি বেগম মমতাজগুম লুহোংব পাম্মি। মদুদ লমজা অনীসে লাইরিক লাইশু নিংথিন তম্ব ফংজরক্তবন বাদশাহ অমদি বেগম, কয়া নুংঙাইন পানখি, কয়া ৱান কায়নখি, করম্ন শাখি তাজমহল নিংথিন খঙজদে, মীঙোন্দগি তাজব ৱারী মতেক খর নত্তন। মরম অদুন— করি হায়সিগে রানী ?

রানী : য়ারবদি গুরুজী, চানবিদুন শা-জাহান অমদি মমতাজবু মোংভমদৈ কৌখৎপিরগা উৎহনবিয়ু মখোয়নী কয়া নুংঙাইন, নুংশিনন পানখিব, অমদি থৱাই কয়া চারু কায়নখিব হায়বদু। মখোয়গি মতিক মগুণদু লৈজদ্রবসু লমজা ঐখোয়নী মী ঙাক্তনিন মখোয়নীন নুংশিনখিবমুক নুংশিনব ঙমজনি খল্লি। মখোয়নীগি মতৌদু শম্না অমুক্ত উহনবিয়ু তোল্লব ঐখোয়দা ?

রাজ : মদুবু য়াগদ্রনে গুরুজী ?

চিত্র : হা হা... করিসু লৈতব ৱাদুবু অদুকলুন খললুরিবা! কলা মন্দিরদ ঙমদব লৈতে। গ্রীসকি আলেকজেন্দার, রোমগি জুলিয়সসীজার, ফ্রান্সকি নেপোলিয়ন বোনাপার্ট, মপা লৈখিদব অথৌবশিং অতৈসু হায়য়ু। মনা লৈরগ কলাকারন, কবিন স্বর্গদগি চীংথরকপ, নোরোক্তগি চিংখৎলকপ ঙম্মি, মখোয় মখোয়গি চান্নবীশিংদুসু ইন্নহল্লকপ ঙমগনি। পৃথ্বীগি মঙ্গলগি মশক ওইরব যীশু খৃষ্ট হায়য়ু, বুধদেব হায়য়ু, মহাত্মাগান্ধী হায়য়ু কলাকারন ভক্তিগ লোইনন মখোয়বুসু স্বর্গদগি লৌথরুব ঙম্মি। নখোয়নীন মুগলগি বাদশাহ শা-জাহান অমদি মাগি বেগম মমতাজ, মশুংলাংগি তাজমহল শাগৎখিবি অনীদুগি নুংশি ৱারী শম্ন উনীংবদু মীৎকুপ খরগী মনুংদ উহনগে।
চংঙু নিংথিন য়েংউ, মুন্ন তাও।
(খুবাক অহুন্নক খুবদ ইশৈ তায়)
ঋতুরাজ লেংলক্লে ঙসি,
পুক্লিং লৈকোন্দ,
হল্লরোই বসন্ত, লৈরনি থাবলগ
যমুনা মপান্দ,
মীৎলুগি পিরাংনি মণি মুক্তা,
নুংঙৌ মার্ব্বল,
বাদশা শা-জাহানগি প্রেম বন্দীশালা!
মং নত্তে, বেগম মমতাজগি,
নত্তে বাদশাগিসু,
থানিন-বসন্তই, নহাক ঐহাককি নুংওন শৈরেংনি।
(ইশৈ হেক লোইবগ
শাহ-জাহান অমদি মমতাজগি)
১। বসন্ত ঋতুগী য়েন্নীংচোং জগোই... লৈরাং শাৎপ, অমদি হৈরাং পানব।
২। মথংদ কালেন নুংশাগি মৈচাক জগোই মশা লুম্মবী মমতাজন অঙাং উন্নবদ লৱাই শাৎখিব তাইবং মমখিব।
৩। বাদশাহ ঙাওরে, বর্ষাগি নোং হৈথবগুম মীৎকি পীন কংলব আগ্রা থুমলে, লৈবাক লৈহাও চেল্লে ঙক্লব তাজমহল হৌগৎলে কাউব ঙন্নরোইদব শক্তম লৌদুন।

চিত্র : কমদৌই ? খঙঙব্রা ?
মসিনি তাজমহল পোকখিবগি ব্লারী মচংদি। মপা মপুন কৈরাক থারকপ শা-জাহান ওইবগি শাব ঙমখিবনি, নংগুম্ব ঐগুম্বগি ইতিক নত্তে। বাবরন হুমায়ুন পোকখি, হুমায়ুন্ন পোকখি বাদশাহ আকবর, মবুধৌ বাদশাহগি মচান বাদশাহ জহাঙ্গীর, মশুন বাদশাহ শা-জাহান ভারতকী অয়াম্বা শরুককি মপু। নখোয়বু অহল লমন কমদৌবৈ মচানো ? ঐদি ইমান ফৌশু ললোন্দুন থাক্লকই, ইপাদু বাদশাহ ওইরমদে লম্বীদ থবক শুবদ গাডীন তক শিখি।

রাজ : ঐদি ইপা ইমা মশক খঙহৌদ্রে, হৌদোং হুইগি অবেম্ব চাদুন হিংলকপনি। তুরেল অচৌবদ শিবগে চোংথরুরে, ঈরৈন তাওখংহনখি ঐবু, নোংমতং, মীৎকুপ খরদং ওইরবসু বাদশাহ ওইহন্নিংদুন ওইরম্ব য়াই।

রানী : ঐদি ইমা মশক খঙহৌদ্রে, মীনদি বেগমগুম মশক ফজে হায়নব তায, ইপাদি মশীং খঙদন য়াম্মিদি হায়, ঐবু য়োকপিনবদি কনামত চোংথোক্তবন মমীৎ উদব অহল অমন ইপা শারি।

চিত্র : নখোয় ঐখোয়ন লমজা শারা, শিবিদব মীনুখাং, শা-জাহান্ন বাদশাহ ভারতকী। মহাক্ক শাহনখি তাজমহল য়ুরোপ এশিয়াগী খুৎহৈব অথোইবশিংগ তানবগ, উস্টাদ ঈশাবু লুচীংহন। চহি ২২ চংখি নবুধৌ ইবুধৌ মী লিশীং ২০ না শুবদ, চাদিং তৌখিব লুপান লাখ ৪০০।
শাজাহানগি মমীৎকি মপিগ, ইবুধৌ লিশীং ২০গি অহোংব হুমাংগন তোৎলগ শাখিব তাজমহল। নুংঙৌ দলাল মনি মুক্তান থান্নব। থবক অশুমলবু মতিক চান পীরমগদ্রাও ?

বাজ : মশীং নাইদন মী হাৎখিব মী ওৎখিব বাদশাহন খুৎশুমন মতিক চান কৈদৌঙৈদসু পীরম্মোই। মহাকসু ঐগুম্ব হিংসাবাদীনি— মশক খঙঙি ঐ।

চিত্র : ঐন তাজমহল শীথবগ মীয়ামদ থুংনব য়ুম মচা মচা কয়া শারিবদো ভাযা— নখোয় ঐখোয়গি ইবুধৌ লিশীং ২০গি চহি ২২গি খুৎশুমন বাৎখিবদুগি ক্ষতিপুরন তাল্লিবনি। ভাব তাবব্রাও ? নখোয়নী হুজিক অতৈ কবি পাম্মি স্বর্গসিদা ?

রানী : গুরুজী বাদশাহ অমদি বেগমগি কোকথোন অনীদু ঙহাক্তং ব্লাইজরগ নুংশি-নুংঙনগি ব্রাশক অমুক্তং লৌনজব য়াগদ্রা ?

রাজ : চানবিয়ু কলামন্দিরগি পুজারী। রানী অমদি রাজমোহন— ঐখোয় অনীগি গনধর্ববিবাহদ পুরোহিতসু শাক্ষীসু চানবিদুন ওইবিয়ু।

চিত্র : লাও অদুদি, লুহুবতু উপ্লিরগে, মন্ত্রকাদি ফাদে শাক্ষী ওইগে, পাংনব হেক্ত শমজিনসি।
(লুহুব অনীদু লৌথোকউরগ উপ্লি, শেম্লৈ। মিংশেল য়েংনৈ— মতম মাংহন্দন ঘড়িন তেক তেক চৎপ তায় তপ্লপ)

রাজ (তপ্প) ঙাইখো মতম। খিৎতং তপ্প চৎলু। ঐবু পাখৎহনগনু— আহিংসি খিত্তদি শাংহল্লু, লমজা অনীগি নুংঙাইজরব কুম্মৈসি ঙহাক্ত পোৎথাদুন য়েংখো নংসু।

(তেক, তেক, তেক! হৌন চৎলি) মতম য়াদ্রগ তোকচৌ! নংন পুরক্লিংব য়েক্লব পুরকচৌ—, মদু কিব রাজমোহন নত্তে। য়াংন চৎচৌ।

রানী : করম করম হায়ন ব্রাশক্লগদগে গুরুজী?

চিত্র : নখোয়নীন পামজব হায়নরগ লোইরে। নখোয়নী পুন্সিদ মীচং ওইরে। অব্রাবদ নুংঙাইবদ ব্রামিন্নব নুংঙাইমিন্নব। ঐন খঙব হায়ববু সিখক্তনি। করি হায়বগে।

রাজ : মদু নত্তে। পুরোহিত— ঐ মরোল হায়জগে মী খুদিংমক চপ মান্নদে। ঐগি ইতুং ইন্দুন রানীন ব্রাব য়াওফদে, মহাক্তি নুপীনি, নুংঙাইবদদ য়াওজসনু।

রানী : অব্রাব খাংব ঙমদব নুপী নত্তে ননাওসু বাদশা শাজাহান।

রাজ : মদু নত্তে রানী। ঐবু পল্লবদি। নং ঐন হায়ব ইল্লু সতী, ঐবু থাজৌ। নংগি ফনবা ব্রানি ঐন হায়রিবসি। ঐহাক ব্রাশকই, সাক্ষী ওইবিহৌ কলা মন্দিরগী পুজারী, ঐন নুংশিগনি পুন্সি চুপ্প রানী মমতাবু বাদশাহ শা-জাহান্ন অদুঙৈ বেগম মমতাজবু নুংশিখিবদৈ করিমত তাদনা করিমত হনথদন।

চিত্র : সাবাস। "তথাস্তু"।

রানী : রানী ঐসু ব্রাশকচরি, তাবিহৌ গুরুজী, বেগম মমতাজন বাদশাহ শা-জাহানবু নুংশিখিবদুদগি হেন্ন ঐগি ইপুরোইবা মহারাজ রাজমোহনবু নুংশিজগনি পুন্সিচুপ্প।

চিত্র : সাবাস, রানী, "তথাস্তু"।

রাজ : ঐগী ইমাং থাদুন রানীন নোঙ্গাথ্রবদি রাজমোহন ঐন শাগৎকনি মাগি মোংভমদ বাদশাহগি তাজমহলগুম ইতিক চাব ফুরা অম অওম্ব হিংসা তৌদুন, সমাজগি নীতি কানুন পুন্নমকপু শীঙনদুন।

চিত্র : মঙ্গল ওইসনু অথৌবগী ব্রাশক্তু।

রানী : করিগুম্বা ননাওন কোলহৌব থোক্লবদি করি তৌজরকউ হায়বগে বাদশাহ?

রাজ : মদু ঐ কোম্ন তাককে, মতম চান, ঐন হায়বদু ইনগনি হায়নদ ব্রাশকখো; ঐ খনখিগে। মতম।

রানী : বাদশাহন তাকপিরম্ব স্নায়াথংদু লৈখা তাহনজরোই, ঐ ব্রাশকচরবনি।

চিত্র : বস মদুনিদন, নিপামচা নুপীমচা হায়দুন। নরাইবক ফৌ, মঙ্গল ওইয়ু ঐন লান্দবমক্ত ওইরবদি।

রাজ : য়াম্ন নুংঙাইজরে পুজারী, লাইরৈবাককি থবক লোইরবনিন— লৌবিহৌবো লুহুপশিংসি, মীরমলেন্দগি নোরোক্ত খাংহৌরিবশিংদ পীজ পীথক থৌরম খর পাংজরুখিগে (লৌখি)

বানী খুরুমজরি গুরুজী। (খুরুম্নৈ)

চিত্র : থব্নাই নুংঙাইত্রব নীংব কাইরব মতমদ হেক্ত লাকউ ইচাসিদি কলা মন্দিরসিদ। ঙহাক্ত ওইরবসু শান্তি ফংগনি, কালেন মৈশাদগী উরুম লাংব ফংগনি। চৎলো চৎলো।

রানী : য়াম্ন ফনি গুরুজী।

(মৈঙালদু খাংপোক্ত)

(অমনব মিংশেল থাংমৈ অম পায়দুনা যাদব অমদি কেবলসিংন রানীবু কৌরি থিরি।)

কেবল : রানী, মমতা! ইপাগি থাংমৈ, ইপাগী চৈশু! মীৎ তাংব নপাবু হুন্দোক্রম্মগ নংবু কদায়দ চৎলবগে?

যাদব : রানী, নুপীমচা মমতা! নংবু অদুক অঙাং ওইন কনাদ চেল্লবগে শকইংবী—?ঐদি মতম ব্রাৎলি খললুদুন যৌশাহৌদ্রে, কল্লকইদ সত্য! ব্রারে হায়বমখৈ শংজরগ অরেম্বদ তাহৌরে ঐদি—?

কেবল : ইপাগী লাংলেন, মমতা। নংবু ইপাদি ঙরাংদৈ ঙখা ওইরবোই খল্লুইদকো লাইরবী, নংদি মতম চাদন লৈশাবী ফারবোইকো ইবেন্মা। ইপাবু কনান পুবিদগে, কনান চান থব্রুব থিবিদগে, ইবেন্ম নংবু ব্রাখল থেনমল্লিদা!

যাদব : কাকা, রানীবু চিংলমগদব নিপাদি— ডাকু হেন্দিমেন, মীহাৎপ বাজমোহন নত্তন অতৈ কনামত ওইরম্মোই। অদুক জুগোৎ চাদব থানান থিনরিব মীচেন্দুদ লৈদৌ শরুক চাব থকপ ব্রাৎতব, থা অমগি তলব লুপা ২০।৩০ দা ওইরবসু লেম্ব ঐখোয়গুম্ব অমদ লৈজরবদি কয়া ইংন পানগদগেদো।

কেবল : ইবুংঙো যাদব, কাকাদি নবুক ফব ধর্ম্ম খঙব, আইন কায়দনা চৎপ নঙোন্দ ইচা রানী থাজগে খনজবনে ইবুংঙো— নহান মখৈ ঐন হাযদোক্তব—!

যাদব : (কপ্লগ খুরুম্মি) কাকা ইবুংঙো, নমাক্তি কাকাবু পুন্সি চুপ্প থাদোকচরোইদবনে।

(কপমিন্নৈ)

কেবল : ইচানুপী চেনখ্রবসু ইবুংঙো নংন কাকাবু শেন্নবিদ্রবদি করম্ন হিংদগে মামবো?

(কপমিন্নৈ)

যাদব : নমাক লৈরি কাকা, করিমত চিনতা তৌবিনু। নুমিৎ ফত্তব থাংজদ চেনখিবনি, শনিগী পুংভমদ, কুইন মাংব য়ারোই, মহাক শোইদন হল্লকখিনি, হনবু হল্লক্রবদি — — হা ইবেন্ম। পাম্মুইদকো—!

কেবল : হনবু হল্লক্রবদি নঙোন্দ শোইদন কন্যা কৎলে মামনা। নংবু ইবুংঙো ঐগি ইচাদু মীগি চাকখুমদ চাক থোংলুরে হায়দুন মখুৎ চানীংদব [illegible] ও? শেংন হায়যু।

যাদব : কাকাবু নুংশিজবনিন অদুঅদা থিজরোই— মানবু হর[illegible]ও হরা[illegible] য়াবিরবদি। রানী, ইবেন্মা মমতা, নংবু হয়েং ইবুংগি মায় ঙাক্তব জাৎলাও [illegible] সনাহনবী?

কেবল : মাগুম্বন যাদব মতিকলা ইমাকসিদি। কদায়দনোনে হুজিক ইমানীন মাবু থিরুদৌবসে ?

যাদব : থানাদ তাকউরে, রাজমোহন ডাকুদু ওইরম্মবদি ঐবু মান হাৎকে হায়নিদো— লুখ্রেদা তৌদৌবসে কাকা। আয়! আয়! লাক্লে রানী—কাকা।

কেবল : মথন্দরাও ?

যাদব : ডাকুদুসু য়াওরকই। কদায়দগী ফিজোন্নো অঙকপ ফংন কেন শেৎ চাদুন লাক্লে—, ফজরেদা কাকা— নজা ইবেম্মসে।

কেবল : কদায় য়ৌরক্লে? তোল্লিদ ইচাগি মশক ফিজেৎ লৈতেংলবদু উব ফংদব কেবলসিং মীত্তাংবা। নংবু করি পাপ তৌরুবেনো।

(রাজমোহন অমদি রানী কবোকহৈরা খর য়োম্মগ লাকই থোঙ্গান্দ ... হরাও তয়াম্না)

রাজ : ভাযা যাদব ব্রারৌব য়াদে রানী ইবা নিঙসি অহিং গনধর্ব্ব বিবাহ— কলামন্দির মমাংদ— কবোক চাও ক্না চাও। খুরুমজরি কাকা নচাগ নমাককনা—।

রানী : লাইবক্র তমখ্রবনি ব্রারৌবিনু বাজি নচা লমহেনবীবু—।

(অনীমক মখোঙদ)

কেবল : হৌগৎলু হৌগৎলু, ইপা করিমত শাওদে নশান য়াদুন চেল্লুবনিকো রানী? রাজমোহন্দ নত্ত্রাও ?

বাজ : মানি কাকা মানি।

রানী : ইশান য়াদুন চেনবনি বাজি।

কেবল : ঐদি লায়রি, ব্রারৌনু হায়দুন নবুং যাদবত অমুক্ত খুরুম্মু নুপীমচা— ?

রানী : ব্রারৌবিনু নচনবু তাযাদব।

যাদব : ঐ— করিমত— শাওজদে ইবেম্মা

(মপি তায় মখোল নিকই)

রাজ : নংগিসু মতম লাকখিনি ভায়া যাদব।

যাদব : হা ভায়া ?

রাজ : নখোয ঐখোয় অমত্তনি, লমজা লাইবক থীরব ঙাক্ত, ঐন লৌবসু নংন লৌবগুম্বনি। নংন লৌরবসু অদুমঙাই। ঐখোয় মীচং ওইদব য়াদে, মপা মপুন কৈরাক থারম্বশিংগ, স্বত্ব য়াম্ন ফংহৌবশিংগ ঐখোয়গ লানশিঙনব তাবনি। মবুধৌগি সিংহাসন, মপান ফংহৌই, মপাগি মথংদ মচান নিংথৌ অঙম অথৌ বাদশাহ! লমজা ঐখোয়দি ঐগি ইতুংদ নংন শিনব, নংগি নতুংদ লমজা অমন শিনব ... মথং মথং চৎথবসিন ঐখোয়গি য়েক্লব সমাজ অসিগি নীতি, আইন কানুন থুগাইব ঙমদ্রিব ফাওব। নরীন্দ ফৌ মরুপ।

(রানীন ক্না কবোক হৈরা পীদুন চানরি)

কেবল : ইচাগি ঙাস লুহোংব নুমিৎসিদ মরুপ মপাং চাকনীব চাকনীবী, লমজা শংরা মবুক থন্দব থন্দবী। ফি থুংদব থুংদবীশিং খরদ ওইরবসু কৌরগ হৈ-রা ক্বা কবোক মরু অমনীদং চামিন্নরবদি কয়া নুংঙাইগবা।

যাদব : খর কৌরুসিরা কাকা — — ও:
ফুরিৎখাও তোমাল, থোঙনালেনবম য়াইমা, চাওব শেঙ্গাওলাক, নখোয়বু তুন্নরব্রাও।

রাজ : কান্নদে তাররোই ভায়, হয়েং ময়াম্মক কৌরগ অথুম-অহাও চাজম খরগ পীথকসি— মতমসি— সর সর হৌগ্রে—
(হুইশেল খোংলগ বাবু এস আই, হুই পুলিস শাব তোম্ব লাকই, পিসতোল চীংদুন)

বাবু : চেনব কান্নরোই রাজমোহন ভায়া। মাইকৈ মরিমক পুলিশন কোয়খ্রবনি, জ্ঞান তান অথৌব অম ওইন সরেন্দর তৌ।

রাজ : ঙসিদি ঐগী লুহোংব নুমিৎনি ভায়া বাবু অহিংশিদদি ঐবু থাদোক্লম্মু হয়েং নোংফুং ঙানবদ ইশান থানাদ লাক্লগ সরেন্দর তৌরগে।

বাবু : ৱারৌব য়াদে, আফিসার অচৌব ইথক্ত য়েংব য়াম্ন য়াওরি লুজিকমক লেংলসি।

রাজ : করম্ব কেশকিনো?

বাবু : নুপী অম লমহাংদ হাৎলম্মগ মপোৎ মরল মুনখিব অমদি দোকান্দ পোৎ লৈব লাক্লম্মগ দোকান্দারবু হাৎলম্ব শেল অমদি পোৎচৈ পুখিব, অনৌব কেশকি ঙাক্লি।

রাজ : ঐহাক্লনি করম্ন খঙঙিবা? সাক্ষীদি—
(বাবুন পুলিস দোগ থাদোকপদ— গৌ-গৌ খোংলগ মনম সুৎ-সুৎ নমদুনা কোইথি থিব— সনারৈগি মফি য়োম্ব পোৎচৈ য়াওব ময়োম চিক্তুন পুরকপ পীরব, অদুগ শুৎ শুৎ নম্মগ রাজমোহন্দ চোংশিন্দুন— লাকপ। বাবুন রাজমোহনবু থৌরিন পুনব)

বাবু : শাওননুসি ভায়, সমাজগী আইন্ননি।

রাজ : লুহোংব ফাওব থিংব য়েক্লবগি আইন।
(রানী, কেবল, যাদব শুৎ শুৎ কপ্লি)
কপকনু রানী, যাদব ভায়া, নংন ইহুৎ শিন্দুন রানীবু লৌহৌরো—, ঐন হায়ব ইল্লু সতী—।
(রানী অমদি যাদবন মখোঙদ তাদুন খুরম্মি— কপ্লি— হিক হিক—)

কেবল : হরে বাবু, হরে কৃষ্ণ, অঙম্ব অথৌব নখোয়নি ভগবান, নখোয়নি অল্লা— অঙম্ব দন্দি পীয়ু তোল্লব লমজাশিংদ কপুন খাংজগে থৱাইন লৈরিবমখৈ।

রাজ : বিদায় কাকাজী, বিদায় রানী, যাদব— নখোয়নী চানন লৈহৌ, কাকাগি সেবা তৌহৌ।

কেবল : রাজমোহন।

রানী : রাজা (অহুমদু কপহৌই)
রানীদি লৈমায়দ ফযদুন কপই
(তুংদৈ শকপ ইশৈ)
হা চেক্লা লাইবক চাউব,
নংন কদোমদ ঐন কদায়দা। (হীক হীক)
চাক্তামিন্নখিদে নোংমফাও ফান
পাল্লেদো নহাক্তি শাদানবৈ তেন্ন।
করম্ন হিংহৌসিগে থম্মোই কায়রবী—,
তমথিবব তাইবংপানসিদা? (হীক হীক)

কেবল : ঐ খঙদ্রে, ঐ জ্ঞান তাদ্রে,। ইবুংঙো যাদব, নচন্দো এ: ননাওদো, মবুক খর তপহল্লু। (চৈশুন কাক কাক চংখি)

যাদব : নুপীমচা, রানী মমতা। ওক্সে কপ্প, হৌগৎলু ব্রা খর তান্নসি। অমুক কপ্প অমুক নোকপ তাইবংপানগি হৌনবনি। নীংথমথা লোইরগ বসন্ত লাকই, নোংজুথা লোয়রগ শরৎ ঋতুনি। হৌগৎলু থরাইগি রানী, ঐগ রাজমোহনগ অমত্তনি, মহাক্ত নুংশিবগুম ঐসু নুংশিগনি. ঐনবু হেন্ন নুংশিব য়াই। মাদি ডাকুনি মীহাৎপনি, ঐদি (চিংখৎলি)

রানী : মদু হায়নু ঐগি ইমাংদা, নংন মঙোন্দগি লমজা অমা ওইন স্বত্ব পাম্লবদি। মহাক্তি অকনবনি অথৌবনি, মহাক পোকপদি লমজা শারা ময়ামগি লৈত লাইরব লাইবক থীব ময়ামগি অৱাব কোক্লবনি। সমাজন ঐখোয়বু নমথব পাম্মি, তুককচৈ, হাৎতোক্লিংই, মহাক্ত সমাজগি নীতি শিঙনব আইন থুগায়ব অথৌব লুচীংবনি। মদু খঙদব নংন কবম্ন মহুৎ শিনগনি।

যাদব : ঐ লাল্লে রানী, ঐবু ঙাকাপিযু—- নংন পামদ্রবদি ঐহাক মাবু ডাকু হায়ররোই—লমজাশিংগি লুচীংব অথৌব লা[illegible]পোক হায়রগে। ঐন থাজে, মহাককি য়াথং ঙাক্কুন নংন ঐবু মহুৎ শিল[illegible]নি অমসুং চা[illegible]নিনি [illegible]রন।

রানী : মদুদ লুরিব হায়ববু নংদি পাংদে, য়াওমচাগুম্ন মেমে খোংব জাৎনি। মহাক্তি কৈশালনি— কবোকৈনি, মাগি মহুৎ নংন করম্ন শিনগনি?

যাদব : নহাককি নমীৎতুন চানবিবগি রাজমোহন মথৌনা ফবনি। শিব কিদবনি। ঐবুসু নমীৎ থম্বালদুন পাঙ্গল পীবিয়ু শামু ফাও ফারুগে, নোংশা হাৎলুচো হাৎলুগে।

রানী : মদুবু ঙম্নি হায়রবদি ঐহাক নঙোন্দ লৈব ঙমগনি, ঐদি বেগম মমতাজদগি হেন্ন নুংশিব হৈবীনি, নহাকপু বাদশাহ শা-জাহানগুম ঐগি মংফমদ তাজমহল শাগৎপ ঙমগদ্রা?

যাদব : বেগম্ন চানবিরবদি, বাদশাহ্ যাদবন ঙস্মোইদব লৈতে পৃথীদ। নুংঙাইব নুমিং অদু ময়ামদ ফোংদোক্কুন অথুম অহাও য়েন্নব নুমিৎ অমত্তং থীনথদন থাবিয়ু রানী ?

রানী : ইমানী কলামন্দিরদ চৎলগ রাজমোহন ঐগি বাদশাহদু উন্নবব পাম্বে অম হান্ন থিরুব তায়— । অদুগি তুংদ হেক্ক হরাওগদব নুমিত্তু লেপ্প য়ারনি।

যাদব : হায়গদব পুম্ব হায়রম্মে অথৌবদুদি।

রানী : অদু ওইরবসু অমুককা হংদুন মবুককি— অশেংব ব্রা তানিংই। লাও, কলামন্দিরদ স্বর্গদা কারুসি। ননীং থুংদব ব্রাখল নুংঙাইতব খিবিক নরককি লম সুব্রাইদ থনম্মো, নত্তবদি স্বর্গদ কাব য়ারোই।

(খর চৎমিন্নরগ চিত্রগুপ্ত থেংনৈ কলা মন্দিরগি মনাক্ত)

চিত্রগুপ্ত : করি পাম্ব নখোয়নী ? অমদি শক খঙঙিনা—।

রানী : গুরুজী, ননাই ঐ অমুকসু লাকচরম্মে—, বেগম মমতাজ শারগ ব্রাশক লৌখিবীদু ঐনি। লাইবক থীবন ননাইগি বাদশাহ থানান ফাখ্রে।

চিত্র : ফাখিসনু করিমত ব্রারুনু, অতোপ্প অমন বাদশাহ ওইবা য়াই। নংন হুজিক করি পাম্মিবা ? নিপা নংদি— নুংঙাইতব নীংব থুংদব করিমত পুরক্কেকো ?

যাদব : ঐদি পুজরক্কে, ইবেম্মসিনবু চানবিরবদি ঐগিদি লোইরে। মান পেনবদন ঐগিসুনি।

রানী : ঐন হুজিক পামজরিবসি গুরুজী, মীহাৎলুব শেল মুল্লুবগি মরাল পীশনবিদুন বাদশাহ রাজমোহনবু জেলদ থম্বিখ্রে— মাবু থীন্দন ফাঁসী তৌখিব য়াই, মহাককা ব্রারী মতেক অমত্ত শারগ মঙৌন্দে বিদায় লৌজনীংই। করি উপায় তৌবিব ঙম্বিনি ?

চিত্র : কলামন্দিরদ পাংথোকপ ঙমদব, ব্রাখলগি মঙলান্দ পাইব ঙমদব করিমত লৈতে। উনহন্নি ঐন নহাককি বাদশাহবু আগ্রাগি লানবন্দ বন্দী লৈজসনু, যমুনা মপান্দ শাখিব তাজমহলদু কলাকারন উৎপিব ঙম্মি বাদশাহগি মমীৎত। য়েংউ আগ্রা ফোর্ট বন্দী ওইন অব্রাব খাংলিব বাদশাহ রাজমোহন।

(স্পোট লাইট ওন রাজমোহন "ড্রেং" য়োহিলংন পুল্লব বন্দী)

রানী : (হেক উবদ) : বাদশাহ শাহজাহান ঐগি মহারাজ।

(পাম্বোম তিংথোক কোনগে চংই)

রাজমোহন : রানী, মতম হেনখ্রে মফম অসি জেল খানানি ঐবু শোককনু। করি ননীং থুংদব হায়নীংব লৈ, হায়হৌরো ঐবু করিগুম্ব মীৎকুপ্ত য়েক্রবশিংন ফাঁসী তৌখিব য়াই। কপকনু নথৌনা লৈয়ু নুপী।

রানী : পাংদব যাদবপু নহুৎ শিলহল্লু হায়বদু অরেপ্প পাম্বিবনিকো ?

রাজ : মানি রানী, লমজাশিংদি মচিনমনাওগুম মথং মথং লৌনহৌব ফৈ। পাংদব মাগি মথৌন নংন পীগদবনি সতী। য়েক্রববু মরু ফংন মাংহন্নব লানজং নংন তাককদবনি।

রানী : মদু খঙজরে মহারাজ। ইবুংঙোন করিগুম্ব হান্ন লাইরৈবাক তানবিশ্রবদি ননাওবু কৈদৌঙ্জৌ হায়বদু তাকপিরমদ্রি ?

রাজ : ও:, মদু চুম্মি। ঐগি মিংদ কলামন্দির মমাংদ য়ুম্বী অনি য়ুংলগ ঙমজব মতুংইন্ন শরীক অম য়াল্লু, মতৌন ঐবু ফাঁসী শগাইদে য়ানথহনবদু মালহল্লু। সনধ্যা খুদিংগি মদু, নং অমদি যাদবন— অমুক অনিরক খিংউ, ঐবু অমদি ঐগি থৌরাংবু কাউদনব। যাদব কৌশিল্লকউ—

(কৌশিল্লি)

যাদব : নুংশিরব মরুপ, নংবু খুরুমজে অথৌব, লৈতব লায়রব লমজাশিংগি মরুপ অথোইবা। (খুরুম্মি শাংন)

রাজ : ওক্লে মরুপ হৌহৎলু। ঐন নঙোন্দ রানী শিন্নরবনি। নথৌনা উৎতুন রানীবু লুন তৌ, নংন মাবু লোইনব ঙমদ্রগ মতিক চাব অতোপ্প অমদ অমুক শিন্নরম্মু— মথং মথং লমজা ময়াম্ন লিংজেল উৎতুন সমাজসি চুমথোক্রবদি মখোয়ন ঐখোয়বু মাংহনখিবন হাল্লকখনি। চাকনীব চাকনীবী, হুরানব চীনথীব, ডাকু ডাকাইতি ঐখোয়বু করম্ব সমাজন য়োকপিদগে— ঐখোয়গি মাংনব শিনব নত্তন। মতম লৈত্রে, চৎলো রানী যাদব, বিদায়, নখোয়নী চান্নৌ। নথৌ কাউগনু—।

(কপ্পুন হনখি)

লাইট ওন স্লম হট

যাদবকি মরেংবান্দ মখুৎন পায়দুন মমায় লুকথরগ কপ কপ্পুন রানী লাকই, যাদবসু ব্রান নুংঙাইতন উই—।

যাদব : কপ্পনু রানী, ইমানীবু মীয়ামদ কৈদৌঙৈ ফোংদোকসি হায়ব ?

রানী : করিনো ফোংদোকপ হায়ববো ?

যাদব : নত্তে, অথুম অহাও কবোক হৈবোক খর মীয়ামদ —— —— করি হায়বগে ?

রানী : নংবু শেল কয়া য়াম্ন লৈজবগে ?

যাদব : লুপা ৬০ লৈ।

রানী : লুহোংববু লুপা ৬০ ন ওককদ্রাও ?

যাদব : অদুদি কনাদৈ পূরুনি ?

রানী : শেলদি লায়রি নবুংঙোদুন থনম্ব য়াম্ন লৈ। মান শরীক, মহাক মানব অম কলা মন্দির মমাংদ কৎলু হায়বদুদি কমদৌবা ? মদুন হান্ন পাংলগ কোন্ন লুহোংব তায়। লুহোংবৈ শেলদি ব্রারুনু।

যাদব : অদুদি ঐ শরীক্তু ঙম্মগে ?

রানী : ফরেনে, লাইয়েকপদুগ তান্নরগ লৈব, খিঙ্গৎনব তৌরুরো। নং ঐবু তশেংনদি নুংশিকো তাযাদব ?

যাদব : ই: করি ব্রানোনে সনাতোম্বী ?

রানী : নহাক ঐন হৈনৌ মতোন্দ পানবা অমুনব অসি হেকউ হেক হায়বদ য়াগদ্রা ?
যাদব : ঐ খৈরোইগুম উ কাবা য়ায়ে হৈজে।
রানী : ঈশিংদ খুদোপ অম তাখ্রে হায়রবদি ?
যাদব : জম চোংথরগ শনম্বগুম ইরুপ্লুন খুল্লুরগ লোয়রে।
রানী : অঙম অথৌ ফত্তব অম নত্রুগ দারোগা বাবু অম হাৎলুচো হায়রবদি ?
যাদব : থৌনাগি থবকসি ঐঙোন্দ খর ব্রাৎলি, অদুবু খর খর সুম ঙমু ঙক্রা উঁকাবী, মীন, হুংকোক হাৎতুন ঔরাইরগ হেক্ত ঙম্মককনি।
রানী : নংন থৌনা ফত্রিব ফাওব ইমানী লুহোংব য়াদে।
যাদব : ইস, অদুদি—, পরপ পরপ থৌন ফনব করম্ব স্কুলদ তম্মুদগে ঐবো ?
রানী : নং লৌবুক লমহাংদ চারম্ব শগোল ফারগ য়াচলগা য়াওদন শদিংদ য়াঙন থৌব ঙমদ্রাও ?
যাদব : শগোলদুবু কাওগনব জাৎলা ?
রানী : বুদুসিদি। নংবু করম্ন ঐগি নিপা ওইদৌরিবনো ? অসুপ মরা চেৎলব সমাজ অম শীঙনদুন লাম্বা তৌদৌরিব, নীতি আইন চৎনবী পৃম্ব থুগাইনব লাক্লদৌরিবসিদ নংন করি নতেং পীব ঙমদগে ?
যাদব : মীয়ামদ পাউচেনব, বার্ত্তোন তৌব, চান থক্লব পোৎ চৈ কোইয়েন য়েনব, থোংব থাকপফাও ঙম্নি। অদুগ কাকাবু শেন্নবসু ঙম্নি।
রানী : অদুদি নংন নুপী ওইন য়ুম পুব, বাজি শংব— ঐন নিপা শাদুন লান চংব, সমাজগি লানবন য়ানখায়রুব।
যাদব : মদুনবু হেন্নে ফরেনে।
রানী : ঐন অঙম অথৌ মবুক শেংদব মচৎ চুমদব কয়াগ চান্ননি, মখোয়বু হাৎনব হোৎননি, লংফৈদ চৎমিন্নরুনি ময়ুমদসু লৈরুনি ... মদুদ নং বেরা তৌব জাৎল। নিপানিকা হায়দুনা ?
যাদব : ঐ করিমত বেরা তৌজরোই, অদোম্ন হায়রিব মখৈ ইনজনি। ঐগিদ ওইহৌরু।
রানী : শগোল অয়াংব, স্কুটর [illegible] , লৈব [illegible] ।
যাদব : তোংব হৈগদ্রা ?
রানী : পূং অনীদ হৈনি। [illegible] । মায়াম্ন য়াদব খ্বাইদৈ ফত্তে হায়নব— অঙম্ব মফম চাউব ১০গি মমিং মথা ইদুন পুরকউ। চহি অসিদ মখোয় ১০দু হাৎকনি।
যাদব : কারগিনো অদুদি ?
রানী : রাজমোহন হাৎখিবাগি মমনশিংব অমদি সমাজ চুমথোরুব। পিস্তোল অফব অমত্তং নং লোম্ন লৈরকপ তায়, ফংগদ্রা ?
যাদব : কদায়দ য়োনবগে ?
রানী : য়োনভম খঙদ্রগ পুলিশ নত্রুগ লাম্মী আফিসারশিংদগি লাক্লকউ।

যাদব : ইস— অদুদি!

রানী : নং ঐবু লৌনিংইব্রা? চেন্নিংলব্রা?

যাদব : চেনজরোই, লাইবক য়েংব হায়বদুনি।

রানী : নং চৎলো শরীক থিরুরো থিঙ্গৎলুরো, নফি নান্ন শেৎতুন লাকউ ঙসি নুংদাং ইমানী লুহোংব তায় শরীক্তু খিংলুরগ।

যাদব : (হৃরাওবন মমীৎ থকই) ঙসি নুংদাং?

রানী : নংবু তল্লব জাৎলাও?

যাদব : হে কদায়দৈনোনে। ঐ চৎচরে মবেম্মা

(ইশৈ ঙংদুন চৎখি)

(রানীন য়েংহৌই)

কেবল : (চৈশু কাক কাক থোরক্লগ) : নুপীমচা।

রানী— ইপাগী মমতা।

রানী : করিনো করি পাম্বগে বাজি?

কেবল : রাজমোহন্দুবু অহিংদ ফাঁসী তৌখ্রে হায়ন মীন ঙাংনব তারিবসিবু চুম্মিদ্রা?

রানী : মীয়াম্ন ঙাংনরবদি চুম্লম্ব তায়। কনা লৈজদব লমজাগি বিচার অমদি দন্দি মতম ইচং চংহন্দবা য়াই মীচং নাইবা তাইবংদ।

(রুমালন মপি তৈথোকই)

কেবল : যাদবতি করি হায়নরে।

রানী : থবক চৎহনখি হৃজিক্তি, ঙসি নুংদাং সনধ্যা মতুংদ ইমানী লুহোংগনি— রাজমোহন্ন পামজরম্বগি মতুংইন্ন।

কেবল : ফরে অদুন নুপীমচা, লাই ফত্তবগি নোংদম্লনি— কপ্পনু ইচাসিদি মাগি মমাংদ বাজি ইকাই, ঙাইখো, নংগি শেল ময়োম অমদি নপোৎ নচৈ ময়ামদু খর লোৎতুন থৈদুন থমদ্রবদি থানান অমুক নৈরবদ খাংব ব্রানি— রাজমোহন লৈত্রবদি।

রানী : চুম্মি বাজি—।

(ফিংলপ চৎমিন্নখি)

(মন্নি মন্নিব মঙাল— যন্ত্র ইশৈ মতেক— হেক লোয়বগ— নেকটাইকা হাপ, টুপীকা উপ— জুৎতি কয়া চাদন যাদব হুই খোংদুন চৈশু অম পায়দুন কয়া পক্তন লাকই)

যাদব : মেম, রানী মমতা! নখোয়বু তারিব্রনে,

(তপ্প— কেনা কৌই)

চন্দ্রমুখী, সুবদনী। তাদে নহায়,

রানী : (য়েংলম্বদৈ) ঐবু ওইরব্রা?

যাদব : মানি হোয়।

রানী : করি স্নায়াথং তাকপিগদবা ?

যাদব : ঙসিবু লুহোংবগি বার্তোন কন্যাদ চিৎথরম্মব্রা করিনো ?

রানী : ওঃ নিংশিংজরে। ছরীককী ব্রাদুবু কমদৌরবগে ?

যাদব : পানখৎতুন থমহৌরে, খুরুমদুন কৎলুরসে ?

রানী : য়াম্ন ফনি। (মখুৎ তিংথোকপদু শন্মগ পুরে— কলা মন্দিরদ লাক্লে। মৈঙাল কলামন্দিরদ।)

(ছরীক য়ান্দুন লৈরম্মে— উবদ ফাঁসী তৌখিব নিপাবু নিংশিংহন— অনীদুন নমস্তে তৌরগ— গাং গাং মরীরক খিংমিন্নে—
যাদবন লৈ পরেং অনী পুথোরকই, অমন অমদ হুরক্লৈ।)

(যুখল চিংব)

# অচঙবা মী

খোঞ্জেল ১
খুঞ্জা ১
খুঞ্জা ২
খুঞ্জা ৩
খুঞ্জা ৪
খুঞ্জা ৫
খুঞ্জা ৬
খুঞ্জা ৭
অশোনবা খুঞ্জা
ভাবোক
হনুবী
কবুই কৈওইবা।

# কবুই কৈওইবা

## (লীলামচা)

স্টেজগী ওইবা করিসু চঙদে। পুমহাঙ হাঙখি।
মৈ হেক ঙাম্ভোরকপদা পুমহাঙ হাঙনা অদুমক লৈ। ভাবোককী ওইরোমদগী হোই লাউবগী খোঞ্জেল তারকই। লোয়ননা খুঞ্জা তরেৎখক অমগী মনীংদা অমনা য়ান চোং চোংদুনা ভাবোক ফাওনা লাকই। অসুম্না স্টেজ মথক্তা কোয়না কোয়না চোংলি।

খোঞ্জেল ১ : (মনুংদগী) লৈকাই লৈকাই নুমিৎ তারে।
(তাবগা পাখৎনা শম্নরম্বা থাদোক্লে। অমগা অমগা থাজনদবগী মিৎয়েং য়েংনৈ। ইন্নে ব্রাইনৈ কোইচেন চেন্নে। কোয়লাউ লাউনৈ। চোকথনরক্তুনা হিপথনখ্রে লোংনা অমসুং কোয়না মকোক মকোক ওনশিন্নদুনা নুংগী অপুনবা খোম্লোক অমনা লাই খুরুম্মী। অরোয়বদা মথং মথং লাওনরকই)

খুঞ্জা ১ : নুংতিগী অহিংসিমক্তদা কদায়দনো লোৎফম কনাননো কনবিগদবা।

খুঞ্জা ২ : নুংতিগী অহিংসিমক্তদা ঙসিসিরা ঐবো মচিঞ্জাক ওইখিগবদা।

খুঞ্জা ৩ : নুংতিগী অহিংসিমক্তদা নত্তে ঐ হিংবা পাম্মী হিংগদবনি হিংগদবনি।

খুঞ্জা ৪ : নুংতিগী অহিংসিমক্তদা ঐ চেনখিনি ঙম্বমখৈ ঐ লোৎখিনি ফাখিদনবা।

খুঞ্জা ৫ : নুংতিগী অহিংসিমক্তদা ঈ অহিংবগী মনম লাকখিনি কবুইকৈওইবা।

খুঞ্জা ৬ : নুংতিগী অহিংসিমক্তদা ঐ কল্লি পাঙ্গল অশোনবনা শিগনি।

খুঞ্জা ৭ : নুংতিগী অহিংসিমক্তদা হা তাইবং মপু কনবিয়ু কনবিয়ু কনবিয়ু।
(ভাবোক্লোমদগী অশোনবা খুঞ্জা অমা চেনশিল্লকই)

অশোনবা খুঞ্জা : চাবা লাক্লে। ঐবু চাবা লাক্লে। (ময়াম মরক্তা চঙহন্দে। খুৎনা কোলহৌ চন্দুনা পন ওইনা থিংদুনা থম্মী। ঙাঙন-ঙাঙননা কোয়না কোয়না লৈনৈ।)

অশোনবা খুঞ্জা : ঐবু কল্লু খুঞ্জাশা। হিংনিংলি হিংদবা য়াদে। ঐ অশোনবনি ঐবু কল্লু।

খুঞ্জা ১ : অশোনবা নঙ হিংবা য়াদে। অকনবা ঐনা হিংগনি। নঙ ওইজখরো মাই মচিঞ্জাক।

খুঞ্জা ২ : নমদুনা ইরক্তা চঙশিল্লককনু। মাই মচিঞ্জাক ওইদ্রে উতুপ্পা থাদুনা হাৎকনি।

অশোনবা খুঞ্জা : অশোনবা মীওইবনি। চঙজফমসু পীবিদ্রে কনবিফম থোকপা।

খুঞ্জা ৩ : নংবু কল্লগা ঐবু শিয়ু। খোঙফম হুরানগনু, চঙলকপা য়ারোই।

অশোনবা খুঞ্জা : ঐ চঙলককনি, ঐবু থিংগনু। অদুগা হাৎলু, ঐ শিখিগে। নঙগী উতুক্লা ইকোকসে মশুং তরা থোক্লা থুগাইয়ু। নমথিররবা থোপ্পা ব্রা ব্রা চেম্ব্রসনু।

মদুনসু ঐ পাম্মী মীজাবা মাগী অহাউবা মচিঞ্জাক ওইখিদুনা ইকোকসে প্রোক প্রোক শাইগাইখিদৌ শরুক।

ঐ চঙশিল্লকই, ইকোকসে থুগাইরো। ঐ পাম্মুই, ইমানা ৱানা পোক্লগা তাইবং মমি ফোংলক্লবা ঐগী শিংলিদা চেল্লিবা অশেংবা মীওইবৈ ঈসে মানা চুপখিবা কল্লকই। ঐ চঙশিল্লকই, ইকোকসে থুগাইরো নত্রবদি হানখ্রনি কবুই কৈওইবনা কবুই কৈওইবনা।

খুঞ্জা ৪ : হানখ্রসনু, হানখ্রসনু, মদুমক্কি নুংতিগী অহিংসিমক্তদা।

(কবুই কৈওইবা লাকপগী শউম ফংবদা ময়ামদুনা য়া লাওনা অশোনববু ইস্তোক্লল্লগা চেন্নখ্রে। স্টেজগী য়েৎ ওই অমসুং মনীং থংবা শরুক্তা মনীং মনীং ওস্তোরক্লগা কুন্দুনা লৈখ্রে। অশোনবা চেনফম খঙদনা লেপতুনা লৈ। কবুই কৈওইবা মীনি। মীদগী হেনবা থোইদোকপা শকওং শক্তা য়াউদে। মনম শুৎ- শুৎ নমদুনা লাকই। অদুগা অশোনবা খুঞ্জাবু লুশমদা পায়দুনা মনঙ্গন্দা মনীং মমাং ওস্তোক্লগা ফাদুনা পুখ্রে। কুন্দুনা লৈরম্বা খুঞ্জা তরেৎ হৌগৎলক্লে। মঙক নোম্ভদুনা তপ্না তপ্না ভাবোকলোমদা মায়োল্লগা লাকই। স্টেজগী ঙমখৈদা লেপ্লি। মঙক হাইগৎলকই।)

খুঞ্জা ৫ : ক্বাক খোংলে নোং ঙাল্লে। ঙসিগীনা কনানো অশোনবা? (স্টেজ মনুংদগী নুপী অমনা তেংথারকপা তারকই)

খুঞ্জা ৬ : তেংথাখোল তেংথাখোল। থম্মোইনুংগী তেংথাখোল (ভাবোক্তা) নফম নফম চেৎনা কোল্লিবা লৈবাকমচাশা।

তাবদা খোইজংবরা? ময়েকসু য়াউদে। মাগী ইমুংনা মাগী মরুপ্না তেংথারিবনি ঙরাংগী অশোনবা খুঞ্জাদুগী। হয়েং অয়ুকসু তানি, নুংতিগী অয়ুক্তা। তৌবদি খন্দুনা মীজাবা হিংচাবগী খাযাত্তা তাবিবা ঐগী ঐগী ইরাইবক্তো।

খুঞ্জা ৭ : নোংমগী অহিংদি ঐগীসুনি নঙগীসুনি। কুম্মৈ য়েংদুনা নাম্তোককে খল্লিবা নপুন্সিদো লৈবাকমচাশা। নুংতিগী অহিংদা থৌদোক পরেং নিংশিংঙু। হিংনবগী লান্দো ঙবাংগী অহিংদা— অশোনব খুঞ্জাদুগী ৱাকৎ হিংনিংবগী লানফমদো। ঙাইখো, মানা করি হায়খি নিংশিংঙু।

খুঞ্জা ১ : ঐসু নিংশিংলি, অদুবু ময়েক্তুদা অদুবু ৱাফমদি করিনো? হায়য়ু নরোল থোকউ নঙদি শোয়দনা খঙলমগনি।

খুঞ্জা ১ : মাগী ৱাকৎ করিনো? মাগী ৱাকৎ করিনো? অমত্তা খুমদ্রে অমত্তা মরোন থোক্ত্রে? হায়য়ু সিমদি নকোক অদু ঙাওববা ৱাখল লাম্বা ফংদদুনা নত্রগা অকিবনা অনম অহা চুবব্রা হিংদবা য়াদে খন্দুনা? (ভাবোক্তগী ভাবোক অমা নাহেরকই। ঙাহাক তাই। অদুম্মক নাহেরকই।)

খুঞ্জা ২ : কনানো? কদাইদনো? নাহেরিবা? তাবা ঙমদ্রে নাহেখোল ওইজখিবনা ফরে কৈওইবা মাগী মচিঞ্জাক। তাবদা খঙঙি চোকথরবা হকচাংনি। মাবু ঙসি অহিংগী চাকথাক হুল্লসি। শ্বা। (খরা অমা লৈহৌই। খরা অমনা স্টেজদগী চোংথখিদুনা চেনশিনখরে নাহেরিবা ভাবোক্তগী মনাক্তা।)

ভাবোক : ঐনা নাহেরক্লিবা থংননা ফম্মিন্নরিবা কনানসু হংলক্তে। চঙক্লদুনা য়েংদুনা লৈ। নাহেরিবা ঐসু মীনি, ফিজেৎ তিন্নদবা মরুপলোই। ঐগী খুদাং পায়রিবা ঐগী মিহুল কমদৌরি? মাইববু শাব্রা নখোয়বো?

খুঞ্জা ১ : তুমিন লৈয়ু নাহে খোঞ্জাউ থারিবা। শা-ঙা নত্তে, লাক্লগুমসি ফানগু মসি। নশানা য়ানা থোরকউ। মোংফম তান্না পুবিগে, নে তানা শিজরু চো।

ভাবোক : শিবা তাবনি শিজগে, ইরাইথুংননি। অদুবু ইশাবু ঙাকথোকচনিঙাই লৈতনা শোল্লবা ঐদি নখোয়গী থৌজালনি কবুই কৈওইবে খায়ত্তদদি তাহনবিনু।

খুঞ্জা ১ : ঐনা পাম্বদি নাহেখোল তাদবা। (মশা শাগল লাক্তুনা চিংথোরকই।)

খুঞ্জা ১ : ইখুৎ চল্লবা শানি য়োককদবা নত্তে। থবায় অমা হিংননবা চিঞ্জাক অমা ওইবনি।

ভাবোক : মীওইবনি হায়বগী পাউখুম পীরুবা নঙমক ওইরে কৈওইবা।

খুঞ্জা ১ : হায় অপঙবা, নাহে অয়ো খাঙদুনা হিংদৌ শরুক হিংবদা মতিক চারিবা ঐবু কল্লম্বনা ফত্রা?

ভাবোক : নঙদি খাঙদ্রা অয়ো নাহে? ঙাইখো ঙাইখো, ঐ মীতোপ্পি নখোয় নরক্তা তিনবা য়াদে। চৎনরোল নত্তে। ঐ নাহেররোই, ঐ নাহেররোই। নখোয়গী লীলানা ঐবু হার্ট এটেক্ট ত্তৌহল্লকপনি।

খুঞ্জা ১ : বা.. য়ান্না ঙাঙদৌরি মসি ময়া ফিবুল নম্মু পুনশে। (মী মরিনা শা অচৌবা পুবদৌনা পুখৎলকই স্টেজদা। শাফা ঈশে শক্তুনা চোংদুন পুরকই। হৌগৎলকপা ঙমদনবা হুরু হুরু লৈরগা উপ্পা খাদৈ।)

খুঞ্জা ১ : নুমিৎ তারে। অমম্বা হৈনবা কৈওইবা লাক্লনি। অমম্বা হৈনবা কৈওইবা লাক্লনি। লোৎলসে শ্বা। (তাঞ্জাসিদা হনুবী অমা নম্বো অমগা চৈশু অমগা ভাবোক্তগী চেম্বোরকই অমসুং স্টেজ কাখৎলকই।)

হনুবী : লৈবাকসিগী লৈবাকমচাশা। ঐ লম্লানবনি, হিংবা পামদুনা হিংফম থিরকপনি। ঐগী হিংফম পীয়ু। লৈবাকসিদা হিংজগে।

খুলশিগী খুঞ্জাশা, ঐ খুল্লানবনি, হিংবা পামদুনা চেল্লকপনি। ঐ মীচেল্লনি। খুলসিদা হিংজগে।

(খুঞ্জা তরেৎনা স্টেজ খন্না লেপ্লগা মখুৎ নামা নামা তিংথোক্তুনা অথিংবা পিদুনা চৎপদা মনিং তমহন্দে।) কমদৌবনো কনামতসু খুন্নক্তে। নুমিৎসু

তাখিবদা মঙাইরি। খুলসে চেকমোক লাউখিদ্রে। করম্বা পাউখোংনো খুলসিনা চল্লিবা ঐঙোন্দা।
(তরেৎতুনা য়ুম শাই ভাবোক্তুগী অকোয়বদা। মী অনীনা থোঙসু শাই।) ইমুংসিবু কনা কনা লৈবগে ? লমকোয়বনি। মীচেল অমা ওইনা। কনা য়াউদে ইদোম্নি। অহিংসিমতা লেনখিগে। খুলসিদা হিংগে লাকপনি। (চৎথোকই মচি অমদা) কন্না কন্না লাউরিবা ঐনদি। পাউখুল্লা নিংশা হোনবফাও তাদবনা। ওস্থোকপা খুলনি, অঙকপা লৈবাকনি। নাতৈ হুক্তবরা সিবো। অহিংনা চেকমোক লাউদে অমম্বা হেক ফাওরকপদগী মালেমদা। অয়ুক্লা অঙানবা শন্দোরকপদগী মীকপ মীরাউখোল শিখিবা কনাগীদমক তেংথাখোল (ময়াম্না কপ লাউবগী খোঞ্জেল পী।) শিৎলিবা নুংশিৎনা হৈনম লৈনম মনা মশীংগী মহুত্তা শাহিং ঙাহিং। (ময়াম্না শা চাবগী মওং উৎলি) ঙাইখো ঙাইখো, খৌরাংলবা চরাম্নরবা, মীওইবগী হিংনবগী লম্বী থিবদা কাপথোরকপা ঈগী মনম। অমুকসু হুমাং মনম নত্তে, চিংননিংঙাইনি। করিগুম্বা অমা থোক্লে লৈবাকসিদা, খুলসিদা ইমুংসিদা।
(ময়াম্না ব্রানা থবক শুবগী ইঙ্গিৎ অমা পিরম্বদগী কোয়শিনখ্রে হনুবীবু কৈয়েলগী মওংদা। কবুই কৈওইবা থোরক্তুনা তান্নে।)
লৈবাক কয়া ফাওনা চেল্লকপা অঙম্বা তান্নবগী লাল্লক্তা। ঐ অমুক্ত হিংখিনি হিংখিনি চেল্লকপা-অমুকপু হনখ্রসিরা। খঙদ্রে করি মতৌনো হিংলিবসিবো। (ভাবোক্লা নাহেরকই। হান্নগীদৌনা য়ুম শাই।
(কৈওইবা থোকখ্রে,) হা। তারে। ইমুংসিদা নিংশা হোনবগী খোঞ্জেল অমদি তারে। শোয়দনমক মাগীসি নাহেবনি। (থোঙ হাংদোকই।) সিনমুক করি মতৌনো ঐদি পুমঙক ঙক্লে। অনাবসি মতোমতা কনানসু হন্না য়েংবিদে। (মশা নোমদুনা) হায় মী, মী, নংবু ফিজেৎসু তিন্নদে। কনানো ? কৈদৌরিবনো ? নারিবরা ?

ভাবোক : (অমুক্তং কন্না নাহেথোক্লুরগা) নঙ কনানো ? লংজারা ? অশিবনি খন্দুনা উনশা শেৎকে লাকপরা ? ঐ নিংশা হোল্লি, ব্রাখল লৈরি, হৌগৎপসু ঙমখিনি চেনবসু।

হনুবী : পাখৎখিনু, লান্না লৌখিনু, ঐ মীতোপ্নি মীওইবনি।

ভাবোক : ঐসুনি। নঙদা নত্তে, অদুবু থাজদে, মীত্তইবগী মতৌ মান্দে।

হনুবী : হিংলিবনি, হিংননবনি মদুদি থাজৌ।

ভাবোক : মদু থাজুরবদগী নঙবু মশক খঙনিংদে মী অমা ওইনা

হনুবী : অদুদি কমদৌবা ?

ভাবোক : কৈদৌবা তাবা অদু অদা খঙদে। ঐগী ব্রানি। ঐগী ইফম শিলহৌ। ঐ চৎথ্রগে ঐ য়াউবা ওঙ্লোই। করিগুম্বা অমত্তসু শরুক য়ারোই নখোয় নরক্তা। ঐদি অয়েংবনি, অয়েংবনি।

হনুবী : য়াউবা ওঙ্লোইদৌরিবনা করিনো ? য়েংলুরিবদুনা কনানো ?

ভাবোক : ঐনা হায়রিবসি তাউ। নখোয়গী ফম্পাক শাগী উমংনি। শাগী মকোলনি। নখোয়গী লৈতেং ঈ-নাইগী মচুনি। নখোয়গী লীলা শা-ঙাগী লীচং উৎপনি। তমথিরবনি তমথিবা। সেক্রিফাইসনা হিংবা ঙমদ্রবা। মারত্যারদমগী পুকচেল লৈত্রবা। মীচেল ওইদুনা হিংনিংবা মীকিথি লমশা, লমশা, লমশা ঙাক্তনি। চেলহৌরো, হিংহৌরো, ঐগী ইহুৎ শিলহৌরো ফম্পাকসিদা। (ভাবোক শন শাদু না চেল্লক্লগা স্টেজদগী চোংথগ্রে।)

হনুবী : নঙদি নঙদি মীওৎপা নঙদি ?

ভাবোক : ঐসুনি ঐসুনি। অদুনবু য়েংনিংদে নখোয়গী লীলা।

(ভাবোক মাগী ফমফমদা ফমখ্রে। হনুবী মচী অমদা মখোঙ শিৎ তিংথোক্তু না ফম্মী। খুঞ্জা স্টেজগী য়েৎ ওই অমসুং মনিংদা মনিং মনিং ওন্থোক্তু না ময়ায় লোৎলগা খুরু খুদক কুন্দুনা লৈ।

হনুবী : অমসু নান্থোকখ্রে চৈ খৈ চৈবিরম্লগা। ঐনসু চৈখ্রে। অদুবু ঐদি থৌদা অমগী মখাদা ইথৌ পাংথোকচরুনি। মখোয়না খল্লিবদুনা চুম্লবদি অমুকসু ওইরম্মনি লব্রাই শম চপ চপ য়ুংবমখৈ কিনিঙাই ওইরম্মনি অদু য়ৌনা তমথীবগী শকফম। অদুবু (ভাবোক্তা) ঙহাক্তং খাঙখো, পংকুই কুইরোই। তৌববুদি ব্রারেম ঙাঙবা নওবনিনা মতম লেনবা ব্রারমগনি। অদুবু নখোয় ঐখোয়গী পুন্সি ব্রারীনবনিকো লৈবাকমচাশা। নখোয়সু লীরকউগবা কৈদৌবগে ? ফরে অনৌবা লৈবাক্লি, অনৌবা ধম্মনি। ঐগী কনাসু লৈতে মফমসিদা। ইমুং মনুং, শাগৈ নাতৈ, মরুপ মপাং। ঐগা খঙনবা হায়ববু মীওইবদুতনি। অদুবু অমতা উবা ফঙদে। ইদোমতা ইদোমতা...

(কৈওইবা থোরকই মীনম নমদুনা। হনুবীগী লুশম তাপ পাই। চিংখৎলি।)

হনুবী : (খঙদুনা) কনানো ? (নঙ্গল নঙ্গল ওন্থোক্লরগা শ্রো শ্রো চিংঙি।)

কবুই : ঐ মীনি।

হনুবী : করম্বা মী ?

কবুই : মীজাবা।

হনুবী : মীনা মী চাবা ?

কবুই : নথৌ লৈতে ইচিঞ্জাক্লি।

হনুবী : মীওইবনা শাউদ্রা ?

কবুই : করিগী ? মতিক নত্তে। কিগদবনি ঐবু। কিসু কিরি। নোল্লুককদবনি ঐবু। নোনসু নোল্লুকই।

হনুবী : নঙগী শাজত্তা খুঞ্জা কনানসু, লৈবাকমচা অমতনসু অথিংবা পিদ্রে ?

কবুই : তুমিন লৈয়ু। করম্বা মীওইবনো ব্রা য়াম্না ঙাঙখ্রে। ইখয়াত্তা তারবা মীওইবা কনানসু অদুক চঙখোন্না ঙাঙখিদে। ইখয়াত্তা তারবা মীওইবা কনানসু অদুক চঙখোন্না ঙাঙখিদে। মরোল ফাওবা খোকখিদে।

হনুবী : (মুরুম মুরুম শোল্লি) শোল্লবা মীওইব। হিংননবা লাঞ্জেল্লকপা শিননবা লাননংলে। ঙাইখো ঙাইখো। শিননবা ঙাইখো। ব্রা অমত্তা হায়খিগে। (মথৌনা লৈনা লাউরকই) চিংবা লেপখো। ব্রা অমত্তা হায়খিগে। সেত্রিফাইস। মারত্যারদম। (চিংবা লেপ্লি। খংথা থাদোকই।) ঐগী ব্রাহে অনীদুদা নঙ কিব্রা ?

কবুই : (নুংনাংনা ফাক ফাক নোকই) ঐঙোন্দা অকিবা, ইচিঞ্জাককী চোইরোলবু ঐনা কিবা।

হনুবী : য়েম্মৌনদুনা শিরবদি ?

কবুই : ঐবু শিবা। শিদবনি ঐদি। মীওই মপোক মপোক্তা শিদবনি।

হনুবী : (ইশি শিনা নোক্লগা) নিংশিংলক্লে ইবেনবোক্লা লীরম্বা চাক-ঙাই ব্রারী ঐনসু অমুক লীরিবা কবুই কৈওইবা। নঙলা কবুই কৈওইবা খুঞ্জাশিংনা হিংলিবা নঙগী চাকথাক হুন্নবা।

কবুই : ঐ মীনি, অথোইবা মীনি। মশক মমিং নাইদে। করিদা অকায়বা লৈ ? শকফমদা মায়থোংদা ?

হনুবী : শাজত্তা লীচত্তা, পুক্লিংদা।

কবুই : হিংননবনি হিংননবা নখোয়না খঙদবা ফমথোল অমগীদমক।

হনুবী : করি ফম ?

কবুই : নখোয়দা তাকপা য়াদে।

হনুবী : করি তাক্লোই ?

কবুই : হংলক্লনু। মখা তারক্লবদি নকোক অদো প্রেক প্রেক।

হনুবী : ব্রাখল খরা লাক্লে। অসুম্না নতীক হেঙ্গৎনবা হোৎনরি। ঙাইখো। চাগে হায়না চাব্রা মীওইববু ? চাদবা য়াদদুনা ঐখোয়বু ?

কবুই : চাবা। চাবা। চাবা। কবম্বা লোয়্নো ? মদু ঐ তানিংদে। নখোয়বু কোয়তান তান্নবনি ? কোয়নৈ নৈবনি। কোইওৎ ওৎপনি। (তান্নে নৈ ওৎলি। হনুবী খাঙডি। থৌনা লৈনা খাঙডি।) মদুনি ঐগী অনীংবা।

হনুবী : ঐগী ব্রাখল্লোমদা নকশিল্লক্লি। চাবা হায়না কিহল্লিব্রা অদুদি ?

কবুই : কিহন্দবদি।

হনুবী : নঙগী নুংঙাইবদি করিনো ? নঙগী খমনুং কিকোই লমওনবীনা পেল্লিবদো ?

কবুই : হঞ্জিন হঞ্জিন হংলেনা। ঐগী ফম অমগীদমক। ফম অমগীদমক।

হনুবী : ঐনা খঙনিংলিবসে করম্বা ফম্লো ?
কবুই : ইশাসি কনানো খনদা লৈসে খৎপা থোক্রে। নঙনা নীংলিবদুমক ওইহল্লো একস, ব্রাই, জেট।
হনুবী : হৃজিক ঐবু চাখিদ্রা ?
কবুই : থৌদা অমগী মখাদা।
হনুবী : ঐবুনা শীংশৎলগা উশিল অমা শিললবদি ?
কবুই : নরৌশিংনি।
হনুবী : অদুদি ব্রারীদু নীংশিংলিদনা হৌখ্রবা নঙগী শাইয়োন ?
কবুই : নীংশিংলগা কৈদৌসি হায়বা ?
হনুবী : অদুদি ঐবু চাবা হাউরোই। হনুরে। ইউন খুইরে। ঈ থাংদ্রে। মতোং য়াউদ্রে। কৈদবু হাউদোইনো ? খুলসিদা হাউরদৌবা মী ঙাক্তা হিংলি। খ্বাইদৈ হাউদৌ খল্লু হায়রবসু ইনাক্তা লৈ।
কবুই : হাউদৌবদো খ্বাইদৈ নহুৎ ওইনা পিয়ু।
হনুবী : মবুং তরেৎকী অতোনবী থবাতোন। নীংশিংলিব্রা ? ফনা ফজে। মপোপ মতাং ফে। লৈশাবীনি লৈশাবী। অশোক অপন লৈত্রবী। মবুং তরেৎ লৈরমলোই। য়োৎকী পোরোল তরেৎ থাদুনা ইমুংদা মদোম লৈরম্লি। মবুং তরেৎ ঙাইরম্লি।
কবুই : য়োৎকী পোরোল নমথেকপা ঐগী পাঙ্গল ব্রাংমদনি।
হনুবী : অমুক তাককে কাউখ্রবসু। অসুম হায়না কৌথোকউ।

(খুনুং শৈশক্তা)
চোংঙা-ও নারিলও
চোংঙা পরেং থা
চমফেননুং চব্রাইনু
লৈমা থোঙহাংও
নবুং তরেৎ লাকএ

(কবুইনা তম্মী মখোল বোরো বোরো লাউনা। শক্লা শক্লা পুশিনখ্রে। হনুবী অমুক চেম্থোরক্কুনা কোয়না খুঞ্জাশিংদুদা লাউরে।)

হনুবী ঐ অমা নাম্থোকহৌরে। ঐ অমা হিংহৌরে। ঐদা নত্তে খুঞ্জা পুম্বা ঙসিদগী হৌনা।
(খুঞ্জা থবাগী মবুং তরেৎ শাদুনা কুল্লম্বদগী হৌগৎলক্লগা চাগদবগুম মুন্না য়েংলগা পরেং লেপ্লি।)

হনুবী : ঐনা হায়রিবসিনি। অশেংবনি। (পরেং লেপ্লিবদুদা কোয়না চেল্লগা) সেক্রিফাইসকী অনৌবা অর্থনি। মারত্যারদম্না মিকপ থোক্লকপনি।

খুঞ্জা ১ : ইচননুপী থবাতোন নঙনা শান্দোকপা য়ারোই।

হনুবী : নৈবীরিবশিংগীদমক্লি।

খুঞ্জা ১ : ঐখোয় খঙদে নৈবীরবশিং। ইচন নুপীবু কবুই কৈওইবগী মচিঞ্জাক। ঐখোয়বু মী ওইনা হিংলনু? থবানা ইরক্তা তিনবগী হিংবনি। হুজিক্তি পুমহাঙ হাঙলে। হিংবগী মমি শামখ্রে। থবা। থবা।

(তরেৎনা মথং মথং কৌই। অদুগা খুনুং শৈশক্তা চোংঙাও- নারিল ও" শকই। শক্লা শক্লা চৎলি পরে কায়দনা ঘড়ী কাটানা হাইবগুম ঈশে লোইবগা.. মাঙখ্রে মুৎখ্রে.. খংলাউ লাউরকই অমসুং পরেং থুগাইরগা হনুবীবু ময়ায়দা থমদুনা কোয়শিল্লি।)

হনুবী : (শাউনা মাইবীনা ফাওরকপদৌনা লোল্লকই)

য়া করি খঙদবগেহে
তাইবং নাব্রা অপঙবা
হায়বীরমগে তাজৌহে
মাঙবা য়ারোই থবাতোন
নঙ ঐগী ইহুৎনি
উদা খঙদা মীওইবদুনি
মাদি মাঙবা য়ারোই
মুৎখিবসু হৌনদে।
তাইবং নাব্রা অশোনবা
য়া করি কিবগেহে
নঙ ঐদি শিখিসি
মপোক মপোক খুদিংদা
থবা মশুং লাংগীনি।
হিংননবা কৎথোকসে
ইথায়সে নথায়দো।

হনুবী : খঙজৌহে তাইবং মীনা ওনবা কৈওইবনি নোংমৈ নোংমৈ শাথিরককনি চাউখৎপগীবু খুদম্লি। চেন্দুনসু হিংফদ্রে হা হুম হৈ হা হুম। (খুঞ্জা মরু লুক্লা লেপ্লি। হনুবীসু।)

খুঞ্জা : লমজা শরা। লমজা শরা।

হনুবী : লমজা শরা। লমজা শরা।

খুঞ্জা : অহল লমন্না ফমেন ফমদুনা তাকপীরক্তে। তুংলমচৎ। খুৎহিৎ লাকহিং।
হনুবী : তিকপিরক্তে করম শিদগে।
খুঞ্জা : হৌখিবদু ব্বারীনি।
হনুবী : পুন্সি লম্বী তাকপনি-।
খুঞ্জা : করম্না হিংবা তাই ?
হনুবী : থবাবু কনবা তাই।
খুঞ্জা : (মঙক হাইগৎলক্তুনা মরোল শেংনা) লল্লানবা নঙনা থবাবু শান্দোকখ্রে। নঙগী মিত্রং। শারেহৌবগী মিহুল। থাজদে। নঙ মীনম্বনি। লমশাগী লীচৎনি। ওক্তবীগী নপুন্সি। নশা হিংনবা থবাবু শান্দোকখ্রে।
হনুবী : ব্বারীগীদমক শান্দোকখিবনি। ব্বারীগী কান্নবদু য়েংসি হায়বনি। সিবু য়ানিংদবরা ?
ভাবোক : (মাগী ফমফমদুদগী) য়ানিংদে য়ানিংদে। মদু নত্তে লীলা।
হনুবী : করিনদি লীলা ?
ভাবোক : লীলা য়েংবা লাকপনি। লীলা উৎলু।

(হনুবীনা স্টেজ মথক্তগী ভাবোক্তুগা থেংনরি। ময়ামদুনা পরেং হনুবীগী তুংদা লেপ্পি।)

হনুবী : চৎনবীদুরা ? পান্নবীদুরা ?
ভাবোক : অদুনি ঙহাক পোত্থাগে। হনখ্রগা চাক হাউনা চারগা নুংঙাইনা তুম্মুগে।
হনুবী : অদুদি ঐখোয়সু খঙপ্রবনি।
ভাবোক : অদু ওইরগা হোরেল অহিং মশু নুংঙাইহল্লোইদৌরিবা করিগীনো ?
হনুবী : উৎলোই খন্না উত্রিবসিদি ?
ভাবোক : অদু ওইরগা ইখোঙগী খোঙউপ্পা বাক নমায়দা লংশিল্লক্রবদি ?
হনুবী : থানা কৌদুনা ফাহল্লবদি
ভাবোক : চৎনবী আইন থুগাইবগী কেশ ঐখোয়না ওল্লবদি ?
হনুবী : নাহেবা ভাবোকসে য়াম্না ব্বারৌখ্রে। ঙাইহাক চোংসি হায়ব্রাও ভাবোক ফানবা সিন অমতং।

(ময়াম ঈশে শকই চোংফন্দুনা। হনুবী থোকখ্রে।)

ঈশৈ

য়া যা য়া হো
কবুই কৈত্তইবা
ননিং নমাং হোত্রোংহো
নতু লৈমা কাংকোক য়া য়া য়া হো।
কবুই কৈওইবা

নচা অপিকপা শিহৌরে
নয়ুম খাম্বী মৈহৌরে য়া য়া য়া হো
নাহেরিবা ভাবোক
শোনবগী মতিক শাউগল্লি
খাঙবা মক্তি ঙমগন্দে য়া য়া য়া হো।
হা হা হু হু হা হা।

(ঈশৈ অসিবু থুগাইদুনা মপাল্লোমদগী নুপী অমনা লাল্লক্তা খাঙদুনা হিংবগী থৌনানা তেংথারকই। ফিঙৌ শেৎলি। অসুম চৎখি ভাবোক মরক ফ্যাওদুনা।

খুঞ্জা : ঙন্নরোই শকপা হা হা হু হুগী ঈশৈ। পেন্দ্রবসু তোক্লো। থবানা কৌরক্লে। মীওইবনা তেংথারক্লে। ইথৌ নত্রিবরা ? কদাইদা চৎখ্রে হনুবী ? নঙগী লমজিং মখাদা সেক্রিফাইস। মারত্যারদম (অসুম চৎখি তেংথাখোল তম্না।)

## অচঙবা মী

অহানবা অঙাং
অনিশুবা অঙাং
চাচা
রুহিনি
দুকান্দার
নুপা অমা

## অহানবা শরুক

### লম্বী-শরককী, ইরাঙ লাঙই

অহানবা অঙাং : এ, মখোয়সিদ লৈরে।

অনিশুবা অঙাং : নুপী অসিগী খাওসি লাকঅগা চেনসিরা ?

অহানবা অঙাং : অদুদি কিজে।

অনিশুবা অঙাং : লৈতুম্না থাসিরা ?

অহানবা অঙাং : নং লৈতুম খুল্লুচো ঐ লক্লরমগে। রুহি চাচা
.. অঙাওবা অঙাওবা... রুহি চাচা... বোড়া
হুরানবা চাচা... অঙাওবা...।

অনিশুবা অঙাং : লৈতুম লৈতেনা খাও অসে লাকউসি, করি য়াওবগে য়েংসি...।

অহানবা অঙাং : নং লাকউচো ঐদি তল্লি...।

অনিশুবা অঙাং : নং য়াওদ্রবদি ঐসু তল্লি...।

অহানবা অঙাং : ঐখোয়নি সুম ইন্নরুসি...।

পুন্না লক্লবা : রুহি চাচা...বোড়া হুরানবা
রুহি চাচা...ফদি পুবা
রুহি চাচা...কুকু কুকু ঈশিং খুজোকসে থকলুরাও,
কুকু কুকু চেং খুয়াসে লৌরু রাও... ...।
(অসুম্না লক্লবগী খোনজেল মরক্তা)

চাচা : নখোয় তুমিন লৈয়ুকো, ... নখোয়দুম ঙাওরো, নখোয়দুম কুকু কুকু খুপাক চারোরাও কুকু কুকু নাচৈ চারো রাও।

রুহিনি : নংদুম তুমিন লৈয়ুদা।

চাচা : করিগী লৈগদৌরিবনো নুংতিগী অসুম লক্লরিবসে অমত্তুং য়াদে হায়না খংহন্দ্রবদি।

রুহিনি : অদুবু করিবু তৌরবগে, পংলাও লাওজববু...।

চাচা : তাবদা নুংঙাইতে।

রুহিনি : লাওজসনু, লক্লজসনু, অঙাংনিদনা, ঐখোয়গী মীংবু কন্না কন্না লাওজরগা মখোয়গী অপেনবা নুংঙাইবা হায়বদু ওইজরবদি লাওজসনু...।

চাচা : কদাইদগী নুংঙাইগদৌরিবনো ? ঐখোয়বু উরগা মখোয়দৌ মফম মরাং খংদনা শিকপা জাৎনি।

রুহিনি : অদু ওইরবসু ফৈ, ঐখোয়না লাল্লুবদি নত্তেদনা,

* * * * *

চাচা : অমুক্তগা চৎলগা মযেংঙুসি, মখোয়গীদুনা জগা খরা চাওই।

রুহিনি : ওইরোইদবা ব্রানি, ঙরাং অদুক শাওরকইবদুবু, ঙসি ঐখোয় অমুকসু উরগা শাওবা ফগদ্রনে।

চাচা : চৎতি মচৎলুসি, ঐখোয়গী চৎফম অতৈ লৈতে। অমদা চৎলবসু অদুম্মক তানথোরককনি। শং মচা অদুনা কনানা খুদেক্লগা পুথ্রবা...।

রুহিনি : কনাগুম্বা লৈতবা মী অমনা শীং ওইনা পুরমগনি...।

চাচা : থোং মখা অদুসু থাং পায়বা মী হাৎপা শক্তাদুনা মাগী জগানি হায়দুনা কনাগুম্বা অমত্তা চংবা ঙমনদ্রে। পোৎশংশিং অসিসু পোৎয়োনবীশিংনা নোং ঙানফাৎত্রিঙৈদা লাককনি, ঐখোয়না পোৎ লৌইশিনবা লৌইদ্রিঙৈদো চৈররনি। দুকান অদুদি পুং নিপানদা থোং হাংবনিনা ঐখোয়দা খরা নুংঙাইত্রদো।

রুহিনি : নংনা থোকপা ঙাংনজৌ।

চাচা : মখোয়সিসু মীনুংশি শংমনদে। ঐখোয়সু মীনি, মখোয়সু মীনি, পংলৈ লৈমিন্নরগা লোইরে। মখোয়দা করিমৎতা কায়বা নৎতে।

রুহিনি : মদুনা লৈতবা ঐখোয়গুম্বনা খনবা ব্রাখন্নি। অবৈবগী বাখন্না অমনি সংসার অসি অমমমনি, ফাক য়াম্না চৎনৈ।

চাচা : য়ৌরে কদাই, পোৎয়োমদু পিরকউ।

দুকান্দার : অমুক লাক্লবরা? সিদা লৈবা যাদে হায়রবমত্তদা।

চাচা : ঐখোয়গী লৈফম অমৎতা লৈজদে নুংদাং নুংদাংদদি লৈজগে, মতমসিদি নোংজুপনথানিদো। হৃজিকসু অতিয়াসে নোংনা কুপশল্লক্লে। নোংলৈ নুংশিৎসু কনগদৌরি...।

দুকান্দার : নহাল নোংমসু নুংদাংদনি হায়রগা অয়ুক পুং তবা তাদা ফাওবা তুমদুনা লৈ।

চাচা : মদুদি হকচাং ঙমমন্দ্রদুনা তৌবনি, শাওগনুকো বাবু।

দুকান্দার : অমুকসু হকচাং ঙমদ্রবদি করম তৌনি, মাঙ্গোলসিদা শিরবদি, চৎলো চৎলো কদাইদনো চৎলো কৈথেলগী পোৎশংদা তুম্বা য়াদ্রবরা। নখোয়নবো করিগী অফবা জাগানো, নখোয়দি হুই হৌদোংগুম্বনি থবক্তি শুনিংদনা চৎলো, চৎলো...।

চাচা : থবক শুনিংদবা হায়বীনুদা, থবক শুজগে থবক পীবিয়ু, পোৎশংদো পোৎয়োম্বীনা নুংদাং থেংনা থেংনা হনখিদো, মদুদগী ফক্লাং খাদবনিনা তুম্বা হিপ্লসু নুংশিৎনা নোংনা অদুম্মক হায়জিল্লত্তুনা ইচোৎ চোৎলি। নোং হেক ঙানবগা পোৎয়োনবীনা লাক্তুনা ঐখোয়বু চৈব-চৈরদুনা তুম্বা থুগাইরে অদুদগী চাইথোকই হায়দুনা মরোল অমা ঙাংবগী লোইবা নাইবা লৈতে। মখোয়গী জগাদুদা ঈশিং মরিক অমৎতা তাবা য়াদে, উফুলসু মরিক অমতং ফাওবা চাইথোকপা য়াদে।

দুকান্দাব : মদু তাবা য়াবা ব্রা নত্তে, চৎলো চৎলো নখোয়নবো করিগী মফম অফবনো...।

রুহিনি : চৎলসি লাকও...।

চাচা : কদাইদা চৎকদৌবিবনো ? নোং চুরককদৌরে।

রুহিনি : ঙসিদি পোৎফম মচিংমদা ঙাইহাক লেল্লুরসি।

দুকান্দার : হায় বাহাদুর লাওহে, চৈ পুরকউ মখোয়সে ফুদুনা তাল্লুরাও অনম কনবা শারদনা।

মখোয়নি নিংবা কায়না চৎখ্রে

**অনিশুবা শরুক**

**নুংদাং থাবল ফৈ**

রুহিনী : ঐখোয়গীদমকতদি খোংনাংসিগী মখাসিনা থাইদগী ফবা ওইরবনি ঈশ্বরনা ঐখোয়গীদমক হৌহনবীরম্বগা চপ মান্নরে। চাং মান্ননা হৌবা মোল্লবা অশংবা নাপীশিংনা তেবা মোনপাককুমলে। নোং হায়ফেৎ চুবা, অয়াকপা নুংশা, অহিংগী লিক্লাদি থেংনররোই, য়েংউ বিজুলিগী মঙালসু কয়া ফজনা য়ৌবক্লবা।

চাচা : (নোক্লা) নোং কনশিল্লক্লবদি।

রুহিনি : মদুসু ঐখোয়দি ইনৌ নৌবা নত্তেদনা করিগীসু চোৎলুনি, ইনক নক্লা... য়েনখা অমা লৈবিবসিদি, নোং খরা থুপ্পা ফাওবদি য়ুম্বুনা করিসু হায়রকতবা য়াইনা...।

চাচা : পৈশাদু কযাশুই য়েংশি।

রুহিনি : সে, নং থিয়ু।

চাচা : (নোক্লা) ঙসিদি খরা য়াম্বগুম তৌই।

রুহিনি : মীনুংশি চাওবা হায়গদ্রা ? বাবু হাযগদ্রা খরা থেংনরুরে।

চাচা : মখোয় মঙ্গল ওইসনু...।

রুহিনি : তল মচা অমনিদং হৌসি হায়ববু নোং লাকপনা হাল্লগদ্রা ?

চাচা : হয়েং অয়ুক চারসিদ, থবী অনিখক য়াওখিবা নত্তরা মদু চারসি অদুগা হোটেলদগী চা খরা লৌরুরগে ঙসি নুংদাংগীদি অসুম লেল্লসি...।

রুহিনি : খজুর অমৎতদি য়াওবকউ মচেৎ মচেৎ চামিন্নসি...।

চাচা : নংসিদি চানিংমনখ্রেদা।

রুহিনি : চাগে হায়বগীদমক্তা নোংঙানবদগী ইকাই ইকি হুন্দোকতুনা নিবা চৎলিবা নত্তরা, কয়াদি শুরম্মী।

চাচা : লুপা অহুম মখাই শুগদবা পৈশা মঙাদমক ব্রাংলি, নং অমুক থিয়ু, অহুম মখাই শুহল্লুসে।

| | | |
|---|---|---|
| রুহিনি | : | চুম্মমনিদ, ঐনা থিবদগী পৈশা তরা ৱাৎপসু খংদে নুংতিগী অসুম্নবু ফংলবদি বাবুচৌহোয়গী হোটেলদগী চাক এনজাং খরা মরক মরক্তা পিরকপদুগা ইকোম কোম্না হিংগদবনি। |
| চাচা | : | নোংমগী খরসু তুংশিনবা ওমগনি। |
| রুহিনি | : | ঐখোয়না খজিক্তং তুংশিললদুনা করি তৌরুনি। ইংখোল অমা লৈরুবা যুম অমা শারুবা ওমগদবসু লৈত্রে। হিংলিঙৈদা পংচা-চা, পংথক-থক লৈবা হায়বদুনি। |
| চাচা | : | পৈশাদি য়াম্না কান্নেনা। পৈশা লৈমনদবদগী ঐখোয় ফিভমশি য়ৌরিবনি। কনানা খংনি, ঐখোয়গী পৈশাসু য়াম্না লৈরবা মতাংদুদা ইচাসু হল্লক্লবদি। ইচানুপা নোংমদি হল্লকখিগনি, ঐখোয়বু থিরখিনি...। |
| রুহিনি | : | কান্নদবা ৱাদু তোকওদা। |
| চাচা | : | নং থাজদ্রা ? |
| রুহিনি | : | থাজবা ওমদ্রে, হোয় হল্লকপদি ওইসনু অদুবু মাগী ৱাসি তোকঅসি কপনিংই। |
| চাচা | : | ওসিদি ঐ ইনুং নুংঙাইত্রি... থোং মখাদু য়াম্না ফবা মফমনি। মথোং চাদবা অঙাওবা থাং পায়বা নুপাদু লৈত্রবদি মী তরা তরামঙাদি ইকোম কোম্না চনগদবনি। মথনতনা অদুক চাওবা মফমদু অরেম্বদা মাংহল্লে। |
| রুহিনী | : | থোংখাগী ৱাদু তোকও, মসিদগী হেন্না ফরোই। ঐখোয়সু মফমসিগী মপু ওইরবনি। |
| চাচা | : | অদু ওইরগা, মসিদা উপাক মচেৎ খরা খাদোক খাজিন তৌরগা কোংঙৌ মচেৎ মকাইরা করিনো খর থিরগা খোং তিংথোকতুনা হিপ্লা চনবা মওংদা যুম মচা অমা শানবা তৌসি। |
| রুহিনি | : | (তপ্না নোক্লগা) মদুদি যুম হায়গনু। |
| চাচা | : | যুম কৌদ্রবসু শাবদি শারশি অদুনা নং পংচা চাথোকপা য়াদে। |
| রুহিনি | : | ফক্লাং নাকল অমদি খোংনাং সিনা ওইবা য়াগনি, নাকল অমসু বোরানা খনথবা য়াগনি। অদুগা লম্বী চৎপদা য়োৎপীগা তারাগা তাবসু য়েংবা তাইদনা। |
| চাচা | : | অদুনি পংখুনদা খুনজিনগদবনি। |
| রুহিনি | : | ফরে, চৎলো চা লৌরুরো চফুসে সোমদা ময়ি খরা চৎলে, চেপথদুনা পুরকউ, খজুর অমত্তংসু য়াওরউদনা, নংগী করিগুম্বা অমা পিগে। |
| চাচা | : | মদু হান্না য়েংগে। |
| রুহিনি | : | হান্না চৎলুখো। |
| চাচা | : | হান্ননা য়েংখিগে। |
| রুহিনি | : | নহাল নোংমা ওইগী ফি খোংউপ নাম্মা নংগী খাওদা য়াত্তখিদনা। |

চাচা : উম য়াওরী।
রুহিনি : মদুগী জুরা শানবা ঙসি রবরগী য়েৎগী অমা তারমলে।
করিমৎতা শেগাইদ্রি, নরাইবক ফৈ, হয়েংদগী শরককী শৌদোকপা কোইলাসকা খুয়াগদি থেংনররোই।
চাচা : য়াম্না ফরি। অনিশুনা তারমগনি, কনাগুম্বনা ফিংনা চেনবদা তাহৌবা মাল্লি।
রুহিনি : মুন্না য়েংলক্লবনি ফনা থাপ্না হক্সৎ হন্দা চৎতুনা।
চাচা : (নোক্লা) খজুর অনি লৈরক্লগে, তুংগী থোকঅবা লাক্লসনু।

অহুমশুবা শরুক

অয়ুক্কী মতম

চাচা : হায়, অসিবু লৈরক্লীবরা ?
রুহিনি : লৈবা নত্তে, ইবেম্মা অমনা পিরকপনি।
চাচা : (হরাওনা নোক্লগা) অসুক তেকপা অসুক চাওবা উকাবী সিবু।
রুহিনী : পিরকপনি, ইবেম্মদুনা লোন্না শোল্লকই, মাগী লৈখিদ্রবা মমা মাল্লি।
চাচা : (হায়ফেৎ নোক্লা) নংনা হায়বা অমা থাজফাৎতে।
রুহিনি : পিরকপনে, থাজৌও, সে, অনি অহুম থোক্লা অমুক্তা শেম্বীরকউ।
চাচা : থাঙদি করম্বা খাওদা য়াত্তখি ?
রুহিনি : বোড়া লং অঙাংবনা ফোৎপদুদা য়াওরিবনি থাও ঙৌগে হায়রবদি খরা লৌবিরুদনা ঐসু কাওরকত্র...।
চাচা : কাওবদুনা ফরেদা পৈশা তিংদনবা।
রুহিনি : ঙসিদংদি থাও খজিক্তং ঙৌবদি ফৈদা শিগদবা দেহেনিকো পৈশা তরা পীরগা চরা অমা ওক্লবা পিজরককনি।
চাচা : তোকঅসি অসুম হাওনি...।
রুহিনি : মতা চাদনা কুপখ্রপোৎনি, চফুসি চাক হান্না থোংশিরা, ঙা হান্না থোংশিরা... ?
চাচা : ঙা হান্না থোংউ (নোক্লা) ঙা থোংবদু মিৎসিনা পেন্না থোংবা লোইদ্রিফাওবা অমুক্তা য়েংগে। হায় খনবু খল্লুদে, ঐখোয়না ঙা হায়বদু চারকতবসি চহি তরা তরামঙারোম ফারম্লগনি, হোটেলদগী পরীকইবা এনজাংসু ঙাদি অমুক্তা য়াওরকতে...।
রুহিনি : হোটেলদা ঙা চাবিনিংঙাইদ্দি য়াম্না লৈ।
চাচা : হায়গুম্লদনা ঙাহিংগা হৈনগদবা মানদ্রে য়াইঙং মরু-মরাং খরা থাকসিরা ?
রুহিনি : অম্বাইদা অরাফদিগোম হৌবনি মনা মঙা তরুক হাপ্লগা ঙাহিং কোককনিদা। ঐনা থাও খজিক্তং ঙৌসি হায়বদি য়াদনা।

চাচা : মরু-মরাংদি নিবদা পিরককনি...।
রুহিনি : তোকঅসি, ইচাদু নিংশিংঙকইদা।
চাচা : তোকও, ঐনা শোল্লবদি নংনা হেক্তা শাওদাই।
(অঙাংশিং লাকই।)
অহানবা অঙাং : মখোয় চাক থোংলিমাল্লে...।
অনিশুবা অঙাং : য়েংঙুসিরা...।
অহানবা অঙাং : য়েংগুমসি শ্বাইদগী লক্লসি, চাচা অসি শাওগল্লি।
অঙাং অনিমক : রুহি চাচা... রুহি চাচা... রুহি চাচা... কুকু কুকু ঈশিং খুজোকসে থক্লোরাও, কুকু কুকু চেং খুয়াসে লৌরোলাও...।
(অসুন্না অঙাংশিংনা লক্লবগী খোনজেললক্তা)
রুহিনি : ঙসিসি শীংসু ফৈ, থোঙ্গৎপদা ঙাইরি শৌগদৌরে।
চাচা : অঙাং ওক্তবশিংসে অমুক লাক্লে খোইদৌসে শিকখ্রেদা।
রুহিনি : চেংসে ফৌ অমুক্তা খনবিরকউ, মোরোক খরা শাতক তৌহল্লুরা?
চাচা : নংনা থোকপা তৌ। হায় মরুমগা চংইনে।
রুহিনি : ইহে, থুমদি লৈত্রবনিনে, খর তুক লৌরুগেরা? বাবুরামহোইগী দুকান্দু চংদবসু কুইরে।
চাচা : মখোয়সি লৈতুম য়াওরকইনা।
রুহিনি : অঙাংশা। লৈতুম্নদি থারককনু মরম ওকপনি।
অহানবা অঙাং : থানি, পাল্লে...।
রুহিনি : এ... এ... চফুদা পানবা তারেনে।
চাচা : নখোয় ঙসি ফুরা...?
অনিশুবা অঙাং : ইউ কম হিয়ার, কুকু কুকু... ফদি পিগে লাও,
ঙল্লগা ফু, চাচা ইউ ওপন চেলেনজ...।
রুহিনি : নখোয়বু পানগদৌরেনে। থারককনুনে।

**(চফু কায়বগী মখোল)**

অঙাং ময়াম চেল্লো চেল্লো
চাচা : হায়না হায়না চফুসে কায়রেসে, ঐবু খাল্লনু ফংদ্রি ফাওবা তান্ননি ঐবু খর খংহনদবা য়াদে।
(অঙাংশিং চেনখিবা, চেনবগী মখোল)
চাচা : (নুংশাশ্বর থবেৎ থবেৎ হোন্না) খংব্রা? নখোয়না কদাইদা চেনগনি (কন্না ফুই) হয়েং মখৈ তৌখিদ্রা, হয়েং মখৈ তৌখিদ্রা...। (মরকসিদা অঙাংনা কল্লা... অয়ো ...অয়ো...।)

হায়য়ু হয়েংমখে তৌখিদ্রা? ঐখোয়বু নুংতিগী লক্লবা নহালসু লিক্লি হুরানখিবা...।

দুকান্দার : করিনো অঙাওবা অঙাং ফুরিবা থাদোকউ, অঙাংনা অঙাওববুদি লক্লদদি।

চাচা : মখোয়না ঐগী চফু থুগাইদুনা এনজাং মাংহল্লিবসে য়েংঙুরাও।

দুকান্দার : থাদোকউ নংনা অঙাং করিসু খংদবা অপংববু ফুবা য়াব্রা ঐনা নং অমুক ফুবা তারে।

রুহিনি : (পাখৎনা চেল্লকই) ফরে, ফরে, থাদোকখ্রো... সে... থাদোকখ্রো...।

চাচা : ঐগী এনজাং শিংদ্রবদি থাদোকলোই।

দুকান্দার : অদুদি... খংব্রা? (চৈ অমনা ফুবগী মাখোল)

চাচা : আ... ...।

রুহিনি : (পাখৎনা, হায়ফেৎ কন্না) শিবা তারে, শিবা তারে, ময়াম অমুক্তা খাম্বীয়ু... ... অমুক্তা খাম্বীয়ু..।

দুকান্দার : অদুনি ভাব তারব্রা, নংনা পংঙাও ঙাওবদি ঙাওবনি, নুপী- অঙাং শোকপদি য়ারোই।

রুহিনি : (পাখৎনা, কপ্পা) ইস। তৌরিবসিদি লোইরেদনা ঈনা পুমঙাং-ঙাংলে অমুক্তা লেংগনু...।

চাচা : ঐবু খামগনু, থাদোকউ ঐবু খামগনু, ঐবু ফাগনু, দুকান্দার পুকচাওসে তান্নগে...।

দুকান্দার : (থাপ্লপ্পা) নথরাইদু মাঙনিংদ্রবদি তুমিন্না অদুম লৈহৌরো।

চাচা : ঙাইখো ... (লাওবা)।

রুহিনি : ফরে তোক্লো, অমুক্তা ফমথবীয়ু ফিশিনা কিশনগে।

চাচা : নখোয় ঙাইখো ঐবু অসুম্না থম্মমগনু ..। (লাওবা)

রুহিনি : করি ৱানো পলহৈদে।

চাচা : অসুম্না হীংগদবগী শরুক মাবু হাৎলন্নগা শিখিবনা ফত্ত্রা?

রুহিনি : হায়হৈদে, ঈশ্বরনা য়াদবা ৱানি।

চাচা : (শাওনা) ঈশ্বর, ঈশ্বর, (তিনশিৎপা) ঐ মাবু তুককচৈ।

রুহিনি : করিনো অঙাওবদৌনা।

চাচা : (শাওনা) নংনসু ঐবু অঙাওবা হায়রবা। ঐ ঙাওদে, ঐ ঙাওদে, নখোয়সু হল্লকখো ... ঐ ঙাওদে ... ঐ ঙাওদে... ঐগী ইতিক খংহনগে।

রুহিনি : তুমিন্না অমুক্তা লৈবিখো, লেংগনু ঈ হেন্না থোকপা তারে।

চাচা : (অমুক তপথনা, অৱাবগী খোন্দ) রুহিনি নংসু অমুক্তা হায়য়ু... ঙসিগী সিবু কনানা লানবগে।

রুহিনি : অচুম অরানগী ৱাফম খন্নরুদনা করি তৌরুনি, ঙসিদ নত্তে, ঐখোয়দি কনামৎতদা ঙসিফাওবা করিমৎতা লানদ্রি। ঐ খংলিবনি অদুগৈ ইচাবু

মী হাৎলি হায়বদুসু ইচাদি হাৎপা শুকয়াও য়াওদে। ফত্তবা মী খরগী খুজিন থৌরাংনি...। (কপ্লকই) নখোয় পেল্লোকো, নখোয় নখোয় পেললোকো...ইমাগী ইবুংঙো নংনা কদাইদা লৈরিবা। নংগী পাজিসে উদ্রবরা... ? (কপ্পী)—

মরিশুবা শরুক

নুংদাং, উমখোং

চাচা : কোক চিকপসিবু ইফৎ ফত্তেদা। নহালমুককী অদুম হায়না অমুক তৌগদৌরিব্রা করিনো ?

রুহিনি : নুংশাদা চৎপা খর হেনমল্লে, ঈশিংসু থকমল্লে।

চাচা : মদু ঙাক্তনা ওইরমমোই...।

রুহিনি : ঙসি নুংদাং করিমৎতা চারনু অদুগা নিংথিনা তুল্লগা হয়েং ফজরমগনিদা। ঙসিদি ওনথোকপা নুমিৎ হায়বদুনি। লুপা অমা ফাওবা য়ৌদ্রে, পৈশা কুন ব্রাৎলি।

চাচা : নোংম নোংমগী দাও হায়বদুনি..।

রুহিনি : ঐখোয়গী পৈশা পুন্না কয়াদি শুরে।

চাচা : ঙরাং ঐনা থিবদু লুপা মঙাগা শিকিদমক লৈবম্মী।

রুহিনি : ঐদি লুপা কুনগা হেল্লমগদবা মাল্লুরে।

চাচা : কদাইদগীনো চাওনা পাখ্রেদা,নংনা অদুক য়াম্না চাথোকখিবদুদি খজুরনি, বেড়ানি, ঙসিদি নুংহব্রাই চানিংই ঙসিদি চু চানিংই, হেক চাদবদা অনাবা অমা হেক হৌহনবা ঙম্বা...।

রুহিনি : নহাল নোংমা লুপা তরামঙা শুখ্রে হায়বদুদি।

চাচা : মদুদগী থুগাইরিবসিদি উপু অনি অমা লৈরে, ঈশিং খিন্নবা চফু অমসু লৈথোকখ্রে। অদুগী তুংদা নোং চুদুনা চৎথোকতবা নুমিৎ নিনি অমদি পৈশা তরা ফাও ফংখ্রিদ্রে চাবদি লেপখিদেদনা।

রুহিনি : হয়েংমখৈদি অফং অফংবা চাথোকঅসি।

চাচা : নংগীসিবু ঐগী হিসাব য়ানিংদবগী ব্লারা ?

রুহিনি : অদুগী নত্তেদা..।

চাচা : অদুগী নত্তে খরদি চিংনৈ নৎত্রা ? লুপা মঙাগা শিকি অমদি লৈরিদনা নংগী ঙসিগীদুগা পুনশল্লবদি লুপা তরুকতি শুরেদনা। ঙসিগীদি পোৎ অমৎতা লৈদ্রবসু য়ারনি।

রুহিনি : ফরে ফরে ...।

চাচা : ফবা য়াদ্রিনে,নং চিংনরী উপুদু কয়া পিরকই, খঙব্রা ?

রুহিনি : অদুবুদি লুপা অনি পিবদু অহুম হায়জিল্লবসু য়াই।

চাচা : মসি মবুক ওনথোক্লা ফৎখিদ্রেদ্রা...।

রুহিনি : তোকওদা হিসাব পাখৎনরগা লুপা অনি অহুম চেন্নরগা ইক আ...নুংঙাইররোই।

চাচা : সে মুন্না তাও ঐ পারককে পৈশা অমফাওবা চেন্নহল্লোই।

রুহিনি : শোইদনা চেন্নরবদি, ইমাই পেন্মা তোকও...। তারাসে ইফ ফরি শিজিন্নবা মান্দ্রি কদাইদগীনো...?

চাচা : আ অৱাংলোমদা অনৌবা ওফিস অমা শারিদনা মদুগী শম্বল খাবা নুপা অমদগী নিহৌবনি মবুক ফখ্রে চুরুপ মচৈ অমসু পিথকলকই। অদুগা মসিগী উতুপসি শিঙ ওইনবা য়াদ্রেকো, উখোং অমা ওইনরসি অসিগুম্বা অমৎতগা থিসি, অনি শুনবা। হয়েংদি উর্পুসি শিদোকপা হৌবা তারে। বোড়াগা শনথিচেগদু পুলপ থম্মু ইচাই চাইথোককনু উপাকসি হুহনখিবা য়াদ্রবনি।

রুহিনি : অতৈ লাইরদনা মফমসি ওনথোক্লা ফখ্রে। ঐখোয়গী পোৎচৈ খরসে অসুম থম্মগা চৎপা য়ারে। নুমিৎচুপ্পা অমা হিপতুনা ফমদুনা লৈরবসু কনামৎতগী মিচৈ তাদে কযাদ নুংঙাইরবনো। অতৈ পোৎশিং দুকান মচিদদি অসুম্ন খুসি তৌবা য়ারোই। তঙাইফদ্রবদি উপাকসিগা শনথিচেগা কুপ্লগা বোড়াসিনা খাজিনবা য়ারোইদ্রা, মমাংথংবসিদি খাদ্রবসু য়ারোইদ্রা...?

চাচা : ঐ লোইনা খঙঙি, ইবেম্মা নং অহে-অপা শারককনু। হয়েংদি যুক্ত্রা চংলগা ফিমন খরা নিরুসি। ফি খরা দরকার লৈরককদৌরি। তুম্নবা তৌরসি কোকসি লুমখ্রেদা, অরুমসু খরা য়াওবমাল্লে...।

রুহিনি : ঐসু ঙসিদি পুক্লিংসে ইনুং নুংঙাইতে থম্মোয়সে নুংশুক নুংজানে।

চাচা : ঐনা ইংথম চনবা কোক লুম্বা।

রুহিনি : শান্তিবালাদো সেনেমা হোল মমাংদা মিৎচানকরে কুইনা য়েংনৈ, ঐ খংঙি মানা ঐবু মুন্না খঙঙি।

চাচা : ঐসুনিদ, মরক মরক্তা থাইনগী মরুপশিং হেক হেক থেংনৈ, হেক লেংথৈনবদা শোনথাংননা "নুংশিদা" হায়না শোন্নহৌবা ঐ তারিবনি...।

রুহিনি : শান্তিবালাদি স্বাইদা নুংঙাই য়াইফবা ইমুং অমদা ওংলমাল্লে কারদতা লাকই... সেনেমা হোল, হোটেল অচৌবতদা উই। নুংশিদ্রা মতম অমদা ঐনা মাগী মরুপ ওইরম্মী। মহাক্তি য়াম্না নৌনা লৈশাবীগুম উরি, ঐনা মঙোন্দগী চহি তরুক তরেৎতনি হনবা।

চাচা : অদুবুদি ঐসু চহি য়াংখৈতনি অদুবু হনুবা মানদুনা স্বাইদা লোংগাশিংনা বাবা খর হায় হনুবা খর হায় তৌরিবসিনি। ফরে তুম্মসি অমুক নৌথোকপসু য়ারোইদবদা ... তুম্মসি।

| | | |
|---|---|---|
| রুহিনি | : | অতৈ ইমান্নবশিংদুনা করম করম তৌনগ্নবা। মতম অমগী ঐখোয় ময়ামদো নুংশিদা... লিক্লিগী গুলি ময়াম শরক্তা চায়খায়বগুম্বনি, খরনা লম্বীগী চিদায়দা তাদুনা লৈহৌই, খরনা কায়খি, খরনা খুন্দুনা প্নাখ মাইকৈ খুদিংদা ইচাই চাইনখি...। |
| চাচা | : | কোক অসিবু খুচিক অমা ওইনা চিক্লকইদা মনুংদা কবিবু লৈরবনো ? |
| রুহিনি | : | হয়েংদি নোংমাখা ফুৎকে...। |
| চাচা | : | মদুনা ফবা ঙমগদ্রনে... ? |
| রুহিনি | : | করিদি তৌনি ? স্বাইদা মাইবসু লৈরম্মোই। |
| চাচা | : | লৈরবসু ঐখোয়না কৌবদি লাকলোই...। |
| রুহিনি | : | মখোয়গী ডাক্তরসু অদুমঙাই। |
| চাচা | : | হুঁ, ডাক্তরদি ঐ য়ানিংদে, ডাক্তরনা য়েংগদবা অনাবা নত্তে। |
| রুহিনি | : | মদুনা চৎনবা য়াবা নত্তে, ইতৎ তৎতনা হৌই ডাক্তরখানাদা হেক চৎলুসি পৈশা তিংদবা ওইরমগনি। হয়েং রিকসা ড্রাইভর মবুক ফগদবা অমা য়েংলগা পৈশা খজিকতনা থিলহনবা হায়বদুনি। |
| চাচা | : | অপংবী ! পৈশা ঙাক্তগী নত্তে, ঐখোয়বু রিকসোদা হাপ্পুনা থৌনিংঙোই। সংসারসিদা ঐখোয়গী খনবীবা মীওই অমৎতা লৈত্রবনি। |
| রুহিনি | : | লৈদুনবু ঐখোয় ঙসি ফাওবা হিংলিবনি। |
| চাচা | : | নিবদা খরা ফংই অসিরা ? মখোয়না পৈশা পিরম্মদি বি— তুককৎচ ওইনা পিরম্বনি। মখোয়দা, মখোয়গী মচা মশুদা চুরুংদনবা মবুক্লিংদা বড় অমমম নিরিবনি। |
| রুহিনি | : | মদুঙাক্তা নত্তে, ঐখোয়বু তশেংনা নুংশিবসু য়াওরীবনি। |

মঙাশুবা শরুক

থাবল ফবা অহিংনি, উমখোং

| | | |
|---|---|---|
| রুহিনি | : | ডাক্তরখানা ! ওনথোকপা ডাক্তরখানানি, মীয়ামগী লেম্না লাইয়েংফম ঐখোয়না চংলুবদি হুই অঙাওবগুম তৌরকপা ! কা অমদা অমুক হায়, কা অমা অমুক হায়। |
| চাচা | : | ঐদি হান্নবা হায়দ্রা চৎকুমসি, অতোন অতাংগী মিচং লৈতবনি। ইংথমখ্রেদা নংগী বোড়াদু লৈজদ্রবা অমৎতগা হাপলকউ। |
| রুহিনি | : | খরা খাংউ, ঈশ্বরনা করি তম্লকপা য়েংলসি। |
| চাচা | : | নংগী ঈশ্বরদু তোকও...। ডাক্তর থেংনরক্লবসু, ডাক্তরদা চৎলুবনরা করিনো চিকপা খোৎপদি খর ফবগুমতৌই। |
| রুহিনি | : | নোংমাংখাদি য়াম্না ফবনিনে... মরিরক্তং থক্লবদি মরাইনা অরুমসু হুনজখিনি। অঙাং দৌনা অমুক থক্লগা তোকলে...। |

চাচা : হয়েং খরা য়াম্না ফুৎলু। উপুদু অনিমক লৈরিকো ?

রুহিনি : লৈরী…।

চাচা : উখোং ওইনবা উতুপতুদি ?

রুহিনি : লৈরিয়ে…।

চাচা : হকচাংসে খজিক্তং কনবগা শিদোকপা হৌরগদবনি নংসু সুম লৈগদবগী শরুক য়োৎপী অখোয়বগাদু নুংমচা অমা খুল্লগা চুমথোকপা হৌ।

রুহিনি : হয়েংদগী হৌরগে। ঙসিদি নোং চুগদবা মানদ্রে, থাবলসে ওনথোক্লা ফৈ…।

চাচা : থাবলদি খংদ্রে নোং চুরোই হায়বদুদি ফৈ। নংগী বোড়াদু অমৎতগা হাপ্লকউ…।

রুহিনি : ঙসাই নোং হেক ঙানবদগী খুৎশেমগী অঙকপা কয়ামা পুমচাই চাইরম্বা, ইনিল নিল্লম্বদু লোৎখ্রে, মহৌশাগী ফজবনা অমুক ময়াই কারক্লে। ঙসিসে করি নুমিৎনো বিজলিসু লাক্তে, থাবলসি কয়াদা নিং তমজরবনো।

চাচা : সরকাবনা মৈ ওইজনবা থাবল ফৈ হায়দুনা মুৎথৎপা ওইরমগনি।

রুহিনি : ফাগী নত্তে, সে ফিরুক্তু হায়দোকউ, য়েংউ অমুক্তা থাবলসে, পুর্নিমাসু ওইরমালে।

চাচা : ইংথম্মী হায়দোককনুসে…।

রুহিনি : ঐতগী ৱা নত্তে নংবু করিমত্তা নুঙোলদবরা … ?

চাচা : য়েংনিংদবসিবু, ঐতগী ৱা নত্তে, মী চৎপগী নাশোন ফংদ্রে, থোং লোইনা লোনশন্নরম্মনি।

রুহিনি : অদুবু, ঐদি অহিং অসে লেম্না মাংহল্লরোই, থাজবু য়েংনা য়েংনা হৌখিবা ঐ নঙ্গী পুন্সিবু নিংশিংদুনা শান্নগনি। নং খংদব্রা মতমশিংদুগী নং-ঐ ঙসিগী নং-ঐ কয়াদা খেৎনব্রবনো ? আশা কয়ানা হৌখিবা থৌরাংশিং নুংঙাই-মঙ অদুগা ঙসিগী নং ঐ … … নংনা অনাবা অমগী মপু ওইদুনা উখাসিদা অরোইবা মতম ঙাইদুনা হিপলিবা, ঐনা ভিক্ষারী অমা ওইরিবা … ঐ নুপীনি নংগী নরুমদা থুপ্লিব্রা ? নত্ত্রগা ঐ নংবু শঙলিব্রা ? অসিগুম্বা ৱাহংশিংশিগী পাউখুমদি ফংগদবা নত্তে, অদুবু নিংবসু কায়দে নিংবসু থুংদে। মসি পুন্সিনি, করি তৌরুনি…। ঐগী হায়ববু মহৌশাগী ফজবসি অসুম য়েংজবা, য়েংউ। অঙকপা থাজগী গুন্নি। মালেমসিদা তাইবং মীওইবা ওইনা হেক খোংদারকঙৈ, ইমিৎ অসিনা সংসার অসি উজরকঙৈ, থাজ অসিবুদি হেক উজখিবা নুমিৎতগী ঙসিফাওবদা ঙকপগী লোইদ্রি, য়েংবগী পেল্দ্রি। তারিবরা। ঐদি ঙসিদি য়াম্না নুংঙোনখ্রে। মাইগী ফিদু অমুক্তা হায়দোকউ। নিংশিংদ্রব্রা মতম অমা … … ঙসিগী অসিগুম্বা ইঙা ইঙেনগী নিংবা কায়বা, কাংখোং চাইবা নুমিৎশিং সে

নত্তে, বসন্তগী মতমনি, উরী ৱারী পুম্বা নৌহৌননা হৈনিংঙকপা মতম, কুমগী অহানবা নোংহৌগী মপাওবু লীরীবা মালংবনা পাত্তজেল্লকপদা উপালশিংনা কেনা কেনা হায়জবা, সুমাং মতোন্দা ঙৌরোক ঙৌনা জুম জুম শাৎলিবা থাবল্লৈগী নুংশিবা মনম চাইথোরকতুনা ঐগী থম্মোইদা য়ৈবদা নুংশি নুংঙোলগী মরাং হৌখি, মতমদুদা নংনা ইহান হান্না নুংশিবগী ৱা হৌদোরকখি, ৱাহৈশিংদো নীংশিংলিব্রা? সংসার অসি কয়াদা নুংশিখ্রবনো। কয়াদা ফজখ্রবনো...।

চাচা : ইমাইপেম্মা তুম্মোদা। ৱারেমদুদা খিৎ, করি কান্নরুনি।

রুহিনি : ঐদি ঙসিদি থম্মোই অসিদা নুংশিবা ঈশে অমা তাবগুম অৱাবা লিলা অমা য়েংবগী নুংঙাইবগুম্বা অমা ফাওরক্লে। য়েংঙউ, আদা অমুবা লৈচিন খজিত্তুং লৈরিবসিগী মথক থংবদা সনা মচুনা ফিবান চৎলিবা মসিগী মথক্তা থাজনা ইংনা ঙানথোইরিবা মসিবু কনাগুম্বা লায়য়েকপা অমনা য়েক্লবদি লাই অসি মান্দে কলপনান হেনমল্লি হায়গনি। অমুক্তা য়েংউ ...।

চাচা : কদাইনোনে ...? ওনথোক্লা ফজখ্রবোইদা, কদাই ...?

রুহিনি : নুংশি নুংঙোলগী লম্বীদা ইনৌ নৌনা খোংদারকপা মতাং নংনসু ঐবু চিংনবা, ঐনসু নংবু করিসু নত্তবা অমদা ঐখোয়নি খৎনদুনা কৌনরুদবদু নিংশিংঙি অদুবু নংদি ইকাইবা খংদে (নোকমিন্নবা)।

চাচা : হোয়নে।

রুহিনি : নংনা ঐবু খৎনবা হৌরবা নুমিৎতু কাওদ্রি, পৌইনুগী লৌকারকপা নুমিৎ অমদনি।

চাচা : হৃজিক্তি লৌবুকশিংদু খুৎশেমনা লোইনা মাংহনখ্রে ...।

রুহিনি : পোইনু, ৱাকচিং, ফাইরেন, লমতাগী থাখাই ঐখোয়নি কৌনখিদে, লমতা থাগী পুর্নিমা হোলি নুমিৎ, নুমিৎতো ঐদি য়াম্না নুংনাংখি, ফমুংদা কপ্পুনা লৈখি অদুবু নোংঙানবদা নংগা সুন্দরগা লাক্কুনা ঐবু ফমুংদগী চিংথোকতুনা আবের তৈখিবদো। কুইনা কৌনরুদ্রগা ইহান হান্না কৌনবগী নুংঙাইবা নুমিৎচুপ্পদুমা ঐখোয়নি ৱাকৎনবগী লোইবা নাইখিদে।

চাচা : সুন্দরদো নুংশিদা, ওল্লকপা চহিদা মহাক্তি লৈখিদ্রে ...।

রুহিনি : নহাক্লা কাওবা য়াদবা ফজবা নুমিৎ অমা হায়রকউ ...।

চাচা : নুমিৎ অমৎতা নত্তে, ফজবা নুংশিবা নুমিৎ য়াম্না লৈ,অদুবু খ্বাইদগী ফজবা নুমিৎতি ...। সে হকচাং সে হৃমাংনা চোৎলে লাইহৌ থারমাল্লে, হৃমাং অমুক্তা তৈথোকউ।

রুহিনি : তৈথোককে ... মসিদগী অমুক হৌরকতবা ওইরসনু ... করম্বা নুমিৎনো খ্বাইদগী ফজবা নুমিৎতি ...?

চাচা খুলগী লাই হরাওফম লাইকোন অদু নিংশিংলিব্রা .. ?

রুহিনি : নিংশিংলি ...

চাচা : ফজদ্রা, উযুং তেরা, চাওহে পাম্বীনা লাইবুংদমক খাক্লগা কুংনা হৌবদো। খরনা কাচি কারোংদা খরনা নপ্পুনা খোঙ্গুনমেল্লে, ক্বাকলৈ, শমজিরৈ, উরি কয়ানা হায়থ-হায়থ শাৎপা, বাঁশীগী মিরবা খোনজেল্লক্তা অমাইবগী পৌতকপা "হোই" লাওবা খোনজেল্লক্তা নংনা থেকক-থেক নৌগ-নৌ মকারান্না থোইবী জগোই শাখিবদো ... মপুং মরৈ হেক ফাগৎলকপা খুনজা নহা পাখংশিংনা মিতাকম ওইরকপা কালনি, ফিজোলদুসু নিংশিংলি রেশম ফুবিৎ অঙাংবা, থম্বাল মচুগী ফনেক, খোইতকপা অমুবা শম্লাংশিংনা নিংদু য়ৈরকপা, লৈহাও লৈরেন্না মরক মরক্তা থাম্বা, ফজবদো ঙসিসু মিৎমাংদা উরি—।

রুহিনি : মদুদগী খরা চৎখৎলগা অঙাং ওইরিবৈগী শান্নবনা মপুং ওইবা অৱা-অনা খংদবা পুন্সি ...।

চাচা : অঙাং ওইরিবৈগী হায়রগা ঐ নোক্লিংবা অমা নিংশিংলক্লে। (নোক্লগা তপ্না) নং কাওরবরা অঙাওবী অমা লৈরম্বদো, চন্দ্রিকা হায়বরা?

রুহিনি : উম মশেন মবাং শিংনিংলক্লে, থুম্মোক য়াম্না চাওবা অমা পুদুনা চৎপদো।

চাচা : থুম্মোক্তো কবিমৎতা য়াওদে, নুপী নিদনা মকোইসু য়েকই (নোকমিন্নবা)।

রুহিনি : নোংমদি মানা ঐখোয়দা নুংদাং অমা লাকখি, কিবনা থক থক নিকখি বাবান চৈ অমনা ফুদুনা তানখি।

চাচা : মতম অমদা ঐখোয়না মাবু লক্লদুনা মতুং ইন্নরুই ঙসিদি ঐখোয়দা অঙাং শিংনা লক্লরে, মহাক্না করম্বা ঐখোয়না করম্বা।

রুহিনি : কনানা খঙনি, ঐখোয়দা লক্লরিবা মখোয়গী মরক্তা ঐখোয়গুম্বা য়াওরকপসু মসিদি খল্লগুমসি, নুংশিদ্রা অঙাং ওইরিবৈগী পুন্সিদো মশান্না কয়াদো ... অমাং কোইবী, ফিভুল হাবী ...।

চাচা : কে ক্রে কে মো মো
য়াংগেন শম্বা শাউ শাউ
তোকপগা কাম্বগা
কৈগা য়েনগা কাওনবা
কনানা ঙম্বগে য়েংনসি ...।

রুহিনি : নংনা ঐবু হৌবা হেক হেক লাকখিদনা নিংশিংলিব্রা ...।
(নিংশিংবগী মওং নিংশিংবা অঙাংগী খোনজেলদা অঙাং ওইরীবৈগী চহি ৮।৯)

চাচা : (লাওনা কৌদুনা লাকপা) রুহিনি রহিনি ... ঐখোয়গী উরৈরোম পাম্বীদু তুদুনা লৈহৌরে।

রুহিনি : কনানা ইনথুরিবা?

চাচা : ঙরাং নুমিদাং নুংশিৎয়াম্না কল্লিদনা।
রুহিনি : ঐদি তাদে।
চাচা : ঐসু তাদে ইমানা হায়য়ে নুংশিৎনা ওইরমগনি, লাও নোম নোম শগাইতোংবী শান্নরুসি।
রুহিনি : ঐ মায় তাদ্রি।
চাচা : তারুরনু, নংদ নুংতিনী মায় তাই, ঐদি ইরুজবদা হোরেন তানি।
রুহিনি : ঙরাং নুংদাং ঐখোযগীদি ঙা থোংই। ঐগী চরা ৱান্নবা খাকই।
চাচা : ঐখোয়গীদি হৱাইমুবী থোংই, ঙরাং ঐখোয় ইমাদি য়াম্না কল্লী।
রুহিনি : করিগী ... ?
চাচা : হৱাইমুবীদো ঐখোয়গী পাজিনা থারম্বনি হায়য়ে।
পাজি হল্লককনি হায়য়ে হয়েংৱাই কুইরগা।
রুহিনি : হল্লকওই হায়কো, ইখোয় ইমাতোম্বীনা শীখ্রবা মীদি হল্লকপা য়াদে হায়কো, নখোয়গী পাজিদি শিখ্রবনি।
চাচা : হল্লককনিকো।
রুহিনি : হল্লকওই হায়কো।
চাচা : অদু ওইরবদি হয়েংৱাই হল্লক্লগা অচাপোৎ পুরকপদা নং পিজরোই।
রুহিনি : করি অচাপোৎ ?
চাচা : আ ... জীলিবী ঙাংশং ঙাংবা য়াম্না হাওবদো।
রুহিনি : খরা চাগেনা, হোরেন ঐখোয়দা ঙা থোংবা চাও হায়বা।
চাচা : নখোয় ইমাতোম্বীনা চৈরককনি ... দা।
রুহিনি : চৈরকওইয়ে।
চাচা : উম, শান্নবা লোইরগা চাসিকো।
রুহিনি : ঐগীদি শোমদা ...।
চাচা : ঐগীদি শোমদা ...।
পুন্না : নোম নোম ... শগাইতোং চানবা লৈতে তখেনথাং ...।
রুহিনি : (অয়ো ... কপ্পা কপ্পা) নং ইমাদা তাককনি।
চাচা : নং নতোমতা তাজবা নৎত্রা, ঐদি সিদা তোংলগা।
রুহিনি : (কপ্পা) অদো নংনা কন্না নোম্বদা তারিনিনে।
চাচা : মা মতোমতা তাজরগা ঐঙোন্দগা তাইশিল্লি য়াম্না ফত্তে ...।
রুহিনি : হোরেল ঙাথোংবা পিজরোই।
চাচা : চাবীরোই নংসু জীলিবী পিজরোই ...।

* * *

মখোয় পুন্না : সে, সে, সেবোতী, লাইশ্রম মচা ভুবোতি ... নংগা ঐগা কাওনসি, কনানা ঙস্বগে য়েংনসি ... হৈত্রোই পোকপী মখোংদা, হৈত্রোই তংখাই

তাহৌবা খুনবা হানবা তান্নসি, সি... সা.. সি..। উচি-চি-চি... খাংমৈতৎ... খরুং মপান খৌওশাবা শেন্দ্রাং লাকই ফদ্রং...।

* * *

চাচা : (লাওনা) রুহিনি, কে কু ফোংঙো... রুহিনি.. কে কু ফোং ফোং.. রুহিনি।

রুহিনি : য়া (নোকপা) পানজল অনি শুরেকো...।

(নিংশিংবা লোয়বা)

চাচা : মতমশিংদো অমুক হল্লক্লরোই, অঙকপা পুন্সি খোংজেলনি, মিৎকুপ অমৎতা লেপ্পা ঙমদে, তকশিদা শোন্দুনা তোকই, ঙসিসু হৌখিবশিংদু নিংশিং নিংশিংনা মাংলোমদা চংশিল্লি...।

(অহিং অদু তুমদনা লেনখি।)

তরুকশুবা শরুক

নোং নুংশিৎ কন্না তৌই, মখোয়নি চোৎলি চোৎলি দুকানগী য়েনখাদা চাচা হিপই, রুহিনি ফমই।

চাচা : অয়ো ইমা আ... অয়োইমা...।

রুহিনি : অনাবা খাংবসু ওনথোক্লা হৈখিদ্রে...।

চাচা : নং হেক খাংঙুদনা, অয়োইমা... নোং ঙানগদবা কয়াম ব্রাৎলি... আ... আ...।

(চাচানা নাহে নাহেনা)

চাচা : ইংথমখ্রেদা, অহিং অসিদা নুংশিৎ অসিনা ঐগী থব্রাই হুমদোককদৌবগুম তৌরে। ঐগী অন্তকাল হায়বদু লাক্লবরা করিনো...।

রুহিনি : হায়হৈদে... ঈশ্বরগী মিংখৈ শোল্লু।

চাচা : নং চোৎলমাল্লে, খুয়াদুদা ফমদ্রবসু নাকনসিদা ফমলরাও...।

রুহিনি : চোৎতেদা...।

চাচা : অহিং অসি লোইগদবা কয়াম ব্রাৎলি ?

রুহিনি : অহানবা য়েনখোং অমদি তাখিবগুম তৌই...।

চাচা : ঐ নোংঙানবা ঙাইবা ওমগদবা মাদ্রে...।

হিনি : হায়হৈদে। ঈশ্বরবু নিংশিংউ।

চাচা : লাইবক থিবী...।

রুহিনি : হয়েংদি দেশা উপায় তৌদুনা ঐখোয়গী খুঙ্গং য়ৌনবা তৌরসি। মফমদুদদি ঐখোয়বু নুংশিবা মাইবসু লৈরমগনি...।

চাচা : ... হয়েং ঐ থাজবা ঙমদ্রে। হনবু হন্নিংদে ঐখোয়গী ইজৎ সনমান মফম অদুদদি ঙাক্তবা য়াদে।

| | | |
|---|---|---|
| রুহিনি | : | মফম অসিদা পুন্সি অসুম লোইবা ...। |
| চাচা | : | করি তৌই হায়বগে ...? পুন্সি অসে ... করিশু নৎলমদ্রে শিরগা লোয়রেকো ...। |
| রুহিনি | : | করিনো ঙাংবিরিবদু ভাব তাবিয়ু নোং অসিসু হাংলক্লে ...। |
| চাচা | : | নোং হাংলক্লবরা ? |
| রুহিনি | : | হাংলবগুম্বনি। |
| চাচা | : | অনাবদি হেনজল্লকলে, শ্বর অসিদি শম্নবা ৱারক্লে,আ... আ.. য়েৎলোমদা অমুক্তা চেপকে (য়াওনবগী মওং) রুহিনি নংদি হিংদবা য়াদে নচানুপাদু নোংমা হল্লকখিনি নচানা নংবু থিরখিনি। |
| রুহিনি | : | সে তুমিন্না পোৎথাবীয়ু, নোং ঙানদ্রিঙৈদা খরা তুম্বা য়াব্রা য়েংবীয়ু ...। |
| চাচা | : | নোং ঙানবদি ঙাইবা ঙম্নরোই, ইন্দ্রি মনুংদা করি করিনো ... প্রোক প্রোক শৌরক্লে, চাকথেকলকপগুম তৌরক্লে। অহিং অসিদা লোইনমক কাথেক্লগনি ...। |
| রুহিনি | : | হুমাই হুমলকউরা ? ঈশ্বরগী নাম শোল্লু ...। |
| চাচা | : | ইচানুপাদু মঙদা তোইনা উইদা ...। মীওইবগী পুন্সি করিসু নত্তেকো, অসুমক লোইরেকো ... ঐখোয়নিসু। |
| রুহিনি | : | সে করি তৌরগে, কৈসু তৌরোইদা য়েংগে। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা ইবেনবোক অমনা ৱারী লিবীখিদনা মতাং অমদা নোংমা হাযখিবদো ... তুরেন্না লাঙনা, ঙাউনা চীংনুং মানুংদা চোং ফন্দুনা হৌরকই। অচৌবা ঈপাক্তা তিল্লমদাইদা তুরেন্না কপ্পী ...। ঐগী পুন্সি লোইগদৌরে, হৌখিবশিং নিংশিংদুনা তেংথাই অদুবু কপনিংঙাই মরম লৈতে। ঈচেলদুনা অচৌবা ঈপাক্তা তিল্লগা নুংশাগী মৈশানা য়ৈবদা মনিল ওইনা পাইখৎলক্তুনা লৈচিন ওনখি, লৈচিন্না অমুক চীং মান্দা পাইরকতুনা নোং ওইনা তারক্তুনা তুরেলবু শিবা নাইহন্দে। হোংবা নাইরিবদি মীকুপ খুদিংগী চেনথরিবা ঈচেলনি, মিকুপ অমদা হিদেন অমদা লৈরিবা ঈশিংদো থংনবা মীকুপ্তদি অতোপ্পা হিদেন অমদা চেনথখ্রে। অদুম ওইনমক তুরেলগী মীং অদুমদি অহোংবা নাইদে ...। মীওইবগী পুন্সিসু তুরেলগুম্বনি। শিবা হায়শিদি ঈশ্বরদা চংজবনি। তুরেলনা অচৌবা ঈপাক্তা তিনবগুম্বনি, লৈচিন ওইনা হল্লকপা হায়বসি ঐখোয়গী মপোক অমনি অদুনা শিবা হায়বসিদি হকচাংদনি, আতমা, ঐ হায়বদুদি শিবা নাইদে করিগী তেংথানিংঙাই লৈরিবগে ... তারীবরা ... তারীবরা। ইস ! স্বর অসি লেপখ্রবোইনা করিনো তৌরিবসিদি। (চাচা শিরবা) (কপ্পা) ঐবু কনাদা শিন্নরম্বগে ...। |

(নোংঙানবগী মওং)

| | | |
|---|---|---|
| রুহিনি | : | ঐখোয় অনি শুরন্মী, ইতোমতা ঙাইরে, পুন্সি অমা লোইগ্রে, পুন্সি অমা লোইগ্রে ...। |
| নুপা অমা | : | ইমা তারিবরা? ইমা নংবুনে, ইমা রুহি, ইমা ... |
| রুহিনি | : | করিনো? |
| নুপা অমা | : | চাচাগী অশিবা হকচাংশে সিদা সুম থম্বা য়ারোই ঐখোয় পুখ্রগেকো। |
| রুহিনি | : | নংদি কনানো? |
| নুপা অমা | : | ঐদি ইমাহোইগুম্বগী মতেং পাংবা মীনি য়েংউ, ঐনা কুলিগকা পুরক্লবনি ...। |
| রুহিনি | : | নংদি কবি তৌগদৌরিবা ...? |
| নুপা অমা | : | মী অমা শিরবদি মদুগী হৌনবী তৌরুরগে সে লুপা মঙাসে ইমাগী করি করিনো লৈরুরো চাচাদি ঐখোয় পুজগ্রগে ...। |
| রুহিনি | : | (নোকপা) ঐগী ইপুরোইবগী মমল লুপা মঙা ... (নোকপা) "অঙাওবা" ঐনা মমল লৌগদবা নত্তে নখোয়না হৌনবী তৌবিগে হায়রবদি, মমলদি ঐনা পীগদবনি, নখোয়তনা মাবু পুবসু য়ারোই চৎমিন্নসি কদাইদনো চৎলো ...। |
| নুপা অমা | : | হায়মা অসুম ইন্নরক্লী মাল্লে লৈহৌরো ইমা ...। |
| রুহিনি | : | মসিদি ডাক্তার খানা নৎত্রা? |
| নুপা অমা | : | মানিনে লৈহৌরো (খোন কন্না) |
| রুহিনি | : | করিগীনো কা অদুদা পুশিল্লিবদি ...। তোর্ব্বান অমদা পুক্ষম থোক্লা? ইস! অসুক য়াম্বা অশিবা হকচাংশিং অসিদি কদাইদগীনো সংস্কার তৌদ্রবা ...? |
| নুপা অমা | : | তৌররোই ঐখোয়দি সংস্কার তৌনদে। |
| রুহিনি | : | অতৈদি তৌদ্রবসু মহাকপুদি হৌনবী সংস্কার তৌবীয়ু, ঐ নখোয়গী লমন কাওজরোই। |
| নুপা অমা | : | (খোন কন্না) চৎলো চৎলো সে লুপা মঙা নত্তে লুপা তরা লৌরো। সংস্কার তৌবা য়ারোই। |
| রুহিনি | : | লুপা চাম্মা ওইরবসু লৌরোই। করিগীনো অশিবা হকচাং ঙাক্তা সিদা থম্লীবসে? |
| নুপা অমা | : | ইহে। মরম খংলগা করি কান্নগনি। |
| রুহিনি | : | মহাকপু হান্নগী মফমদুদা পুবিরো। |
| নুপা অমা | : | ওনথোক্লা অনম কনখ্রেদা মসিগী অঙাওবীসিদি (কন্না) চৎলোনে অমুক পুবসু ঙম্লোই, পুরবসু নংবু থানানা ফাগনি। |
| রুহিনি | : | মরম হায়য়ু। মসিদা মাবু করিগী থম্লীবনো? |
| নুপা অমা | : | ডাক্তর হায়বদু খংব্রা? |

রুহিনি : খংঙি করি তৌরবা ?

নুপা অমা : অহৈবা ডাক্তর অমা ওইনবা ডাক্তর তম্বা অঙাংশিংগীদমক্তা অশিবা হকচাংশিংশে থম্লীবনি, অশিবা হকচাং লেনখাইরগা অনাবা য়েংবা তমগদৌরিবনি।

**অরোইবা শরুক**

**রুহিনি তুরেন্দা হৈ লৈ কৎতুনা লৈরি**

রুহিনি : (মতোমতা শোনজৈ) হৌনবা দেব কর্ম্ম অমৎতা পাংথোকপা ঙমদ্রেদো ননাইগী পুন্সি তোল্লিদা। নহাককী থবাইনা লানবা ঙমদনা ঐবু বারৌনা কোইপাই পাইদুনা লৈরম্লগনি ... হে জগৎকী মপু হে দয়াময় ননাইনা মিৎকী পিগা লোইননা কচ্চরিবা লৈ মনা খরা, ঈশিং খুজোক খরসে লৌবিয়ুকো। মহাককী থবাই লানহনবীরো। ঐগী মফম খঙখিদ্রবা হে ইচানুপা। অশি লৈবাক্তা লৈরবদি মফমদুদা নংগী পাজিসু চৎখ্রবনি মহাকপু তরাম্না ওকউকো ... ... অদুগা ঐবুসু থিন্দনা লৌররো। কেন্নবা ঐগী হকচাং পোল্লাং অসিদা থবাইনা কংনোক তৌদুনা শান্নবগী অর্থ অমত্তা থোক্রে। নখোয় অনিনা ঐবুসু লৌশিল্লরো।

১ বা অঙাং : রুহি আদা ঈশিংদা কুমদুনা করিনো অমা তৌরে। লৈতুম্না থাসি।...।

২ বা অঙাং : হুম থারগুমসি নহালমুক ফুবদো ...।

১ বা অঙাং : চাচাদি স্বাইদা উদে।

মখোয়না পুন্না : রুহি চাচা, রুহি চাচা, ... ... চাচাদি কদাইদা চৎখ্রে ...।

(পুন্না লরুবা) রুহি চাচা ... বোড়া হুরানবা
রুহি চাচা ... ফদি পুবা
রুহি চাচা ... কুকু কুকু ঈশিং খুজোকসে থকুরাও,
কুকু কুকু চেং খুয়াসে লৌরুরাও।

(অঙাং শিংগী লরুবগী খোনজেলনা থাপ্না লৈহৌই)

রুহিনি : (মতোমতা শোনজৈ) কদোমদনো চৎলিবসিবু ?
লাই ওইরবা খোংনাং পাম্বীদুগী মখাদা ঐবু হল্লুখিগদ্রা ? উখাদুদা অমুক হিপলুখিগদ্রা, পুন্সিগী পোৎয়োম মচা কয়া, বারী কয়াদি উখাদুদা তাদুনা লৈহৌরি।

ঐ হল্লরোই, লৈহৌরসনু ... আশা কয়াগা লোইননা হৌগৎলুবা খাংপোকশংগী থৌরাং, লৌইশনখ্রসনু সহর খোংনাংখোংগী ঐগী বারী ...। নিংবা কাইনা হেক হেক লোইশনবা পুন্সিগী থৌরাং কয়া ঐ করিমৎতা মিহৌদ্রে, অশিববু কৌরগে ...।

(অসুম লাকপনা হোসপিতালগী মিরেন শং য়ৌরে।)

(শোনজবা) ও ডাক্তর খানা য়ৌরেদনা, পাম্মুবা নহাকপু য়েংবা লাক্লিবনি ...।

নুপা অমা : করিগীনো শিদা লাক্লিবদি।

রুহিনি : ইবুংঙো নংবু কা অসিগী থোং ঙাকপরা ?

নুপা অমা : নত্তে। সে পৈশা তরানি।

রুহিনি : ইমা পৈশা অমুক নিদ্রে, ইমাবু কা অসিদা অমুকতং চংহল্লু ...।

নুপা অমা : সিদদি চংবা য়াদে।

রুহিনি : ইমা কুইরোইকো, মাবু অমুক্তং য়েংজগে ...।

নুপা অমা : (শাওরপ্না) স্বাইদা মা লৈতে ঐনা চংবা য়াদে হায়রীবসিনিনে চৎলো ...।

রুহিনি : সে থোংসি অমুক্তং হাংদোকউ ইমা কুইরোই ...।

নুপা অমা : ওনথোক্লা ইকাইবা খংখিদ্রেদা মসিবু ফাগীরা ? কা অসিদা লৈরীবসে সরকারগী অরুবা ঙাক্তনি ...।

রুহিনি : মনুংদা চংবা য়াদ্রবসু মিহুৎথোংদগী অমুক্তা য়েংজগে ...।

নুপা অমা : নংনা হেক্তা য়েংবা য়াদে, য়েংগে হায়রগা অচৌবদগী হুককুম অমা য়াওগদবনি, অচৌবদা ঙাংনরুচো, দরখাস অমা থারুচো ঐনদি ঙমদে ...।

রুহিনি : অচৌবদি কদায়দা লৈ ? ইমা ঙাংনরুগে।

নুপা অমা : সাহেবতি তুর চৎখি, ঙসি মঙানি তরানি হল্লকখিরোই ...।

রুহিনি : আ অদুদি হায়ফেৎতং মিহুৎথোংদগী য়েংখিগেকো ...।

নুপা অমা : (শাওনা) য়েংবা য়াদে চৎলো চৎলো ...।

* * * * *

(মতোমতা লক্ষীদা শোন শোন্দুনা চৎলি।)

রুহিনি (কংনোক নোকপা) নং খংদমাল্লে, মহাক্তি ঐগী অশেংবা লক্ষী, ঐ করিমৎতা য়াকৎলরোই। থম্মু চেকশিন্না থম্মু ছাত্রশিংগী নমুনা ওইনবা তম্মু, হৈনবা শিংননবা অদুবু মীওইবগী থম্মোইদা অসুম্মক লোইশনখিবশিংদুদি নখোয়না খংবা ঙম্লরোই তম্বদা হৈরোই নখোয়না মদুদগী ফংলকপা মহৈমশিংদুসু ঐখোয়গুম্বা অতোন অতাগী নত্তে...

* * * * *

মফম অসিগী য়ারিসু লোইশিল্লগে, অসিগুম্বা থম্মোই পান্দবা মীশিংসিদ হায়জবরোই, ঐ অমুক লাক্লরোই। কদোমদা চৎকনি ? ঐগী খুঙ্গংদা অমুক হল্লগে ...। ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী হেতু-খোং, খোংনাংবট পান্থী নখোয়বু ঙসিসু লৈরিবরা ? নখোয়গী মরক্তা ঐ অমুক চংজরক্লবনি।

খুঙ্গংদা অমুক হনবা। মীশিংদুনা ঐবু নোক্লরোইদ্রা? নোক্লসনু মখোয়গা ঐগদি মরি অমৎতা লৈনদে, মখোয়গী ব্বারিনা অমনি, ঐগী ব্বারিনা অমনি ...।

(রুহিনিনা চাচা মখোয়নি অঙাং ওইরিঙৈদা শান্নখিবা কেকু লোৎপী নিংশিংই।)

চাচা : (অঙাংগী খোনজেলদা খোনথাং হায়ফেৎ হাপ্পা)
রুহিনি রুহিনি কেকু ফোংঙো কেকু ফোংঙো ...
ফোং ... ফোং ... কেকু ফোং ফোং রুহিনি ...
... রুহিনি ... ... ... ...।

(লোইরবা)

## ব্রা খরা

লীলা ওইদ্রিবৈদা শৈরেং ওইনা লাকখি ঐঙোন্দা, শৈরেং ওইনা ইথোকখি। মথংদা লীলা ওইনা অমুক ইথোকপনি।

লীলাসিগী অহৌবগী মালেম লৈশেম্বগী শরুক অসি অরিবা মৈতৈ পুয়া শ্রী য়েংখোইবা ভাগ্যনা সম্পাদন তৌবা, মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা ইংকুমজা ১৯৬৭ গী এপ্রিল থাদা ফোঙবা 'লৈথক-লৈখারোন' দগী ঐনা খঙজবা মওংদা মচাক খরা লৌজে।

লীলাসিদা য়াওগদবা মশীং অকক্লবা লৈতে, মপুম ওইবা শক্তমদা মালেমগী মপুম ওইবা মীনা কৃক কৃক ইন্নবা শক্তম অমা লৌগনি।

অকক্লবা মফম লৈতে, মালেমগী মফম পূম্লমককীনি। মতম অকক্লবা লৈতে, মালেম লৈশেমদ্রিঙৈ, শেমলমদাইদগী ঙসি ফাওবগী অশাংবা মতমসিনি। মীওই অকক্লবা খরতগী ব্না নত্তে, মালেমগী মীপুম খুদিংগী ব্নানি।

## ১ বা উৎপা

## শৈহৌ

ফিজং হাইদোকপদা ফম্বাককী মনীং মযায ওইবপ্পা প্লেটফোর্ম, মীগী মবেপতগী হেন্না ৱাংবা অমগী মথক্তা থাকন মথোল তবেৎ খল্লি, মদুগী মখাদা মাক্ত উপ্পা শিদবা মপুনা প্লেটফোর্মগী মথক্তা খোংগ্রাই চন্দুনা হিবি কোল্লি। অহানবা প্লেটফোর্ম অসিগী মখাদা মীগী খ্বাংমুক বাংনা অতোপ্পা প্লেটফোর্ম অশাংবা অমদা পেনা শকপা মবি পবেং শানা পেনা লুদা থোংদুনা চৈজিংগা কোন্ননা ভাবোকলোমদা মায ওনশিন্দুনা ফম্মা।

পেনা শকপা : হযি হে হযা
যাইবিবেলদি শিদবা,
হৌজিকতি মবম অমা হাযকে
হৌজিক্তি তাইবংপানবু
শেমলমঙৈগা বাবু ফাওনা হাযবককে

মাইকৈ মবিদগী : আ হৈ হৈ হোইবৌ
হোইবৌ হোইবৌ
হোইলৌ নাকে শে।

মনুংদগী নুপীগী খোনজেল: আ হৈ হে
হৈযা হৈযা
হৈযা না কেশে।।

মাইকৈ মবিদগী অমসুং পেনা শকপা : (পুন্না) হিংকাবে হা হা হাই হে হে।

মাইকৈ মবিদগী : হা হোই হোই হা হা হা
হোই হোই হা হা হা
হেবিন লিনলা
হেবিললা হেবিনলা
হাযুতে খুলাইতে
হৈ যাসে হৈযাসে
তাহৌ হে হৌ
হযানাকে তা।

(শিদবা মপুনা নিংশা মপী ফুইনা হোনলকই, নিংশা অদু অসুম অসুম কনখলক্তুনা মমৈথংদা নোংলৈ নুংশিৎকী শক্তম লৌবমই। নিংশা কনখৎলকপগা ফম্বাককী আকোযবদগী মশীং লাকওমদনা মাক্ত উপ্পা মযাম চোং চোংদুনা জগোই শা শাদুনা থোবকই। মফম মবাং

খঙদবা জগোই শাই, জগোই অসিনা লিদ লিরবা মতমগী মওং নীংশিংহল্লি। শক্তম্না নোংলৈ নুংশিৎকী শক্তম লৌই।)

| | | |
|---|---|---|
| পেনা শকপা | : | গুরুনা লৈপাক শেমও হায়ববু করম্না শেমও হায়বনো হংএ।<br>গুরু শিদবনা তাইবং অপকমা মনুং ওইনা তাকপীরে<br>হুঁ হুঙ সংতরং কৌনা থোনবিরক্লে॥<br>পরিং নাংশং উরোং লাইশোন শিংকাপ<br>মঙা গুনা তাকপিরে॥ |
| শিদবা মপু | | উং। |
| ময়াম পুন্না অমসুং<br>পেনা শকপা | : | উং উং |
| শিদবা মপু | : | য়েং |
| পেনা শকপা | : | য়েং য়েং॥ |
| অমসুং ময়াম পুন্না<br>শিদবা মপু | : | ঙুং |
| ময়াম অমসুং পেনা শকপা: | | ঙুং ঙুং॥<br>(শিদবা মপুনা হৌগৎলকই, খোঙ ফাকলপ চেৎনা মখুৎ অনীনা খ্বাং মেন্তুনা উয়ুংগুম লেপ্পী। তপ্না তপ্না মমায় নোংথকলোমদা য়েংখৎলি) |
| পেনা শকপা | : | মকু থক্তা হুনকৎলে<br>নোংথৌ মমি লাকখ্রে।<br>নোংথৌ মমি মনুংদা কুরুমলেন্দি<br>কিংনাইবা কুরুমলেন্দি<br>শানাইবা কুরুমলেন্দি মৈ নাইবা<br>অহুমসিনা কোয়দুনা<br>শৌরা ওইনা ঙাকখরে। |

(ময়াম পরিং হুন্দুনা শান্নরকই, নুপা অমনা পরিং থুগাইরকই।)

| | | |
|---|---|---|
| নুপা | : | শুন তরংগী মথক্তা<br>মৈরাগী মশককুম<br>ঙানা সানা লৈরিবী<br>পায়মা ঐনা নুংচঙবী<br>তিল্লাং খোয়তাবী থোক্লরে<br>পেম্মা নঙবু কনানো ? |
| নুপী | : | হোইদা নহা অপিশা |

লৈকু মরুম খোইচোপ্লা
লৈরাই মরুম খোই হাইবা
লৈতুম হুন্না পাউশাবা-ও
ইপল পুল্লা কায়রেদো।

নুপা কাংবু : (তান্নদুনা শান্নবা)
নুপী কাংবু : শগোল চেনসে লানজেনসে
উরান চীংদোন লোমলুসে
খাঙলা পোৎপু পুরুসে।
হৈতুপ পিতুপ পিতাইনু
ননা তনতাইনু।
শগোল তোংবা কাইরংবা
নঙবু তোংবা য়াঙদেদা।
লমগী পেনা খোঙশাঙবী
নঙবু শায়বা ঙাঙদেদা॥
ইমিং ইমাং হাইরৌনা
খুবাক হাইরৌনা
হংচে কোল্লো॥

(শিদবা মপু লেপ্লম্বা থুগাইরকই, ময়ামনা চোং-চোংদুনা জগোই শাবদু য়াওরকই প্লেটফোর্ম মথক্তা।)

ময়াম পুন্না : (চোংনা চোংনা)
অথিং কোরে থিংকোরে
থিংকো রাংমৈ থিংকোরে।
লাইরেন পোকপা থিংকোরে॥
(শান্নবা মওং হোংঙি।)
থেংকু নমপোন নোয় নোয়
হৱায় থাঙপাক মথঙপাক
চেংপী লোইয়া মলোইয়া
লমলোই খারোই খাচিক্লা
খাচিক খা ফাংনা॥
(শান্নবা লোইরগা পদ্রাক পদ্রাক তাদুনা)
পিৎ তারেং রেং কর কর সং সং
সনশঙ লাইশঙ সমপিৎ পিৎ।

পেনা শকপা : হৌজিক্তি মী শাবগী ব্রাবু হায়কে
অশীবনা করম শাউ হায়বনো হংববু
অতিয়া শিদবনা হায়এ—
ঐগী ইশক তম্নমক্তবু শা-ও।

(শিদবা মপুনা খোঙফম চেৎনা লেপ্লী। ময়াম্না চঙশিন্দুনা মাঙোন্দা য়েংদুনা লৈ। মৈ মমখি)

**অনীশুবা উৎপা**

**ইকুই কুইদনা মৈ ঙানথোরকই।**

পেনা শকপা : সিগী মখা তাবদি
মালেম লৈবু লৈশেম্বা
লেঙলি পাল্লিবা পুন্নমকপু
অচৎ-চত্তা খিবিকপু
শমু মহকচাংদগী পুথোকখিবা
য়াইবিরেলদি শিদবা
অতিংকোক্তি য়াইবিরেল
চিংঙু মতিক চাউবনা
মাগী মখুৎশেম
নমু তাইবং উরগা
হরাও মোমোন নোক
মতিক চারে খন
মহুৎ মরেং শিন
পুঙমমনি নীং
মাগী তিক ঙাল
খুবাম চাউনা চাউনা
কুবিরম
মালেম লৈদা
লৈনা লৈ— লৈদ শা,
তাইবংসিদা
য়াওনা য়াও—য়াওদ শা
চরৈ ফিথুপ্না
মঙাল তাশিনখিয়ে।
মিৎলম ব্রাংমদা
না থৈদুনা লৈখিয়ে।

মপা লৈতা চাউরবা
মালেমসিগী
সিনি খঙদ হৃকলবা
থৌদাং পুম্বা শিন্নরম
নমু তাইবঙ মী মখৈদা
ঙায়হৌরেদো হৌজিক্তি।

(ময়াম শিদবা মপুদা য়েংলম্বদগী হন্দোরক্লুনা মাইখুম (মাক্স) লৌথোক্লগা চাইনা চাইনা ফমখি।)

অদু ফাওবা,
ঙাঙনহৌই খৈ নাইবা মপোক্লা
লীনহৌই মালংপান্দা।
অদুঙৈ লৈমিন্নরম্মী
মীগা লাইগা পুন্নবু
লান্নদুনা চানরম্মী—
অরৈ লৈত তান্নরম্মী।
ব্বারীসিগী ব্বাহনথোক
তিল্লাং য়োৎনা খন্থরু
থম্মোয় খোন্না খোন
কল্লক্লীংঙাই ওইদব্রা?
সিমসু হায়নৈদো
লৌশিং পাবোৎ লাকপশিংনা
লীনৈনে সিমসু
পুথাংদগী পাথাংদা
পাথাংদগী ঐখোয়দা—
শোরারেনদি অতিয়া
নেম্লম্মীদা ওম্থোক্লা
ফংলম্মীদা লাম্বা খুৎনা—।
নোংমগী কোরৌ নুমিৎতা
কোরৌ ময়াক চমমকপা
উতোন ব্বাতোন
চোইনৌ সনা অহিং মচু লাক
ঙাঙশং ঙাঙনা মচু শং
য়েংঙু কনা খোয়বু নৌ,
য়োইময়াই মাগা

মশানৌ মালেম লৈমগা
কায়নরমদাই
ঙৈহাক পুংজা মিৎচান্ননা
শানৌ নঙবু করম থা
খোঙশাল্লসিগে—ঐবু
খোঙবু থাংবা থোক্তওঁ
মশানৌ চেংলৌ শংত্রিক য়েং
য়েংঙু য়েংঙু পৃম্বগী—
খোয়বু নৌবা নুমিদাংৱাই
ফৌবু শুবী ইবেনগী—
শুককী শুকথা খুদিং
থিনগৎখিবু হায়নৈদা
অতিয়া মাবু।
শোরারেনদি অতিয়ানা
অসুম অসুম ৱাংখৎখি
অসুম অসুম ৱাংখৎখি।
মতৌদুবু উরগা
ফম্মেন থক্তা ফমলিবা
পয়া পরন শিরিবা
পুরেন্নিদি নাককপা ইপুনা
শমু পাঙ্গলদি থোকচদা
উপায় পাম্বেদি লৈজদা
শাংনা উঙম্বা মিৎনদি
মিৎয়েং শাংখৈওঁ
পৃন্নমক উরক
মিৎলুদগী পিরাং শীন্থ
তকশি শোন্না লৈহৌই।
অদু নোংদগী—
মালেমসিগী শকফম হোং
লাম্বা ফংলম্বা অতিয়ানা
লাম্বা ফংদা ৱাংখৎখি।।
লৈখি হায়দা
মীগা লাইগা তোখাই তা।
মতমদু ফাও

পাল্লম্মী-হাযদা চাত্নুম ওইনা॥
মতম খোঙলৈ মতুং ইন
খুনজাওবকখি লৈচাওবকখি
অমদগী অনী
অনীদগী মবি,
তবাদগী কুন
চামদগী চনী
মশীং থীবা ওমলক্তে
মালেম চকক চকুক্লখিদা।

(ফম্বাক্তা মী মযাম অমা চঙশিনলকই, চাইনা চাইনা ফম্লম্বা মী মযাম মখল মখাগী থবক শুই।)

পনজেং থেৎপা নুপা ঐগী খামেন চৎপা ফৈজোম।
(অমনা পুশিনলকই, শেৎচিনবী)

পনজেং থেৎপা বেশম ফুবিৎ শাইজোনবা।
(অমনা পুশিনলকই, লিৎশিনবী-)

পনজেং থেৎপা ঐগী পনজেং। (পুশিনলকই, ইনশিনবী)

পনজেং থেৎপা ইন্নফি। (পুশিল্লকই ইনশিনবী-)
(নুপা অনী, নুপী অনীনা থৌগল তৌদুনা পনজেং থেৎপা নুপা মযাম মবক্তগী প্লেটফোর্ম যৌনবা কাখৎখি। শিদবা মপুনা প্লেটফোর্মদগী কুমথবক্তুনা মাস লৌথোক্লগা মীযামদা তিনখি, থবক শূবা যাওখি।)

নুপা : পাঙ্গন থোক্না শূই
বাংলেন মিৎকুপ অমত্তবু
হাঙনা খক লৈথোকতে
শুবা নোম্বা হাযববু
সি মঙাইবে।

নুপী : শুই নোম্মী—
সিদগী হেন্নাশু নিংঙাই
নোমনিংঙাই লৈতে।

অতোপ্পী নুপী : অযুক যেন্দা অঙনবা
তু উদ্রিবৈ হৌ
চাবা মচেৎ চা
শেৎপা মচেৎ শেৎ
তুম্বা মচেৎ তুম

শূবনি নোম্বনি

অতোপ্পা নুপা : নোংজু নুংশা খাক্তা
তিনফা কাকফৈ থিদা
ইপুম থিংনা নোম্বা
ইপাঙ্গল থেক্লা শুবা
ঐখোয়নি।

ময়াম : অদুবু শূরা শূরা
অসুম নংলক
নোম্লা নোম্লা
অসুম চিশিনলক
চেনল চেনল
অসুম হনজিনলক
করিনো তৌরিবসিবো
করিনো ?

অতোপ্পা নুপা : লাইরবা ঐখোয়গী মপোক্তি
শূই শূদগুমই
নোম্মী নোমদগুমই।

অতোপ্পা নুপা : অতিয়াদা থোক্লিবা নুমিৎসিগী মঙাল
য়াওদে ঐখোয়গী শরুক
ঐখোয়গী পুন্সিদি অহিংগী অমম্বনি
নোংঙান্দ্রি হৌজিক।

(থবক কন্না শূথৈ। পনজেং থেৎপা নুপাদা অথেনপোৎ কয়া লানখৎলি। পনজেং থেৎপা নুপানা চারগা থক্লগা অরেম্বা লুখাক 'সে' 'তু' হায়না লংথরকই, মদু মীয়াম্না লাকনৈ।)

পেনা শকপা : পনজেং থেৎপা তম্বসে
ফিরান য়ুংলুরবা নুপাসে
চিংঙু মাগী মহুৎনি ঙসিদি।
তাইবংগী মঙাল পুম্বা
চুপশিনখ্রেদো তম্বা অসিনা
ঙসিদি।
চিংঙু মতিকচাউবদি
মিৎলম চামা ফাংবনি
থৌজাল তাইহেল নাইদবনি।
থম্মোয় মাগী—।

লাইজ ইবেনবুংগুম
মপালবুদি নাইদেদো,
মীনুংশি মাগী
অতিয়া মকোযগুম
খৈনাইদে,
অদুবু
নমু তাইবং মানা ওনবা
খোযুমদি
মিৎ পাল্লি পান্দগুমই,
মাগী অকোযবদা লৈবিবা
হন্না মুক্তবু যেংলুদে
যেংলবসু উকদে।
অদুম অদুম ওইনমক
চিংঙু মতিক চাউবনি
খোযুম মঙাল নাইবনি—
চিংঙু মাগী শাযোননি
খোযুম মানা ওনবনি—।
(থবক ব্রানা ব্রানা শূই।)

মযাম : চিংঙুগী মহুৎনি
খোযুম মাগী শাযোননি।
খোযুমগীদি শাযোননি
খোযুমগীদি শাযোন্নি।

(তুমিন তুমিন্না অসুম লেপতনা শোল্লি, লোইননা থবক শূথে।)

পনজেং থেৎপা : (ফম্বাক মথক্তগী লাউথবকই)
পজেং থেৎপা
ফিবান যুংলুববা
মাইপাক্লবা তম্বদুনি ঐ।
পোক্লকপদদি ঐসু
লৈবিবা মযাম অসিগা
মান্ননা পোক্লকই
কৈসু অমত্তা খেন্নবমদে,
অদুবু
ইপাঙ্গলনা হোৎনদুনা
ইবৌশিং শিজিন্নদুনা

ইথৌনানা
মফম অসি য়ৌরকপনি
ঙসিদি মায় পাকলে ঐ
শন্দোক্লরে মঙালসু
ঐগী অকোয়বদা
মঙালসিগা লোইননা
লৈত্রে ঐগী অৱাৎ অপা
ঙসিদি—
শিদবা মউ লিংলেদো
নাদবা মপাল থারেদো
মসি নত্ত্রা
মীওইপোককী মহয় ?
পোকপগী নুংঙাইবা
সিবু তানবা নত্ত্রা ’?

ময়াম : চিংঙুগী মহুৎনি
খোয়ুমগী শায়োননি।
চিংঙুগী মহুৎনি
খোয়ুমগী শায়োননি-।
(তপ্না তপ্না শোন্দুনা লৈ)

পজেং থেৎপা : ঐগী ইতুং ইন্নিংবশা।
ঐগী ইতুং ইন্নিংবশা।
ঙসিদি হায়দোক্লগে
ঙসিদি ফোংদোক্লগে অশেংবা ইশক
তাকথোক্লগে লাইৱা
উহল্লগে অথুপ্পা লম্বী।
ঐ লম্বী তাককে
লাউ,
য়েংঙু (খুদোম্বী থিন্দুনা)
আদা উরিবা কৈরাক অসি
ইতিহাসকী লম্বীনি
চাউখৎপা তানবা লম্বীনি॥
লম্বী সিদনি লাকখিবা
কৈরাকসিদনি কাখিবা
কৈরাকসিদনি কাখিবা

মীওইবগী তৌবা ওম্বা
মতিক ময়াই উৎখিবশিংদু
ফিরাল য়ুংলুরবা
পজেং থেৎলুরবা
ইতিহাসকী মীওইশিংদু।

(পজেং থেৎপনা খুদোনবী থিনখিবা মাইকৈদা মীয়াম্না কৃক কৃক ইন্ননা য়েংনবা হোৎনরি।)

মীথোইনীংবশা।
মীহেন্নীংবশা।
য়োইবু য়োইহেন তাল্লিবশা
নখোয়সু
কাবা ওম্নবা কৈরাকসিদা
লাকপা ওম্নবা লক্ষ্মীসিদা
মঙাল অসি ফংদুনা
অরাং-অপা লৈরোইদো
নুংঙাই য়াইফ-মরাং কায়রগনি।
মীথোইগনি
মীহেনগনি
শাগৈ চাউগনি
ঙাইরি মরা চৎকনি
নঙসু লাউ
নঙসু লাউ
লক্ষ্মী অসিদা
নঙসু লাউ
মীওইবগী মতিক মগুন উৎলম্মু।

(অমনা অমগী মথক্তা কাখৎনরকই, ইন্নবা হেনগৎলকই)

পেনা শকপা : পজেং থেৎপগী পুন্সি উরুরগা
মানা চৎখিবা লক্ষ্মী
মদোম তাকথোকচরকপগুম
খঙলকইদো মদোম থেংনরু খুদিং।
ঐনা য়েংলুই
মদুদা উখি ঐনা
মী ময়াম অমা লৈবা
মরাল লৈত্রবা চম্নবা
গতি লৈত্রবা মীয়াম

মকোক মকোকশিংদু লুকথৈ লোইনা
মী কাঙবু অমনা
হোৎনবি কাগদবগী কৈবাক্তুগী
থবাক অমদগী থবাক অমদা।
অদুগা
মচিন্দা শোল্লি
অসুম্না কাখিবা ঙাকনি
মীগী থবাকসে নেত্তুনা
মাযপাকখিবশিংদু।
মসিদি মহৌশাদগী তৌবকপনি
মসিদি মহৌশাদগী তৌবকপনি
মীযাম অমনা মক লুকথদুনা লৈবি
মীযাম অমনা হোৎনবি কাগদবগী।
চন্নবা মীযামশিংদুনা কাহনখি
মঙালগী লৈবাক যৌনবা
কাদ্রিঙৈদা ব্রাশক্রুন্মী মীযামদা—

(মীযাম্না মাইকৈ অমত্তদা যেংলম্বদু তোক্তুনা চোইনা চোইনা ফমখি। মখোযগী মবক্তুগী মশা নানবা নুপা হৌগৎলগা মযামদা ঙাঙলকই।)

মশা নানবা : থাজবিযু ঐবু
হাযজবিবসি অশেংবনি
মীযামগীদমক চৎচবগে ঐ
মফমদুদা,
পুজবককে মীযামগীদমক ঐনা
যেল্লগে মযামদা তন্না।
ঐনা চৎপু চৎখ্রবা
যৌবু যৌখ্রবা মফমদুনা
শুংশোই শোইজবোই
মযামগীদমক পুবককনি-।
অদুদগীদি মযাম পুন্নমক
চপ মান্ননা ইঙাল ঙাল্লগনি।
ঙাল্লবদা মঙালনা
শোইদনা কোককনি অমম্বসে
অদুদগীদি
ঐখোয পুম্বা চপ মান্নবগনি।

লৈকুৎ লৈতোং লৈররোই
লৈতেম মান্নরগনি ঐখোয়
খেন্নবা লৈররোই।
পোক্লকপদসু ঐখোয়
চপ মান্নরম্বনি
পোক্লকপদা
ঐসু মীনি
নঙসু মীনি
মাসু মীনি-।
ঐখোয় পুম্বা মী ঙাক্তনি
ঐখোয় পুম্বা মী ঙাক্তনি
ঐখোয় পুন্নমক চপ মান্নে।

ময়াম : করম্না ?
করম্না

মশা নানবা : নঙগীসু না পাল্লি
ঐগীসু না পাল্লি
· নঙগীসু না পাল্লি।
ঐখোয় পুন্নমককী
না অনী পাল্লি
মিৎ অনী পাল্লি।

ময়াম : (অমগা অমগা ওনশিন্নরগা)
ঐখোয় পুন্নমককী
না অনী পাল্লি
মিৎ অনী পাল্লি।

মশা নানবা : ঐখোয় পুন্নমককী
খোঙ অনী, খুৎ অনী—
নাতোন চিন কোক পাল্লি
মখোয়গীসু কোক পাল্লি
ঐখোয়গীসু কোক পাল্লি
ঐখোয়সু ৱাখল খনবা ওন্মী,
বুখিদা, লৌশিংদা ৱাখলদা
হেনবা নত্তে ঐখোয়দগী।

ময়াম : (অমগা অমগা ওনশিন্নরগা)

মখোয়গা ঐখোয়গা
মান্নবনি মান্নবনি
মখোয়গীসু কোক পাল্লি
ঐখোয়গীসু কোক পাল্লি।

মশা নানবা : সিদসু নত্তনা
থম্মোয় পাল্লি চপ মান্ননা
অরা নুংঙাই খঙডি চপ মান্ননা
অরাম খৌরাং খঙডি চপ মান্ননা
অইং আশা ফাওরি চপ মান্ননা
শাউনিংবা পোকলি চপ মান্ননা
নুংশিবা পোকলি চপ মান্ননা
ঐখোয়সু মীনি
ঐখোয়সু মীনি।

ময়াম : খেন্নবা লৈতেদো
চপ মান্নেদো।

(অমগা অমগা ওনশিন্নরগা)

নুপী : অদুবু য়াদেনে
ঐখোয় মখোয় চপ মান্নে হায়বা
ঐখোয়দনা হায়জবনি।

অতোপ্পা নুপী : রানা শূবনা ঐখোয়
হাউনা চাবনা মখোয়
ঐখোয়গীনা চরা হেনবা।

নুপা : কুরোন হুবনা ঐখোয়
থবিগী মহুমদা লৈবনা মখোয়।

মশা নানবা : পোক্লকই ঐখোয় পূম্বা
মফম অসিদা চপ মান্ননা
লৈমিন্নরকই ঐখোয় পূম্বা
মফমসিদা চপ মান্ননা।

অতোপ্পা নুপা : অদুবু করম্নো
অসুক শাথিনা
খেন্নখ্রিবসিবো?

নুপী : ইরায়বকনি-।
নরায়বকনি-।

নুপা : নহান মপোক্তা
করি পাপ তৌখিবনা
ঐনা অসুক ব্বারিবনো
হন্দক মপোকসিদা।
মসিবু করিননো
মসিবু করিননো ?

অতোপ্পা নুপা : শূবগীসু সি য়ৌনা
শূনিংঙাই লৈতে,
অদুবু মঙালদি ইফং ফংদে
খেন্নরিবসি করিননো
করিননো ?

অতোপ্পা নুপী : ফিভম খেন্নবননি-
ফিভম খেন্নবননি।

মশা নানবা : নত্তে, নত্তে, নত্তে
খেন্নদে ফিভমসু খেন্নদে করিসু
মান্নরবা অচৌবা ফিভমগী মনুংদা
লৈরিদো খেন্নরবা অপিকপা ফিভম,
অদুবু
মান্নরবা অচৌবা ফিভমদুদদি
ঐখোয় খুদিং
মান্নবনি চপ।
খেন্নরিবা অপিকপা ফিভমদুদি
শেম্বনিনে মী ঐখোয়না।

নুপা : অদু নঙবু কনানো
ঐখোয়না ব্বাবদা ব্বাবিরিবা
তম্বা নঙবু কনানো ?

নুপী : ইরৈকাই মচা মানদে
ইরম মচা মানদে।

মশা নানবা : করি ব্বানোদা ইমা ও,
লৈকাইসিদা পোকপনি
লমদমসিদা চাউবনি
করিগী শক খঙবিদবগে নচাবু
করিগী চিংনবগে ইপন ও,

অহল ওইবী নুপী অমা : অদু ওইরবদি পারি-ও
কয়ুম মচানো ?
পঙ্খৌ কনানা পোকপনো
পলেম কনাগী খোল্লাংনো
নমিংনা করি কৌবগে
নাখে শেংউ অতো-ও

মশা নানবা : অদু অদা কোথরবিরনু পলেমখোই
লৈকাইসিদা পোকপনি
নহোই নরক্তা চাউবনি
ঐসু নখোয়গুম্বনি
ঐগা ময়ামগা করিসু খেন্নদে।
ইপানা মপাল ফরুবনা
খরদং খেন্ননা উরুবনি,
মতম খরদং ফংজখিদরে
ময়াম মরক্তা তিন্নজবা,
লৈজবনি লেঙদনা
থম্মোয়দদি
ময়ামগী ব্রাখলদি।
ইশা ইনীংতন্নবা মতমদা
ময়াম মরক তিনলগে খন
থম্মোয়বু চেৎনা কোন
খাঙজরকইদো ঐহাক্না
ঐনা ইপা মনাক লৈরিঙৈদা
মীয়ামগী অব্রাবা উরগা
থম্মোয় অসি পুঙমখিদে
থম্মোয় চাক্লা ঙাইজখি মতমবু

অহল ওইবী নুপী অমা : নুংশিদা ইবুংঙো
মীনুংশি চাউইদা
য়াইফবদা ওইয়ু পারি ও !
চৎলুরো নঙ
ঐখোয় ময়ামগী ইহুৎ ইরেং শিন
মঙাল অদু লৌরুরো।

নুপা : চহী কুমজা য়াম্নকলেদা পারি
পঙ্খৌনা ব্রারকপা

নুপী : লোইদাম থাবুম য়াল্লক্লেদো পারি
পলেম্না নংলকপা।

নুপী + নুপা : (পুন্না)— ইচানা শরেপ ফারকপা
পারিনা কাংদোং ফারকপা
পলেম পম্বৌ অনীমক
অব্বাবদগী কনলরো
অমম্বসে কোক্লসি।

মশা নানবা : কাউবিগনু পলেম ও,
থাজবিয়ু পম্বৌ-ও,
মতম পুম্বদা ঐনা চৎচরিবসে
ময়ামগী য়াইফনবনি
ইঙক অসি য়োনজরবনি
থব্বাই অসি থাদোক্লমগে
য়াথংবু পীনবিয়ু
থম্মোয়বু শেংনা।
কাউবিগনু ময়াম পুম্বা
ঐখোয় পুন্না চৎমিন্নরিবনি।
মঙালগী লৈবাক্তু তম্না।

ময়াম : য়াইফরে, য়াইফরে।
(ফম্বাককী মীয়াম মকোক লোইনা লুকথদুনা পরেং শানা খুরু খুদক কুল্লি, মশা নানবা নুপানা ময়াম মরক খায়না প্লেট ফোর্ম মথক্ত কাখৎলকই।)

মশা নানবা : য়াইফরে য়াইফরে।
(চৎনা চৎনা)
চৎমিন্নরবনি ঐখোয় পুন্না
মঙালগী লৈবাক তম্না।

মশা নানবা : য়াইফরে
য়াইফরে।

ময়াম : য়াইফরে
য়াইফরে।
(মীয়াম্না মরু লুকথদুনা "য়াইফরে, য়াইফরে" হায়না ঈশৈ শক্তুনা লৈ। মশা নানবা নুপানা ময়ামগী মরক খায়দুনা চৎখিদুনা পজেং থেৎপগী মনাক য়ৌখি। ফিজং হাইজিল্লি।)

## অহুমশুবা উৎপা

(ফিজং হাইদোকপদা মাইকৈ মরিদা নুপী মরি লেপলি। ফম্বাককী মমাঙ ইথং থংনা মাইবী অহুম্বু মাইবা অনীনা চপ্পুনা খুরু খুদক কুন্দুনা ফম্লি।)

মাইবা অনী : হা থাবুং
হা লাইবুং
অহুম লাপুংনে।

মাইবী : ৱারবা নংলবা
লৈত্রবা লাইররবা
উপায় লৈজদ্রবা
মীচম ঐখোয় ময়ামগী
থৱায় মীরেন ওইরিবা

মাইবী + মাইবা : হন্নপুংদা হল্লক ও
তেনা পুংদা তেররো
নমা ঐনা নপা ঐনা
থৱায়ঐবু কৌরিয়ে
কুকু কুকু কুকু কুকু।

পেনা শকপা : হয়ি হে হয়ুম
মতৌ অসুম তৌনবু
তাইবঙ লাইর চদংনা
তোল্ল তারবা কাঙবুগী
মহুৎ মরেং শিন্দুনা
অমম্বা মপোক পোক্লবা
অতোং অকুৎ নাইরা
তাইবং তমপাক অসিবু
অতোংবদা লৈতেমলকপা
অকুৎপদা লৈথোনলক
লৈতেম্বু মান্নহন
তেমথোককনি শরিরম
অৱাঙবা খুভমদা কাহনখিবা
মশা নানবা তম্বদো
ঙসি ফাওবা লাক্লিদো,
থবিগী মহুম মনুংদুদা
সনাগী থাকল মখাদা
চানিংবদা চা

থক্লীংবদা থক
শেৎনিংবদা শেৎ
লৈখ্রেদো মহাক্তি।

১ বা চীথেককী নুপী : ঐখোয়গী থব্রায় ওইরিবা
হে মঙাল
লাক-ও

২ বা চিঁথেককী নুপী : ঐখোয়গী থব্রায় ওইরিবা
হে মঙাল
লাকও

অহুমশুবা চিথেক্কী নুপী : ঐখোয়গী থব্রায় ওইরিবা
হে মঙাল
লাক ও লাক ও,

মরিশুবা চিথেককী নুপী : ঐখোয়গী থব্রায় ওইরিবা
হে মঙাল
লাক ও লাক ও

মশা নানবা : পলেম মানবী ইমাখোই
পম্বৌ মানবা ইপাখোয়
পলেম শকপী ইচেমহল
ইবুংগী ইবেম্মা থবাতোন!
ব্রাংলেন ঙৈহাক পুংগৌইদদি
ঙাইরমখোনে ঐবু,
নখোয় ঐখোয়গী অপাম্বসিনদি
তরাই তরাইবদি নত্তবনিনা
ব্রাংলেন থুনবুদি পাংথোকপা
য়াহিকপদি থোকখিদরে পলেম ও
নপারি লৌশিং চাউবনা
পাঙ্গল থোক্লা নোমজরি
ঈরেন ঈশা তরেৎমককী
লৌশিং পুম্বা খোমজিন
য়ারিমখৈ হোৎনরি।
ময়ামগী য়াইফ মঙালবুদি
কন্না তান্নজরি।
নচাবু থাজবিয়ু
তাংজ লিলহা মতৌগুম

ইরৈ অনি লোঙজরোই
হায়খ্রবা ব্রা হোংজরোই
ঙাইবিরমখো, ঙাইবিরমখো।

(ফম্বাককী মমাং ইথং থংবদা লৈরমলিবা মাইবী ফিজেৎ শেৎপী নুপী, মাইবগী ফিজেৎ শেৎপা নুপা, মাইকৈ মরিদা লেপ্লম্বা নুপী মরি লৈরম্বা ফিভম থুগাইদুনা ময়াম মরক্তা তিনখি।)

মাইকৈ মরিগী নুপী : নুংশিদা, নুংশিদা
নুংশিদা, নুংশিদা
লাকঅনি
লাকঅনি
কুইররোই
লাকঅনি
শোইদনা লাকঅনি।

পেনা শকপা : শোমদনা মশা নানবা নুপাসিসু
পুকচেল শেংনা
পাঙ্গন থেক্লা হোৎনরি
অদুবু
অপনবা কয়ানা লাঙ্গোইবু চল্লিদো।
মতম খরগী তুংদুদা
পুকচেল শেংলম্বা মহাকসু
ওনখ্রেদো মৈরানবী,
মৈগী শুমহৎপা শক্তম উরুবদা
চোংশিনখ্রেদো মৈরিদা।
অশোমদনা
মল্লবা পুন্সিদা ইরাক্লরিবশিংনা
মঙাল ফংদবগী খোইরাং খোইশাউনরি।
(প্লেটফোর্ম মথক্তা মশা নানবা নুপানা অচা অথক কয়া চারি।)

ময়াম : মশা নানবা নুপাসে
ঐখোয়গী ইহুৎ ইরেং শিন
ঐখোয়গী য়াইফনবা
ব্রাখলবুদি খনবিরি।
ঐখোয়গী য়াইফ ব্রাখল খনবিরি।

নুপী : ফিভম অসি ইহোং হোংদে।

নুপা : হোংদে
ইহোং হোংদে।
অতোপ্পা নুপী : হোংদা হোংলদবোই নীংলুই।
অতোপ্পা নুপা : হন্দক্তি শোইররোই খনলুই।
অতোপ্পী নুপী : হান্নগী হান্না অদু মণ্ডায় করিসু হেনগৎতে।
অতোপ্পা নুপা : হেনগৎতে
ইহেন হেনগৎতে।
(থবক শূবা হৌই)
অতোপ্পা নুপা : লাইরবগী লাইবক
অসিগী অসি মণ্ডায়।
নুপা অমা : লাইরবগী মপোক
অসিগী অসি মণ্ডায়।
মণ্ডাল ফংদে
ঙসিসু অহিং ওইরি
লাইরবা কোক্ত্রি।
ঙাইবদি তোকপা য়াদে
শূদবদি য়াদে
ঙাইবা তাই
ঐখোয় ঙাইবা তাই
ঐখোয়গী মতম অদু
ঙাইবা তাই।
(ময়াম ফমথখি। রুটিন ব্রাক কয়া তৌখি-। ঙাইখি।)
পেনা শকপা : আশানা থনলম্বা পুন্সি
নোংনা থনলবা অতিয়া
নাম্বোক্তুনা পাইথোকখি।
ব্রাখলগী লৈরাং
লোন্না থুপ্ন শাৎচবা
অমমমতা ওইনা কেন্দুনা
পাইথোকখ্রে মনিল ওন্দুনা।
(ময়াম ফম্না ফম্না য়াম্না চোকথনা ঈশে শকই।)
ময়াম-(ঈশে-) : নুমিৎ থোরক
নুমিৎ তা
হোরেন করি চানি
হয়েং করি চানি।

চেঙ হৱায়
থুম থাউ
ঙারি ঙাতাই
অনা অয়েক।
নুমিৎ থোরক
নুমিৎ তা
হোরেন করি
হয়েং করি
হৌজিক্তি চারে
হোরেন্না করম
হয়েংনা করম।
(হন্না হন্না শকই।)
ঙসি ঙসি
হয়েং হয়েং
মহাক্তি লাকপা লৈতে
মঙালদি লাকপা লৈতে।

নুপা : হৌজিক্তি
ঙাইবসি চোকথরে
ঐখোয় হৌজিক
চোকথরে।

অতোপ্পা নুপী : থৱায়সু চোকথরে
ৱাখলসু চোকথরে
হকচাংসু চোকথরে॥

ময়ায় : হে
মপুম ওইরিবা মতম
নঙবু কৈদৌঙৈ
লেপকদগে
নঙ্গী কাংখোংগী
লোইনাইদবা খোঙচৎসে।

(থবক শুরম্বা ময়াম মরক্তগী শিদবা মপুনা-ওনবা নুপানা ফুক হৌগৎলক্লগা থোরক্লুনা)

শিদবা মপুনা ওনবা : তৌরিবা মতৌসিনদি ওইররোই
অতোপ্পা অমমুক তৌদুনা য়েংসি।

অতোপ্পা নুপা : করি করম্বা অমা তৌসিগে ?

শিদবা মপুনা ওনবা : অমুক্তুং লেঙদুনা য়েংসি
সে
খজিক্তুং লেঙসি
সে।
অতোপ্পা নুপী : লেঙসি
অতোপ্পা নুপা : লেঙসি
নুপা : খজিক্তুং লেঙসি।
শিদবা মপুনা ওনবা : অদুদি
লেঙসিকো
সে

(ময়াম লেঙনবা হোৎনৈ। ওমদে, মচী লেঙদে, নুংগুম চপ চপ য়ুংঙি।)

শিদবা মপুনা ওনবা : করি তৌরে লেঙদ্রবদি ?
ময়াম : করি তৌরে
লেঙদ্রবদি করি তৌরে ?
নুপা নুপী খরা : লেঙবা ইয়া য়াদে।
শিদবা মপুনা ওনবা : করিগী য়াদনি
য়াগনি
: সে লেঙসি, খজিক্তুং লেঙঙসি
সে
হো-হা
ময়াম : হো হা
শিদবা মপুনা ওনবা : সে লেঙনবা কন্না হোৎনৌ হন্দক্তি
সে হোৎনসিকো
সে খজিক্তুং লেঙসে-
ময়াম : মরেঙসে
নুপা : সে খজিক্তুং
শিদবা মপুনা ওনবা : সে খজিক্তা
ময়াম : সে খজিক্তা (লেঙবা ঙমদে)
পেনা শকপা : য়ারোই
লেঙঙু য়ারোই।
কুয়োমসে
ঐখোয়গী ইথক্তা কুপশিনলিবা-
য়েরুম মকু সে
য়াম্মনখ্রে ওম্মোক্লা।

থামনখিবদা নত্তেদা
কুয়োমসিগী মনুংদা
হিংলিবা মমুৎ ঐখোয়গা
শম্নবা ঙমদ্রেদো
মথককী কুয়োমসিগা।
লৈরেনে অহোবা অমা চাউনা
শম্নবা ঙমদনা।
কুয়োমদমক মরেঙলে
মনুংদা য়াত্তরিবসিদি লেঙদ্রে
মসিদি অৱাবনি
মসিদি অৱাবনি।

(ময়াম "ঐগী ঐগী" হায়না হায়নদুনা মহৈ মহৈ কৃক কৃক ইম্বনা অমনা অমবু ইন্থরমদুনা চৎখৎখিগদবগী হোৎনরকই। কাঙবু অমদি তুমিন্না লেপলি। তৌনরিবদু শিদবা মপুনা ওনবা নুপাদুদি য়াওদে, মানা শুগদবা থবক শুদুনা অদুম লৈ। ইম্নবা কনখৎলকই, ঙৈহাক অসুম্না তৌনরম্বদগী তপ্না তপ্না ইংথখি।)

শিদবা মপুনা ওনবা : (মতোমতা)
তৌনরিবসিবু চুমলিব্রা?
ঐখোয়না মঙালনি খল্লিবা
মসিবু শোয়দ্রবা, অশেংবা মঙাল্লা?
মীওইপোককী অশেংবা মঙালবু
তরাই তরাই তুপথোকপসিবু চুমলিব্রা
মিৎনা উরিবগা
অশেংবা মশক্কা
কয়াম লাপ্নরিবা
কয়াম নক্করিবা?
কদায়দনো পুন্সিগী অশেংবা
লেঙদ্রবা মঙাল?
উরিবা লশ্মী অসিনা করম্বা?
মসিনা কদায় য়ৌনা চৎকদৌরিবা
ঐগী থৱায়না কৌনিংলক্লি
খৈনাইদবদো।
হে অহৌবসু লৈতবা
হে অরোইবসু লৈতবা
হে অহোংবা নাইদবা

হে মাঙহন তাকহন যাদবা
হে লেঙদবা
হে অশেংবা
হে অচুম্বা- ·
নঙ লাক-ও
নঙ লা-ও

(ঙৈহাক তুমিন লৈবগা শিদবা মপুনা ওনবা নুপানা মযামদা চঙশিনলি।)

শিদবা মপুনা ওনবা তাইওন্নবে, তাইওন্নবে
পুন্নমকসি তাইওন্নবে ঐঙোন্দা।

নুপী . কবিনো তাইওন্নবিববু ?

শিদবা মপুনা ওনবা : তৌনবিবসি
যানীংলক্লে
ঐহাক খমবা নাইদ্র ইবোনুংদুদা
লুপথদুনা লৈখ্রগে
মপাল নাইদ্র ইপাক্কুদা তিনখ্রগে।
পোৎ লৈবা ঙাক্কনা
পেনবা ঙমমক্লে।
অসুম্না অসুম চৎথববদি
ফংলবোই মঙাল
মিৎকী তন্দন নত্তনা।
ঐখোয পুম্না মপু নত্তনা মপু শাবনি।
মঙালনা পুমঙাল ঙাল্লবা
মপুং ফাবা শক্তমদো—
তান্নবগে ঐদি।

(শিদবা মপুনা ওনবা নুপানা মযাম মবক্তা চঙশিন্দুনা হুক হুক লৈশিন্দুনা মশক মাঙখি।)

নুপা : ঙবাংগা ঙসিগা
কবিদা খেন্নবি ?

নুপী : কবিসু খেন্নদে
অহোংবা কবিসু লৈতে।

অতোপ্পা নুপা : অদুদি কবম তৌসিগে ?

অতোপ্পা নুপা : কবি তৌকনি—
চেনলিবা খোঙজেল অসিগী
খোঙথাংদা ঐখোয যাওবিবসি নত্তনা ?

নুপী : ঙসিদি ঐখোয ঈখৌ লাংবা হেনগৎলক্লি।
ঙসিদি ঐখোয মিহৌ মিকা হেনগৎলক্লি।
হেনগৎলকলি
হেনগৎলক্লি।

(মীযাম কৃক কৃক ইন্নবকই, 'ঐ ঐ' হাযনদুনা অমনা অমবু চিংথোকনৈ। কাঙবু অমনা মকোক লুকথদুনা লেপলি। কাঙবু অমনা মখোযবু চিংথোক্লগা কাখৎখিনবা হোৎনবি। অসুম্না 'ঐ ঐ' হাযনা ইন্নবগী শক্তম কাযদনা লোইদ্রিবা ফাওবা লৈগনি।)

পেনা শকপা : শক্তম অসি উকবদি
কবিনুংগী উকবনো
পাযমা পিবুকসি নুংশিদা।
অতোন অতা মক্তনি
উপায লৈতা লুকক্লা
তৌফম খঙদা লেপলিবা।
মশাগী ওইজ তানবা কযানা
খুদোংচাবা লৌগদবগী ঙাইবিবা,
মফম পুন্নমক্তা উবিদো
মতম পুম্বদা লৈবিদো।
ঙসি ফাওবা
মী মযাম অমা মকোক লুকথদুনা লৈবি মী মযাম অমা মকোক লুকথদুনা লৈবি।
(ফিজং হাইজিল্লকই।)

লোইববা

## মীশক মীওই

তোম্বীমচা : মমা।

রনজীৎ : মচানুপা।

যামিনী : মমৌনুপী।

শান্তিবালা : শকহেনবীনুপী অমা।

# ইমুংগী কা অমা, চাকশঙ

(অচম্বা ইমুং অমগী চাকশঙনি। লৈরঙ চেঙফু, ঙারুবাক, শীং ঈশিং সনাবুন, পুখম তেংঙ্গোৎনচিংবা মফম চানা চানা লৈ। যামিনী চাক থোংলি। চাক্তি হান্ননা য়াইশিনখ্রে। শৌগৎলকপা য়েনশাং অদু মখুম হাংদোক্লগা খাবৈনা অমুক অনীরক্তং ওৎলি। অদুগা মখুৎ-মশা হামবগী খুজুম অদু হৈদোকপা মনীংথোঙ হাংদোক্লগা থোকখি। রনজীৎ চৎথোককদবগী মফি হোংলগা ফুরিৎকী কুদাম পান্না-পান্না য়েৎলোমথংবা নাকন্দগী চঙলকই।)

মতম—নোংমাইজিং নুমীৎকী অয়ুককী পুং মাপন তারমদাইনি।

রনজীৎ : (লময়ায়দা লেপ্লগা) কদায় চৎখ্রে? যামিনী, কৈদৌরে হৌজিক ফাওবা চাক লোইদ্রিবসে?

যামিনী : (চঙলক্লগা) লোইগদৌরে।

রনজীৎ : (শাউরপ্না) কদৌঙৈ লৌইগদৌরিবা? নোংঙানবদগী চাক অসিদা ফাওবা মতম চানা নংনবা থোংদবসিবু করিগীনো?

যামিনী : (ফমথরগা য়েনশাং ওৎলদুনা) হান্না হেক শাউবিরকখিনু। লোইগদৌরে হায়রিদনা।

রনজীৎ : অদুবু কদৌঙৈ লোইগদৌরিবনো। পুং মাপন তাগদৌরবসি খঙদ্রা?

যামিনী : ঐসু কন্না মহোৎনরি, তৌদবা নত্তে। ঙসিদি নোংমাইজিংনি, ছুটিনিনা ওফিস কাগদবসু নত্তেদনা।

রনজীৎ : নোংমাইজিংনি, ওফিস কাররোই হায়দুনা চরা হেল্লসি হায়বরাও?

যামিনী : (চাকখুমগী ব্রাই শীৎচিন-শীৎচিন্না) ঐ মদুমক্তি হায়জদেনা। মতমসে পঙথেঙ থেঙবা নত্রি, ছুটি নুমীৎনিনা খর থেঙলবসু কায়দে হায়বগী ব্রানি।

রনজীৎ : নঙনা লোইনা খঙবিরেনে। মতম থেঙবা-থেঙদবা, ছুটি ওইবা ওইদবা নঙনা তুকা থিবগী মরম করিনো? ছুটি নুমিৎ ওইবা নোংমাইজিং অসিনা হেন্না থবক চিল্লিবনি খঙলব্রা?

যামিনী : মী পুন্নমকসু ওফিসকী থবক তৌনৈ। মখোয়না নোংমাইজিংদা থবক চিন্দ্রগা ইবুঙোনা অসুক চিল্লিবসিবু করিগীনো?

রনজীৎ : নঙনা মদু খঙলগা করি কান্নে?

যামিনী : খঙজবদবু করি অকায়বা লৈবগে?

রনজীৎ : হে, নঙ পঙহেন হেজিল্লককনু। ফুরক্তুনা ননমদু তৎকনি।

যামিনী : ফুবিনীংবগীদি ফুবিয়ু। ফুবসি ঐঙোন্দা ঙসি নোংমতগী নোহৌনা থোকপা নত্তে।

রনজীৎ : চীন্থক্তকা খুমগনু। মচীন ওন্থোক্লা কনখ্রে মসে। নুপা নহাগী থবক্তা নুপীনা য়েৎপা নঙ্গন নাদুনতা তোকপনি। খঙঙু নুপী হায়বসিদি নুপানা হায়বদুতা তৌগদবনি।

যামিনি : (খরা থাপ্না লৈবা পুখম তেঙ্গোৎ লৌশিল্লগা) হোয়নে, ঐ অসে চাকখুমগা ফৌশু খোঙগদা ইপুনশি চূপ্না পুন্দুনা থম্বিরোনে।

রনজীৎ : নচীন থীনুকো। ঐ অসিবু নঙনা কৈরোল লৈকায় মমাঙসিদা য়াম্না ফত্তবা তাহনগদৌবগী তৌরিবসি করিগীনো ?

যামিনী : (কোল-লীক তৈথোক-নাম্বোক্লদুনা) মদুবু ঐগী ইতিক্লা ? ফত্তবা পুম্নমক ঐঙোন্দা তাইনবিনু। ঐনা ফমনবগী ইমুং অসে মনা-মনিল নাইদবনি।

রনজীৎ : ইঃ ফরেদা ইবেম্মা। নঙ লৌবদগী ঐগী মাথা অসে ঙহাক্তা ঈংনা পোত্থাবা ফংহল্লবনি।

যামিনী : লৌদ্রিঙৈ ঐবু কোয়তান তান্নবিবা মতমদুদা খম্নবিহৌদ্রিবা করিগীনো ? ফরে, পম্বিদ্রবসু ইরাইনা ইয়ুমদা চৎচখিনি নুংতিগী স্কুটর মনীং নপ্লিবী শকহেনবী ইবেম্মদু পুশিনবিরক্লগা মাথা ঈংনা নুংঙাইনা পানবিহৌরো।

রনজীৎ : অওইবরা নঙ ? নচীন অদু। (রনজীৎ শাউনা যামিনীগী মনাক্তা চঙশিল্লি।

যামিনী : ফুবিগে হায়বগীদি ফুবিয়ু : চাকখুমদদি মাংথোকপিনু।
ইবুংঙোগী খুৎ পেন্নবা ফি হোংদোক্লগা লময়ায়দা ফমজরগে।

রনজীৎ : মসে, মচীন অসে। (রনজীৎ মুমাঙদা লৈরম্বা তেংকোত্তা খোঙনা কাওই।)

যামিনী : কোল-লীক্তা তাইনবিনু ইবুংঙোনা থুগাইরগা অবোক্লা ঐঙোন্দা তাইনবিনি।

রনজীৎ : হে, নচীন্দু থীনু, তুমিন লৈয়ুনে। চাক্তু প্রপ প্রপ লোইনবা তৌগেদি হায়দ্রদুনা পঙঙাঙদা ঙাঙলিবা করিগীনো ?

যামিনী : ফরে ফরে, অফবসু ফত্তবসু ঐ করিমতা হায়জররোই। ইবুংঙোনা তৌবিনীংবদা তৌবিরো।

রনজীৎ : মচীন অসে কপত্রেংদু মঙায়। লাইরিক হৈবী নুপী লৌরগা মৱা-মপুরোইবদা ফুল-রাইট দিমান্ত তৌই হায়বদু ঐখোয় ইমুংদা থোকএ।

যামিনী : (খাবৈনা য়েন্সাং ওৎলগা) নুংঙাইরেদকো ইবুংঙো করিসু লৈত্রবী ঐ অমগীদমক লাইরিক হৈবী নুপী পুম্নমকপু চেম্ভবা ৱাদু হায়বিগনু। ঐনা লাইরিক খরা তমজরকপসে ইবুংঙোদা ফুল রাইট দিমান্ত তৌননবা আরগুমেন্ট তৌননবা নৎচদে। ইশাগী লৌশিং খরা ওইজনবা, মীৎ নাকোঙ শিংনবা অদুক তমজবনি।

রনজীৎ : খুম্বকাদি হৈরে। মচীন অসে কবোক পোকপদু মঙায়।

যামিনী : খঙজদ্রে ইমুং অসিগী মতৌ অসে। খুম্মবসু খুম্মি মহায়বা, খুমদ্রবসু খুমদে, উশিৎ থৌওইদে মহায়বা। ঐনা ইমুংসিদা লৈগদবসে ফনা লুই। ঐ ওইবগী অসুক কুইনবু খাঙঙিবনি।
(যামিনী ঙাঙনা ঙাঙনা মনীংথোঙদা থোকখি।)

রনজীৎ : কয়াদা উশিৎ-থৌওইখিদ্রবা নুপীনো ? নুপাসিনা শাউরে হায়দুনা তুমিন্না লৈতবনি। মাসু মানা থোকপা খুমহৌদবা য়াদে মতাগুম পঙঙাঙদা ঙাঙবা।

যুম অসিদা ঐবু মীকুপ অমা ফাওবা পোত্থাদুনা লৈনীংবা পোকহন্দবনি। (মখুদাংদা শিবা ঘড়ী য়েংলগা) লেপ্পা লৈত্রবা মতমগী খোঙচত্তি অসুম চৎখিবা, ঐখোয় ইমুংনা অসুম দিলে তৌবা। সত্য নংদদুনা তোক্লরনি। চাককা চাব-চাদবা—।

(রনজীৎ চৎখিগে তোই। তোম্বীমচা চঙলকই।)

তোম্বীমচা : রনজীৎ, নঙ কদাযদা চৎকদৌরিবনো ?

রনজীৎ : ইমা, ঐ অরুবা থবক খরা লৈ।

তোম্বীমচা : নফি-নরোল হোংলববু চাক চাররোইদ্রাও ?

রনজীৎ : চাররোই, হৌজিক ফাওবা লোইদ্রিসিনি। মতম অসি থেঙখ্রবনি, নংনদদুনা ব্রা থোক্লরনি।

তোম্বীমচা : খঙদ্রেদা রনজীৎ ইমা ব্রা ঙাঙনীংদে। ইমা মনেম ফত্তবা হায়বদু ওইদৌরি। নঙগী নুপীসিনা মোনবসিনা, ইমাদি নহান্না পামদে হায়বদুনি। ইচানা পামদুনা পুরকপগী অদুক কদাযনো হায়না তুমিন লৈবনিদো। নুপী জুগোৎ চাদে, নঙ নরাইবক থীকো নুপামচা।

(যামিনী লা-লাতোন অমা পায়রগা চঙলকই।)

রনজীৎ : লোইদ্রিবরনে নঙগী চাক্তুবু ?

তোম্বীমচা : যামিনী, ইনেম নঙোন্দা ব্রা কয়া ঙাঙনীংদে। নঙ অসে ওন্থোক্লসু হৌনবা খঙখিদ্রে। নুপাসে থবক য়াম্না চিল্লি, নুংত্তিগী থবক চৎলি খঙলবদি খরসু ওন্না থোংবা য়াইদনা। নুমীৎ চুপ্পা করিবু তৌরিবনো খঙদে, নঙগী শুরু-শুরুসে ওন্থোক্লা হৈনখ্রে। য়েংবদা মীৎ নাই। নঙনা চাক থেঙলগা থবক নংদবগী মীরা তাবনা ইচানা, নঙদি যুমসিদা নুংঙাইন ফম্লগা চাদুনতা লৈবনিনা করিসু খঙবিপোৎ নত্তেদো ইবেম্মা।

যামিনী : (চাক থিগদবগী চফু থাংদোক্লদুনা) অবোক, ঐসু নোং ঙানবদগী ঙহাক্তা পোত্থাজবা নত্ত্রি।

তোম্বীমচা : খুন্বদি কয়া হৈরিবনোনেসে মতমগী ছাত্রী ওইরকপী লাইরিকহৈবীনিনা। মমা-মপানদি মচা নীঙোল পোক্লগা মব্রা-মপুরোইবগী সেবা করম তৌনিদি তম্বিরক্লেদো।

যামিনী : (চাক থিনা-থিনা) অবোক, ঐনা ওক্ত-শিংদবগীদমক তাকপিয়ু, চৈবিয়ু, ফুবিয়ু; ঐ করিমত্তা শাউজরোই। ঐনা মরম ওইদুনা ইমা-ইপাদা বদনাম পীবিগনু।

তোম্বীমচা : ই..., ব্রাঙাঙকাদি হৈরেদা। হো ইবেম্মা, ঐ নঙগা ঙাঙনবকা ঙমজপোৎ নত্তে, তোকপিরো। সত্য ইমুং অসে নুংঙাইদৌরি। ঈশিংগা থাউগা পাত্র অমতদা হাপ্লবনিনা ফনা নিংথিনা তিম্নগদৌরি।

(তোম্বীমচা চৎখি। যামিনী তেনকোত্তা উয়ান্দগী য়েঞ্জাং হাপথৈ)

যামিনী : চাক খরা থেঙবগীদমক করিগী অবোক্তা ব্রাকৎপিরুরিবনো ?

রনজীৎ : (লাউহৎলদুনা) তুমিন লৈয়ু, নচীন্দু থীনু। ঙাইখো নঙনা ইমান ঙাঙবদা খুম্মুরিবা করিগীনো ?

যামিনী : ঐনা লনজরে, তোকপিরো।

(যামিনী লময়ায়দা ঈশিং খরা খীক্তোক্লগা রনজীৎকী চাক থাংদোক্লবা তৈবোই-নানবোই তৌই।)

রনজীৎ : নঙনা লাল্লে হায়রগা হেক্তা তোকদ্রা ? অহন অসে ঐবু পোকপী ইমানে খঙলব্রা?

যামিনী : ঐসু খঙজৈ, ঐবু পোকপী ইমাগুম ঐসু লুনা খনজরিবনি।

(চাক-য়েনশাং থাংদোরকই।)

রনজীৎ : অদুনা উশিত্ত্রিবনিনে, হা ?

যামিনী : অদুম্না শেরান্ননা খনবিগনু। খুমদনা তুমিন্না লৈরগসু অরানবা তাই। উশিত্তদুনা তৌরিবনিসু মহায়বি। খুম্মে, চীনগনবী লমচৎ-ব্যবহার নাইদবী মতাই। ঐবু করম্না ইমুং অসিদা লৈয়ু হায়বিরিবনো ? অদুগা ইবুংঙোনসু অমুক চাক থেঙবগী অবোক্তা ব্রাকৎপিরুরি।

রনজীৎ : থেঙববু থেঙঙি হায়বনি। ব্রা য়াম্নদনবা ঙস্তানা থোংবা য়াদ্রাও ?

যামিনী : থোংদবা নত্তে, থোংলি। য়াম্নমক থেঙবসু নত্তেদনা। নোংমাইজিং নুমীত্তা ইবুংঙোনা য়াম্না চিনবিরিবা থবক্তো করিনো হায়বা ঐসু খঙঙি। হায়রুদনবু করি কান্নগবনো হায়দুনা তুমিন্না লৈজবনি।

(লা মচেৎ অমদা মোরোক মেৎপা হাপ্লগা চাক পুখম মনাক্তা থম্মি।)

রনজীৎ : ইঃ খঙবিরেদা নঙনা ঐগী থবক পান্নরিব্রা ?

যামিনী : য়াম্না থেঙলে হায়বদায়, প্রপ প্রপ হারগা লেঙবিখ্রো নংননবা।

রনজীৎ : (চাগদবগী ফমথরদুনা) চাবু চানীংদ্রে।

যামিনী : (ঈশিং খুজাই লানশিল্লগা) সিনেমা য়েংবগীদমকপু করিগী ব্রাথোক ওইহনবিরিবনো ? খঙনা-খঙনা ঐসু ব্রা ঙাঙলদুনা করিবু কান্নগবনো হায়বগী তুমিন্না অসুম থোংজরিবনি। করিগুম্বা থেঙলে খনবিরগনা চাদনা কোক চৎথ্রগা য়েংবিরুবা য়াই। পূং অহুমদনি। হল্লক্লগা চাবসু পঙথেঙ থেঙলোই।

রনজীৎ : তুমিন লৈয়ু। পূং অহুমতগী থবক নত্তে খঙলব্রা ? হোরেল নুমীৎ তাবা ফাওবনি। সিনেমা য়েংনীংলে য়েংনি, কোয়নীংঙে কোয়নি, ঐগীদি থবক্কি পূম্নমক।

যামিনী : পুম্নমক খঙনা-খঙনা থব্রায়সি নুংঙাইতনা তুমিন ইরান্নংগীনি হায়দুনা খাঙদুনা লৈবনি। ঐনা ফত্তবদি ইমুংসি মহী লাঙনিদো।

রনজীৎ : (ফুক হৌগৎলগা) করি হায়বা ? নঙনা ইমুংসি থুগাইগে হায়রিব্রা ? ঙসি নঙ ফুদুনা শিজনি।

যামিনী : ব্রাহে খুদিংগী ফুবা ফুবা। চীন্না হায়বিদৌ শরুক খুৎ থোক্লা হেক্তা ফুবিয়ু। ফুবা হায়বসিবু ঐঙোন্দা ঙসিদগী ওইনা নৌনা থোক্লিব্রা ?

রনজীৎ : হে তুমিন লৈয়ু। চৎথোকখ্রো, নশক্তু, য়েংনীংদে। ঐবু ঙহাক্তা শান্তি পীয়ু, চাক চাগে।

(রনজীৎ চাক চাগদবগী অমুক ফমথৈ। য়েনজাং মহী তোৎলগা চাক চখোম অমা অনী হুকই। চানীংদনা চায় ইশু শুগৎনা। যামিনী চাকখুমগী অচাইবশিং শীৎচিল্লি)

যামিনী : (শাউনা মুরুম মুরুম শোনবা) ঐদা য়ুম অসিদা লৈত্রবদি ফগদৌনি।

রনজীৎ : চাক য়েনশাংনি হায়দুনা তৌরিবসিবু খৌনাউসিদা ইচঙ চঙু য়াদে। সিগুম্বা চীঞ্জাকসি চাদুনা কয়াম কুইনা লৈখিদৌরিবনো খঙদে। (যামিনীদা) হে, সিগুম্বা চাক-য়েনশাংসিবু মীনা চাবা হৌনব্রাও ?

যামিনী : কৈদৌরবগে ?

রনজীৎ : অসুক হাউতনা থোংলিবসি করিগীনো ? য়েনশাংসিবু সি নত্রবদি থোংনীংঙাই লৈত্রবা জাৎলাও ?

যামিনী : লৈতবগী পাঙননবা অরৈবা হেক্তা থোংলবনি। করিমত্তা চাবা য়াদ্রব্রাও ?

রনজীৎ : য়োৎশিনবদা খৌনাউ অসিদা চঙু য়াদ্রেনে। চাক্লা মরোন অমা তাইচুংলা করিনো কল্লিবা। ঙারৌ অমা পুথোরকউ।

যামিনী : ঙসিদি ঙারৌ অমা ফাওবা লৈত্রে। হৌজিককীদি অসুম পাঙন-পাঙনবা লোইশিনবিখ্রো। হোরেন লৈবা হায়বদুনি।

বনজীৎ : করি ? ঙারৌ অমতা ফাওবা লৈতবা ? হোরেন নঙনা চাবা মতমদা পুথোক্লবা লোৎশিল্লিব্রা ?

যামিনী : (শাউরপ্লা) করিনো তাকপিরিবদুবো ? ঐবু য়াম্না চাবা ফজদবী চাক্লক্তা ঙারৌ ফুম্বী ওইনা খনবিরব্রাও ? থাজদ্রগা য়েংবিয়ুসে।

(যামিনীনা ঙারুবাক হাংদোক্লগা উৎলি।)

রনজীৎ : অদুবু ঐনা চাগে হায়বা মতমদা হেক্তো লৈহন্দ্রিবসি করিগীনো ?

যামিনী : লৈহন্দবা নত্তে, লৌইথোকখিবা মতাং থোক্তুনা তৌবনি। লৈবা মতমদদি হায়বা-হায়দবা অদুম মহাপচরি। করিনো, ওস্তোক্লা ব্রা শাংথব্রে।

রনজীৎ : (শাউরপ্লা) ব্রা শাংথবা হায়বদি ? ঐ অসে নঙগী নুপানি খঙলব্রা ?

যামিনী : খিৎ তোকপিরো।

রনজীৎ : নঙনা তোকউ হায়বগা হেক্তা তোককদ্রাও ? ইমুং অসিদা নঙনা ননীং তৌবা য়ারোই খঙলব্রা ?

যামিনী : শোর ফাওবা কন্না হোনজবা ঙমদবা ইমুংসিদা ঐনা করি ইনীং তৌরবগে ?

রনজীৎ : ব্রা য়াম্না ঙাঙনুকো। অরেম্বদা নপাম য়ৌজনি।

(রনজীৎ খরা চারগা চাক চাবা তোকই। তেংকোত্তা মখুৎ হাম্মি।)

যামিনী : মদুনা খরা ফরগনি। থৱায় অসে ওম্থোক্লা নুংঙাইতনা কপ্পা কপ্পা লেল্লবনি।

রনজীৎ : (হৌগৎলগা মখুৎ তৈথোক্লদুনা) হেক হায়রুবগা থৱায় নুংঙাইতেগা, কপ্পিগা— শুৎ-শুৎ হেক তৌরদুনা। অদুম তৌরগা নুংশিবিগদবোই নীংব্রা ?

যামিনী : নুংশিবিয়ুসু হায়জদে। ইমুং অসিদা মী অহুমদং লৈবদা ঐনা নাইতোম্নি। ইকাই খঙদবগী ঐদনা ইমুং অসিদা নৈশিন্দুনা লৈরবনি।

(যামিনী চাকখুমদগী থোরক্লগা রনজীৎনা চাক চাবগী কোল-লীক লোইশিল্লি। লুখাক শেংজিল্লি।)

রনজীৎ : ৱা মখা তাথরনু। চৎলম-খোৎলমদাইসিদা মঙ্গল ওইরোই।

যামিনী : করিসু নুংশা থীবিগনু। শোয়দনা উন্নগনিয়ে, খরা থেঙলবসু মরাইনা ঙাইজরমগনি—।

রনজীৎ : (খোন খরা কল্লপ্পা) মতোয়নরা নঙ ? নচীন অদু।

(তোম্বীমচা চঙলকই।)

তোম্বীমচা : রনজীৎ, চাক চারব্রা ? নঙগী থবক হায়বদুবু থেঙদ্রিব্রাও ?

রনজীৎ : করিগী থেঙদনি হায়বগে। পূং অসি মাপন মখায় তাশিনখ্রবনি।

তোম্বীমচা : যামিনী, নঙ অসে ওম্থোক্লা ৱাখঙদেদকো ইবেম্মা। নুপা অসি মথৌ চিনবনি, থবক লৈ হায়রবদি য়ুমগী থবক্তু খরসু অহান-অকোন নাইনা তৌগনি।

রনজীৎ : মসিগী নুপীসে কয়া জুগোৎ চাবা জাৎ নত্তে।

(রনজীৎ শউনা থোকখি।)

যামিনী : অবোক, ঐঙোন্দদা অরানবা তাহনবিনু। মহাককী নোংমাইজিং ফাওবা শংদবা য়াম্না চিল্লিবা থবক অসে করিনো হায়বা অবোক্লা খরা থিজিনবিরবদি ফগদবনি।

তোম্বীমচা : করিনোনে নঙনা হায়রিবো ইবেম্মা ? নঙনা ঐঙোন্দা অমুক থৌদারিবরো

যামিনী : অবোক্তা ঐনা থৌদাজবা ইতিক নৎচদে। অদুবু মহাক্লা চৎলিবা শাজৎ-লীচৎ অসে অবোক্লা খঙবিরবদি ইমুং মহী লাঙলিবসি লাঙলোইদবনি

তোম্বীমচা : ঐগী ইচানা করি তৌরবা ? ঙসি নঙ মদু হায়দ্রবদি য়ুমসিদা লৈবা য়ারোই খঙঙু।

যামিনী : হায়দোক্লুদনবু করি কান্নগদগে, ইপামদা লৈজখিবনা হেন্না ফরে।

তোম্বীমচা : নঙনা চৎনীংলগা চৎপা, লৈনীংলগা হেক লৈবা য়াবরা ? নঙনবু চৎপিখ্রবদি কেৎলে। নুপীসিবু নঙদরাও ? ইচাগীবু নুপী ৱাৎপরা ? পেঞ্জরেদা লাইরিক হৈবীনা ইমৌ ওইবা।

রনজীৎ : অবোক, ঐবুদি চৎচখিগনি। ঐনা অবোককী মফমদা থোইনা লানদবরা হায়না খঞ্জে। অদুবু তম্বা ঙমদে, লাল্লম্বা য়াই। হয়েং তুংদা মহাক্লা পামজরিবা ঐগী ইহুৎ শিল্লগদৌরিবী অদুনা ইমুং অসিদা লৈদুনা। অবোককী সেবা তৌররবা মতমদা লাইবক থীবী ঐনা অবোককী মফমদা কয়াম কায়বগে হায়বদু খঙবিরককনি।

তোম্বীমচা : ই.....ইবেম্মা, ৱাঙাঙকাদি ওন্তোক্লা হৈখ্রেদা। নঙ ময়ায়রেনে লমচৎ ফজবী, লানজদবী।

(রনজীৎ চঙলকই। থবক চৎকদবগী মফি শেৎপা লোইরে, টাইকা পুল্লক্রে)

রনজীৎ : করিনো মানা হায়রিবদো ?

তোম্বীমচা : পোন্দা ফাজিন্দুনা থম্বদু ঙায়রে, লৈনীংদ্রে চৎলগে হায়য়ে।

রনজীৎ : লৈনীংদ্রগা চৎচখোদনা। মাবু ঐনা ফাদুনা থম্ব্রা ?

যামিনী : ফরে, ঙসিমক থিনবিরো। অসুক লৈহন্নীংদ্রবা ইমুংসিদা লৈরুদুনা করি কান্নগদগে ? ঐ লৈবদগী ইবুংঙোগী য়ান্না অকায়বসু ওইরে। নুংতিগী স্কুটর মনীং নপহন্দুনা পুরিবী শকহেনবী অদুবু ইনাওনুপী ওইনা পুশিন্দুনা নুংঙাইনা লৈবিহৌরো।

রনজীৎ : (খোন কল্লপ্লা) নচীন থীনুকো নঙ।

যামিনী : স্কুটর হেক লৈঙেদগী য়ুমগী মখাদা ঙহাক্তা লৈব্রাও ? ইনাদা য়ানবা লৈ, ইঙক্তা শিবা লীক লোইনা কায়থোক্তুনা লৈখিবা নত্ত্রো ? মীগী মচা তোংহন্নবগীদমক ইবীক ইকোন কাযথোকপদা তারে। থা মরি-মঙা অসিগী থাগী তলবনা কদায়দা থম্বিখ্রবা ?

রনজীৎ : নঙগী সনা খরা কায়খিবগীদমক্লা হন্দক নঙনা ঐঙোন্দা খৎনবা অসুক হৌরিবসে। সনাদা লাইনীং ওইবী ইবেম্মা, শিংবিনি নঙগী সনাদো, করিসু ৱাগনু।

তোম্বীমচা : খঙঙে ইবুংঙো ইমা খঙঙে। স্কুটর লৈরগা মনীংদা হাপতুনা পুবিদে হায়বগী শাউবনিদনা। ইমৌ ইবেম্মসে মাগী মনীং থুংজনবা নঙগী স্কুটর মনীংদুদা হাপ্লগা মণিপুর পুম্বা শীনবা থুংনবা অমুক্তা কোয়পু পুবিয়ুসে।

যামিনী : তোংজনীংদে তোংবদসু ইতিক চাজদে। শকথীবী ঐনা তোংলগা ইবুংঙোগী মায় চোপ্লবনি। নুংতিগী তোংবগী তোংবা ইবুংঙোখোয়গী ওফিসতা থবক তৌমিন্নবী শকহেনবী অদুবু অদুম তোংহনবিয়ু, ঐ করিমত্তা শাউজদে।

রনজীৎ : নচীন অদু থীনু, নঙ নঙ হায়রিবসিনি।

(ফুগদবগী মওঙদা যামিনীগী মনাক্তা চঙশিল্লি)

যামিনী : হেক্তা হাত্তোকপিরো, মদুনা ইবুংঙোগীসু ঐগীসু ৱাই শংলনি।

তোম্বীমচা : নুংঙাইরেদা ইবেম্মা, ইচাবু মীহাৎপা তাহনবিরগেরা ? মানসু ইচাবু য়াম্না ওক্তবা নুপী নহাদা ঙাওবা নুপা তাহল্লিনে।

যমিনী : অবোক, মানা তৌরিবসে মুন্না অমুক্তা য়েংশিনবিয়ু হায়জরিবসিনি। নুমিদাং খুদিং অহিং থেঙলবা মতমদা হল্লক্লিবা, নোংমাইজিং নুমীৎ খুদিং পোখাবা শংদ্রিবা করম্বা ওফিসতা কারিবনো ? থাগী তলবনা কদায়দা থমখ্রবা ? পূম্নমক অসি অবোক্লা অমুক্তা থিবিরগা ঐবু চীন্থীবীনি হায়বিয়ু।

তোম্বীমচা : ই.... খঙলেদা ইমৌদি। নঙনা হেক হায়রিমখৈ চুম্লে।

রনজীৎ : মানা ঐগী তলব অসিদা পান্নবা। স্কুটর লৈবদা মীঙোন্দগী পুরুবা শেলদু শিংখ্রিবনি খঙলব্রা।

যামিনী : করম্না কৈদৌবগী পুরুরিবা? সরকারদগী লোন ফংবদাই। অৱাৎপদুনা ঐগী ইরীক-ইকোন কায়থোক্লগা তৌনখিবা নত্ত্রাও?

রনজীৎ : অদুক য়াম্না নঙনা থিগৎপগী করি নথৌ লৈ?

যামিনী : থিগৎচররোই, মরম পৃম্বা খঙজরে। উচি চাকহোন্দৌনা অসুম খরা খরা পুথোকখিদৌ শরুক হেক্তা পুশিনবিরকও কৈদৌবগে? ঐগীদমক্তা নুংশা থীবিরুনু, ইরাইনা চৎচখিনি।

তোম্বীমচা : ঙাইখো রনজীৎ, মানা অসুক কন্না হায়রিবসিবু নঙবু অতোপ্পা নুপীকা কোয়রব্রাও?

রনজীৎ : কদায়দগীনোদা ইমা, মানা মচীন থীরিনি।

যামিনী : হোয়, ঐ চীন্থীবীনি। স্কুটর মনীংদা হেক হেক নপহল্লিবীদুদি ঐগী মীত্তা উহনবা মীত্রংগী লাইফদিবীরা?

রনজীৎ : কয়াদা মচীন থীখ্রবা নুপীনো। নোংমখক্তং লম্বী লমদাংসু থোকই, মতমসু থেঙখ্রে হায়দুনা নপচবা অদুবু মানা নুংতিগীকা হায়জিল্লিনে। তৌনু, মীগী মচা লৈশাবীদা বদনাম তৌ-লাককনু।

যামিনী : বদনাম থোক্তনবা কোক হেক পুশিল্লকপনা ফৈ হায়জবনি। খঙদ্রে, নুংতিগী মনীং নপ্লিবদু ঐনা মীৎসি ফত্তদুনা মশেন মরাং উবা ওইবা তারে।

(যামিনী কোল লুখাক পুরগা মনীংথোঙদা থোকখি।)

রনজীৎ : সত্য, মসিগী নুপীসে, মখাঙ অসে থুদেক্লরনি।

তোম্বীমচা : ঙাইখো রনজীৎ, যামিনীনা অসুক থম্মোয় শোক্লা হায়রিবসিবু অচুম্বা ৱাফম্না?

রনজীৎ : কদায়দগীনোদা ইমা, ইমাসু য়াওনা চীন্থীবী অসিনা পঙঙাঙ ঙাঙবসি থাজরব্রাও।

তোম্বীমচা : শউনীংবদগী মানা অদুক পঙহায় হায়বা ওইরবদি ফৈ। নত্তদুনা অশেংবা ওইরবদি ফত্তে। নত্তে, নঙবু অপঙবী লাইরিক হৈতবী নমানি হায়দুনা ঐঙোন্দা মীনম্লিব্রাও? থা মরি-মঙা অসিগী অদুক য়াম্বা তলব অদুনা কদায়দা থমখ্রবা? তশেংনা মীগী অপূবা শিংখ্রিবা জাৎলা? নত্ত্রগা অরেম্বদা ঙাওশিন্নদুনা মাঙহল্লবরনে? ইমুংদা চরা হেন্দে হায়বদা খাক্লিবসে খরদি খঙঙু।

রনজীৎ : ইহে, ওম্থোকপনিদা। ইমাসু য়াওনা ঐবু ওক্তবা শীরব্রা? কনাগুম্বী অতোপ্পা নুপী অমদা মীৎচিনা হুন্না য়েংলুবদি হায়রুগনু, ওফিসকী অচিনবা থবক ময়াম অসিনা কোক অসি ঙহাক্তা ঈংন পোখাবা ঙমজদ্রবনি।

নুপীগী

খোঞ্জেন : (মপান্দগী) হো ইমুংসিবু কনা-কনা লৈবিবগে? ঐ অমুক্তা চঙজরককে।

তোম্বীমচা : হো ইবেম্মা, কনানো? য়ানি য়ানি, হেক্তা চঙলকউ। (মশক মতৌ ফজবী ফেসন্না চুরবী শান্তিবালা চঙলকই। মখুত্তা পর্স অমা পায়। মমীৎ-মনা তথক তথকই। মহাকপু হেক উবদা অরায়বী নুপী নত্তে হায়বা খঙবা ঙম্মি। মহাক্না থাজদনা চঙলকপদা রনজীৎ ঙকই।)

শান্তিবালা : মিস্টর রনজীৎ, কৈদৌরবা থানবা মতম শোয়রবদি? ঐ ঙাইবা ঙমদ্রদুনা অদোমগী য়ুম য়ৌনবা হেক্তা লাক্লবনি। য়ৌর ওহাক ওইরে। মপান্দগী কৌবদা শুক্তা তাদ্রবদুদা ইমুংদা হেক্তা চঙজরক্লবনি, ৱারৌবা য়াদেকো।

বনজীৎ : ঐসু লোইরে। চৎনবা তৌরসি, গাড়ী ইন্থোরক্লগে।

(রনজীৎ থুনা থোকখি।)

তোম্বীমচা : ইবেম্মবু কনানো?

শান্তিবালা : ইমা, ঐ মিস্টর রনজীৎকী গর্ল ফ্রেন্দনি। ইমিংনা শান্তিবালা কৌজেয়ে। ইমাবু মিস্টর রনজীৎকী মাদর ওইবিরব্রা?

তোম্বীমচা : নখোয়গী নরোলকাদু ইমাদী খঙদেদ্য। (যামিনী চঙলকই)

যামিনী : মান্নি, অদোম্না নীংবিরিবদুমক্লি।

শান্তিবালা : অদোম্না কনা ওইবিরবনো?

যামিনী : ঐ ইমুং অসিগী মী অমনি।

শান্তিবালা : হায়বদি মিস্টর রনজীৎকী মচন নত্রাগা মচে?

যামিনী : ঐ অমতা নৎচদে।

রনজীৎ : (প্রপ প্রপ চঙলক্লগা) শান্তি, চৎলসি?

শান্তিবালা : মিস্টর রনজীৎ নুপীসিবু কনা ওইরবনো?

রনজীৎ : ও, সিদা লেপ্লিবীসিরা? ঐখোয়গী চাক থোংনবা থম্বী নুপীনি।

যামিনী : মান্নি, ঐ ইমুং অসিগী চাক থোংনবা থম্বী নুপীনি, হৌজিক্তি ছুটি ফংলে, হোরেলদগী অদোম্না থোংবিহৌবা তারে।

(তোম্বীমচাগী মনাক্তা চঙশিল্লগা খুরমদুনা অবোক) ঐ চৎচরগে। ঐনা লানখিবা পুম্বা ঙাকপিয়ু। হৌজিক্তি মহাক্না খোয়দাজবী নুপী লাক্লবনিনা ইমুং অসি ঈংনা পালহৌরনি। চাক থোংবগী ৱাথোকসু লৈররোই।

তোম্বীমচা : ঙাইখো যামিনী, নঙ চৎখিবা য়াদ্রি। (শান্তিবালাদা) ইবেম্মরা নুংত্তিগী ঐখোয় রনজীৎকী স্কুটর মনীং নক্লি হায়বদো?

শান্তিবালা : ও: আই সি। মিস্টর রনজীৎ, নহানমখৈ অদোম্না ঐঙোন্দা শান্নরিবা লীলাদো মসিরা? অদোমবু পাখংনি, লুহোংদ্রি হায়বদাই? অদোমগী ফিজেৎ-চাকচা, শেন-থুম, স্কুটরনা ঐবু মীৎ থকহন্দুনা ঙাওহনবদো ঙসিদগীদি য়াররোই। লীলা লোইরে। ঐনা চিংনরকপসু কুইরবনি। ঙসিদি হুরানবা ফারেদো।

তোম্বীমচা : (শাউনা) ইবেম্মসু স্কুটর তোংনীংমল্লি। (তোম্বীমচা থোকখি)

রনজীৎ : শান্তি, চৎলসি লাকও।

শান্তিবালা : করিনো চৎপা হায়রিবদুবো ? কদায়দা ? করিগী ?

রনজীৎ : শান্তি, নঙগী ব্রাখল শেরান্নরে। ঐগী ব্রা তাখো।

শান্তিবালা : তাদ্রবসু লোইনা খঙলে। নতাত্তো করিমত্তা কান্নররোই কৈশাল মউন উপ্লা য়াউমচা। ঐগীদমক য়ূম কায়নবা তৌবিনু। ঐগী আশা থাদোকউ।

রনজীৎ : (ইকাইনা অমদি শাউনীংবা অনী য়ান্নদুনা) পূম্নমক চীঙ্খীবী মীনাইনুবীসিনা থোকহল্লিবসিনি।

(রনজীৎনা যামিনীবু ফুগে তৌই, শান্তিবালানা মরক্তা চঙশিন্দুনা খাম্মি।)

শান্তিবালা : করিনো মিস্টর রনজীৎ, ঙাওরবরা অদোম্বু ? অদোম্না মীৎ চুমদ্রগা য়ূমগী নুপী ফুবিগদৌরিবসিবু করিগীনো ? মদুদি য়াম্না ফত্তে। নুপানা ঙম্মি হায়দুনা নুপীবু শা-ঙাগুম্না খনবদি তৌবিনু, নুপীসু অদোমগুম থম্মোয় পানবা মীনি। সে, অদোম্না নহান তলব ফংবদা ঐঙোন্দা ফি লৈয়ু হায়দুনা পীবিবা লুপা চহুমদো ; শুবরা য়েংবিয়ু। ঐ মীগী নুপা মুনবা পামদে, কায়নরসি ঙসিদগী, বাই-বাই।

(শান্তিবালা পর্সতগী লুপা চহুম লৌথোক্লগা লময়ায়দা থাদরম্মি, অদুগা থুনা চৎখি।)

রনজীৎ : ঙাইখো শান্তি ! শান্তি !

(রনজীৎ শান্তিবালাবু তান্নগে তোই, তোম্বীমচা চঙলকই।)

তোম্বীমচা : কদায়দনো রনজীৎ ? নঙ চৎখিবা য়ারোই।

(রনজীৎ ঙহাক ঙকচানদুনা পল্লি, অদুগা চৎখি।)

যামিনী : অবোক, ঐনা ফত্তদুনা ইমুং মহী লাঙহল্লে। মখোয় অনীবু কৌশিনবিয়ু। য়ূম অসে মহাককীনি। ঐগীদমক্তি খনবিরনু, চৎচখ্রগে।

তোম্বীমচা : করি ব্রানো যামিনী, নঙ য়ূম অসি থাদোক্লুনা চৎপা য়ারোই। নুপানা মরমচৎ চুমদ্রবদা য়ূমগী নুপীনা মপুক্লীং ঈংবা হৌনদে। ইনেম্না নঙবু শেরান্ননা খল্লুরে। নঙদি অশেংবা লক্ষীনি। ইনেম্না নঙোন্দা ঙাঙখি-শকখিবা পুম্নমক নপুক্তা পুক্রৌ-ব্রারৌ থমগনু। (লুপা চহুম খুনগৎলগা) সে, শেল অসি লৌশিল্লু। নঙগী নরন্নি।

যামিনী : ঐ লৌজরোই। অবোক অদুম লৌশিনবিয়ু।

তোম্বীমচা : (নমদুনা পীরগা) করিগী লৌরোইদৌরিবনো ? লৌশিল্লু সে। ইনেম ঙসিদি জ্ঞান তারে। হৌজিক্তি নঙনা হায়বা লোইনা চুম্নম্মে।

(রনজীৎ শাউনা চঙলকই।)

রনজীৎ : মসিগী নুপীসিদা হাৎলগা লোইরে। (রনজিৎ যামিনীদা ফুগে তৌই।)

তোম্বীমচা : (খোন খরা কল্লপ্না) রনজীৎ, যামিনীগি মশা শোকপা য়ারোই। মাবু হেক

ফুবদা ঐ য়ুম অসি থাদোক্তুনা চৎখিগদবনি। ঙসিদি ঐ লোইনা খঙলে, উরে। ঐগী ইচা রনজীৎ কনানো, ইমৌ যামিনী কনানো, ঐ নিংথিনা খঙলে। যামিনী মপুনসিগী ওইনা য়ুম অসি থাদোক্তুনা চৎপা য়ারোই। নঙসু মাবু হন্দোক্লমদুনা চৎখিবা য়ারোই। হেক চৎখিবদা হায়বা ইন্দবা মচাগী মমা অশিবগী খোঙজীন্দা লেপ্লবনি খঙভু।

রনজীৎ : (শাউনা) মসিগী নুপীসে, স্কুটর থম্বা কা অসে মানা শো লোনশিল্লিনে।

তোম্বীমচা : মদু যামিনী গী মরান নত্তে। কা অদুগী শো ঐনা লোনবনি। শোজৈ ঐঙোন্দা লৈ। ঐ নত্তনা কনা অমতা কা অদুগী শো হাংবা য়ারোই।খঙভু, স্কুটর অসি নঙদি শোকপা ফাওবা য়াররোইদবনি। য়োনথোকখ্রনি

রনজীৎ : করিগী য়োনগদৌরিবা ? য়ারোই য়োনবকা। শেল লৈ হায়দুনা কোটা নত্ত্রবদি লৈগে হায়বদা পাক ফংদবা পোৎনি। ফংলগসু মমল য়াম্মি।

তোম্বীমচা : য়োন্দবা য়াদবা। স্কুটর লৈঙৈদগী ইমুং অসি মথক-মখা ওনখ্রে। য়োনগুমসি হায়রগনা ইমুং অসি ঈংনা নে তানা পান্দ্রিফাওবা বন্ধান ওইনা থম্বা তারে। লাইশ্রম তোমচৌদা লুপা লিশীং অহুমদা থমদোকখ্রগনি।

রনজীৎ : করিনোনে ইমানা হায়রিবদুবো ? পোৎ মাঙহল্লগে হায়রিব্রাও ? বন্ধান থমখ্রবদি গাড়ী ওইররোই। বন্ধান্নি হায়দুনা শেমদি শেম্বিদনা পঙতোংদা তোংবদা গাড়ী পুংমন মল্লনি।

তোম্বীমচা : মদুনি ঐনা পাল্লিবা। পুংমন হেক মন্দুনা শীজিন্নবা য়াররোইদবা মতমদুদা হন্দোককনি। হন্দোকপা ঙমদ্রবসু করিসু কায়দে, ঐনা তোংগদবা লৈতে। (যামিনীদা) যামিনী, নাপামদকা চৎখিনু। নপুক্লীং নুংঙাইতবা তৌগনু। করিগুম্বা চৎখ্রবদি ঐদি ব্রারৌগনিকো। ইনেম স্কুটর বন্ধান থম্বগী ব্রা ঙাঙনরুখিগে। লুপা লিশীং অহুম অদুনা নঙগী নরীক-নকোন শাদোকপিগনি।

(তোম্বীমচা চৎখি)

রনজীৎ : ইমা, তৌরুনুকো। স্কুটর বন্ধান থম্বা য়ারোই। কদায়নো শোজৈ পীরম্মু। ইমা, শোজৈদো—। (রনজীৎ মমাগী মতুং ইন্নখি।)

তোম্বীমচা : (মনুংদগী) পীরোই-পীরোই। স্কুটরদু বন্ধান হেক থমদ্রিবমখৈ কা অদু শো হাংলরোইদবনি।

(যামিনী মমাগা মচাগা অনীনা তৌনরিবা মতৌদু তঙক তঙক য়েংদুনা লৈহোই।).

(তপ্না-তপ্না ফিজঙ হাইজিল্লকই।)

## অচঙবা মী

অশৈবা
লাইয়েকপা

অপাবা

অইবা

অরিবা

নুপী

চীংয়াদা লৈবা ফার্ম অমদা ক্বাটরনি। ক্বাটরগী কা অমা। ফমুং কাংথোন অমা, চৌকি খরা, স্তুল খরা মওং নাইদনা থাদুনা লৈ। উবমক্তুদা থোইদোক্লা চেকশিন্দবগী মওং উই।

নুমিৎ তাপ্লে। অমম্বা কাদুদা মোমবত্তিগী মঙাল নত্তনা অতোপ্পা মঙাল অমত্তা লৈতরে। কাগী তোঙান তোঙানবা মফমদা অইবা অমনা লাইরিক ইরি, অপাবা অমনা লাইরিক পারি, লাইয়েকপা অমনা লাই য়েকলি অমসুং অশৈবা অমনা ঈশৈ ওংলি।

মপান্দগী চঙলকপা চীংয়াগী উচেক-ব্রায়া, তিল-কাওগী অমেওবা মখোল মরক্তা অশৈবনা তপ্পা ওংবা ঈশৈগী শৈহেক্লা তপ্ন-তপ্পা লিৎখৎলকপদু নত্তনা অতৈদি পুমচিক চিকই হায়বা য়াই। খঙহৌদনা খঙলাও লাওরকই।

অশৈবা :— শিরে, শিরে। (ময়াম ঙক্লা য়েংনরকই।) মালেমসি শিরে। পুমচিক চিকলে। মসিরাও পুন্সিগী চাউখৎপা ? অওনবা ? (ময়াম মথৌ অমুক তৌনৈ)। মালেম অসিবু ঙঙবা লেপশ্রবরাও ? ঐখোয়না পাল্লিবসিবু মখোল থোক্রবা লেঙ-ওৎত্রবা, ফমজিল্লবা নুংগী শক্তমশিংগী চাউখৎপা অদুরা ?

লাইয়েকপা :— ঐগী ওইনা হায়বা তারবদি পুন্সি হায়বসি থিংবা ঙমদ্রবা খোঙচৎ অমনি।

অশৈবা :— হিংমিন্নরিবা ঐখোয় ইশেল অমগা-অমগা ঈ-পাউ ফাওনবা, খৎনবা, চান্নবা, চাংয়েং মখল অমনি।

লাইয়েকপা :— (অশৈবদা) নত্তে মখোল থোকই হায়দুনবু মপান্দা খোংলিবা কৌজেং হারৌশিং অসিবু অহিংবনি, পুন্সিগী ফিদমনি হায়গদ্রা ? নত্ত্রগা, চোং ফনবা য়াম্না হৈ হায়দুনা হঙোই অসিবু অহিংবা কৌগদ্রা ?

অশৈবা :— নত্ত্রবদি কনাবু অহিংবা কৌনি ? ঐ খঙই, অহিংবনি। অমুকতসু শিখিদ্রি

লাইয়েকপা :— ঐসু অহিংবনিকো লেঙবা ঙম্লি। অরাম খৌরাং ফাওরি।

অশৈবা :— মঙলান্নবা মতমদা শিরে হায়না ইশানা খঙজগদৌরিবসি লেঙবা ওৎপা ঙমদ্রবা, লাঙবা থোক্ত্রবা মতমদনি।

লাইয়েকপা :— ঐদি পুমহিংনি অশেংবা অহিংবনি। থবক্লা তাক্লিবা অসিনি।

ময়াম পুন্না :— য়াম' শাওশ্রেদা করিনো ?

অইবা :— অশিববু ব্রাখল খনব্রাও ?

অশৈবা :— ফাগী তৌবা য়াদ্রবরাও ?

অইবা :— ফাগীদা ফাগী তৌনু।

অশৈবা :— (শাউনা) ফাগী য়ানদ্রেকো। ফাগী য়ানদ্রে হায়রিবসিনি।

ময়াম :— (অইবা য়াওদনা) য়ানদ্রে হায়রিবসিনি।

(মতমসিদা ময়ামদগী চহিসু লিরবা, থবক্তসু লিরবা, অরিবনা মপান্দগী লাউরকই।)

অরিবা :— য়ানদ্রে য়ানদ্রে। (ময়াম ঙক্লা য়েংলিঙৈদা অরিবনা নুপী অমগা লোয়ননা চঙমিন্নরকই।)

লাইযেকপা :— ফাগী যানদ্রে হাযবগা, কৈনো তৌবক্লিসিবো ’
অবিবা :— (চেকশিন্না) ফাগী নত্তে, অওইবনি, অশেংবনি।
অইবা :— (ফমফম পিদুনা) ইবেম্মা, সিদা ফম্মুসে। (নুপী ফমগে তৌই। চংশিল্লগা ফমদি ফমথদনা মখুৎ নামনা তুং-ওইননা শৌদুনা লৈ।) যেংউ ইবেম্মা, কুম্মৈনি তৌবিবসি।
অশৈবা :— ইবেম্মা, অওইববা, ফাগীবা ’?
অইবা :— মীঙোন্দা অওইববা, ফাগীবা হাযবসিবু কবিনো ’?
অশৈবা :— অওইবা মান্দুনা হংবনি।
অইবা :— ইবেম্মা বাবৌনু। হংসু হঙ্গোইকনু। “যাইফশঙ” কৌই যুমসিগী মমং, শঙবী নত্তে, শঙনাউনি। তৌবগীবুদি অচিক-অশা খাযদ্রবা মালেমনিদনা। হাযকবা নুংঙাইনা পাল্লিবনি হাযনে লমহুইগুম্না যৌ-যা, যৌ-যা।
অশৈবা :— মোইথেম তৌকবিব্রা ’ নঙগী মহৌশাগী ওইজবা থিবদু হৌবক্লব্রা ’
অইবা :— ওইজবা থিবা, মশাগী যেংবা হাযবসি অহিংবগী মথৌনি।
অবিবা :— (নুপীদা) সোমদা লাকও, ঐগী কাদা চঙশি।
(নুপী চৎকে তৌই।)
লাইযেকপা :— অদুবু হেক্তা যাব্রা ’ কাবনো কবিনো হাযবসু নাখৈ শেংদনা ’ ফবসু ফত্রসু ঐখোয মখা তবা ঙিল্লে।
অপাবা :— লাই থবোই মনীং ককপা ঙাক্তা, অশাবা উযান মনাংদা।
অশৈবা :— অদুদৈ খুন্নাই অমা শেম্লে।
অইবা :— শান্নপোৎ খুন্নাই। লাইফদবী খুন্নাই।
লাইযেকপা :— লাই থবোই খুন্নাই।
অশৈবা :— মকপ শেম্বী খুন্নাই।
অইবা :— ওনশিন ওনশিন চানবী, অঙম অঙম হাৎনবী, লাক্লবী।
অবিবা :— হাৎহৌদবা, লাকহৌদবা, চাহৌদবনা লম্বী থিংবী, কৈথেল খোং লোলহনবী, থবক লেপহনবী।
অপাবা :— মযাম অমুক্তা তুমিন লৈবিখো। (মযাম তুমিন তুমিন লৈ।) কাবগুম্বা ফত্ত নুংদ থোক্লো, ঐখোযবু চেন্নদবা যাগদবা ’?
নুপী :— (পাখৎনা) কাবিনো ফত্ত নুংদ হাযববু ’?
অশৈবা :— ইবেম্মা মিপাইগনু। অমবু ওইববসু, অমবু ওইববসু নঙ ঙাসদি যুমসিদা লৈববনি।
অপাবা :— নঙনা মীথুঙ, ঐখোযনা মীওক।
অইবা :— মশানা তাজবদুনি।
লাইযেকপা :— অদুগা স্বাইদা ঐখোযনা লৈবক্লিবসি ফনা কুইবে। থবকনি হাযসিবা, ফাদোক্লি হাযসিবা ’
অপাবা :— তৌবগীবদি পম্সি অসি নাক্তোকপা যাদ্রবা কবিগুম্বা খবনি।

অশৈবা :— ময়ামসি খরদি চিকই।

অপাবা :— অদুবুদি লৌবুকনি, লমহাঙনি, চীঙয়ানি।

অইবা :— ঐখোয়না অহানবা লাকপদদি, নুমিৎ তাবগা নংপোৎ নত্তে, খোংথ্রিবা লমহুইসিনা .... (ময়াম্না উ-ব্রা, উ-ব্রা খোংই। নুপীনা কিদুনা মশা থুপচিল্লি।) খজিক্তং হেক মমথখিবদা মীকা চৎনরমপোৎ নত্তে।

অপাবা :— মপানকা থোকনরমপোৎ নত্তে।

লাইয়েকপা :— হুরান চীনথিসু কনগ্রবা।

অশৈবা :— লাইফমবু ওম্থোক্লা কল্লি হায়রিনে।

অপাবা :— নোংমদি ঐসু উইথবদা ঙায়রি, হেক্তা নম্বনিনে।

অইবা :— মীহুৎথোঙসিদৈ চঙলকপা ওইরিনি ?

নুপী :— (কিনা) ঐ য়াম্না কিজরেবো। মপানসিসু য়াম্না মমইনে।

অইবা :— নঙবু কা অমদা থোঙ লোনশিল্লগা তুম্বা কিগদ্রা ?

নুপী :— উম :

অপাবা :— অদুদি কমদৌ তারে ? অহিংসি করম্না লেনবা তারিবগে ?

লাইয়েকপা :— মানা মানা থোকপা তৌদুনা অহিং সিমদি নোং ঙানবা ঙাইবা তারেদনা।

অশৈবা :— ফরেদুদি, মাগী মাগী হৈনবী।

ময়াম :— হৈনবী। (মাগী মাগী থবক চৎথনৈ।)

অরিবা :— (নুপীদা) নঙ ঐগী কাসিদ চঙলগা তুম্মুরো। ঐখোয়দি সুম লাঙদুনা লৈরগে। শে, কেন্দল মতেকসিমা থানবিগে

অপাবা :— নঙ থোরকউ নঙ থোরকউ। নুপীগী কাদা নুপা চঙবা যাদে।

অরিবা :— ফাগী তৌননুশি হায়বসি য়াদ্রেনে ? ফাগীনি হায়দুনা মতা চাদে হায়রানি।

অশৈবা :— নাখৈ শেংদে হায়রগা মতা চাদে হায়বু করিনো ?
(অরিবগা নুপীগা চঙখ্রে)

অপাবা :— সেনি মাইনি হায়বমত্তসু খঙদে। মাগীসিবু করিনো ? কনানোনে ?
(ময়াম চেপথ চেপথ য়েংই। তায। শিথ শিথ নোকই।)

অরিবা :— (শাউনা থোরক্তুনা) করিনো ময়াম্না ফাগী তাহনবিরিসিবো ?

অপাবা :— অদুবু কনানো হায়বা ?

ময়াম :— কনানো, করিনো, কদায়দগীনো ?

অরিবা :— খঙদে, ঐ করিমত্তা খঙদে, ফরবসু ফত্তবসু নুপীনি। ঙসি নোংমদি নুপীমচা অমগীদমক করিনো খরা তৌবিবা য়াইদনা।

অইবা :— মফমসিদা মিয়াদ তারবা মীনাই নত্ত্রা ঐখোয়বো ? খুয়াসু লৌদ্রাউবীনা লেকপগুম পুন্সিনা লেকথোকপিখ্রবা ? হোংদোক হোংজিনগী ব্রাসু হৌজিক হোরেল থোরককদবা লৈত্রবা ? হিংনবৈদমক খাঙলি মফমসিদা।

অরিবা :— ময়াম্না ঐঙোন্দে হেন্না শিংপোৎ নত্তে। ঐসু ফার্মসিদা থবক তৌজরিবা মীশক অমনি। ফরে নুপীমচা অমা পুজরক্লে। ঙসি নোংমা নিনিসিদং য়ারেন্নবা। মসিমদি ময়াম্না ঙাকপিবা য়াইদনা।

অপাবা :— ঙাকপিবা ঙাকপিদবৈ ব্রাদু থমখিশি। অদুবু কনানো হায়বা ?

অরিবা :— খঙদে করিমত্তা খঙদে।

অপাবা :— খঙদ্রবদি ব্রা কায়দ্রিবরা ?

অরিবা :— করম্না কায়গদৌরিবনো ? ঐগীদি ইথৌদাং করিমত্তা লৈত্রবরাও ?

লাইয়েকপা :— মদুইব্রাদুনি অমুক হেন্না কায়দৌরিবসি।

অরিবা :— অদু ওইরবদি নখোয় ময়ামদা কৎলো হায়রিবরাও ? নিলাম লাওথোককে হায়দুনা পুরকপসু নত্তনা। (অশৈবা শাউনা মনুংদা চঙখি।)

অইবা :— মরুপকীদু অমুক্তগা খনথখোদা। মসি ফামনি। ক্যাটরনি।

অপাবা :— লাকইবসিনা নুপীনি।

অইবা :— মতমসিনা অহিংনি।

অরিবা :— অদুবু নোংশিদংদি ঙানখিসনু হায়বনি।

লাইয়েকপা :— ব্রা কায়রিবনা নোং ঙানদ্রিঙৈ চৈরকসিনি।

ময়াম :— চৈরকসিনি।

(অশৈবনা ধুলোক অমা পুথোক্লক্লগা চোলোম তৌই, শাউনা।)

অশৈবা :— অয়ারে, খৎনরে খৎনরে খাম্বা য়াদ্রে, খৎনরে।

(ময়াম নেমথক্তবদা) কৈ কান্দবদা।

অপাবা :— ইঙনা লৈরবদি তাইবঙ পানবসি অশিবা মাল্লি। লান তৌরবদি হিংলি হায়বা খঙই।

অপাবা :— লান্না তাইবঙ পানববু চাওখৎহল্লি, মাঙ তাকহল্লি।

অইবা :— মরা তপহল্লি।

লাইয়েকপা :— মালেমদি শিবা কুইরে।

অইবা :— পোকপা হায়বদু অশিবনি। পোক্তববু শি হায়বা তাখ্রবরা ? পোকলিবা মপোক অসিবু ফত্তবা খরা তৌননবা, থব্রায় পানবশিংদা লঙজবা নত্রা ?

অপাবা :— লাই হায়বদুসু মহা তৌঙম্বা, হুরানবা, মীহাৎপা, শেনজাবা ওইরম্বা তাই।

অইবা :— মাবু শিদ্রিবরনে ? মশক উখিদবা কুইরেদা।

অপাবা :— হিংলি ওসাইদা চাউবীতোনখোয়গী পোৎফমদা ময়াম ঙাওনহৌবনি।

অরিবা :— ইম্ফালদা লৈরিবনি। খুঙ্গংসিদদি কদায়দৈ লাকপিগদগে ?

অশৈবা :— হোয়দা হিংলম্বা য়ারি। অদুবু লাপ্পা চৎপ্রবরা করিনো রেদিওনা তত্তনা কৌরি অমুক্তা লাকপিয়ু হায়দুনা, লাইশোল ঈশৈ কয়া শত্তুনা। (মনুংদগী 'হো ইমা' হায়না কন্না লাউদুনা নুপীদু চেপ্লোক্লকই।)

ময়াম :- কৈদৌরে, কৈদৌরে ?

নুপী :— (য়াম্না কিনা) ঐনা অসুম ফক্লাংদা য়েংবদা কাচিন ওইরপ্পা মমিৎ চফু, ময়া শীংজ্জঙ।

অশৈবা :— হেরা উচেক ঙাক্লবা চরুগী মীদুবু ইমুংদা থম্লনে ?

অরিবা :— থমদেদা, করিসু লৈতবদাইনে।

নুপী :— লৈ করিনোমা লৈ। মদুনা ঐগী কিগল্লবা পুক্লিং অসি ঙাইহাক্তা লৈতাহনদে।

অইবা :— অকায়বা মিংশেলদা তাবা নশাগী নশক্তু নত্রাও ? অদুক কিগল্লিঙৈদুদা করিগী নমিদা য়েংলুরিনো ?

নুপী :— ইমি নত্তে মিংশেলসু নত্তে। ফক্লাংদনি ফক্লাংদা।

অপাবা :— নশানা নশাবু কাউদুনা ময়ি চৎপা ফক্লাংদু য়েংদুনা ব্রাখল খল্লুবা ওইরিনি।

নুপী :— খন্দে।

অইবা :— নশানা নশাবু কাউরদুবু ব্রাখল খল্লি হায়বা করম খঙদৌরিনো ? নশাবু কাউবা নত্তে, নশাগী মনুংদা চঙশিনবনি নশানা।

অশৈবা :— ফরেসে ঐ ইনক্কারি চৎথগেসে। (ধুলোক য়ৈ য়ৈদুনা চঙখি।) কমিশন কমিশন, অশৈবা কমিশন।

নুপী :— (কিনা মতুং ইল্লপ) তু আদগীসে। আদগীসে। ময়া কাখৎলে চাগদৌরে। ইবেনবোককী চাকঙাই ব্রারীদা য়াওবা লাই খুৎশাঙবিদুরাও মসিবো ? (মনুংদগী অশৈবনা ইশি শিনা নোক্লকই)

ময়াম :— কৈনো কৈনো ? কৈদৌরগে ? (অশৈবা অয়েকপা লাই অমা পায়রগা থোরকই)

অশৈবা :— মফম মরাং খঙদনা, সিবু কৈদৌবৈ অমম্বদা থেৎলিবনো ? মসিরো অব্রাংবা থাককী অওনবা হায়বদুবো ?

লাইয়েকপা :— অয়েকপা লাই। মচুগী মিত্রংদুরো খংপ্রেক খংনরিবা কিনরিবা ?

নুপী :— মমায় লৈশিল্লককনু, ঐ যাম্না কি।

অপাবা :— মসিনি মতমসিগী ব্রাখল, মতমসিগী পুন্সিগী শক্তম, মতমসিগী খুয়েক্তা, মিৎয়েংদা নায়েংদা, চেনাদা।

অরিবা :— নঙসু অকিবগী ব্রাখল অমদি কন্না চিনফা পুরিনে।

অইবা :— কনটেম্পররি আর্ট হায়বসি ওইরম্বা য়াই কনাগুম্বগী মশামককী ব্রাখলগী মমি নত্রাগা মচু, কনাগুম্বগী অকিবা, কনাগুম্বগী অপাম্বা, কনাগুম্বগী চমন্নবা, কনাগুম্বগী তুককচবা, কনাগুম্বগীনা লেম্না কথোকচরবা মপুন্সি মহৈদুদা নত্রগা মীওইবদা।

অরিবা :— মীওইবনবু মীওইবদা করি করি কৎথোকখ্রবগে ?

অপাবা :— খোই চোপ্পগী খোইচাক্তো, অচৌবা দাননিদনা ফাগদৌরিবা ঙাজাও অদুদা।

নুপী :— তোক্লো ঐ য়াম্না কিরে নোংঙানবা ঙাইগদবা। করিগীনো মফমসিদা লাক্লুরিবসিবু ঐবো ? লৈরম্লিবা শকখঙদবা নখোয়বু কনা কনানো ? নখোয়বু ঐনা কিরোইদৌরিবগী মরমবু করিনো ?

অইবা :— ৱাহংদুদি ঐখোয়দুম হংশিরা খল্লম্বনি।
অশৈবা :— ঐবুদি কিনুকো, অয়েকপসু নত্তে, অশাবসু নত্তে। অহিংবনি তশেংনা হিংজরিব।
অপাবা :— ঐখোয়গী ইরকসিদা শাহিং চাবা কনাসু য়াওদে।
লাইয়েকপা :— ইবেম্মা মী ঙাক্তনি। কিগনু কিগনু।
নুপী :— হিংবগী মথৌসিবু করি করিনো ? অকিবসি য়াওদ্রা ? অহিংবনা অহিংববু কিবসিদি য়াওদ্রা।?
অরিবা :— মীওইবনা কিরিবসি করি করিবুনো ?
অইবা :— শিবা, মীংচৎ থিবা, অৱাবা নঙবা, নিংবা থুংদবা, লাইরা তানবা, লাইথুং পকপা-
অপাবা :— অদু অদা।
ময়াম পুন্না :— অসিনচিংবা অসিনচিংবা।
লাইয়েকপা :— ইবেম্মদি অহিংবা য়াম্না মাল্লি, য়াম্না কিগল্লি।
অপাবা :— মুন্না খন্থরুরবদি খোঙ থাফম লৈপোৎ নত্তেদা। তাইবঙ পানবসি মহিক মতাং শিংনা মরেঙ মরেঙ চৎতুনা লৈরিবনি। অমনা থোক চিকখ্রো।
(ময়াম চপ মান্ননা চোংখৎনৈ।)
অশৈবা :— পুন্সি হায়বসিমক খুদোং থীফমনি।
অপাবা :— শম্না হায়রবদা খুদোংথীবা হায়বসি পুন্সিনি।
অইবা :— হায়বদি অঙৌবা হায়বসি করিনো ?
অইবা :— উরোক্তৌনা ঙৌই।
অশৈবা :— উরোক হায়বদু কমদৌই।
অপাবা :— (মখুৎনা উরোক শাই।)
উরোক্তি অসুম্না কোল্লি।
ময়াম পুন্না :— অঙৌবা হায়বসি সুম হায়না কোনবোইরে ? (মতৌ তমদুনা নোকই)
নুপী :— (কপ্না কপ্না) মচু শঙদ্রিবা ঐগী পুন্সিগী চেনাবু মিনম্বীরে অমম্বা অহিংসিনা।
অরিবা :— কপকনু হায়বনি নঙবু, কপ্পুরগা অমুবা মচুবু ঙৌথোকহনবা য়াখিদ্রা ?
অপাবা :— তেংথাখোয়্না অমম্বগী মপাঙ্গন কনখৎহন্দুম্নুনা পুন্সিসিদা খঙদবা হায়বা অনৌবা ময়ান অমদুম য়ানশিনখিনি ?
নুপী :— ময়াম পুন্নমক পুন্সিবু মশক মুন্না খঙনরবা ঙাক্তরা, ?
অইবা :— খঙইনা ইরাই-লাইনা।
নুপী :— অদুদি অমুক্তা হায়বিয়ু, পুন্সি হায়বসি করিনো ?
অইবা :— তৌইগুম্বসুং নত্রগনা তৌবগীবুদি 'পুন্সি' হায়বসি চফরুরবা ৱাহৈ অমনি।
লাইয়েকপা :— ইবেম্মা কান্নদেসে, খুবাক ময়িদুম য়েংবিগে।
নুপী :— য়েংবিনু। ঐনা কিরিবসি খুবাক ময়ি অসিনি।

অশৈবা :— মরাইবক্তা তম্বা হায়বসিবা পুন্সিবু তত্তনা কিহল্লিবসি ?
নুপী :— খঙদে ঐদি ইরাইবকপু য়াম্না কি-।
অপাবা :— য়েংবিগে, কদায়নো তিংথোক্লকউ।
অশৈবা :— মীনা য়াদ্রবদি কোক তোকউবা। তাইবঙ পানবসি মমায় ওস্তোক্লা পান্নখিদ্রে।
অরিবা :— নঙ তুম্মুবো, নশাদু চোকথরনি। হয়েং নোং হেক ঙানবগা চৎখিদৌবা নত্ত্রা ?
নুপী :— ঐগী পুক্লিসি অকিবা অমনা অসুম অসুম লাকশিল্লকলে।
অশৈবা :— মঙলাক্লনি হায়দুনা কিরিবরা ?
নুপী :— মপানগী তাইবঙবু নত্তে। ঐগী থমোয় মনুংদগী অকিবা কৌবা লাইদু মপান থোক্লক্লে।
পুন্সিদা অহিংবগী মতেং অহিংবনা ওইনৈ। অদুবু মিকুপসিদা অহিংসিদা, অহিংবা ঐনা অহিংবা নখোয়বু কিরিবসিবু করিগীনো ? মসিবু হংবা য়াবা ৱাহং নত্ত্রা ? (মখোয় ময়াম অমগা অমগা য়েংনৈ।)
অইবা :— হয়েংনা অমুক কমদৌরিবা ?
নুপী :— হয়েং হায়বা অমসু লৈরিকো ?
অইবা :— হয়েংদুগী মথংদুসু হয়েং অমনি।
অরিবা :— হয়েংনা হয়েংনিদনা। কনানা তম্বা ঙম্বগে ? (নুপীদা) অদুগা নঙসু ৱা অমদি হংগে। নশকসু নমিংসু খঙদে। মরম চাদনা ঐখোয়না হংবসু ঙমদে। কিদৌরিবসিবো নঙবুবা ? ঐখোয়বুরা ?
নুপী :— হুমাং শৌবনা লোইরে, বাথরুম লৈবরা ?
অশৈবা :— শোমদা চঙউ শোমদা চঙউ। (নুপী চঙখি।) কিগদরা ? (মাসু চঙ্গে তৌই,)
অইবা :— কিগে কিসনু। ময়াম্না য়াদবা মফমদুদা চঙখিনু।
অশৈবা :— লোনচৎ ঙাক্লা চৎপশিংগী ৱাখন্দুনা হেয়া লোনচৎ য়াওদে। করিনো ৱাহৈশিংদুগী মরুমদা লোৎলিবা ৱাখল ?
অপাবা :— ঈশিংগাদু ঐনা খ্বাং তেকপমখৈ হোনজরিবনি। নুংঙাইনা লুজথোকউ।
লাইয়েকপা :— সাপোনকা লৈত্রবরা ? তারেল লৈরিনিনা ?
অইবা :— ঙাইখো মদুগী ৱাদু মানা থোকপা তৌশনু। ৱা অমা চেকশিন্না তান্নশি কনানো ? কদাইৱাইদগীনো ? করি মরমগীনো ?
অশৈবা :— পৈশা তানবা কোয়চৎ চৎপা মীশক্লা হায়বনি ?
অরিবা :— খঙদে। মশাদা অমুক্তা হংগেরা ?
অইবা :— কমদৌনা হংদৌরিবনো ?
অপাবা :— করিমত্তা খঙদ্রনে ?
অরিবা :— মন্নি মন্নি তৌবা অদুৱাইদা গং হেক্তা থেঙ্গাইরকপনি। অদুদৈদি অদুম কপথোকখ্রে। মমৈদদি ঐ খঙলে অসিৱাইদা মাগী খঙন-চান্নবা কনাসু লৈতে।

বসসু লোইখ্রে। অদুদৈদি মীগী মতেং পাংবা হায়বদুগী ৱাখন্দা হেক্তা লাকমিন্নরবনি।

লাইয়েকপা :— লম্বী তেন্নবা ৱারী ৱাতায় শানরক্রুনে?

অরিবা :— শানরকই মাগী মরমদা নত্তে, ঐখোয়গী ইরমদা। ঐখোয় হায়বদি

অশৈবা :— লম্বোইবা শাজিল্লককনুনে। নরমচৎ শিৎ শিৎনা খণ্ডলবা মী ঙাক্তনি। মানা নুপীনি, নঙনা নিপানি।

অরিবা :— নিপা নুপীগী ৱাদু অমুক্তা থমখোসে। চুম্নগী মী মী অমহানি হেক্তা খনসি।

লাইয়েকপা :— কমদৌনা খনদৌরিবনো? মরী মখোঙ অমদি লৈফম থোকইদনা। মদুগী ৱানি।

অপাবা :— নুপী হায়বসি মহ্ পুবা লিন্নি।

অইবা :— স্মগল তৌদৌরিব্রা?

অশৈবা :— পোৎ লাক্লগা চেনখিগদৌরিব্রা?

লাইয়েকপা :— ঐখোয় পুম্বা থানা য়ৌহনদৌরিব্রা?

অশৈবা :— (কিরুপ কিরুপ য়েংলগা) মী তানি, তপ্পা ঙাঙউ।

অপাবা :— অমরোমদা অমুকসু চৎপা ঙম্নরোই হায়রো। কমদৌনি? নঙবু ঙমদৌরিব্রা

অরিবা :— (পাখৎনা) ঐখোয় নুপী মচিং য়াম্না ফত্তে। নুপী ময়ুম তারবদি শা লান থোক্লনি। (অইবদা) নত্তে মরুপ অইবা, নঙনা পাখং হায়বদু থোকই। নঙ লুপা তরাখক্তংদি তিংউ, থবকসি থোক্লবা ঐখোয় শিল্লগে। অদুসু মানা হোটেলদা চাক চাথোকখিবনি। নুংশিবিরগা শেন্দোং খজিক্তংগা হাপ্লিয়ু, পুন্সি হায়বসি ললোনবনি। (অইবা শিথবমখৈ নোকই।)

লাইয়েকপা :— অসুপ কুইনা শেল্লেপ মাংদুনা লাক্লবা নপুন্সিদুদা ঙসি নোংমতং লুপা অনিখক তোংলগা। য়াম্না তোংজরবনিনে।

অপাবা :— খন্থরুরবদি য়াম্না লুইদা।

অশৈবা :— লাইরিক্তা করি হায়? ক্লোতেশনলা করিনোমত্তা তাশিদনা?

অপাবা :— রিফরেন্স পিফম খণ্ডপোৎ নত্তেদা। ময়ামগা মান্নদবা হায়বসি মান্নদ্রবনি।

অইবা :— হয়েং অয়ুকসি চা লোনবা ঐ থোক্লিনে। কনানোমা লোল্লো। হয়েংদদি ইমাই মচাসি অমুক্তা য়েংবিয়ু।

লাইয়েকপা :— নঙবু পাখণ্ড নত্ত্রা? নুপীমচা অমদা চা লোন্নবা ঙাঙনবা ফাওবা ঙমদ্রাও?

অপাবা :— অদুগনে চা লোনবদো কনানোমা শঙউ। চিনিগা খুবাম খুবাম কোত্তুনা পুখিনিকো।

অশৈবা :— ফরেনে চাবুদি লোল্লনি, লোলহল্লনি। অদুদা মচা মৱা পানবী নুপী ওইরমলো। থানা লাক্রো। মাগী নিপাদুসু লাকলো। থবক মচা অমমম তৌনরিবসি থবৎ থবৎ।

লাইয়েকপা :— য়ুমগী নুপী অঙাংগী মমাংদসু চঙশি শিবা। ইথিবোঙ অহাউবসু চাবা ফংদবা।
অপাবা :— হায়সু হায়বনি। পুরকপগী পুরকপা মরি মখোঙদুদদি খঙদোকসিদনা
(ময়াম তুমিন লৈনৈ।)
অরিবা :— ময়াম হেক্তা হংবিয়ু কৈদৌগে ?
অপাবা :— অদুবু করি কোক্লো হায়বনি ?
অরিবা :— মিনিট কুনমঙামুককী মমাঙদা পিক্লিক চৎলুবা গাড়ী অমা হায়গৎখি। অদুদগী নাম্বহৌবা ওইরিদ্রা খল্লুবনি।
অইবা :— হায়গৎখি। ঐসু উহৌই।
অপাবা :— অদুদা ওজারা ছাত্রিরনে ?
অপাবা :— ফিভম অসি ফনা লিনা উরে।
অপাবা :— লৈশাবীবু ওইরবসু, মৌবু ওইরবসু, অহিং অমা হঞ্জিন্দ্রবা নুপীদুনা করম্না ময়ুম চঙগদৌরিবনো ?
লাইয়েকপা :— ঐখোয়না তরাই-তরাইনা অহিং অমা হৌখিবা ঙাইহরি। লুরিবদি লাইবক থীবা হঙোই য়োৎনা শোকপা য়াওনদৌরি।
অশৈবা :— য়ান-য়ানববুদি শীন্নরনি। অদুদা লাক্লিবা মীসিগী পুক্লিংগী ৱানা করিনো।
অপাবা :— অফাওবীমক নৎলমদ্রবদি মশাগী খরদি খনগনিনা।
অইবা :— অফাওবী ওইরম্লবদি ?
অপাবা :— লুহল্লকখি হায়বনি।
অরিবা :— করিগুম্বা লৈশাবী ওইরম্বা থোক্লবদি অদোম লাইবক হেক্তা য়েংবিরো। সুপ্নগী লুপা তরাখক্তা হনজিনবিয়ু। শেন্দোয় তোকপিরো।
(শাংদ্রোং শাংনা খুরমই।)
অইবা :— ঙম্লোই ঙম্লোই। মফম মরাংসু খঙদনা। য়ুম পানবা খঙদদুনা পান্দবরা ঐবো নুংশিবা অমদা খুথিখিদুনা তৌবনি। ঐবু শক খঙবিদ্রবরা ? পুন্সিগী পান্দম লৈজদবা মীরাও ঐবো ?
অশৈবা :— নত্রবদি ঐখোয় ময়াম শিমিন্নশি হায়বরাও ?
অরিবা :— শাউনু হায়বা খুরুমগে সে। শেল্লেপ ফাওবা লৌজররোই। হন্দককী খোঙফমসিদদি ঐবু অমুক্তা পোকপিয়ু।
(অমুককসু খুরুমগে তৌই।)
অইবা :— (শাউনা) হেরা, ঐবু অশোয়বা ঙাকফম্লাও ?
অপাবা :— ওইজবা খরসু থাদোকপিয়ু কৈদৌবগে ? লৈপাককীদমক্তা, মীওইবগীদমক্তা, নুপীগীদমক্তা ঈশিংদা তাম্রবা মী অমা চোংথদুনা কনবিবগুম্বনি।
(থোঙ হাংবগী মখোল তাই।)
লাইয়েকপা :— (চেকশিন্না) হৈ, থোঙ হাংখ্রে। (মফম অমদি ফিভম শেমনৈ। নুপী থোক্লকই) ইবেম্মা চা থকশিরা ?

নুপী — ময়ামগীদি খঙজদে, ঐগীদি যাজবে। লোনজলবউ হায়ববা ?

অপাবা — যবে তোক্লশি। কৈনো, বা অমত্তা হংবা যানিবো ?
(ময়াম চেকশিন্না লৈনৈ।) ঙসিসিবু কদোমদগী কমদৌর্লক্লনো ?

নুপী — ঐ পিল্লিক চৎচক্কর্বনি। (অইবনা ইশিল্লি)

অইবা — পিল্লিক চৎলুনা।

নপী — খঙনা চান্নবা মবি মত্তা অমা হংগে হায়দুনা চংজকই। লাইবক থীবা হায়গদ্রা ? মবী মত্তাদুগী দুকানস থোংঙ লোল্লমলে। বস স্টেসনদা থাহৌবা ঐখোয়গী গাডীদুসু চৎখিবমলে। মখাদি ময়ান্না খঙবিবিবা অসিনি।

অবিবা — খঙবা হায়ববু ঐসু মতেক অমত্তা শেংদোকচগে।

অপাবা .— কবি শেংদোকতৌরিবা ?

অবিবা — নুমিৎ তাখ্রেদনা, চাক ঈশংগী বা অমসু লৈদগা।

অশৈবা — লুপা তবাদুগী বাবা ?

অবিবা — নেত্তদা।

লাইযেকপা — নুমিৎ চুপ্পগা পৈশাগা বাদ ডাঙ্গদর্বনি।

অবিবা — ঙাঙদদি কৈনো, মতম্মসিগ অশেংবা লহৌদি পৈশাং, পৈশা।

নুপী — (বেগ থি) পৈশাদুদি ডসাইসু এ পিজগে হায়দুনা।

অশৈবা — শিঙ্গে হায়বদি শেংদোয়সু খবা হাপ্লাখে। হবেন্ম ।

নুপী — যানি, যানি, শিংজগে।

অবিবা — ঐবু নুপী বনবান লৌব মীবা ?

অইবা — নত্ত্রবদি কবিগানো পৈশা পৈশা।

অবিবা — পৈশাদু যাওবমদ্রবাদ হোটেল যাম্লবা অস্তাদুনা হন্না যেংবববকবদ্রা ? কোল্লব চামথোক চার্মশিন লৌনিবা শডাংদুং। চাক বযা হ লংলিদুগ হংনিবককদ্রা ?

নুপী — চাক চাবা অমগ। গাধনা চৎ । এগী পুন্সিসবু ?

অবিবা — চান থক্লবা হায়ব সসু পাক্সিদ খম্ল বক ওহখ্রেনে হবেন্মা। থাসদা হোৎনব্দা নোম্না নোম্না মনিং ফুনবা ডমদ্রবা • ওই বযা বযান আহংং অহিং যমুং ময়াইদা খদাং শৈদুনা যম্নাববা।

লাইযেকপা — তৌবগানুদি চাবা অমংগ ব্রাৎপদা অহিংগ মম্মু যাবা নত্তে, মিৎতা থবার্নামচাককী থব্রানমিচাকমক্ত। অবৈবনবুদি কৈসু থৌশাদবা হায়বদি।

নুপী — চাক চাবাদুগী মমল লৈজবে সিদা।

অবিবা — এ এ হায়হেদে, হায়হেদে ইবেন্মা।

অইবা -- পৈশা অদুক পাম্বব লৌশিল্লু, লৌশিল্লু হশিল্লু মযেক্তু পুন্সিগী হিসাবতা।

নুপী .— চাগা চাদিংগী মপান্থংবা কুয়োমসিগা মখগুসু অমম্বনা মবোল কযা মর্মশিল্লক্লি অক্লিং অক্লি।

অশৈবা :— হাকুমসু য়াম্না মমখি। অদুবু লাক্লিবা চহিসিনা অমুক হেন্না মমশিল্লককদৌরিমাল্লে।

নুপী :— সিদগীসু হেন্না মমশিল্লকখিগদরা ?

লাইয়েকপা :— অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, অদোম হৌজিক লাইবক থীবা নত্ত্রগা লাইবক ফবা কৌবা য়ারে। হায়বদি মফমসিদা থুংলরে হায়জরিবা।

নুপী :— থুংলরে। অদুবু করম্বা পনথুংফমনো ঐনা থুংলিবা ? হিদেনসিদা পল্লে ঐ থোংখোঙ অমদা।

অশৈবা :— য়ুম-কৈ পাল্লবী, নুপা নহা লৈরবী ওইরবদি হায়বদি, সোমগী চহি লোনগা নত্ত্রগা সোমদগী হেন্না নৌরিবী কয়া য়ুম পুবা, মমা ওইবসি মমাংঙৈদগী হৌনা চৎনরকই হায়রিবা।

নুপী :— মদুগীদি ঐ কনাগীসু মখা পোনজদরি। ইপামদা লৈজরি।

লাইয়েকপা :— মীগী ময়ুম য়ৌরুরগা লৈবরা, মদু ইনৎ নৎতবরা ? ঐনা হায়জরিবসে মীসি মখল য়ামখ্রে হায়জরিবা।

নুপী :— ইনৎ নত্তবা অদুনি।

অইবা :— মীয়ুম য়ৌরুদনা লৈশা লৈশানা নিংঙোল মরা য়োক্লবসু য়াউনৈদো।

নুপী :— ময়াম্না অসুপ শাংনা খন্নবিরিবসি করিগীনো করেম্নবিরিবা হায়বদুরা ? ময়ামবু মীনি হায়বদায়। ঐবুদি মী ওইনা উবিদ্রবরা ?

অপাবা :— মফম মরাং খঙদনা অহিংসিদা উনবনি। ইবেমমসু ঐখোয়দা মীতোপনি, অদুগা ঐখোয়সু ইবেম্মদা মীতোপনী।

অশৈবা :— শোয়দুনা পাল্লবসু নোংমৈ মরুনা পানবু পাল্লবদি মী অদুম শিদো।

লাইয়েকপা :— তুংদা হকচিন্না খঙনরকপা তারগসু, অহৌবসিদগী শক তাক্লফম থোকই। অমরোমদবুদি মীওইবা অমনা মীওইবা অমবু কয়া য়াম্না খঙবা ঙমগদগে ?

অপাবা :— মিৎকুপ অমত্তা থাদোক্লমদনা লৈমিন্নরিবা ঐখোয় ইশেল ফাওবা খঙনদবা য়াম্না লৈরি।

অরিবা :— ব্রাসি লুনা খন্নরবদি পংলুদা লুশিনখিবনি। লায়হনবিয়ু। ইবেম্মা, ঐখোয়গী মাঙদা ব্রাফম অমা লৈরে। ইবেম্মা অমা, চৎনবী হায়বা অমা।

অপাবা :— অমম্বা অহিংসিমা, নোং ঙানবা হায়বা অমা।

অশৈবা :— ঐখোয়গী নাকন্দনা ঐখোয়গী মরুপ অমা-

লাইয়েকপা :— মশা পাখঙনি।

অইবা :— হেরো ব্রাফমদু অপান্ননা থঙজিন্নরে। ফিভম মতমদা অদুম খনবিয়ু কৈদৌবগে ?

নুপী :— ফিভম মতমদা নৈনবা তারবদি ঐদনি মাঙজদৌবা। (কপ্লকই।) মীনসু তৌঙমই হায়নবা, ইবুং ইপ্বানসু তাথী-তাওইনবিবা। মসিদা ঐগী ইরাল করিনো ?

অরিবা :— লাল্লিবদি ফিভম মতমনি।

নুপী :— অদুবু অচুম্বসি। থাজবিনবদি তাইবঙসিদা কনাসু লৈতে।

অইবা :— অচুম্বা মশানসু তাইবঙসিদা তাংদাংনা চুম্বা ওমজদে। মরমদি অচুম্বগী মরোল কয়ানা তাইবংগী অমম্বা মরক্তা খুরক হাংদনা লোনশিন্নদুনা লৈ।

নুপী :— ইশাগী পাম্বে লৈজদ্রবা ফিভমসিদা ঐনা করি অমুক হায়জগনি? অশেংবা ঐ লন্নানবিনি। অদুবু অহিংসিগীদি ঐহাক মফমসিদা মীথুংনি। নোংঙানবা ফাওবদদি মফম অসিদা লেনজখিগে। ঙসিগী লৌনম্বা অহিং অসি ঐগীদি চেনা অমগী অরোইবা পরেংনি।

অরিবা :— অদুগীবুদি অরানবা অমা চুমহন্নবা, অরানবা চাম্মা ঙাংনরি। অশোয়বা অমা মেনখৎনবা অশোয়বা চাম্মা তৌবসু য়াইদা।

নুপী :— অদুদগী অরেঙ অরেঙ পুৎথরবা কফুৎ অমদা অসুম অসুম শনরেম্বী মমাগুম খুজেং, খুকউ, খাঙ, মথং মথং। মসিরা পুন্সি হায়বদুবো? অসিগুম্বা অশোয়বা ময়াম অমা থোক্লবা শিল্লিবদুগী মমিংনা "লাই" কৌবরা? মথোং হুকত্রবা লাই অদুগী শত্রং পোরা মীওইবা ঐখোয়বো?

লাইয়েকপা :— থব্রায় পিকথগনু ইবেম্মা, ঐখোয় লৈরি। ব্রাথোক অমা লৈরবদি ব্রাতেম অমসু লৈফম থোকই।

অরিবা :— কৈনোনে, হংবা হৌনৈ হায়বৈ হংবনি। কপ্পা হৌনদে। পুন্সি হায়বদু সিনি। কান্নদে। কনানো ঈশৈ মতেক অমত্তা সুম ঙঙঙু।

অশৈবা :— (ঈশৈ শকই) (ময়ামসু য়াওশিল্লকই।)

হে লাই, ইরায় লায়
পাউথোকপিবা য়াই।
ব্রানি খনবদা মাই,
মাথা ইশা শাই।
ইথক ঈরাং কায়
ইরান্নংদা তাই।
খুন্নাইসিগী রাই
পাউজেলচেদা পাই

নুপী :— (মতোমতা কপ্পুনা লৈরমই।) অমম্বনা শয়োম শানা মমশিল্লক্লবা অহিং কয়ানো পুন্সিসিনা নিংশা হোনঙমদনা খাঙখিদৌবা?

লাইয়েকপা :— মৈঙাল মচাসিনা ঙালহনবা ওমদ্রে কাসে। মপালগী মিহুৎ থোঙসে হাংদোককে

অইবা :— কয়া তাম্না লৈপ্রবগে ইনুং ঙানবগী অমেংবা মঙানদো?

অপাবা :— লারোন লারোন কয়া থুপচিনপ্রমাল্লে। ঙানথোরক্তে মঙান্দো।

অরিবা :— য়েম্বারাবা পুম্বা নেশাদা লোইনা লাইচুপ্রমাল্লে। লৈতুম্না থাদুনা হৌদোক্তৌ মঙাইরে।

নুপী :— নোংসি ওস্তোক্লা ঙালহন্নিংপ্রেদা।

লাইয়েকপা :— খঙনিংলে হায়দোককদৌরিবা পরিক্ষাগী ফল।

অশৈবা :— চাক অসিগী খ্বাইদগী শাংবা অহিং ওইরমাল্লে ঙসিগী অহিং অসি। ইনুং ঙানবা নাইখিদ্রে।

নুপী :— আশা য়াওদ্রবা, খোঙচৎ কায়খ্রবা তরংগী অতোপ্পা চিদাই অমা য়ৌরমাল্লে। কদায়দনো তাশিল্লুগদবা ঐনা ?

লাইয়েকপা :— নত্তে নত্তে ইবেম্মা, অমম্বা মরকসিদফাও অসুক লৈত্তাফম খঙদ্রবদি ঙাম্ভোরক্লগা মঙালগী মৈশাদনা হেন্না চোকথনি।

অইবা :— অমম্বা অসিদি পোত্থাফমনি তাইবং ঐখোয়গী, মম্বা নাইদবা তাইবংদুদি চোকথবদা ঙায়রবা অতনবা তাইবং ওইরি।

অপাবা :— মহৌশাগা মরী লৈনজববা হকচং অসি য়াতাহল্লসি অমম্বা মরকসিদা। ইতিহাসনা তুমথখিবগুম সভ্যতা অমগী ঙমখৈদা।

অরিবা :— সে ইবেম্মা, ঙাইহাক্তসু উইয়ু লৌশিং তানা সিদগী ফমধকসিদা। ভুমখু হুনবা য়াদনবনি খল্লুরনু হোরেলগী হয়েংগী ব্রা।

অশৈবা :— অদুগী শরুক নিংশিংউ পুন্সিগী চৈকোক্তা তাইবংগী চৈকোক্তা থেংনখিবা নুংঙাই-নুংঙাইবা থেজ্ঞাঙশিংদু খনগৎলগা।

লাইয়েকপা :— সে, কাখৎলো য়াতারো। (নুপীনা য়াদে)

ময়াম :— (নুপীবু কোয়শিন্দুনা।) হৈনদে, ব্রাই নুংঙাইতে হায়দুনা পুন্সিগী পোফম থাদোক্তুনা চেনবদি য়ারোই। অহিংগী অমম্বসিদগী হেন্না মম্বা ফিজং কয়া পায়দুনা খুনাইসিনা মায়কৈ নিপান্দা থৎলি মীওইববু। ফম্বাল থক্তা কাখৎলু, লৈমরেন নঙ মফমসিগী, মতমসিগী।

(নুপীনা ফম্বাক্তুন্দা কাখৎতুনা কিনা লৈ। মখোয় ময়ামদ শেশ শকই)

"শনরেম্বী থোরক্লো,

লাই খুবাক খুবিগে

নহুম পোনজেন শাবিগে।"

(নুপী কপথোরকই।)

নুপী :— অসিগুম্বা ফাগী লিলা অসিগীরা ঐবু পোকপা পোকপী অদুনা চৈ থাংদুনা ঙাক শেনবিরকখিবা ঐবু, ঐনসু খোমজিন-তাশিনজবকখিবা মিৎকুপ কয়াদা অচোইবা ব্রাখল মচেৎ কয়া ফাদোকখিদনবা ? চেকশিলহৌদবা খুজিন-খুনাম্ভোক অমদগী হৈথখ্রে তরু-তরুরবা পুন্সিগী ময়াই পুম্বা তিংগাকোক্তা!

অপাবা :— নিংথিনা ফমথৌ, ব্রাখলসু হকচাংসু য়াওনা অমুক্তা নুংঙাইনা পোত্থাখো।

অইবা :— পোৎলুম অমা থাঙথবিরকপগী ইথক্তা, মিৎশেল খাঙনা শঙলিবা ঐখোয়সু অহিংসিবু।

নুপী :— ময়াম পুম্বা পোত্থাবিরো। শনত্রীগী থৌদাং শিনজরগে ঐ।

অশৈবা :— থাজবা মাঙ্খবা তাইবঙসিদগী ? অমনা অমবু কিনরবা ?

লাইয়েকপা :— কনানা কনাবু থাজনি ?

অরিবা :— অদুবু, থাজবা য়াদ্রবা হুরান চীঙ্খী মরক্তসু পুন্সিবু ইচাক ইরনবু চেজেৎ চেৎনা কোন্দুনা হিপথনিদনা ঙাইহাক্তসু অহিংগী হৌনবা।

অশৈবা :— সি য়ৌরবদি ঐ পোত্থারুরগে।

অইবা :— পোত্থাবা তারবসু পোত্থারোসিদা। তাইবং মপুদুনা লৈত্তাবকপা নুমিৎতা তুমখুন হুনখিবগুম হিংচাবশিংনা।

অশৈবা :— হারমোনিয়মগা সুরগা চানদ্রবা মফমসিদা ধোলক মোন-খাংনদুনা তুম্বা তারিনে। (হিপথখি)

অইবা :— ঐগী ব্রাখলগী শক্তমশিংসু য়াতাদে খক ব্রাখলগী ফমথক্তা। মঙলান্দফাও হৌদোরকই ঐবু মখোয়না। অদুবু ঐদি তুমনিংলে।

অপাবা :— মরমদি থাঙ্গৈশেংনা হিংবা অহিংবা শক্তম ঙাক্তনি ব্রাখলগী। ঐনা পাখিবা লাইরিক কয়াদসু অইবশিংনা নাউশুমদে মখোয়না যেকপা শক্তমশিংবু। ঐতনা অথিংবা মখোয়গী চেনাথক্তা ননশিন্দুনা ইশি শিনা নাখোক্তুনা তুমথবনি। (হিপথখি।)

লাইয়েকপা :— মরোল থোকচদবনি ঐগী লাইশিংদু মমিৎ কোইবাউ কোউরাউ লাউনা পাঙথোক্তুনা য়েংহৌবনি মখোয়না চামথোক্তবা তুলি পাযদুনা তুমথরবা ঐবু। (তুমথখি।)

অরিবা :— ইবেম্মা নঙসু সাহিত্যগী কালাগী শক্তমদুগা চপ মান্নখ্রে। ঐদি মীনি ব্রায়নে তুমথরগে। (তুমথখি)

(নুপীদু কিনা কিনা লেপহৌই ফমথক্তা।)

ময়াম :— (মমঙদা)

ইনুং ঙানবা ঙাইঙমদ্রে
ইশাগী খনবনা, তুমথরে ঐ, ইশাগী মঙলান্দা
অহিংগী অমম্বা উনিংদ্রে,
য়েংলুগে মঙলানগী অঙানবা।

লাইবে

অরিব

অশৈব

অইবা

অশৈব

অইবা

অপাব

লাইয়ে

অরিবা

ময়াম :-

## অয়াওবা খোঙ্জেল

ভাবোক-মীয়াই চহী ৫০।৫৫
প্রদ্যুসর-নুপা চহী ৪০।৪৫
অইবা-নুপা চহী ৪০।৪৫
নুপা-পাখং চহী ২৫।৩০
নুপী-লৈশাবী চহী ২০।২৫

## অউনপোৎ লৈমা

### অহৌবগী যন্ত্র

: কৈনো প্রদ্যুসর বাবু, লীলাসিবু ইহৌ হৌদ্রিসিবু। ঐখোয়দি মতম চপ চাবীদা লাকচবনি। বাবুহোয়গী মতমসিসু ঐখোয়গী লমদমসিগী পুঙলোমদা লৈখৎলকঅবা জাৎলা, লোকেল কলরনুংলরগী ভাবতা?

...ার : 'য়াম্বা ভাবোকপু হৌজরনি। লোইনা রেডীদা লৈজরবনি। রেকোর্ড লৌগদবা ঐখোয়গী ইনাও অমসিদি ঙসাই ঙম্বানা লাক্কনা ময়াম ঙাইবগী উরোরোনদা মীকপ অমনী শেৎলম্মনি।

...বাক : লাককনখিদ্রবা মৈ ফাওবা লাকএ, করি ব্রাৎনরিগে বাবু?

...সর : কৈসু থোইদোকপা ব্রাৎনদ্রে য়াম্বা, চুম্না সুম অইবগা মহোয় লীলা য়াওবা খরদুগা লাক্কদ্রিবা। ময়ৌরকঅনি। লৈফম্নদি তিন্নদবনিনা অমমুক হৌ অমগীদমুক চঙ তৌদনা তৌনরম্বা য়াই। মহোয় পুন্না লাককে হায়বগী মওং ওইবা তাই। য়ৌরকঅনি।

...বোক : অইবদুদি লাক্কুসু য়ারবা নত্তনে? লীলাদদি মা য়াওদবা য়াইনা।

প্রদ্যুসর : য়াববুদি য়াবা, অদ স্কুপতো—লীলা ময়েক্তো মানা পুরককদবা।

ভাবোক : হায়রিসিসু লীলা তারনি য়েংঙনি হায়দনা ফম্মকইসিবু—লীলা ময়েকসু লৈত্রিবা লীলা থোককদবা মীসু লাক্লিবা! অসি ওইরমাল্লেনে প্রদ্যুসর বাবুনা হায়বিরিসিবো? শম্নপ্না।

প্রদ্যুসর : অশম্বদবুদি অদুদা তারে; কোইরপ হায়বা তারগনা লোইনা লাক্লরনি, হেক লাকপগা শৎ অদুম হৌরনি; হৌবু হৌরদি পুঙখায়মুক করিমুক্তনি অদুম ঙম্বা লোইগনি, থবক অম-অমসু চৎথোক-চৎশিন অদুম নংননি হায়জরিবা, 'য়াম্ববু।

ভাবোক : বাবুগীসিবু হামেং ব্রাইনবগী ভাবতৌনা, ধমকা তৌ' খৈ তৌনরগা অদুম পোৎথানদৌরি' জাৎলনে?

প্রদ্যুসর : ধমকা অদুসু লীলা অমনি অদুইবুদি। লীলা অশেংবা য়েংবদি ধমকাদগী হৌবনা ফৈ' য়াম্বা।

ভাবোক : ও, লীলা মপুম ওইনা পুল্লপ উবা ঙম্নবা?

প্রদ্যুসর : হোয়। অদুগীনি ময়াম্না তাবদমক তাবা য়াবা লীলা মওং অসিদা 'য়াম্বগুম্বা ভাবোক অমা বার্তোন তৌদুনা হাপচরিসে।

ভাবোক : ও-, চাংয়েংগী ভাবতা?

প্রদ্যুসর : অদুগুমজাৎনি 'য়াম্বা। অদুমকপুদি নত্তবা য়াই; ওইবসু য়াই।

ভাবোক : কমদৌবা? নত্তবসু য়াবা ওইবসু য়াবা? ওইবগা ওইদবগা?

প্রদ্যুসর : হোয়, অদুমক্নি 'য়াম্বা।

ভাবোক : হায়বদি হোয়গা মাইগা হাইরপ মান্নরা লৈবা, ভাব মেন অমা ইতা তাদবা, মওং- মরিল অমা ইখণ্ড খণ্ডনদবা অহায়' অহায়' চুম্বা অদুম মানবা-হায়দি ঐখোয়গী মতমগী য়ক লাউবী লীলা হায়দুদা তাদৌরিমাল্লে ঐখোয়' ইনাও প্রদ্যুসর বাবুগীসি, করি হায়গে ?

প্রদ্যুসর : হোয় অদুগুমজাৎসু ওইবা য়াই।

ভাবোক : অস, ভাব তাফাত্তে। ফরে হোরেল লীলা হৌরগা তারগা খণ্ডবাইদুনি।

প্রদ্যুসর : লীলাদি য়াম্বা' হৌরবনিনে।

ভাবোক : কমদৌবা ! কদায়দা ?

প্রদ্যুসর : সিদা হৌজিক হৌজিক ইচীন্নাওনা তৌরিসি লীলানিনে হৌখ্রবনিনে। 'য়াম্বসু পাত্র অমনিনে।

ভাবোক : কৈনোনে হায়রিসিবো। ভাবোক্কবু লীলা য়াওই হায়বসিবু ওইবা য়াবা ব্বারনে ?

প্রদ্যুসর : য়াব্র-য়াদব্র। অদু য়েংদৌরিবনি। লীলাগী ব্বাদি হৌরবনি ; তু অসোমদা রেকোর্দিং তৌরিবসে। মৈ অঙাংবা থাল্লকইসে তু সোমদৈসে।

ভাবোক : ই-সে ! ওস্তোকপাইদু ওইরে। মীগী ফম্বাক লীলাদা করিদা জাৎ-জাৎ তৌনবদি তৌনবনি। তাননবা লীলা অসিদবু মীনা নোক্লখিদনা ?

প্রদ্যুসর : নোক্লবদুদা ওইরদি ঐখোয় ময়াম খরা খরা ইকায়মিন্নরগা পুমিন্নবা অদুম ময়াংখিনি ; মতা চাদ্রবদি 'য়াম্বা, কলাকারহোয় অইবহোয়, ঐখোয় ময়ামসি ঈশিং পীথকঅ য়ৈর, পীথকঅ য়ৈর, তৌখিবসু কনানা খণ্ডবা।

ভাবোক : এ। ঐদি য়াওরোইনা ?

প্রদ্যুসর : করি য়াওদনি পাত্র অমা ওইরিবসিদি

ভাবোক : এ ! করি ব্বানোনে হায়রিসিবো লীলা অসিবু ভাব-মেন অমা-
(মী খরা লাকপগী মখোল তাবা)

নুপী : ঐখোয় লাকএ তা প্রদ্যুসর চঙঙঅগে ?

প্রদ্যুসর : ঐ-মা লাকও চঙঙক-ওনে। ঐখোয় ঙাইরম্মীবনিনে। এ, খরা খরা তপ্না য়েংনা য়েংনা তৌকো, তু-রোকেদিং।

অইবা : (তপ্লপ্পা) ই-হে, হৌরম্ম জাৎ ওইরে। খরা থেংদোকখরে মরূপ প্রদ্যুসর ব্বারৌ য়াদেকো। ঐখোয় ইবেম্মা কলাকার বাবুনীসি ঙাইরিঙৈদা-কৈনাদ কৈনা পোৎলোই শেৎতুওায়- !

নুপী : ঐনা থেংবা নত্তে তা-প্রদ্যুসর। তু অসিগী নুপা ময়ুমগী বোর অসে অসিনা ঙাইরম্মু ঐ হৌবা লাককে হায়রে। ঙাইবসি, ঙাইবসি, লাক্লে। থেংমনখ্রে ময়াম্না চৈনরমতারে হায়দনা ঐ মহোয়দা চৎলুরে। অদুগদি বোর বাবু সিনা মী' নুমীৎ চপয়ুংখৎলকপৈ অসিদা শঙ্গোয় দারীদা ধীরে ফম্মদনা "অয়ুককী চা থককে-থবী খোকলক ও" কা 'য়না

নুপা : ফরে ফরে কৈনা (কন্যা) ইবেম্মা মখা তারগুমসি। খরা থেঙদোর্ক থেঙজিন অদুম মচৎনরি। মীগী চাউর-চাউরবা অঙম অথৌগী মীতিন মীফম থৌরম ফাওবা মিনিট তরা-তরাসি তরুক তরেৎ থেঙথনরিবদা ঐখোয়গী লীলা মচা অসিগীবু, মতম অসিবু ঐখোয় লীলা কাঙবুগী উন্দবা য়াদবা অউনপোৎ তৌনা- !

অইবা : (হরাওনা) তো-তো য়ারে, অদুদা লেপ্লো য়ারে। মদুদা ঐখোয়গী ব্রাহৌদোক লোইরে। প্রদ্যুসর মরুপ, ঐখোয়গী ঙসিগী লীলাগী মমিং 'অউনপোৎ'। শান্নবা হৌরসি য়ারে। ঙসি নোং নীনি, মরীনি মঙানিসিদা ঐখোয় ময়াম লীলা তিন্নদনা শফা ওইরগা লাকচরবনি। খরা থেঙ খোৎ তৌরবসু ঐখোয় ফজনা চীনফা ফা খোৎতনা লাক্লরবনি।

ভাবোক : ইবুংঙো অইবনা তাকপিরিসি লীলাগী ব্রাহৌদোক কা হায়বা অহৌবা একসপোজিশনগা হায়নবা অদুগুম্বনিনে ?

অইবা : মানি হোয় খুরাবু। অদু অসি, খুরা অসিনা ?

প্রদ্যুসর : অ-ভাবোক অমনি। ঐনা হাপচিনজরবা ভাবোক অমা

অইবা : লীলাসিগী পাত্রগুম্বা ?

প্রদ্যুসর : গুম্বা নত্তে মরুপ, মক্লি, পাত্রমক। লীলাগী মীওই অমা।

অইবা : এ ! লীলা অসিগী ?

প্রদ্যুসর : লীলাসিগী।

অইবা : লীলানা ঐনা ইরগা পাত্রনা অদোমনা— ?

ভাবোক : অদুম য়ানি, কৈসু কায়রোই ইবুংঙো।

অইবা : কায়বা কায়দবগীদি লায়রদনা—নত্তে মরূপ মরূপকীদি মরককী খোঞ্জেলগুম্বা, অহৌ-অহৌবগী যন্ত্রগুম্বা, ব্রাঙাং শঙাঙগী অব্রাং-অনেমগীগুম্বা অসিদা শেন্নবিগদবা নত্ত্রনে ?

প্রদ্যুসর : ভাবোক অসিসু মরককী, অহৌবগী, অরোইবগী খোঞ্জেল অচৌবা অমনি কৈদৌগে মরুপ।

ভাবোক : অদগী অমনা ইবুংঙো, ফৈ-ফত্তে, নুংঙাই নুংঙাইতে, চুম্মী চুমদে হায়দনা লীলা তাবা লোইরগা ইবুংঙোহোই ইবেম্মহোয় ময়ামগী তুংদা নৈনরে শরূক খুদক খুদক্তা কলাকারশিংগী মাঙমক্তদা নৈনথোকুপসু ফৈনা। করি হায়গে ?

অইবা : ফরম্বদি য়াই খুরাবু, অদ ময়েকনা ঐনা শেমজরগা-

প্রদ্যুসর : এ, ফরে মরুপ, নহোয় অইবগী হৌনবা অদ-ফদ-অমসুং অমহিকসুং অমহিক্তি কায়না তৌরনু। মীনা ঙসাইনা মঙং য়েংঙিবনি হায়দনা হায়খ্রেনা। ফব্রা, চান্নব্রা য়েংঙগা মতা চারোইদবা উরগা থোক তোকথোকঅগা লোইরে। য়েংবদা করি কায়গে। আর্ট হায়বা, কলা

হায়বসিবু বোন্দী মখোঙ লেঙবা ইয়া য়াদবদৌনা খল্লিব্রো। হৌজিক ফাওবা।

অইবা : (ভাব তানা) এ, এ, ভাব তারে। মরুপহোয়গী কলাগী পাম্বে মতাসিদা ময়াম্না মুরুম মুরুম শোন্নরককদ্রা, মতা চাদ্রগনা ফি- রোল হেক শেম্নরককদ্রা হায়দনা খল্লুবে ব্রানি।

প্রদ্যুসর : অদোমদসু পঙখন খনবিরুনু মরূপ।

অইবা : (থৌনাগা লোয়ননা) এ, অদু ওইরদি (খুকাপী) কে-সে! তৌরসি। ফৈ! করি লীলা শান্নরসিগে হৌরসি ব্রি আর রেডী।

প্রদ্যুসর : কদায় ময়েক পীবিরকও।

অইবা : ময়েক হায়দি স্ক্রিপ ?

প্রদ্যুসর : স্ক্রিপ, লীলাগী ময়েক, অইবা ময়েক।

অইবা : ময়েক লৈতে। য়াওদনা হেক্তা চৎথরদৌনি। তাকপিয়ু করম্বা হীরমদা শান্নসিগে ? ইবেম্মা ইবুংঙো কলাকারশিং, শেম শাবিরো হৌরসি। লীলাগী থীম-হায়দি হীরম পীরকঅগে। মরুপ প্রদ্যুসর থীম হায়বিরো-।

প্রদ্যুসর : কৈনোনে হায়রিসিবো অইবা ময়েক য়াওদনা করমনা ?

অইবা : 'সিনিনে মওং মওং য়েংদৌরিসে। অমা হায়বিরো হৌরসি থেংগ্রে, মতম লোইশিল্লককদৌরে। পীবিরো।

ভাবোক : অইবা ইবুংঙো খুরা করিগুম্বমতা-।

অইবা : তাকপিসি।

ভাবোক : হীরমদি ঙসাইনা লাউথোকখ্রবদাইনে। অউনপোৎ-।

অইবা : ও, ক-র-রেকট! য়ারেনে অউনপোৎকী মরমদা শান্নরসি! অদুদি সে হৌরসি, গেট রেডী-ব্রান-টু-, প্রদ্যুসর মরুপ, অহৌবগী যন্ত্র খোংবিরো-লুহোং কোয়বগীদো নত্ত্রগনা নুপী থিনবগীরা কৈনো।

ভাবোক : ইবুংঙো অইবা, হৌদ্রিঙৈসিদা ব্রা অমত্তা হৌদোকচহৌখিগে।

অইবা : হোরেল হৌখ্রগা মরক্তনা ফরোইদ্রনে খুরা ভাবোক ?

ভাবোক : হ। হ। ঐখোয়গীসি মরক্লিনে।

প্রদ্যুসর : চুম্মী মরক্লি, লীলা হৌখিবদি কুইরে।

অইবা : ও। ফরেনে। নৈনবনা হাল্লগা লীলানা কোন্না তৌরবাইদুনি। তাকপিরো। শাংদি শাংবিনুকো-মতমসি।

ভাবোক : শাংজরোই। শম্না হায়জরবদা ইবুংঙোহোয়না শান্নবিদৌরিবা লীলাগী থীম, মদুগী মিংথোল অদু মওং তাফাত্রে হায়রিবা। হায়বদি অউনপোৎ হায়বসি মৈত্রবাক অসিদদি প্রোব্লেম সমস্যা অমা ওইদ্রি হায়জরিবা।

অইবা : এ। কমদৌনা খুরাবু ?

ভাবোক : হায়বদি সনা লৈবাকসিদদি অঙম্বনা ঙম্না ঙমদবনা ঙমদনা উনবা অদুম চৎনরি। নুপা ময়ুমগা নুপী ময়ুমগা সে-গা মাই-গা তাথোক তাশীন তৌনদনা পীনরি লৌনরি। ঈংনা তপ্পা অদুম মচখনরি। করি হায়গে ইবেমা, উনবা- খোৎপগী মতাংদদি ইচা ইবেম্মহোয়না হেন্না খঙগিনি।

নুপী : অ-চুম্মী পাবুঙ ভাবোকনা হায়বা। অউনপোৎকী মতাংদা কন্যা তেরশিং হৈজিন্দনা মৈ থানদ্রি, থৌরী-নুংলী, হূ- নুং শীজিন্ননদ্রি ; অদগী ওজাবু শেল-থুমগী হিসাব তৌনরগা লৈ কোয়রিগৈদা বোর হৌগত্তনা চৎনদ্রি।

অইবা : অদু ফাওবদু য়াজরে, শম্না হায়রবদা বোর অমা লৈবা লাকপগী য়োনবা খোৎপগী মওং অসি লাকত্রি সনা লৈবাকসিদা। লুরিবা অমত্তংদবু তা- ভাবোকপু অচৌবনা হৌনা নাহেবা অশোনবনা খোঞ্জেল পীকনা নাহেবগী ব্রাদনি, চৈনাদি অমদসু অমদসু অদুম ফাওনরবনি। চাংদা খরা খেন্নজবগী ব্রাদনি। হায়বদি কৈদাবু য়েংবিয়ু ঐখোয় অদ্বাইদা মামশিং অমা লৈ। মচাদু নুপী নাক্তা মঙা-মখায় হেক পোকএ।

ভাবোক : কমদৌবা ইবুংঙো ?

অইবা : নুংশা থীবিখিনু তাদবু মরীসুবী অদুমদি শাজৎ-লাকচৎ ব্রাঙাং-শাঙাং, মব্রা-মখোন বোবা-বোব লাউরদনা নুপা হেক মাল্লে ; এ ! হৌজিকসু ফনেক-কা শেত্তে জিন খোংগ্রাওগা জেকেটকদা চত্থরি। মমান্নবা নুপা পাখঙনকা হেনজিনবা য়াবা জাৎ নত্তে।

নুপী : অদ নুপীদি ওইবা।

ভাবোক : ও ভাব তাজরে। মখা হায়বিয়ু।

অইবা : চরা হেন্দে মামদু, থবকসু মচা অমা তৌজে। লৌ শীংসু খরদি অদুম লৈমাল্লে হিয়াঙ্গে-পোইনুগী স্বায়দা ফৌদু বোরা অনীগুম্বা অহুমগুম্বা লৌমী অমনা তত্তনা থিল্লকই।

প্রদ্যুসর : মীনা পূন্না কয়া চাবা ?

অইবা : ময়াম্বনা থনম্বা মতৈমদুগা মচা অহুমদুগদি মহোয় ১১ গুম্বা চাবা ওইরমাল্লে।

ভাবোক : ফৌদুদি থামুক অনীমুক কোন্নরিদ্রা। হ! কোন্নরোইদৌমাল্লে—।

অইবা : কোন্নবা কোন্নদবদু ঐগী ব্রারীদা য়াওজদ্রে। ঐনা হায়জরিবদি মামদু সনালৈবাক অসিগী ময়ায় ওইবা থাককী মীওইনি হায়জরিবা। মচানুপী অহনদো এমঃ এঃ লোইরকপগী অদুদা কোক চেম্থোকখ্রে, থবক থিবোই থিদবোই তৌরিবা মমান্নবা হরে অমদা। খরা শাউন খরা থেম্ন মরাং মরাং তৌনদনা হোঙবদা লেপ্পরে। মশেম মরৌ হোঙঙনি হায়বগী অদুদা কন্যা ইবেম্মদু অহল্লমনগীদা থিল্লকএ। তাবিয়ুসে হোঙঙমদাইদুদা

কন্যাহোয় কন্যা-পাহোয়না উংখৎনরিবা মওংসে (খুকাপ্পী পেক পেক কাপ্পগা) হৌরো কলাকার নখোয়। মরুপ প্রদ্যুসর য়ারে করিনো খোঞ্জেন নুংজেন থাবিরো য়ারে—।

প্রদ্যুসর : ও। করি থাদৌরিনো ভাব মেনবু তাশিল্লক্তে লুহোংবগী ঈশৈ থাসিরা ফায়ার ব্রিগেটকী মখোল ?

ভাবোক : ফ্লাশবেককীদু হেক থারো কৈদৌগে ইনাওসিদি

অইবা : চুম্মে, মদুনা চান্নদৌ' মাল্লে। অদুদি সে (ফ্লাশবেক হৌবা।)

নুপা : (শাউরপনা) করিনো মানা হায়রিসিবো। ঙাইহাক লৈর' অমমুক হায়, ঙাইহাক লৈর' অমমুক হায়! ঐসিবু চাকশৌবুঙদৌনা। মহোয় মহোয়বু শেন্নদনা ওপার অমা। মানসু লোইবা নত্রি মনাও ঙাক্তা ঙৌবা য়াও মুবা য়াও পৈবা য়াও ফৈবা য়াও, য়াঙ্গোল অমা। মানা কোকহল লাইহলনি, লাইরিক লাইসু হৈরে ভাব তাগদ্রা হায়রগা। মানদুম লাই শারে, ইকাই ইকিসু লৈত্রে। মমা শাবী নঙনসু ঙস্মোই খোৎলোই হায়দনা য়ৈথৎ-খোৎতত্তনসু তৌগে হায়দে! (শাউনা) চো, মা লাউ হায়য়ু ঐগা শাগে ব্রারীসি। মথন্তা থাজিল্লকউ। চো। (কপ প্লেটকী মখোল) চা কাসি হূ তরেৎ খারে। (মৈখেৎ খেত্তুনা চুরুপ চন্নগী মখোল। ঙাইহাক তুমিন লৈবা। খোঙথাং অমা নকশিল্লকপা)

নুপী : (ইচঙ থৌনা) বাবা, কৈনো ঐগা ব্রারী শাসি হায় হায়বো ?

নুপা : (মৈখু শাংনা কাম্মগা) ফম্মু।

নুপী : কুইগুমসি বাবা ঐ কৈথেন কাদৌ লৈরি। পোৎ-চৈ খরা ব্রাৎলি।

নুপা : অস। কৈথেনগাসি নহোয় নশানা অদুম কার 'জাৎ ওইরে, নমা হোয়দি কৈদৌরবা ?

নুপী : ইমাহোয়না লৈবসি কয়া য়ৌদে, ক্লালিটী হন্নবা ঙাক্তা লৈগল্লি, লাইগী শোয়দনবা মশীং ব্রাত্তেগা লোইরে হায়বগী মওংদা তৌই।

নুপা : অস! হরে-হরে। ঙন্না হৌইদা। ফৈ- ফৈ হোৎনৌ হোৎনৌ মাগী মাগী ঙন্নবা। অদুগা ইবেম্মা বাবা ব্রা'ম হায়গে। নঙনা ঙাইহাক লৈরগা অমমুক হাপ্পু ঙাইহাক লৈরগা অমমুক লৈয়ু হায়দনা হায়রিবসিবু-নত্তে ইপাগী ফীবম নঙনা মুন্না খঙই। নঙ অমনা লোইবসু নত্রি।

নুপী : তু তৌরকএ মহোয় অনীগী হৌনবী। (শাউরপ) ফরে তোকও অমত্তা হাপ্পনু! হোঙদ হোঙজররোই, তোক-ও।

নুপা : ঙাইখোনে নহোয়গী হৌনবীদু তৌরকখিনুনে। ভাব তা-না ঙাঙ-নখিসিনে। লাইরিক হৈরবী নঙনি মচিং-মশোননা চৎকনুনে।

নুপী : ব্রাশিং মেছিন অমত্তং হাপ্পু হায়ববু মচিংলো! অচৌবসু নত্তবা!

নুপা : অচৌবা নত্তবদুবু অমত্তা ওইরবদি ফরেনে হাপ্পসিনে। অমমম সুম হায়বদগী মচুগী টিঃ ভিঃ সেট য়াওরে, ফ্রিজ হাপ্লে, উপু-নুংপু লোইনা স্টীলগী ওল্লে, কনাগী চেঙভু ফাওবা স্টীলগী তৌরে, গাড়ী মচা অমা য়াওরে, কনাগী রূম হীটর গ্যাসকী ইলেক্ট্রিক্কী লৈরং, পংখা-নুংখানচিংবা মচা মসুসু সুরে, কোকহন লাইহ্ননি হায়দনা নমাগী চক্রিদগী লৌসু মচেৎ অমা অদুম য়াওরে-।

নুপী : লৌনে' না খুজীনমুক, গাড়ীনে'না থায়নগী জেট অমনবমুক হৌরদনা, টয়ার অনীমক বাবাগী কোকতৌনা পুম্নান-!

নুপা : থৌবদি নঙনা নুতিগী থৌরিদনা অদুম মফরি। হ! ঐনা হায়বদি পোৎ অসি অদুম চৎনবা য়ারে, পঙতা তাদ্রে, ঐগুম্বা অমনা তৌবা য়াবা, উনবা ঙম্বা পোৎ-চৈদগী ওখাক হেন্না হাপ্লে-।

নুপী : অদুক য়াম্বদি হাপ্পগা ফিসু-মেছিন মচা শঙ্গোম কৌতামুক চাউবা 'মা হাপ্পদা করি কায়বগে!

নুপা : হাপ্পগীদি এরোপ্লেন য়াই জহাজ ফাওবা য়াইনে, ঐখোয়গী কোনুং অসি অউন-কোনুং ওইনা থোক উনথোকপা য়াইনে। ওমদবগী ৱানিনে। পুদনা লণ্ডদনা লৌথোকপা য়াবমখৈ লোইরে ওফিসতগী-

নুপী : পূবগী পূবা অমহানি খরগা পূবিরো, নত্ত্রগা তোকঅসি হায়দোকপিরুরো ঐসু লম্বোইজখ্রগে!

নুপা : অস! (ঙাইহাক তুমিন লৈনরগা) ঙাইখো নুপীমচা বাবা ৱা হংগে, ৱাশিং মেছিনগী ৱাসি মহোয় অসোমগী ডিমানলো? শেংনা হায়য়ু।

নুপী : অদুগুমজাৎনি। য়াওহল্লকউ হায়বদুদা ঐসু চাউথোকপোই পোঙশিল্লম্বোই তৌদনা 'এ, কৈসু লৈতবা মচাদুবুদি পুরককেনা', হায়দনা হায়জিল্লম্মে। অদুগী ৱানি। ঐসু খঙঙিবনি খো-খোল্লা। অদ ইজ্জৎকী ৱাফম ওইরবদুদা তৌবনি বাবা। কোন্না তরানি-কুননি লৈরগা য়াদ্রে শেমগে হায়দনা অমুক পুবিগ্রসু হাপতি হাপ্পসি।

নুপা : মসিদা ঐনা নঙ্গী ৱাশিং মেছিন অসি হাপত্রগদি?

নুপী : (খল্লগা) হা-পত্রগদি-হাপত্রগদি বাবা-আসি-!

(ফ্লাশকেক লোইবা)

ভাবোক : উম। ভাব তারে অদু ইনাও অইববু, মখাদি করি ফ্রিজদু হাপত্রগদি হোঙঙরোই সিরা? কন্যাদুবু হোঙখিদ্রবো, হোঙখিব্রো?

অইবা : অসিগী মখাসিনি ঐনা খন্নবা পাম্মিবসে। ময়ামসু খনবিয়ু হোঙহনসিরা হোঙহনগুমসিরা? ময়ামগী মোতসু পামজবা।

নুপী : মসি ওজাবু ঐগী মোততি।

অইবা : তাসি।

নুপী : কয়াগীসু নত্তে কোক হাপ্লাগা থোক হোঙদোকথ্রসিদা, মশা মশা য়ান-খোৎনদনসু চেনজথ্রবদুবু।

প্রদ্যুসর : মসি ইবেম্মা ঐগী মরূপ অইবনা পাম্মিবসি হোঙবু হোঙঙবসু হোঙবু হোঙদ্রসু ফ্রিজদু হাপনিংদবগী ব্রা ওইরমাল্লে-সমস্যাবু হায়রিবা।

নুপা : ফ্রিজ মচা অমখক্তুবু কৈদৌয়েগে হাপথ্রসি।

নুপী : হোয়দা, অসুক য়াম্বদি মথং-মথং হাপ্লগা। নুংশিদ্রো মী কন্যা অদুনা পামজদনা ইকায়-ইকি থাদোক্তনা মপাদা হায়জরিদো।

ভাবোক : মসিদা ভাব অমদি লৈরে। লৈরে হায়বদি পোৎ চাউবা-পীকপগীদি লায়রি মসিদা মায়গৈ অমদগী অউনপোৎ থৌবগুম্বগী ব্রাফম অমা-!

নুপী : থৌবগী ভাবতি নত্রিদা খুরা নুপী মশানা মপাদা পাম্মী হাপ্পু হায়বগী ব্রানিদা।

নুপা : হ! অদুমকসু নত্রি নুপামযুমগী দিমান অমদৌনা তৌরি নত্রগদি কন্যা মাসু মপাগী ফীবম খঙভিবনি। মপাদু মচানুপী কোকহন লাইহনগীনি হায়দনা তেংজরবনি হায়রিবা।

অইবা : অদুইসু মথক্তা মপা মানা খঞ্জরম্বদি অঙম্বা খরদনি, মচানা অদগী মমানা সিদংদি, সিমত্তংদদি অসিমত্তংদসু হায়দনা ঙংবা সৌবদগী থমজবা জিঃ পিঃ ফঃ এ কী শেনফম তেংঙে, ইনসুরেন্স ময়ামদগী পুবা য়াবা পূরে, অদগী মরুপ মপাং কয়াদগী ময়াম অম পূরে-লঙঙে।

ভাবোক : শীংদবদি য়ারোইদো।

অইবা : মথোই য়াঙ্গোল য়াঙ্গোল হাপ্তৌরিবনি।

ভাবোক : হন্দককীসিনা অরোইবসু নত্রি।

নুপী : হায়রিসিনদি ওজাবু হোঙদবা তারেনে?

প্রদ্যুসর : ইবেম্মা পাখৎখিনু হোঙগনি, শোয়দনা হোঙগনি। ইচা নিংঙোল পোকলুরবনিনা হোঙনবা তৌগনি-অমদা নত্রো অমদা-।

নুপী : ওয়। হান্নৈদুদা নত্তবা?

প্রদ্যুসর : হান্নৈদুদদি অমুক্তং জোনে চঙনা হংনখিবা তারি নুপীমচা।

ভাবোক : করি হায়না প্রদ্যুসর বাবু?

অইবা : অসুমায়না (নুপাদা) অ ইবুংঙো বে-দী। য়ারোকো?

নুপা : য়ারনি তা-ইবা।

(ফ্লাশবেক। মরককী যন্ত্রা)

অইবা : (মখোল ওল্লগা) অ-অসি ইচাইবুংঙো ইন- লো সা'বপু।

নুপা : পাবুং-ইন-লোবু।

অইবা : কৈনো নখোয়না ফিসু-মেছিনগী ব্রা অমদা মাথা শাহল্লিসিবো?

নুপা : মাথা শাহনজবগী ব্রা নত্তে, হয়েং নচা ইবেম্মা অনৌবীনা ফিসু ফিজাম্বদা মখুৎ কায়-খোত্তনবা—মানা নুংশা মরক্তা সুরবদি ফিগীসু মাগীসু কুচু মাঙইদো অদুদদি, সুম খন্নবদা-

অইবা : কৈনো নোং ফাদোক, নীনি মরক হুম্নি মরক্তা নখোয় নশাগী শেংন চানবা ফি মরী মঙাদং সুববু থবক্নো। নশাদু চাং অমা নাইনা লেঙ-ওংপসু নুঙাইনা হিংবদা চঙদবা য়াদবনি। চাওখৎপা মতমগী থাজবদা চৎলে ফমমে, ফম্মে ফম্মে, চাক থোংই ফম্মে কুচু শেন্নরিবনি হায়দনা ব্রেক-ফাস্ট, লঞ্চ, দীনর লৌর লৌবগা ফমজীন্দনদা লৈদনা মতুম লৈরেগা, মপাক লৈরেগা তৌদনা হোস্পিটালদা ব্রাক-নুংজু থোকপমখৈ লৈহনগেরো!

নুপা : অদুইদি অয়ুক্তা নুংদাংব্রাইরমদা ঐখোয় অনী হৌন হৌনদনা ব্রাকিং-নুংকিং অদুম-।

অইবা : করিগী ব্রাকিং! য়ুমগী নশাগী থবক ফজনা তৌরদবু মতম করিগী মাঙহনগনি। নতনসু তনবা মতমসু মাঙহনবা। থবক্তা সুনীংদ্রবনিনা অরায়বা শেন পাম্মে। ইজ্জৎকী মথক্তা চাদিং তৌবনি হায়দনা জোম-জোম। অদুনদি মীগী সনা ব্রাযরগা ককতনা মরুপ হুন তাবা, মীগী মরুপকী শেল হাৎপা তাবা। অদগীদি শেন্থং মরুপ, অনৌবা শেলহাৎ খোঙথাং মরূপকী সেক্রেটরীনা থানাগী হুই পুদুনা হেক্তা মখিবে।

ভাবোক : ব্রাসিবু অইবা ইনাও ইবুংঙো খবা ফৈদোকখ্রমাল্লেনে?

অইবা : চুম্মে। লৈশিঞ্জরকঅগে। শম্না হায়রবদা, লুহোঙ খোঙদোঙবগী মতাংদা নুপী ময়ুম ঐখোয়দা পোৎলম মনম মনম থোঙ্গৎলিসিবু চুম্মিব্রো? —অসিনি। চাদিং অসি হাকমল্লে।

নুপা : মদোমদা য়েংঙুবগদি ঐখোয় নুপা ময়ুমসু মহা অবধীদা তৌরিবনিদা! কুজবগী হা ফিগে-ফিরাং, অদুনিনা ক্কাগোক হাল্লু, অদা ওইবদি সুনুকোক ফুল্লু, দোলাইগীনা অদুক বের্লগী পরেং অদুককী নত্তবদি লৈ হুকহল্লোই। অদগী কার জীপকী পরেংদু কিঃমিঃ অদুক শাংদবা য়াব্রা, হৈজীংপোৎ তলনা হৈথদবা যাব্রা হায়দনা দিমান মথং মথং লাকপনিনা-! অদদি ঐখোয়সু তুংগী কান্নহৌগদবা খরদি য়েংদ' য়াদবনিনা কাব অহনবা পীয়ু থবককী এপোইন্টমেন্ট অমা হাপ্পিয়ু হাযদনা হায়জদ্রবসু ব্রাশিং মেছিন অমদি শীবু শীজিন্নববসু, য়োনবু য়োন্থোকঅবসু হায়দনা য়ারিঙৈদা মুকচহৌবনি।

অইবা : শেনমাঙ কোৎখৎনবগী মওংদা মুক্করগা করি কান্নদগে, চাককৌ মতুংদৈদি লৈত-লায়রা অদুম তান্নবা হৌনরদৌদা। হয়েং করি কান্নদগে ঐখোয়গী সোমদা য়ুম-ইঙখোলসি নিলাম লাউখিদৌবগী মওং লাকপদা নহোয়

অনীবু অদোমদা শান্তিদা লৈবা য়ারোইদা। অঙম্বা মওংদা শীকপদা থোকইবা খরা অসিদা অসুম লোইনরসিদা ইন-লোবো।

নুপা : ঐবুদি পাবুঙহোয়গী খরা য়েং কন্যা অসিগীনা খরা হেল্লপ য়েংজরগা মতোকচরগে। অদ অহল্লমন, মরী-মতা, শাগেনাতৈগী মমাঙদা চৎনবী হায়বা অমদি লৈরিদো!

অইবা : অদুগীদি মানা শাগে-নাতে মরী মতা হায়বসিদি, হায়বদি ইচিন-নাও ফাওবনি, ময়ামসিদি লৈকাইনি। লৈকাইগীদি মানা কমদৌগে'বু ঙাংনরগেদনি। চাককৌবগী ঙা য়াম্মী-য়ামদেদা অদুম লোইখ্রনি, ঙা মথেল ৩৮ তৌরবসু ঙাখা থোংবমতং হেক ৱাৎলিদা, 'সিনি হায়নদৌরিসে। কার অমা য়াঙরবদুবু এ, অনীদং হেক সুহন্দেদা ঙমদবসু নত্তবদা-সিনি উপুগী হোটেলদা ঙাংনদৌরিবসে। মহোয়গী য়েংবগী মহুত্তা মঙানি তরানি মতুংদগীদি অমত্তা ওইনা অদুম লৈনরগদৌরিবা নুপা ময়ুমগা নুপী ময়ুমগা অনীগী খনবনা হেন্না অশিংবা ওইনিদা।

নুপা : হোয় মদুগীসু কোন্না-কোন্না মথেংনরকপা হায়দুনি। হৌজিকমককীদি মচা'ম করি'মা অদুম, পঙচাউ চাউদ্রবসু-।

অইবা : (শাউরপনা) নঙগীসি দিমান্দ হায়দুনিনে।

নুপা : নৎচদে। নিজবা হায়দুনি।

অইবা : করি নিজবাইদি। পীরোই! লৈতে সুকহাপ হাপ্লোই। ঙমদববু কমদৌনি। হোঙঙোই চো।

(ফ্লাশ বেক মরককী যন্ত্র লোইবা)

নুপী : (থৱায় ৱাজনা) তোকএনে অদুদি, হোঙদ্রেনে!

অইবা : (অদুম শাউনা) তোকএ। হোংদ্রে। নশা নশা য়ানবা নহোয় অদুম চৎমিন্নখ্রো হোঙবগী ৱা অমা-না!

ভাবোক : মসি ইনাউবুংঙো, সুমদৌসি। অনীসি মনা-মনিল নাইনদনা কোর্টতা থোক লোইশিল্লগা পীথোক পীশিনগীনা তপ্না খন্ন-খন্ন তৌরসি। কমদৌই।

নুপা : ফৈনে অদুসু পুঙ-ঝানসু য়াওনদ্রে।

অইবা : (অদুম শাউনা) এ! অদুসু হেক য়াবা নত্তেদা, নহোয়সু! মীগী চৎনবী লোনচৎ হায়বা অমসু লৈরি। চৎনবী মুথৎসি হায়বা নত্তে পীথোক-পীশিন লৌথোক লৌশিনগী মতাংদা হস্থনসি হায়বগী ৱানিদা!

নুপী : অদু-অদা খঙদে ঐদি পোৎলোই শেত্তবা সুকয়া য়ারোইকো। কারদি পঙতোং মতোংগনি দোলাইদি হন্দককী অসিনা অহৌবা অরোইবা চান্সনি।

অইবা : (অদুম শাউনা) মদু ঐঙোন্দা হায়দৌ নত্তে কন্যা ইবেম্মা। সে সে সিদগী বোর মহংসিদা হায়নৌ, নহোয় অনী য়াম্না নুংশিনরে হায়বদাই। নুংশি